৫৪। অদুগা মহাকননি শেম্বিখিবা সমুদ্র ঈপাক অনি (ঈপান চাওনা) ঈচেনহন্দুনা, (ঈশিং) অমনা অশেংবনি অহাউবনি, অমসুং অতোপ্পনা থুমহীনি অয়াকপনি; অমসুং অনিদুগী মরক্তা মহাকনা থম্মি পণ্থিং অমা অমসুং লাথোকপা ঙমদবা খায়দোকপা অমা (অমনা অতোপ্পগী লমদা চঙদনবা)।

وَهُوَ الَّذِي مَرَجَ الْبَحْرَيْنِ هَٰذَا عَذْبٌ فُرَاتٌ وَهَٰذَا مِلْحٌ أُجَاجٌ وَجَعَلَ بَيْنَهُمَا بَرْزَخًا وَحِجْرًا مَّحْجُورًا ﴿٥٣﴾

৫৫। অদুগা মহাকননি শেমখিবা তাইবঙ মীবু ঈশিংদগী, অদুগী তুংদা শেম্মি মহাক্কীদমক ঈ মরী অমসুং চারো-মৌরোনবগী মরী; অমসুং নংগী মপুদি পুংঙম-ঙম্বনি।

وَهُوَ الَّذِي خَلَقَ مِنَ الْمَاءِ بَشَرًا فَجَعَلَهُ نَسَبًا وَصِهْرًا ۗ وَكَانَ رَبُّكَ قَدِيرًا ﴿٥٤﴾

৫৬। অদুগা (লমফৈ-খোঙফম্নবশিং) মখোইনা তৌই ঈরাৎ-পুজা অল্লাহ নত্তবা (অতৈ লাই)শিং মখোইদা কান্নবা নত্তগা অমাঙবা করিসু তৌবা ঙমদবদু। অদুগা লমফৈ-খোঙফম্নবদি (মতম-পুম্বদা) তেংবাংবনি (শৈতানগী) মহাক্কী মপুগী মায়োক্তা।

وَيَعْبُدُونَ مِن دُونِ اللَّهِ مَا لَا يَنفَعُهُمْ وَلَا يَضُرُّهُمْ ۗ وَكَانَ الْكَافِرُ عَلَىٰ رَبِّهِ ظَهِيرًا ﴿٥٥﴾

৫৭। অদুগা ঐখোইনা থাখিদে নংবু নত্তনা হরাওবা পাও পুবা অমা ওইনা রায়েল-য়াথং য়াবশিংদা) অমসুং চেকশনহন্নবা পাওমেনবা অমা ওইনা (ফত্তরম লম্বীনবশিংদা)।

وَمَا أَرْسَلْنَاكَ إِلَّا مُبَشِّرًا وَنَذِيرًا ﴿٥٦﴾

৫৮। হায়য়ু ঃ "ঐনা হায়জদে নখোইদা অরামল পীয়ু (ঐনা পাও শন্দোকপা) অসিগী, নত্তনা কনাগুম্বনা অপাম্বা লৈরবদি (অচুম্বা) লম্বী খোঙফমনৌ য়ৌনবগী মহাক্কী মপুগী মায়কৈদা।

قُلْ مَا أَسْأَلُكُمْ عَلَيْهِ مِنْ أَجْرٍ إِلَّا مَن شَاءَ أَن يَتَّخِذَ إِلَىٰ رَبِّهِ سَبِيلًا ﴿٥٧﴾

৫৯। অদুগা আশা তৌ (মতম-পুম্বদা) হিংদুনতা লৈবা, শিবা নাইদবদা অমসুং শক-শোল্লু মহাকপু থাগৎপগী লাইশোল। অদুগা মহাকনা ওকলে খঙহৈবা অমা ওইবিবনা মহাক্কী মনাইশিংগী মপাপশিং।

وَتَوَكَّلْ عَلَى الْحَيِّ الَّذِي لَا يَمُوتُ وَسَبِّحْ بِحَمْدِهِ ۚ وَكَفَىٰ بِهِ بِذُنُوبِ عِبَادِهِ خَبِيرًا ﴿٥٨﴾

৬০। মহাকননি শেম-শাবিখিবা আসমান অমসুং পৃথিবী অমসুং অনিগী মরক্তা লৈবা পুম্নমকসু (তোঙান-তোঙানবা) মতম তরুকদা. অদুগী

الَّذِي خَلَقَ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضَ وَمَا بَيْنَهُمَا فِي سِتَّةِ أَيَّامٍ ثُمَّ اسْتَوَىٰ عَلَى الْعَرْشِ ۚ الرَّحْمَٰنُ فَاسْأَلْ بِهِ

خَبِيرًا ۝٥٩

তুংদা মহাকনা লৌখি আশন (শক্তিগী) কোইরেল ফম্বালথক্তা। থৌজালবিহৈবা অল্লাহনি। মরমদুনা হংঙু মহাক্কী মরমদা অখঙবা অমদা।

وَإِذَا قِيلَ لَهُمُ اسْجُدُوا لِلرَّحْمَٰنِ قَالُوا وَمَا الرَّحْمَٰنُ أَنَسْجُدُ لِمَا تَأْمُرُنَا وَزَادَهُمْ نُفُورًا ۝٦٠

৬১। অদুগা (অচুম্বা রাপাও থাজদবশিং) মখোইদা অসি হায়বা মতমদাঃ "সজদহ তৌ থৌজালবিহৈবা অল্লাহবু," মখোইনা হায়ঃ "কনানো থৌজালবিহৈবা অল্লাহদু? ঐখোইনা সজদহ হেক্তমক তৌগদ্রা নংনা হায়বা হায়বদু ঐখোইবু?" অদুগা (মখোইগী থকশি-খাশি নাইদবা) মসিনা হেনগৎহল্লি মখোইবু (অচুম্বা) পামদবা।

৬ শুবা রুকূ

تَبَارَكَ الَّذِي جَعَلَ فِي السَّمَاءِ بُرُوجًا وَجَعَلَ فِيهَا سِرَاجًا وَقَمَرًا مُنِيرًا ۝٦١

৬২। য়াইফখোল লৈবনি (অল্লাহ) মহাক্তি— মহাকনা শেম্মিখি থরানমিচাক মপৈ আসমান (মকোয়)দা অমসুং থম্মিখি মদুগী মনুংদা থাওমৈ অমা (নুংথিল চেংলৌ মিং ওইনা) অমসুং মঙাল য়াওবা থা অমা।

وَهُوَ الَّذِي جَعَلَ اللَّيْلَ وَالنَّهَارَ خِلْفَةً لِمَنْ أَرَادَ أَنْ يَذَّكَّرَ أَوْ أَرَادَ شُكُورًا ۝٦٢

৬৩। অদুগা মহাকননি শেম্মিখিবা অহিং অমসুং নুংথিল, অমনা অমগী তুং ইনহনবিদুনা, (কান্নবগী) অদুগুম্বা মীওইগী মহাকনা পামজে নীংশিঙবা অমসুং তৌবিমল খঙবা উংপা (মহাক্কী মপুদা)।

وَعِبَادُ الرَّحْمَٰنِ الَّذِينَ يَمْشُونَ عَلَى الْأَرْضِ هَوْنًا وَإِذَا خَاطَبَهُمُ الْجَاهِلُونَ قَالُوا سَلَامًا ۝٦٣

৬৪। অদুগা থৌজালবিহৈবা মপুগী মনাইশিংদু অদুগুম্বা মীওইশিংনি মখোইদু চৎলি মালেমথক্তা নোল্লুকপগা লোয়ননা অমসুং (হৌন-শাজৎ খঙদবা) অপঙশিংনা ঙাঙলক-শকলকপদা, মখোইনা হায়ঃ "অঙৈংবা লৈহনবিসনু।"

وَالَّذِينَ يَبِيتُونَ لِرَبِّهِمْ سُجَّدًا وَقِيَامًا ۝٦٤

৬৫। অমসুং মখোইদু লেল্লি অহিংচুপ্পা মখোইগী মপুগী মমাংদা, সজদহ তৌদুনা অমসুং লেপ্তুনা (নমাজদা)।

وَالَّذِينَ يَقُولُونَ رَبَّنَا اصْرِفْ عَنَّا عَذَابَ جَهَنَّمَ إِنَّ عَذَابَهَا كَانَ غَرَامًا ۝٦٥

৬৬। অমসুং মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইগী মপুও! থৈদোকপিয়ু ঐখোইদগী রায়েল-চৈরাক নরক্কী; মরমদি মদুগী রায়েল-চৈরাক লেপনাইদবনি।

৬৭। “তশেংবমক মদু ফত্তবা পোথাফমনি অমসুং লৈফমনি।”

إِنَّهَا سَاءَتْ مُسْتَقَرًّا وَمُقَامًا ﴿٦٦﴾

৬৮। অদুগা মখোইদু খরচ তৌবদা, শেল চাদিং পংতৌ তৌদে নত্তগা অরীকপা কূপশু ওইদে তৌইগুম্বসুং লৌই ময়ায় ওইরম্পা ফিবম অমা অনিদুগী মরক্তা।

وَالَّذِينَ إِذَا أَنفَقُوا لَمْ يُسْرِفُوا وَلَمْ يَقْتُرُوا وَكَانَ
بَيْنَ ذَٰلِكَ قَوَامًا ﴿٦٧﴾

৬৯। অদুগা মখোইনা কৌদে অতোপ্পা লাই কনামতবু লোয়ননা অল্লাহগা, নত্তগা হাত্তে মী অমতা অল্লাহনা থিংবিখ্রবদা নত্তনা অচুম্বা মরমগী, নত্তগা তৌদে নুপী লান্নবা ; তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা তৌরবদি ফংগনি রায়েল-চৈরাক পাপকী—

وَالَّذِينَ لَا يَدْعُونَ مَعَ اللَّهِ إِلَٰهًا آخَرَ وَلَا يَقْتُلُونَ
النَّفْسَ الَّتِي حَرَّمَ اللَّهُ إِلَّا بِالْحَقِّ وَلَا يَزْنُونَ
وَمَن يَفْعَلْ ذَٰلِكَ يَلْقَ أَثَامًا ﴿٦٨﴾

৭০। রায়েল-চৈরাক পোৎমা ফংগনি মহাক কিয়ামত নুমিত্তা অমসুং মহাক লৈগনি মদুগী মনুংদা ঈকাই ফিরুক খুমদুনা।

يُضَاعَفْ لَهُ الْعَذَابُ يَوْمَ الْقِيَامَةِ وَيَخْلُدْ فِيهِ
مُهَانًا ﴿٦٩﴾

৭১। নত্তনা মখোইদু (মপাপকী) নুংনাংবা ফোংদোকচরবা অমসুং অচুম্বা থাজরবা অমসুং লম্বীনরবা অফবা থবকশিং ; অসিগুম্বা মীওইশিংগী ফত্তবা থবকশিং অল্লাহনা ওন্থোকপিগনি অফবা থবকশিংদা ; করিনা হায়ববু অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবানি, নুংশিহৈবনি।

إِلَّا مَن تَابَ وَآمَنَ وَعَمِلَ عَمَلًا صَالِحًا فَأُولَٰئِكَ
يُبَدِّلُ اللَّهُ سَيِّئَاتِهِمْ حَسَنَاتٍ وَكَانَ اللَّهُ غَفُورًا
رَّحِيمًا ﴿٧٠﴾

৭২। অদুগা (পুকচেন তিংনা) নুংনাংবা ফোংদোকচবা অমসুং অফবা থবকশিং খোঙফম্নবা মখোইদু তশেংনা পুকচেন হোংজরবনি অল্লাহদা (অচুম্বা) নুংনাংবগা লোয়ননা।

وَمَن تَابَ وَعَمِلَ صَالِحًا فَإِنَّهُ يَتُوبُ إِلَى اللَّهِ
مَتَابًا ﴿٧١﴾

৭৩। অদুগা মখোইনা পীদে মীনম্বা সাক্ষী, অমসুং মখোইনা থেংনরগা করিগুম্বা কান্নদবা পোৎ, মখোইনা লান্থোকই ইজ্জৎ লৈনা।

وَالَّذِينَ لَا يَشْهَدُونَ الزُّورَ وَإِذَا مَرُّوا بِاللَّغْوِ
مَرُّوا كِرَامًا ﴿٧٢﴾

৭৪। অদুগা মখোইদু—মখোইদা নীংশঙবদা মখোইগী মপুগী পাওজেনশিং, হাথু-হাথু তৌদে

وَالَّذِينَ إِذَا ذُكِّرُوا بِآيَاتِ رَبِّهِمْ لَمْ يَخِرُّوا عَلَيْهَا

صُمًّا وَّعُمْيَانًا ۝٧٣

মনা পঙবা অমসুং মমিৎ তাংবগুম্না মদুদা।

وَالَّذِيْنَ يَقُوْلُوْنَ رَبَّنَا هَبْ لَنَا مِنْ اَزْوَاجِنَا وَ ذُرِّيّٰتِنَا قُرَّةَ اَعْيُنٍ وَّاجْعَلْنَا لِلْمُتَّقِيْنَ اِمَامًا ۝٧٤

৭৫। অদুগা মখোইনা হায়ঃ ঐখোইগী মপুও! পীনবিয়ু ঐখোইবু ঐখোইগী ইতালোইশিংদা অমসুং ইচাশিংদা মিৎকী নুংঙাইবা (অমদি অপেনবা) অমসুং ওইহনবিয়ু ঐখোইবু নমুনহ ধর্ম্ম লম্বীনবশিংগীদমক।

اُولٰٓئِكَ يُجْزَوْنَ الْغُرْفَةَ بِمَا صَبَرُوْا وَيُلَقَّوْنَ فِيْهَا تَحِيَّةً وَّسَلٰمًا ۝٧٥

৭৬। (শাজৎ-নুংচৎ হোংলবা অচুম্বা লম্বীনবা) মখোইসিবু পীবিগনি অৱাং-অৱাংবা মহল (স্বর্গ লৈকোল্লুংদা) মরমদি মখোই অখাং কল্লম্মী অমসুং মদুগী মনুংদা (ফরিশতহশিংনা) ওকপিগনি মখোইবু তরাম-তরামনা কৌদুনা অমসুং সলামগা লোয়ননা,

خٰلِدِيْنَ فِيْهَا ۚ حَسُنَتْ مُسْتَقَرًّا وَّمُقَامًا ۝٧٦

৭৭। লৈগনি মদুগী মনুংদা (লোম্বা লৈতনা)। থোইদোক্লা নুংঙাইখ্রবা মফমনি মদু পোথানবগী অমসুং লৈনবগী।

قُلْ مَا يَعْبَؤُا بِكُمْ رَبِّيْ لَوْلَا دُعَآؤُكُمْ ۚ فَقَدْ كَذَّبْتُمْ فَسَوْفَ يَكُوْنُ لِزَامًا ۝٧٧

৭৮। হায়য়ু (ধর্ম্ম চত্তবশিংদা): "ঐগী মপুনা করিসু য়েংশনবিরম্মোই নখোইগীদমক, নখোইনা খাজং থৌনি তৌবসিগী নৎলমদ্রবদি। নখোইনা তশেংনমক য়াদে (অচুম্বা ধর্ম্ম পাওজেল), মরমদুনা রায়েল-চৈরাক (হৌজিক) লাকলগনি (নখোইদা)।

## سُوْرَةُ الشُّعَرَاۤءِ مَكِّيَّةٌ

সূরহ ২৬ অল-শু'অরা

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২২৮ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

طٰسٓمٓ ②

২। অশেংবা মপু, পোৎ পুম্নমক তাবা অমসুং ঙাংথোইনা চীং-লেমখ্রবা মপু (তাহের, সমীঅ, মজীদ)।

تِلْكَ اٰيٰتُ الْكِتٰبِ الْمُبِيْنِ ③

৩। পুম্নমকসি শৈরেংশিংনি তশেং-তশেংবা কিতাবকী।

لَعَلَّكَ بَاخِعٌ نَّفْسَكَ اَلَّا يَكُوْنُوْا مُؤْمِنِيْنَ ④

৪। মতা চারবদি নং শিনীংগনি নথরাই রাবনা মরমদি মখোই অচুম্বা থাজদে।

اِنْ نَّشَاْ نُنَزِّلْ عَلَيْهِمْ مِّنَ السَّمَاۤءِ اٰيَةً فَظَلَّتْ اَعْنَاقُهُمْ لَهَا خٰضِعِيْنَ ⑤

৫। ঐখোইনা করিগুম্বা পামলমলবদি, ঐখোইনা ঊমলমগনি থাবা মখোইদা খুদম অমা আসমান্দগী, অদুনা মখোইগী মঙকশিং নোংথরমগনি মদুগী মমাংদা।

وَمَا يَاْتِيْهِمْ مِّنْ ذِكْرٍ مِّنَ الرَّحْمٰنِ مُحْدَثٍ اِلَّا كَانُوْا عَنْهُ مُعْرِضِيْنَ ⑥

৬। অদুগা মখোইদা লাকখিদে অনৌবা নীংশিঙহনবা (কিতাব) অমা থৌজালবিহৈবা অল্লাহদগী, তৌইগুম্বসুং মখোই মমায় ওংথোকখি মদুদগী।

فَقَدْ كَذَّبُوْا فَسَيَاْتِيْهِمْ اَنْۢبٰٓؤُا مَا كَانُوْا بِهٖ يَسْتَهْزِءُوْنَ ⑦

৭। তশেংবমক মখোইনা মরাল শীবিখ্রে মদু মীনম্বনি হায়না, তৌইগুম্বসুং থুনমক লাকলগনি মখোইদা পাওজেনশিং মখোইনা নোক্নরম্বা অদুগী।

اَوَلَمْ يَرَوْا اِلَى الْاَرْضِ كَمْ اَنْۢبَتْنَا فِيْهَا مِنْ كُلِّ زَوْجٍ كَرِيْمٍ ⑧

৮। মখোইনা য়েংদব্রা পৃথিবী (লৈমায়)দা, কয়া য়াম্না ফজখ্রবা পোৎ মখল খুদিং ঐখোইনা হৌহনবিখ্রবা মদুগী মনুংদা ?

اِنَّ فِيْ ذٰلِكَ لَاٰيَةً ۗ وَمَا كَانَ اَكْثَرُهُمْ مُّؤْمِنِيْنَ ⑨

৯। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা, তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা অচুম্বা থাজদে।

وَاِنَّ رَبَّكَ لَهُوَ الْعَزِيْزُ الرَّحِيْمُ ⑩

১০। অদুগা তশেংবমক নংগী মপুদি পাঙ্গলবনি, নুংশিহৈবনি।

২ শুবা রুকূ

১১। অদুগা (নীংশিঙু) নংগী মপুনা কৌরকখি মূসাবু (অসি হায়দুনা)ঃ চৎলু অরানবা লম্বীনবা মীশিংদা—

وَإِذْ نَادَىٰ رَبُّكَ مُوسَىٰٓ أَنِ ٱئْتِ ٱلْقَوْمَ ٱلظَّٰلِمِينَ ﴿١٠﴾

১২। ফিরঔনগী মীশিংদা। মখোই ভক্তি কৎলোইদ্রা অল্লাহদা ?

قَوْمَ فِرْعَوْنَ ۚ أَلَا يَتَّقُونَ ﴿١١﴾

১৩। মহাকনা হায়খিঃ "ঐগী মপুও! ঐ তশেংবমক কিজেএ মখোইনা তৌবিগনি ঐবু লৌশিং মীনম লাংথাকপা অমা ওইনা।

قَالَ رَبِّ إِنِّىٓ أَخَافُ أَن يُكَذِّبُونِ ﴿١٢﴾

১৪। "অদুগা ঐগী থবাকসে ইখু-খুজিল্লি অমসুং ঐগী লৈতোনসু রা ঙাঙবদা ইপন-পল্লি ; মরমদুনা হুকুম থাবিয়ু হারুন্দা (ঐবু তেংবাংনবগী)।

وَيَضِيقُ صَدْرِى وَلَا يَنطَلِقُ لِسَانِى فَأَرْسِلْ إِلَىٰ هَٰرُونَ ﴿١٣﴾

১৫। "অদুগা (অসিতা নত্তনা) মখোইনা মরাল শীখিবা অমা লৈ ঐগী ইথক্তা, মরমদুনা ঐ কিজে মখোইনা হাৎপিনি ঐবু।"

وَلَهُمْ عَلَىَّ ذَنۢبٌ فَأَخَافُ أَن يَقْتُلُونِ ﴿١٤﴾

১৬। অল্লাহনা হায়বিখিঃ "মদু তৌবা শুকয়া-য়ারোই। মরমদুনা চৎলু নখোই অনিমক লোয়ননা ঐখোইগী খুদমশিংগা; ঐখোই তশেংনা লোয়নবিরি নখোইগা (অমসুং) তাবি (নখোইনা ঙাঙনবা পুম্নমক)।

قَالَ كَلَّا ۖ فَٱذْهَبَا بِـَٔايَٰتِنَآ ۖ إِنَّا مَعَكُم مُّسْتَمِعُونَ ﴿١٥﴾

১৭। "মরমদুনা চৎলু ফিরঔনগী মনাক্তা অমসুং হায়য়ুঃ তশেংবমক ঐখোই রসুলশিংনি সংসার পুম্নমক্কী মপুগী মায়কৈদগী,

فَأْتِيَا فِرْعَوْنَ فَقُولَآ إِنَّا رَسُولُ رَبِّ ٱلْعَٰلَمِينَ ﴿١٦﴾

১৮। "(হায়বা লাকলিবনি নংঙোন্দা) থাবিয়ু ইস্রাঈল মচাশিংবু লোয়ননা ঐখোইগা।"

أَنْ أَرْسِلْ مَعَنَا بَنِىٓ إِسْرَٰٓءِيلَ ﴿١٧﴾

১৯। ফিরঔন্না হায়খিঃ "ঐখোইনা নাওয়োক-পিখিবা নত্তব্রা নংবু ঐখোইগী ইরক্তা অঙাং অমা ওইনা ? অদুগা নং লৈরমখ্রে ঐখোইগী ইরক্তা চহি কয়া নংগী পুন্সিগী।

قَالَ أَلَمْ نُرَبِّكَ فِينَا وَلِيدًا وَلَبِثْتَ فِينَا مِنْ عُمُرِكَ سِنِينَ ﴿١٨﴾

২০। "অদুগা নংনা তৌখি থবক অমা (মী হাৎপগী) মদু নং(নশা)না তৌখিবনি অমসুং নং (অমনি) থৌবিমল খঙদবশিংগী।"

وَفَعَلْتَ فَعْلَتَكَ ٱلَّتِى فَعَلْتَ وَأَنتَ مِنَ ٱلْكَٰفِرِينَ ﴿١٩﴾

قَالَ فَعَلْتُهَآ إِذًا وَّأَنَا مِنَ الضَّآلِّينَ ۝٢١

২১। মুসানা হায়খি : "ঐনা তৌখি মদু (খঙহৌদবা থৌদোক অমদা) মতমদুদা ঐ ওইরম্মী (অমা) লম্মুক্কবশিংগী।

فَفَرَرْتُ مِنكُمْ لَمَّا خِفْتُكُمْ فَوَهَبَ لِى رَبِّى حُكْمًا وَجَعَلَنِى مِنَ الْمُرْسَلِينَ ۝٢٢

২২। "মরমদুনা ঐনা চেনখি নংঙোন্দগী ঐনা কিখিবনা নহাকপু, অদুগী তুংদা ঐগী মপুনা পীবিখ্রে ঐবু (অচুম্বা) ৱায়েল (ঐ করিমতা লান্দে মীদু হাৎখিবদা) অমসুং শেম্বিখ্রে ঐবু (অমা) রসুলশিংগী।

وَتِلْكَ نِعْمَةٌ تَمُنُّهَا عَلَىَّ أَنْ عَبَّدتَّ بَنِىٓ إِسْرَٰٓءِيلَ ۝٢٣

২৩। অদুগা (ঐনা নারা ওইরিঙৈদা) নহাকনা চানবিখি হায়বিদুনা করেম্নবিরি ঐবু; অদুনা মরম্নদুনা (হৌজিক) নহাক (অমসুং নহাক্কী মীশিং)না তযুম নাই ওইহনবিখ্রে ইস্রাঈল মচাশিংবু।"

قَالَ فِرْعَوْنُ وَمَا رَبُّ الْعَٰلَمِينَ ۝٢٤

২৪। ফিরঔন্না হায়খি : "অদুগা করিনো সংসার পুম্নমক্কী মপু হায়বদি ?"

قَالَ رَبُّ السَّمَٰوَٰتِ وَالْأَرْضِ وَمَا بَيْنَهُمَآ إِن كُنتُم مُّوقِنِينَ ۝٢٥

২৫। মুসানা হায়খি : "আসমান অমসুং পৃথিবী অমসুং অনিগী মরক্তা লৈবা পুম্নমক্কী মপুবুনি, নখোইনা করিগুম্বা থাজরবদি।"

قَالَ لِمَنْ حَوْلَهُۥٓ أَلَا تَسْتَمِعُونَ ۝٢٦

২৬। ফিরঔন্না হায়খি মহাক্কী অকোয়বদা লৈরম্বশিংদা : "নখোইবু তাদব্রা (অসুক নুংঙাইবা ৱাতা অসিবু) ?"

قَالَ رَبُّكُمْ وَرَبُّ ءَابَآئِكُمُ الْأَوَّلِينَ ۝٢٧

২৭। মুসানা (মহাক্কী ৱারোলদু চেৎহন্নবা) হায়খি : "(মহাক) নখোইগী মপুনি অমসুং মপুনি নখোইগী থাইনগী নপা-নপুশিংগীসু।"

قَالَ إِنَّ رَسُولَكُمُ الَّذِىٓ أُرْسِلَ إِلَيْكُمْ لَمَجْنُونٌ ۝٢٨

২৮। ফিরঔন্না হায়খি : "তশেংবমক নখোইগী রসুল নখোইদা থাবিরকলিবা অসি অঙাওবনি।"

قَالَ رَبُّ الْمَشْرِقِ وَالْمَغْرِبِ وَمَا بَيْنَهُمَآ إِن كُنتُمْ تَعْقِلُونَ ۝٢٩

২৯। মুসানা হায়খি : (মহাক্তি) মপুনি নোংপোক অমসুং নোংচুপকী অমসুং অনিগী মরক্তা লৈবশিংগী(সু), নখোইনা করিগুম্বা খঙলবদি।

قَالَ لَئِنِ اتَّخَذْتَ إِلَٰهًا غَيْرِى لَأَجْعَلَنَّكَ مِنَ الْمَسْجُونِينَ ۝٣٠

৩০। ফিরঔন্না হায়খি : "(হে মুসা!) নংনা করিগুম্বা লৌরবদি অতোপ্পা খোয়ম লাই অমা ঐ নত্তনা, ঐনা শোয়দনমক থম্বিগনি নংবু মরক্তা বন্দীশিংগী।"

قَالَ اَوَلَوْ جِئْتُكَ بِشَىْءٍ مُّبِيْنٍ ۝

৩১। মূসানা হায়খি ঃ "করি! (নংবু য়ারোই হায়রিব্রা জগৎকী মপুবু) ঐনা পুরকখ্রবা ফাওবদা তশেং-তশেংবা পোৎ খরা (খুদম ওইনা ঐগী মপুদগী) ?"

قَالَ فَأْتِ بِهٖٓ اِنْ كُنْتَ مِنَ الصّٰدِقِيْنَ ۝

৩২। ফিরঔন্না হায়খি ঃ "অদু ওইরবদি, পুরকও মদু, নংনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা।"

فَاَلْقٰى عَصَاهُ فَاِذَا هِىَ ثُعْبَانٌ مُّبِيْنٌ ۝

৩৩। মতমদুদা (মুসা) মহাকনা লংথোকখি মহাক্কী পাম্বনা চৈশু অমসুং য়েংউ! মদু ওইখি শেংনা-লানা উরবা লিন অমা।

وَّنَزَعَ يَدَهٗ فَاِذَا هِىَ بَيْضَآءُ لِلنّٰظِرِيْنَ ۝

৩৪। অদুগা মহাকনা তিংথোরকখি মহাক্কী মখুৎ (শেগ্রাক্তা লোৎশিন্দুনা থরম্বদগী), অদুনা য়েংউ! মদু ঙৌশ্রোক ঙৌনা উখি অয়েংবশিংদা।

৩ শুবা রুকূ

قَالَ لِلْمَلَاِ حَوْلَهٗٓ اِنَّ هٰذَا لَسٰحِرٌ عَلِيْمٌ ۝

৩৫। ফিরঔন্না হায়খি মহাক্কী অকোয়বদা লৈরম্বা অঙম্বশিংদা ঃ মসি তশেংনা হৈ-শিংলবা জাদুগরনি।

يُّرِيْدُ اَنْ يُّخْرِجَكُمْ مِّنْ اَرْضِكُمْ بِسِحْرِهٖ ۖ فَمَاذَا تَاْمُرُوْنَ ۝

৩৬। মহাকনা তাথোকপিনীংই নখোইবু নখোইগী নরমদগী মহাক্কী জাদুনা। হৌজিক নখোইগী করি পাওতাকনো ?

قَالُوْٓا اَرْجِهْ وَاَخَاهُ وَابْعَثْ فِى الْمَدَآئِنِ حٰشِرِيْنَ ۝

৩৭। মখোইনা হায়খি ঃ মতম খরা য়েথোক্তুনা থমখো মহাকপু অমসুং মহাক্কী ময়াম্ববু অমসুং থাবিয়ু পাওজেনবা মী শহরশিংদা.

يَاْتُوْكَ بِكُلِّ سَحَّارٍ عَلِيْمٍ ۝

৩৮। অদুনা মখোইনা পুরক্লবা নহাক্কী ননাক্তা মহৈ য়াম্না হৈবা জাদুগর পুম্নমক।

فَجُمِعَ السَّحَرَةُ لِمِيْقَاتِ يَوْمٍ مَّعْلُوْمٍ ۝

৩৯। মরমদুনা জাদুগরশিং পুল্লপ্লা খোমজিনখি অকক্লবা পুংফমদা লেপখিবা নুমিৎকী (চাং য়েংনগদৌবগী).

وَّقِيْلَ لِلنَّاسِ هَلْ اَنْتُمْ مُّجْتَمِعُوْنَ ۝

৪০। অমসুং মীশিংদসু অসি হায়খি ঃ "নখোই(সু) তিনগদ্রা পুল্লপ্লা (য়েংনবগী থেংনবদু) ?

لَعَلَّنَا نَتَّبِعُ السَّحَرَةَ اِنْ كَانُوْا هُمُ الْغٰلِبِيْنَ ۝

৪১। "অদুনা ঐখোইনা তুং ইনজনবা জাদুগরশিংগী. মখোইনা করিগুম্বা জয় ওইরবদি (লাম্বানবদা মুসাগা)।"

৪২। মরমদুনা জাদুগরশিংনা লাকখ্রবা মতমদা, মখোয়না হায়খি ফিরঔন্দা ঃ "ঐখোই মনা-মথিন ফংগদ্রা ঐখোইনা ওইরবদি অণ্ডম্বশিং ?"

فَلَمَّا جَآءَ السَّحَرَةُ قَالُوْا لِفِرْعَوْنَ اَئِنَّ لَنَا لَاَجْرًا اِنْ كُنَّا نَحْنُ الْغٰلِبِيْنَ ﴿٤١﴾

৪৩। ফিরঔন্না হায়খি ঃ "হোই, অমসুং (মনা-মথিন ফংবদা নত্তনা) নখোই শোয়দনমক ওইগনি মনাক নকপশিং (ঐগী)।"

قَالَ نَعَمْ وَاِنَّكُمْ اِذًا لَّمِنَ الْمُقَرَّبِيْنَ ﴿٤٢﴾

৪৪। মুসানা হায়খি মখোইদা (থেংনরমদাই পুংজাদা) ঃ "হৌজিক হুল্লু নখোইনা হুনগদবদু।"

قَالَ لَهُمْ مُّوْسٰۤى اَلْقُوْا مَاۤ اَنْتُمْ مُّلْقُوْنَ ﴿٤٣﴾

৪৫। মরমদুনা মখোইনা হুনখি মখোইগী থৌরীশিং অমসুং চৈশুশিং, অমসুং হায়খি ঃ "ফিরঔনগী ইজ্জৎতগী, ঐখোই শোয়দনমক ওইগনি অণ্ডম্বা।"

فَاَلْقَوْا حِبَالَهُمْ وَعِصِيَّهُمْ وَقَالُوْا بِعِزَّةِ فِرْعَوْنَ اِنَّا لَنَحْنُ الْغٰلِبُوْنَ ﴿٤٤﴾

৪৬। মতমদুদা মুসানা (মহাক্কী লেং তারকপদা) হুন্দোকখি মহাক্কী পায়না-চৈশু, অমসুং য়েংউ! মদুনা (লিনজাও অমা ওল্লগা তান্ন-তান্নদুনা) কুৎ-কুৎ য়োংখি মখোইনা জাল তৌখিবশিংদু।

فَاَلْقٰى مُوْسٰى عَصَاهُ فَاِذَا هِىَ تَلْقَفُ مَا يَاْفِكُوْنَ ﴿٤٥﴾

৪৭। অদুগী মতমদা জাদুগরশিংদু দণ্ডবৎ কৎখি।

فَاُلْقِىَ السَّحَرَةُ سٰجِدِيْنَ ﴿٤٦﴾

৪৮। মখোইনা হায়খি ঃ "ঐখোই থাজরে সংসার পুম্নমক্কী মপুদা,

قَالُوْۤا اٰمَنَّا بِرَبِّ الْعٰلَمِيْنَ ﴿٤٧﴾

৪৯। "মপুদা মুসা অমসুং হারুনগী।"

رَبِّ مُوْسٰى وَهٰرُوْنَ ﴿٤٨﴾

৫০। (ফিরঔনগী অশাউবা ফুং হাইগৎলক্লুনা) মহাকনা হায়খি ঃ "নখোই হেক্তমক থাজখ্রেদনা মঙোন্দা ঐনা ইয়াথং পীদরিঙৈ মমাংদা নখোইবু ? তশেংবমক মহাক নখোইগী লুচিংবনি—মহাকনা তম্বিখিবনি নখোইবু জাদু। মরমদুনা নখোই থুনা খঙলগনি (মহৈ মদুগী)। ঐনা শোয়দনমক ককথৎপিগনি নখোইগী নখুৎশিং অমসুং নখোঙশিং নাকল অমমমদা ওন্ন-ওন্ননা অমসুং ঐনা শোয়দনমক য়ানবিগনি নখোই পুম্নমকপু উ-কারল মথক্তা।"

قَالَ اٰمَنْتُمْ لَهٗ قَبْلَ اَنْ اٰذَنَ لَكُمْ ۚ اِنَّهٗ لَكَبِيْرُكُمُ الَّذِىْ عَلَّمَكُمُ السِّحْرَ ۚ فَلَسَوْفَ تَعْلَمُوْنَ ۬ لَاُقَطِّعَنَّ اَيْدِيَكُمْ وَاَرْجُلَكُمْ مِّنْ خِلَافٍ وَّلَاُصَلِّبَنَّكُمْ اَجْمَعِيْنَ ﴿٤٩﴾

৫১। মখোইনা হায়খি ঃ "করিসু কিনঙাই লৈতে ; তশেংবমক ঐখোই হনজিনগনি ঐখোইগী মপুদা।

قَالُوْا لَا ضَيْرَ ۫ اِنَّاۤ اِلٰى رَبِّنَا مُنْقَلِبُوْنَ ﴿٥٠﴾

إِنَّا نَطْمَعُ أَن يَغْفِرَ لَنَا رَبُّنَا خَطَٰيَٰنَآ أَن كُنَّآ أَوَّلَ ٱلْمُؤْمِنِينَ ﴿٥١﴾

৫১। "থাজৈমকশেংনা ঐখোইনা আশা তৌই ঐখোইগী মপুনা কোকপিগনি ঐখোইগী ইপাপশিং, মরমদি ঐখোইনা অহানবনি অচুম্বা থাজবশিংগী মরক্তা।"

৪ শুবা রুকূ

وَأَوْحَيْنَآ إِلَىٰ مُوسَىٰٓ أَنْ أَسْرِ بِعِبَادِىٓ إِنَّكُم مُّتَّبَعُونَ ﴿٥٢﴾

৫৩। অদুগা ঐখোইনা তাকপিখি মুসাদা (অসি হায়দুনা)ঃ "পুদুনা চৎখ্রো ঐগী ইনাইশিংবু অহিং তাংলৌদা, নংবু শোয়দনমক তান্নরক্কনি (ফিরঔন্না)।

فَأَرْسَلَ فِرْعَوْنُ فِى ٱلْمَدَآئِنِ حَٰشِرِينَ ﴿٥٣﴾

৫৪। ইস্রাঈল মচাশিং চেনখ্রে হায়বা পাও তাবদা) ফিরঔন্না থাখি পাও লাউথোক্নবা মীশিং শহর পুম্নমক্তা (অসি হায়দুনা)ঃ

إِنَّ هَٰٓؤُلَآءِ لَشِرْذِمَةٌ قَلِيلُونَ ﴿٥٤﴾

৫৫। "মখোই তশেংনা মশিং য়ামদবা খুৎপু অমনি,"

وَإِنَّهُمْ لَنَا لَغَآئِظُونَ ﴿٥٥﴾

৫৬। "অমসুং মখোইনা শাউহনবিখ্রে ঐখোইবু,"

وَإِنَّا لَجَمِيعٌ حَٰذِرُونَ ﴿٥٦﴾

৫৭। "অমসুং ঐখোইদি ময়ামনি (মতম-পুম্বদা শেম-শাদুনা লৈবনি অমসুং) চেকশিনবনি।"

فَأَخْرَجْنَٰهُم مِّن جَنَّٰتٍ وَعُيُونٍ ﴿٥٧﴾

৫৮। মরমদুনা ঐখোইনা তাথোকপিখি (ফিরঔন কাঙলুপ) মখোইবু (ফজখ্রবা) হৈকোন-লৈকোনশিংদগী অমসুং (নিংথীজখ্রবা) ঈফুৎশিংদগী,

وَكُنُوزٍ وَمَقَامٍ كَرِيمٍ ﴿٥٨﴾

৫৯। অমসুং পুক্কে-লনকৈশিংদগী অমসুং ঈকাইখুম্নজাই মশক ওইখ্রবা লৈফমশিংদগী।

كَذَٰلِكَ وَأَوْرَثْنَٰهَا بَنِىٓ إِسْرَٰٓءِيلَ ﴿٥٩﴾

৬০। অসুম্না ওইখি। অদুগা ঐখোইনা পীবিখ্রে মখোইবু স্বত্ব ওইনা ইস্রাঈল মচাশিংদা।

فَأَتْبَعُوهُم مُّشْرِقِينَ ﴿٦٠﴾

৬১। অদুগী তুংদা (ফিরঔন কাঙবু) মখোইনা তান্নখি (ইস্রাঈলশিং) মখোইবু ইনুং ঙাল্লকপদা।

فَلَمَّا تَرَٰٓءَا ٱلْجَمْعَانِ قَالَ أَصْحَٰبُ مُوسَىٰٓ إِنَّا لَمُدْرَكُونَ ﴿٦١﴾

৬২। অদুনা কাঙবু অনিদু অমনা অমবু মশক উরকপদা, মুসাগী লোয়নবশিংনা হায়খিঃ "ঐখোইবু শোয়দনমক তান্নদুনা ফারগনি (মীয়াম্না)।"

৬৩। মুসানা হায়খিঃ "মদু ওইথোক্তে! ঐগী মপুনা লোয়নবিরি ঐবু। মহাকনা চিংবিগনি ঐবু চুমদ্রিংনা।"

قَالَ كَلَّآ ۚ إِنَّ مَعِىَ رَبِّى سَيَهْدِينِ ۝

৬৪। মসিগী মতুংদা ঐখোইনা তাকপিখি মুসাদা (অসি হায়দুনা)ঃ "ফু সমুদ্র (ঈমায়থক্তা) নংগী পায়না চেশুনা।" মরমদুনা (মহাকনা ফুখিবদা) মদু (তংখায়) খায়দোকখি অমসুং শরুক খুদিং ওইখি অচৌবা চীংগুম।

فَأَوْحَيْنَآ إِلَىٰ مُوسَىٰٓ أَنِ ٱضْرِب بِّعَصَاكَ ٱلْبَحْرَ ۖ فَٱنفَلَقَ فَكَانَ كُلُّ فِرْقٍ كَٱلطَّوْدِ ٱلْعَظِيمِ ۝

৬৫। অদুগা ঐখোইনা পুরকখি অতোপ্পা (মিসরী কাওবু)দু মফম অদুদা।

وَأَزْلَفْنَا ثَمَّ ٱلْـَٔاخَرِينَ ۝

৬৬। অদুগা ঐখোইনা কনবিখি মুসা অমসুং মহাক্কা লোয়নখিবশিংদু।

وَأَنجَيْنَا مُوسَىٰ وَمَن مَّعَهُۥٓ أَجْمَعِينَ ۝

৬৭। অদুগী তুংদা ঐখোইনা ঈরাকশিনহনবিখি অতোপ্পা (মিসরী কাওবু)দু।

ثُمَّ أَغْرَقْنَا ٱلْـَٔاخَرِينَ ۝

৬৮। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা (রাখল তৌনবগী), তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা অচুম্বা থাজদে।

إِنَّ فِى ذَٰلِكَ لَءَايَةً ۖ وَمَا كَانَ أَكْثَرُهُم مُّؤْمِنِينَ ۝

৬৯। অদুগা তশেংবমক নংগী মপু—মহাক্তি পাঙ্গলবনি, নুংশি-হৈবনি।

وَإِنَّ رَبَّكَ لَهُوَ ٱلْعَزِيزُ ٱلرَّحِيمُ ۝

৫ শুবা রুকূ

৭০। অদুগা লীবিয়ু (নংগী য়েক্কবশিং) মখোইদা ইব্রাহীমগী রারী।

وَٱتْلُ عَلَيْهِمْ نَبَأَ إِبْرَٰهِيمَ ۝

৭১। মহাকনা হায়খি মহাক্কী মপাবুংদা অমসুং মহাক্কী মীশিংদাঃ "করি পোৎপু নখোইনা খুরুম-খাজংবগে?"

إِذْ قَالَ لِأَبِيهِ وَقَوْمِهِۦ مَا تَعْبُدُونَ ۝

৭২। মখোইনা পাওখুমখিঃ "ঐখোইনা পুজা তৌই লাইগী মূর্তিশিংগী অমসুং ঐখোই পুকনিং লুপশিনজে মখোইদা।"

قَالُوا۟ نَعْبُدُ أَصْنَامًا فَنَظَلُّ لَهَا عَٰكِفِينَ ۝

৭৩। মহাকনা হায়খিঃ "মখোইনা তাব্রা নখোইনা কৌবদা (মখোইবু)?

قَالَ هَلْ يَسْمَعُونَكُمْ إِذْ تَدْعُونَ ۝

৭৪। নত্ত্রগা মখোইনা পীব্রা কান্নবা নত্ত্রগা অমাঙবা থোকহনব্রা নখোইদা?"

أَوْ يَنفَعُونَكُمْ أَوْ يَضُرُّونَ ۝

৭৫। মখোইনা পাওখুমখি ঃ "মদু নত্তে, তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা ফংখি ঐখোইগী ইপা-ইপুশিংনা অসুম্না তৌখিবা।"

قَالُوْا بَلْ وَجَدْنَآ اٰبَآءَنَا كَذٰلِكَ يَفْعَلُوْنَ

৭৬। মহাকনা হায়খি ঃ "নখোই উরব্রা (তশেংবা মতৌ) নখোইনা পুজা তৌরিবদুগী"—

قَالَ اَفَرَءَيْتُمْ مَّا كُنْتُمْ تَعْبُدُوْنَ

৭৭। নখোই অমসুং নখোইগী থাইনগী নপা-নপুশিংনা।

اَنْتُمْ وَاٰبَآؤُكُمُ الْاَقْدَمُوْنَ

৭৮। "তশেংবমক মখোই য়েক্কবশিংনি ঐঙোন্দা, নত্তনা সংসার পুম্নমক্কী মপুদো ;"

فَاِنَّهُمْ عَدُوٌّ لِّيْٓ اِلَّا رَبَّ الْعٰلَمِيْنَ

৭৯। "মহাকনা শেম্বিখি ঐবু, অদুগী তুংদা মহাকনা লমজিংবি ঐবু ;

الَّذِيْ خَلَقَنِيْ فَهُوَ يَهْدِيْنِ

৮০। "অদুগা মহাকনা পিজবি ঐবু অমসুং পিথকই ঐবু ;"

وَالَّذِيْ هُوَ يُطْعِمُنِيْ وَيَسْقِيْنِ

৮১। "অমসুং ঐনা নারবা মতমদা, মহাকনা নাবা ফহনবি ঐবু ;"

وَاِذَا مَرِضْتُ فَهُوَ يَشْفِيْنِ

৮২। "অমসুং মহাকনা শিহনবিগনি ঐবু, অদুগী তুংদা অমুকহন্না হিংগৎহনবিগনি ঐবু ;"

وَالَّذِيْ يُمِيْتُنِيْ ثُمَّ يُحْيِيْنِ

৮৩। "অমসুং ঐনা আশা তৌই মহাকনা কোকপিগনি ঐগী অরানবশিং রায়েল বিচারগী নুমিত্তা।"

وَالَّذِيْٓ اَطْمَعُ اَنْ يَّغْفِرَ لِيْ خَطِيْٓـَٔتِيْ يَوْمَ الدِّيْنِ

৮৪। "ঐগী মপুও ! পীনবিয়ু ঐবু জ্ঞান অমসুং তিন্নহনবিয়ু ঐবু ধর্ম্ম লৈবশিংগা ;"

رَبِّ هَبْ لِيْ حُكْمًا وَّاَلْحِقْنِيْ بِالصّٰلِحِيْنَ

৮৫। "অমসুং পীনবিয়ু ঐবু অফবা (অমসুং লোম্বা লৈতবা) মিংচৎ চারোন-শুরোনশিংগী মরক্তা ;"

وَاجْعَلْ لِّيْ لِسَانَ صِدْقٍ فِي الْاٰخِرِيْنَ

৮৬। "অমসুং ওইহনবিয়ু ঐবু স্বত্ব ফংবা থোইদোক্লা নুংঙাইথ্রবা হৈকোন-লৈকোনগী ;"

وَاجْعَلْنِيْ مِنْ وَّرَثَةِ جَنَّةِ النَّعِيْمِ

৮৭। "অমসুং কোকপিয়ু ঐগী ইপাবুং (আজর)বু, থাঙ্গৈমকশেংনা মহাক্তি (অমনি) লম্মুক্কথ্রবশিংগী ;"

وَاغْفِرْ لِاَبِيْٓ اِنَّهٗ كَانَ مِنَ الضَّآلِّيْنَ

৮৮। "অমসুং চোপহনবিগনু ঐবু নুমিৎ অদুদা (মীওইবশিং) মখোইবু শিবদগী অমুক হিংগৎ-হনবিগদবা ;"

وَلَا تُخْزِنِي يَوْمَ يُبْعَثُونَ

৮৯। "নুমিৎ অদুদা কান্নবা করিসু পীরোই লন-থুম্মা নত্তুগা মচা পিবাশিংনা ;"

يَوْمَ لَا يَنفَعُ مَالٌ وَلَا بَنُونَ

৯০। "নত্তনা মহাকদু অমাং-অশোয়-য়াওদবা থম্মোই পুরকপা অল্লাহগী মনাক্তা।"

إِلَّا مَنْ أَتَى اللَّهَ بِقَلْبٍ سَلِيمٍ

৯১। অদুগা স্বর্গ লৈকোন্দু নকশিনহনবিগনি ধর্ম্ম কায়দবশিংদা,

وَأُزْلِفَتِ الْجَنَّةُ لِلْمُتَّقِينَ

৯২। অমসুং যম লৈবাক হাংদোকপিগনি লম্বী শেরান্নবশিংদা।

وَبُرِّزَتِ الْجَحِيمُ لِلْغَاوِينَ

৯৩। অমসুং মখোইদা হায়বিগনি ঃ কদায়দা চৎখ্রবগে নখোইনা ঈরাৎ-পুজা তৌরম্বশিংদু—

وَقِيلَ لَهُمْ أَيْنَمَا كُنتُمْ تَعْبُدُونَ

৯৪। হেন্দোক্লা অল্লাহদগী? মখোইনা ঙম্না তেংবাংবা নখোইবু নত্তুগা তেংবাংজবা মশামকপু ?

مِن دُونِ اللَّهِ هَلْ يَنصُرُونَكُمْ أَوْ يَنتَصِرُونَ

৯৫। মরমদুনা মখোইবু হুনজিনবিগনি করোংচাক য়ুংনা (মৈকোম) মনুং অদুদা, (ঈরাৎখিবা লাইশিং) মখোই অমসুং লম-শেরান্নখিবশিং মখোইদুসু ;

فَكُبْكِبُوا فِيهَا هُمْ وَالْغَاوُونَ

৯৬। অদুগা ইবলিসকী লান্মী কাঙলুপসু, লোয়নমক পুল্লপ পুন্না (চঙগনি যম লৈবাক্তা)।

وَجُنُودُ إِبْلِيسَ أَجْمَعُونَ

৯৭। মখোইনা হায়গনি, মখোই মশেল মহৈ-মহৈ খৎনরিঙৈদা মনুং অদুদা ঃ

قَالُوا وَهُمْ فِيهَا يَخْتَصِمُونَ

৯৮। "অল্লাহগী কসম ! ঐখোই তশেং-তশেংনা লম্মুক্লরম্মী,"

تَاللَّهِ إِن كُنَّا لَفِي ضَلَالٍ مُّبِينٍ

৯৯। "মদু তৌবা মতমদা ঐখোইনা মত চেল্লম্মী নখোইবু মান্ননা সংসার পুম্নমক্কী মপুগা।"

إِذْ نُسَوِّيكُم بِرَبِّ الْعَالَمِينَ

১০০। "অদুগা (হৌজিক ঐখোইনা উরে) কনামতনা লম্মুক্লহনবিখিদে ঐখোইবু মরাল লৈরবশিং নত্তনা।

وَمَا أَضَلَّنَا إِلَّا الْمُجْرِمُونَ

১০১। "মরমদুনা (হৌজিক) ঐখোইগী রানোম্বীবা মী কনাসু লৈতে."

فَمَا لَنَا مِنْ شَافِعِينَ ﴿١٠٠﴾

১০২। "নত্ত্রগা লৈতে চান্নরবা মরূপ কনামতা।"

وَلَا صَدِيقٍ حَمِيمٍ ﴿١٠١﴾

১০৩। "আঃ (হৌজিক) ঐখোইনা করিগুম্বা হন্‌বা য়ারমলবদি (সংসারদা), ঐখোই ওইরমগনি মরক্তা অচুম্বা থাজবশিংগী।"

فَلَوْ أَنَّ لَنَا كَرَّةً فَنَكُونَ مِنَ الْمُؤْمِنِينَ ﴿١٠٢﴾

১০৪। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা (রাখল তৌনবগী), তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা অচুম্বা থাজদে।

إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَةً ۖ وَمَا كَانَ أَكْثَرُهُمْ مُؤْمِنِينَ ﴿١٠٣﴾

১০৫। অদুগা তশেংবমক নংগী মপু—মহাক্তি পাঙ্গলবনি, নুংশিহৈবনি।

وَإِنَّ رَبَّكَ لَهُوَ الْعَزِيزُ الرَّحِيمُ ﴿١٠٤﴾

৬ শুবা রুকূ

১০৬। নুহগী মীশিংনা তৌবিখি (মখোইগী) রসুলশিংবু লৌশিং মীনম লাংথাকপশিংনি হায়না :

كَذَّبَتْ قَوْمُ نُوحٍ الْمُرْسَلِينَ ﴿١٠٥﴾

১০৭। মখোইগী মচিন মনাও নুহনা হায়খি মখোইদা ঃ "নখোই ধৰ্ম্ম লম্বীনরোই হায়রব্রা ?"

إِذْ قَالَ لَهُمْ أَخُوهُمْ نُوحٌ أَلَا تَتَّقُونَ ﴿١٠٦﴾

১০৮। "তশেংবমক ঐসে থাজবা য়াবা রসুল অমনি নখোইদা."

إِنِّي لَكُمْ رَسُولٌ أَمِينٌ ﴿١٠٧﴾

১০৯। "মরমদুনা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং ঐনা হায়বা ইল্লু ;"

فَاتَّقُوا اللَّهَ وَأَطِيعُونِ ﴿١٠٨﴾

১১০। "অদুগা ঐনা হায়দে নখোইদা মনা-মথিন পীয়ু (ঐনা ধৰ্ম্ম পাওতাকপগী নখোইদা) ; ঐগী মনা-মথিন্দি লৈ মনাক্তা সংসার পুম্নমক্কী মপুগী।"

وَمَا أَسْأَلُكُمْ عَلَيْهِ مِنْ أَجْرٍ ۖ إِنْ أَجْرِيَ إِلَّا عَلَىٰ رَبِّ الْعَالَمِينَ ﴿١٠٩﴾

১১১। "মরমদুনা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং ঐনা হায়বা ইল্লু।"

فَاتَّقُوا اللَّهَ وَأَطِيعُونِ ﴿١١٠﴾

১১২। মখোইনা হায়খি ঃ "ঐখোইনা থাজসিরা নংবু তোল্লবশিং তনা নংগী তুং ইল্লগা ?"

قَالُوا أَنُؤْمِنُ لَكَ وَاتَّبَعَكَ الْأَرْذَلُونَ ﴿١١١﴾

قَالَ وَمَا عِلْمِىْ بِمَا كَانُوْا يَعْمَلُوْنَ ﴿١١٢﴾

১১৩। মহাকনা পাওখুমখি ঃ "ঐনা করি খঙগনি মখোইনা করি করি লম্বীনরম্বা (মমাংগী মপুন্সিদা) ?"

اِنْ حِسَابُهُمْ اِلَّا عَلٰى رَبِّىْ لَوْ تَشْعُرُوْنَ ﴿١١٣﴾

১১৪। "মখোইগী হিসাবদি ঐগী মপুগী থবকনি, নখোইনা করিগুম্বা খঙলবদি !"

وَمَآ اَنَا بِطَارِدِ الْمُؤْمِنِيْنَ ﴿١١٤﴾

১১৫। "অদুগা ঐনা হেক্তা তাথোক্কদবা নত্তে ঈমান্দারশিংবু (নখোইনা থীনা ঙাঙ-শকলগা)।"

اِنْ اَنَا اِلَّا نَذِيْرٌ مُّبِيْنٌ ﴿١١٥﴾

১১৬। "ঐদি তশেং-তশেংবা চেকশন্নবা হায়বিবা মীনি।"

قَالُوْا لَئِنْ لَّمْ تَنْتَهِ يٰنُوْحُ لَتَكُوْنَنَّ مِنَ الْمَرْجُوْمِيْنَ ﴿١١٦﴾

১১৭। মখোইনা হায়খি ঃ "নংনা তোক্তবদি (ধর্ম্ম পাওজেন লাউথোকপা), হে নুহ ! নং শোয়দনমক ওইগনি (অমা) নুংদুমনা থাদুনা হাৎপিত্নব-শিংগী।"

قَالَ رَبِّ اِنَّ قَوْمِىْ كَذَّبُوْنِ ﴿١١٧﴾

১১৮। মহাকনা পাওখুমখি ঃ "ঐগী মপুও ! ঐগী মীশিংনা তৌবিখ্রে ঐবু লৌশিং মীনম লাংথাকপা ওইনা।"

فَافْتَحْ بَيْنِىْ وَبَيْنَهُمْ فَتْحًا وَّنَجِّنِىْ وَمَنْ مَّعِىَ مِنَ الْمُؤْمِنِيْنَ ﴿١١٨﴾

১১৯। মরমদুনা চথবিয়ু অফোংবা ত্নায়েল বিচার ঐ অমসুং মখোইগী মরক্তা ; অমসুং ঙাকপিয়ু ঐবু অমসুং ঐগা লোয়নরিবা অচুম্বা থাজবশিংবু।"

فَاَنْجَيْنٰهُ وَمَنْ مَّعَهٗ فِى الْفُلْكِ الْمَشْحُوْنِ ﴿١١٩﴾

১২০। মরমদুনা ঐখোইনা কনবিখি মহাকপু অমসুং মহাক্কা লোয়নখিবশিংবু মাল থন্না হাপলবা ত্নাকয়ৈ-হীজাওদা।

ثُمَّ اَغْرَقْنَا بَعْدُ الْبٰقِيْنَ ﴿١٢٠﴾

১২১। মসিগী মতুংদা ঐখোইনা ঈত্নাক-শিনহনবিখি তুংদা লৈহৌবা ময়ামদু।

اِنَّ فِىْ ذٰلِكَ لَاٰيَةً ۗ وَمَا كَانَ اَكْثَرُهُمْ مُّؤْمِنِيْنَ ﴿١٢١﴾

১২২। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা (ত্নাখল তৌনবগী), তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা অচুম্বা থাজদে।

وَاِنَّ رَبَّكَ لَهُوَ الْعَزِيْزُ الرَّحِيْمُ ﴿١٢٢﴾

১২৩। অদুগা তশেংবমক নংগী মপু—মহাক্তি পাঙ্গলবনি, নুংশিহৈবনি।

৭ শুবা রুকূ

| | |
|---|---|
| ১২৪। আদ (কাঙলুপ)না তৌবিখি (মখোইগী) রসুলশিংবু লৌশিং মীনম লাংথাকপশিংনি হায়না : | كَذَّبَتْ عَادُ ِالْمُرْسَلِينَ ﴿١٢٣﴾ |
| ১২৫। মখোইগী মচিন মনাও হুদনা হায়খি মখোইদা ঃ "নখোই ধর্ম্ম লম্বীনরোই হায়রব্রা ?" | إِذْ قَالَ لَهُمْ أَخُوهُمْ هُودٌ أَلَا تَتَّقُونَ ﴿١٢٤﴾ |
| ১২৬। "তশেংবমক ঐসে থাজবা য়াবা রসুল অমনি নখোইদা," | إِنِّي لَكُمْ رَسُولٌ أَمِينٌ ﴿١٢٥﴾ |
| ১২৭। "মরমদুনা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং ঐনা হায়বা ইল্লু :" | فَاتَّقُوا اللَّهَ وَأَطِيعُونِ ﴿١٢٦﴾ |
| ১২৮। "অদুগা ঐনা হায়দে নখোইদা মনা-মথিন পীয়ু (ঐনা ধর্ম্ম পাওতাকপগী নখোইদা); ঐগী মনা-মথিন্দি লৈ মনাক্তা সংসার পুম্নমক্কী মপুগী।" | وَمَا أَسْأَلُكُمْ عَلَيْهِ مِنْ أَجْرٍ إِنْ أَجْرِيَ إِلَّا عَلَىٰ رَبِّ الْعَالَمِينَ ﴿١٢٧﴾ |
| ১২৯। "নখোইনা শাব্রা নীংশিঙনবগী খুদম (ফুরানচিংবা) অৱাংবা মফম খুদিংদা কান্নদবা মিংচৎকী ?" | أَتَبْنُونَ بِكُلِّ رِيعٍ آيَةً تَعْبَثُونَ ﴿١٢٨﴾ |
| ১৩০। "অমসুং নখোইনা শাব্রা কিল্লা (লানকলশিং নখোই মতমচুপ্পা লৈরগনি হায়না ?" | وَتَتَّخِذُونَ مَصَانِعَ لَعَلَّكُمْ تَخْلُدُونَ ﴿١٢٩﴾ |
| ১৩১। "অমসুং নখোইনা (কনাগুম্ববু) ফাজিনবা মতমদা, নখোইনা ফাজিল্লি মীওৎপা ওইনা (মী হেক মাঙননবা)।" | وَإِذَا بَطَشْتُمْ بَطَشْتُمْ جَبَّارِينَ ﴿١٣٠﴾ |
| ১৩২। মরমদুনা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং ঐনা হায়বা ইল্লু। | فَاتَّقُوا اللَّهَ وَأَطِيعُونِ ﴿١٣١﴾ |
| ১৩৩। "অদুগা কিয়ু মহাকপু মহাকনা তেংবাংবিখি নখোইবু লোয়নদা নখোইনা খঙবা পোৎ পুম্নমক্কা :" | وَاتَّقُوا الَّذِي أَمَدَّكُمْ بِمَا تَعْلَمُونَ ﴿١٣٢﴾ |
| ১৩৪। "মহাকনা তেংবাংবিখি নখোইবু (পীবিদুনা) মখোঙ মরি পানবা শাশিং অমসুং নাচা পিবাশিং," | أَمَدَّكُمْ بِأَنْعَامٍ وَبَنِينَ ﴿١٣٣﴾ |
| ১৩৫। "অমসুং হৈকোন-লৈকোনশিং অমসুং ঈফুৎশিং।" | وَجَنَّاتٍ وَعُيُونٍ ﴿١٣٤﴾ |

إِنِّيٓ أَخَافُ عَلَيۡكُمۡ عَذَابَ يَوۡمٍ عَظِيمٖ

১৩৬। তশেংবমক ঐনা কিবি নখোইবু ৱায়েল-চৈৱাক থাবিগদবদু অচৌবা নুমিৎ অমদা।

قَالُوا سَوَآءٌ عَلَيۡنَآ أَوَعَظۡتَ أَمۡ لَمۡ تَكُن مِّنَ الۡوَٰعِظِينَ

১৩৭। মখোইনা হায়খি ঃ "ঐখোইদা ইমান-মান্নে নংনা ৱারক-ৱাতেমলবসু ঐখোইবু নত্তগা নংনা ওইবিদ্রবসু ৱারক-ৱাতেন্বিবা (অমা)।"

إِنۡ هَٰذَآ إِلَّا خُلُقُ الۡأَوَّلِينَ

১৩৮। "মসি করিসু নত্তে মথাই-থাইনগী শজৎ নত্তনা."

وَمَا نَحۡنُ بِمُعَذَّبِينَ

১৩৯। "অমসুং ঐখোইদা থাবিরোই ৱায়েল-চৈৱাক করিমতা।"

فَكَذَّبُوهُ فَأَهۡلَكۡنَٰهُمۡ إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَأٓيَةً وَمَا كَانَ أَكۡثَرُهُم مُّؤۡمِنِينَ

১৪০। মরমদুনা মখোইনা য়াখিদে মহাকপু অমসুং ঐখোইনা মাঙ-তাকহনবিখি মখোইবু। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা (ৱাখল তৌনবগী), তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা অচুম্বা থাজদে।

وَإِنَّ رَبَّكَ لَهُوَ الۡعَزِيزُ الرَّحِيمُ

১৪১। অদুগা তশেংবমক নংগী মপু—মহাক্তি পাঙ্গলবনি, নুংশিহৈবনি।

৮ শুবা রুকূ

كَذَّبَتۡ ثَمُودُ الۡمُرۡسَلِينَ

১৪২। সমূদ (কাঙলুপ)না তৌবিখি (মখোইগী) রসুলশিংবু লৌশিং মীনম লাংথাকপশিংনি হায়না ;

إِذۡ قَالَ لَهُمۡ أَخُوهُمۡ صَٰلِحٌ أَلَا تَتَّقُونَ

১৪৩। মখোইগী মচিন-মনাও সালিহনা হায়খি ঃ "নখোই ধর্ম্ম লম্বীনরোই হায়রব্রা ?"

إِنِّي لَكُمۡ رَسُولٌ أَمِينٌ

১৪৪। "তশেংবমক ঐসে থাজবা য়াবা রসুল অমনি নখোইদা."

فَاتَّقُوا اللَّهَ وَأَطِيعُونِ

১৪৫। "মরমদুনা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং ঐনা হায়বা ইল্লু ;

وَمَآ أَسۡـَٔلُكُمۡ عَلَيۡهِ مِنۡ أَجۡرٍ إِنۡ أَجۡرِيَ إِلَّا عَلَىٰ رَبِّ الۡعَٰلَمِينَ

১৪৬। "অদুগা ঐনা হায়দে নখোইদা মনা-মথিন পীয়ু (ঐনা ধর্ম্ম পাওতাকপগী নখোইদা) ; ঐগী মনা-মথিন্দি লৈ মনাক্তা সংসার পুম্নমক্কী মপুগী।"

১৪৭। "(নখোইনা খনব্রা) নখোইবু হেক্তমক থাদোকপিরগনি খুদোংথীবা ইলৈ-লৈহন্দনা লৈরিবা অসিদা—"

أَتُتْرَكُونَ فِي مَا هَاهُنَا آمِنِينَ

১৪৮। "মরক্তা হৈকোন-লৈকোনশিংগী অমসুং ঈফুৎশিংগী,"

فِي جَنَّاتٍ وَعُيُونٍ

১৪৯। "অমসুং মহৈ-মরোংগী লৌবুকশিংগী অমসুং (মফম-মফমদা হৌরিবা রাংল-রাংলবা) খজুর পাম্বী ফজবা মহৈ-চরোং পানবশিংগী?"

وَزُرُوعٍ وَنَخْلٍ طَلْعُهَا هَضِيمٌ

১৫০। "অদুগা নখোইনা কক্ল-কক্লদুনা লৈফম শেম-শাই চীংজাওশিংদা য়াম্না হৈ-শিংনা।"

وَتَنْحِتُونَ مِنَ الْجِبَالِ بُيُوتًا فَارِهِينَ

১৫১। "মরমদুনা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং ঐনা হায়বা ইল্লু।"

فَاتَّقُوا اللَّهَ وَأَطِيعُونِ

১৫২। "অদুগা ইল্লগনু কা হেন্দোকপশিংনা হায়বদা,"

وَلَا تُطِيعُوا أَمْرَ الْمُسْرِفِينَ

১৫৩। "মখোইনা চহ্‌থোকই ফত্তবা মালেমথক্তা অমসুং (করিসু) তৌদে ফগৎহন্নবা মদু।"

الَّذِينَ يُفْسِدُونَ فِي الْأَرْضِ وَلَا يُصْلِحُونَ

১৫৪। মখোইনা হায়খি: "নংসে তশেংবমক মন্ত্র থাজনবিব্রবনি;"

قَالُوا إِنَّمَا أَنْتَ مِنَ الْمُسَحَّرِينَ

১৫৫। "নংসু মীনি ঐখোইগুম্বা: মরমদুনা পুরকও খুদম অমা, নংনা ওইরবদি অচুম্বা ঙাঙবা।"

مَا أَنْتَ إِلَّا بَشَرٌ مِثْلُنَا فَأْتِ بِآيَةٍ إِنْ كُنْتَ مِنَ الصَّادِقِينَ

১৫৬। মহাকনা হায়খি: (য়াম্না চুমই!) উট অমোমসে (নখোইগী খুদমনি): মাগী ঈশিং থকপগী লেং লৈ লেপখিবা নুমিৎ অমদা।

قَالَ هَاذِهِ نَاقَةٌ لَهَا شِرْبٌ وَلَكُمْ شِرْبُ يَوْمٍ مَعْلُومٍ

১৫৭। অদুগা ফত্তবা থোকহনগনু মঙোন্দা (শক্তিক চাবদা অমসুং ঈশিং থকপদা), মদু থোকপা তারবদি লাঙ্গোয় চনখিনি নখোইবু রায়েল-চৈরাকনা অচৌবা নুমিৎ অমগী।

وَلَا تَمَسُّوهَا بِسُوءٍ فَيَأْخُذَكُمْ عَذَابُ يَوْمٍ عَظِيمٍ

১৫৮। তৌইগুম্বসুং মখোইনা মফৈগল কক্লুনা মখোঙ তেকহনবিখি মাবু, অদুগী তুংদা মখোই নুংঙাইতবা ওইখি (মদু তৌরুবগী)।

فَعَقَرُوهَا فَأَصْبَحُوا نَادِمِينَ

فَأَخَذَهُمُ الْعَذَابُ ۗ إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَةً ۖ وَمَا كَانَ أَكْثَرُهُمْ مُؤْمِنِينَ ۝

১৫৯। মরমদুনা (রাশকপিখিবা) রায়েল-চৈরাকনা লাঙ্গোয় চনবিখি মখোইবু। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা (রাখল তৌনবগী), তৌই গুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা অচুম্বা থাজদে।

وَإِنَّ رَبَّكَ لَهُوَ الْعَزِيزُ الرَّحِيمُ ۝

১৬০। অদুগা তশেংবমক নংগী মপু—মহাক্তি পাঙ্গলবনি, নুংশিহৈবনি।

৯ শুবা রুকূ

كَذَّبَتْ قَوْمُ لُوطٍ الْمُرْسَلِينَ ۝

১৬১। লুতকী কাঙলুপনা তৌবিখি (মখোইগী) রসুলশিংবু লৌশিং মীনম লাংথাকপশিংনি হায়না ;

إِذْ قَالَ لَهُمْ أَخُوهُمْ لُوطٌ أَلَا تَتَّقُونَ ۝

১৬২। মখোইগী মচিন-মনাও লুতনা হায়খিঃ "নখোইবু ভক্তি ইতৌ-তৌরোইদ্রা ?"

إِنِّي لَكُمْ رَسُولٌ أَمِينٌ ۝

১৬৩। "তশেংবমক ঐসে থাজবা য়াবা রসুল অমনি নখোইদা."

فَاتَّقُوا اللَّهَ وَأَطِيعُونِ ۝

১৬৪। "মরমদুনা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং ঐনা হায়বা ইন্নু ;"

وَمَا أَسْأَلُكُمْ عَلَيْهِ مِنْ أَجْرٍ ۖ إِنْ أَجْرِيَ إِلَّا عَلَىٰ رَبِّ الْعَالَمِينَ ۝

১৬৫। "অদুগা ঐনা হায়দে নখোইদা মনা-মথিন পীয়ু (ঐনা ধর্ম্ম পাওতাকপগী নখোইদা) ; ঐগী মনা-মথিন্দি লৈ মনাক্তা সংসার পুম্নমক্কী মপুগী।"

أَتَأْتُونَ الذُّكْرَانَ مِنَ الْعَالَمِينَ ۝

১৬৬। "নখোইনা চঙব্রা নিপাশিংদা (ইন্দ্রিগী অপাম্বা থুংনবগী) সংসারগী মীশিংগী মরক্তা (কনানসু তৌনদবা অদু),"

وَتَذَرُونَ مَا خَلَقَ لَكُمْ رَبُّكُمْ مِنْ أَزْوَاجِكُمْ ۚ بَلْ أَنْتُمْ قَوْمٌ عَادُونَ ۝

১৬৭। "অমসুং থাদোকপ্রা নখোইগী নতালোইশিং নখোইগী মপুনা শেম্বিখিবদু নখোইগীদমক ? নত্তে, নখোই কা হেন্দোকপা কাঙবুনি (ধর্ম্ম জগত্তা)।"

قَالُوا لَئِنْ لَمْ تَنْتَهِ يَا لُوطُ لَتَكُونَنَّ مِنَ الْمُخْرَجِينَ ۝

১৬৮। মখোইনা হায়খিঃ "নংনা তোক্রবদি (ঙাঙ-শকপা ঐখোইগী ইথক্তা), হে লুত ! নং শোয়দনমক ওইগনি (অমা) তাথোকপিখ্রবশিংগী (ঐখোইগী শহরদগী)।

قَالَ إِنِّي لِعَمَلِكُم مِّنَ الْقَالِينَ ١٦٨

১৬৯। মহাকনা হায়খি: "ভশেংবমক ঐনা তুক্কচৈ নখোইগী থৌদৌসি।"

رَبِّ نَجِّنِي وَأَهْلِي مِمَّا يَعْمَلُونَ ١٦٩

১৭০। "ঐগী মপুও! ঙাকপিয়ু ঐবু অমসুং ঐগী তুং ইনবশিংবু মখোইনা লম্বীনরিবা (তুক্কচনঙাই ওইবা থবক)দগী।"

فَنَجَّيْنَاهُ وَأَهْلَهُ أَجْمَعِينَ ١٧٠

১৭১। মরমদুনা ঐখোইনা ঙাকপিখি মহাকপু অমসুং মহাক্কী মতুং ইনবশিংবু পুল্লপ্পা,

إِلَّا عَجُوزًا فِي الْغَابِرِينَ ١٧١

১৭২। নত্তনা নুপী অহল ওইরবী অমা তুংদা লৈথহৌবশিংগী মরক্তা।

ثُمَّ دَمَّرْنَا الْآخَرِينَ ١٧٢

১৭৩। অদুগী তুংদা ঐখোইনা মাঙ-তাকহনবিখি অতোপ্পা (পাপ্তা য়াওন্নবশিং)বু।

وَأَمْطَرْنَا عَلَيْهِم مَّطَرًا ۖ فَسَاءَ مَطَرُ الْمُنذَرِينَ ١٧٣

১৭৪। অদুগা ঐখোইনা চুহনবিখি মখোইগী মথক্তা (অকনবা নুংগী) নোং অমা: অদুনা ফত্তবনি চুখিবা নোংজু অদু (হান্না) চেকশন্নবা হায়বিত্রবশিংগী মথক্তা।

إِنَّ فِي ذَٰلِكَ لَآيَةً ۖ وَمَا كَانَ أَكْثَرُهُم مُّؤْمِنِينَ ١٧٤

১৭৫। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা (রাখল তৌনবগী), তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা অচুম্বা থাজদে।

وَإِنَّ رَبَّكَ لَهُوَ الْعَزِيزُ الرَّحِيمُ ١٧٥

১৭৬। অদুগা তশেংবমক নংগী মপু—মহাক্তি পাঙ্গলবনি, নুংশি-হৈবনি।

১০ শুবা রুকূ

كَذَّبَ أَصْحَابُ لْـَٔيْكَةِ الْمُرْسَلِينَ ١٧٦

১৭৭। উমংগী মীশিংনা তৌবিখি (মখোইগী) রসূলশিংবু লৌশিং মীনম লাংথাকপশিংনি হায়না:

إِذْ قَالَ لَهُمْ شُعَيْبٌ أَلَا تَتَّقُونَ ١٧٧

১৭৮। শুঐবনা হায়খি মখোইদা: "নখোইবু ভক্তি ইতৌ-তৌরোইদ্রা?"

إِنِّي لَكُمْ رَسُولٌ أَمِينٌ ١٧٨

১৭৯। "তশেংবমক ঐসে থাজবা য়াবা রসূল অমনি নখোইদা,"

فَاتَّقُوا اللَّهَ وَأَطِيعُونِ ١٧٩

১৮০। "মরমদুনা অল্লাহবু কিয়ু অমসুং ঐনা হায়বা ইল্লু:"

وَمَا أَسْأَلُكُمْ عَلَيْهِ مِنْ أَجْرٍ ۖ إِنْ أَجْرِيَ إِلَّا عَلَىٰ

১৮১। "অদুগা ঐনা হায়দে নখোইদা মনা-মথিন পীয়ু (ঐনা ধৰ্ম্ম পাওতাকপগী নখোইদা); ঐগী

رَبِّ الْعٰلَمِيْنَ ﴿١٨١﴾

মনা-মথিন্দি লৈ মনাক্তা সংসার পুম্নমক্কী মপুগী।"

أَوْفُوا الْكَيْلَ وَلَا تَكُوْنُوْا مِنَ الْمُخْسِرِيْنَ ﴿١٨٢﴾

১৮২। "পুরা রজন তৌ (রগা য়োম্ল) অমসুং ওইগনু ব্রাৎনা পীবশিং (পীফম থোকপদগী) ;"

وَزِنُوْا بِالْقِسْطَاسِ الْمُسْتَقِيْمِ ﴿١٨٣﴾

১৮৩। "অমসুং পুরা রজন তৌ অচুম্বা খলদা ;"

وَلَا تَبْخَسُوا النَّاسَ أَشْيَآءَهُمْ وَلَا تَعْثَوْا فِي الْأَرْضِ مُفْسِدِيْنَ ﴿١٨٤﴾

১৮৪। "অমসুং মীগী পোৎশিং (কদৌনুংদসু) ব্রাৎনা পীগনু (অমসুং নমথাক তৌগনু), অমসুং তৌগনু ফত্তবা মালেমদা, অমাঙবা চাইথোক্লুনা।"

وَاتَّقُوا الَّذِيْ خَلَقَكُمْ وَالْجِبِلَّةَ الْأَوَّلِيْنَ ﴿١٨٥﴾

১৮৫। "অদুগা কিয়ু (অল্লাহ) মহাকপু— মহাকনা শেম্বিখি নখোইবু অমসুং মমাংঙৈগী মীয়োনশিংবু।"

قَالُوْٓا إِنَّمَآ أَنْتَ مِنَ الْمُسَحَّرِيْنَ ﴿١٨٦﴾

১৮৬। মখোইনা হায়খি : "নংসে তশেংবমক মন্ত্র থাজিনবিখ্রবনি ;

وَمَآ أَنْتَ إِلَّا بَشَرٌ مِّثْلُنَا وَإِنْ نَّظُنُّكَ لَمِنَ الْكٰذِبِيْنَ ﴿١٨٧﴾

১৮৭। "অদুগা নংসু মীনি ঐখোইগুম্বা অমসুং ঐখোইনা থাজে নংসে (অমনি) লৌশিং মীনম লাংথাকপাশিংগী ;"

فَأَسْقِطْ عَلَيْنَا كِسَفًا مِّنَ السَّمَآءِ إِنْ كُنْتَ مِنَ الصّٰدِقِيْنَ ﴿١٨٨﴾

১৮৮। "মরমদুনা তাহল্লকও আসমানগী মচেৎ অমা (নীংথায়হন্দুনা) ঐখোইগী ইথক্তা, নংনা ওইরবদি অচুম্বা ডাঙবা।"

قَالَ رَبِّيْٓ أَعْلَمُ بِمَا تَعْمَلُوْنَ ﴿١٨٩﴾

১৮৯। শুঐবনা হায়খি : "ঐগী মপুনা মুন্না খঙই নখোইনা তৌবদু।"

فَكَذَّبُوْهُ فَأَخَذَهُمْ عَذَابُ يَوْمِ الظُّلَّةِ ۗ إِنَّهٗ كَانَ عَذَابَ يَوْمٍ عَظِيْمٍ ﴿١٩٠﴾

১৯০। মরমদুনা মখোইনা লাউথোকপিখি মহাকপু লৌশিং মীনম লাংথাকপনি হায়না। অদুগী তুংদা মমহনখিবা নুমিৎ অমগী রায়েল-চৈরাকনা লাঙ্গোয় চনবিখি মখোইবু। তশেংবমক মদু রায়েল-চৈরাকনি অচৌবা নুমিৎ অমগী।

إِنَّ فِيْ ذٰلِكَ لَاٰيَةً ۖ وَمَا كَانَ أَكْثَرُهُمْ مُّؤْمِنِيْنَ ﴿١٩١﴾

১৯১। তশেংবমক মসিদা লৈরে খুদম অমা (ব্রাখল তৌনবগী), তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা অচুম্বা থাজদে।

১৯২। অদুগা তশেংবমক নংগী মপু— মহাক্তি পাঙ্গলবনি, নুংশিহৈবনি।

وَاِنَّ رَبَّكَ لَهُوَ الْعَزِيْزُ الرَّحِيْمُ ﴿١٩٢﴾

১১ শুবা রুকূ

১৯৩। অদুগা মসি তশেংবমক ফোংদোকপিরকখিবনি সংসার পুম্নমক্কী মপুগী মায়কৈদগী।

وَاِنَّهُ لَتَنْزِيْلُ رَبِّ الْعٰلَمِيْنَ ﴿١٩٣﴾

১৯৪। মসি পুথবিরকখি থাজবা য়াবা থরাই (জিব্রীল)না,

نَزَلَ بِهِ الرُّوْحُ الْاَمِيْنُ ﴿١٩٤﴾

১৯৫। নংগী নথম্মোইদা অদুনা নং ওইবা য়ানবা চেকশন্নবা হায়বিবা তামা,

عَلٰى قَلْبِكَ لِتَكُوْنَ مِنَ الْمُنْذِرِيْنَ ﴿١٩٥﴾

১৯৬। (মসি ফোংদোকপিখি নংগী নমা লোল) তশেং-তশেংবা অরবী লোলদা।

بِلِسَانٍ عَرَبِيٍّ مُّبِيْنٍ ﴿١٩٦﴾

১৯৭। অদুগা মসি তশেংনমক (পনবিগ্রে) মমাংঙৈগী ধর্ম্ম-গ্রন্থশিংদা।

وَاِنَّهُ لَفِيْ زُبُرِ الْاَوَّلِيْنَ ﴿١٩٧﴾

১৯৮। মসিবু নত্তব্রা খুদম তামা মখোইদা মদুদি ইস্রাঈল মচাশিংগী মরক্তা অখঙ-তাহৈবশিংনা খঙই মদু ?

اَوَلَمْ يَكُنْ لَّهُمْ اٰيَةً اَنْ يَّعْلَمَهُ عُلَمٰٓؤُا بَنِيْٓ اِسْرَآءِيْلَ ﴿١٩٨﴾

১৯৯। অদুগা ঐখোইনা করিগুম্বা থাবিরমলবদি মদু অরবী নত্তবা মী তামদা,

وَلَوْ نَزَّلْنٰهُ عَلٰى بَعْضِ الْاَعْجَمِيْنَ ﴿١٩٩﴾

২০০। অমসুং মহাকনা পাক্লা মদু তাহল্লম্বদা মখোইবু, কদৌনুংদসু মখোইনা থাজরম্মোই মদু।

فَقَرَاَهُ عَلَيْهِمْ مَّا كَانُوْا بِهِ مُؤْمِنِيْنَ ﴿٢٠٠﴾

২০১। অসুম্না ঐখোইনা চঙহনবিখি (অচুম্বা থাজদবা) মথম্মোইনুংদা পাপীশিংগী।

كَذٰلِكَ سَلَكْنٰهُ فِيْ قُلُوْبِ الْمُجْرِمِيْنَ ﴿٢٠١﴾

২০২। মখোই থাজররোই মদু মখোইনা উদরিবা ফাওবা অরাবগী মশক ওইরবা দণ্ড পীবা।

لَا يُؤْمِنُوْنَ بِهِ حَتّٰى يَرَوُا الْعَذَابَ الْاَلِيْمَ ﴿٢٠٢﴾

২০৩। মরমদুনা মদু লাক্কনি মখোইদা ইখঙ-খঙহৌদনা মখোইনা করিসু খঙহৌদবদা।

فَيَأْتِيَهُمْ بَغْتَةً وَّهُمْ لَا يَشْعُرُوْنَ ﴿٢٠٣﴾

২০৪। মতমদুদা মখোইনা হায়গনি ঃ "ঐখোইদা মতম খরা য়েথোকপিগদ্রা ?"

فَيَقُوْلُوْا هَلْ نَحْنُ مُنْظَرُوْنَ ﴿٢٠٤﴾

২০৫। করি! মখোইনা হোৎনব্রা থুনা থোকহন্নবা ঐখোইগী রায়েল-চৈরাক ?

أَفَبِعَذَابِنَا يَسْتَعْجِلُونَ

২০৬। নংনা খনব্রা ঐখোইনা শরুক্কুহনবিগনি মখোইবু নুংঙাই-য়াইফবা (হন্দক্কী মপোক্কী) চহি কয়াদং,

أَفَرَءَيْتَ إِن مَّتَّعْنَٰهُمْ سِنِينَ

২০৭। অদুগী তুংদা লাকহনবিগনি মখোইদা (রায়েল-চৈরাক) রাশকপিখিবদু মখোইদা,

ثُمَّ جَآءَهُم مَّا كَانُوا۟ يُوعَدُونَ

২০৮। (মতম খরা) মখোইবু নুংঙাইহনবিখিবা অদুনা করিসু কান্নহনখিদে মখোইবু।

مَآ أَغْنَىٰ عَنْهُم مَّا كَانُوا۟ يُمَتَّعُونَ

২০৯। অদুগা কদৌনুংদসু ঐখোইনা মাঙ-তাকহনখিদে শহর অমতা (হান্ননা) মাবু চেকশনহন্নবগী পাওমেনবা মীশিং থাবিদদুনা।

وَمَآ أَهْلَكْنَا مِن قَرْيَةٍ إِلَّا لَهَا مُنذِرُونَ

২১০। (অসুম্না তৌবিখি অদুনা মখোইনা) চেকশনজনবা: অমসুং ঐখোইনা কদৌনুংদসু তৌবিদে চুমদবা।

ذِكْرَىٰ وَمَا كُنَّا ظَٰلِمِينَ

২১১। অদুগা শৈতানশিংনা পুথরকখিদে (কুরআন) অসি;

وَمَا تَنَزَّلَتْ بِهِ ٱلشَّيَٰطِينُ

২১২। অমসুং মখোই মতিক চাদে মদুগী নত্তগা মখোই মপাঙ্গল লৈতে (পুগোকপা অসিগুম্বা কিতাব অমা)।

وَمَا يَنۢبَغِى لَهُمْ وَمَا يَسْتَطِيعُونَ

২১৩। তশেংবমক মখোইবু থিংবিখ্রে তাবদগী (মদু)।

إِنَّهُمْ عَنِ ٱلسَّمْعِ لَمَعْزُولُونَ

২১৪। মরমদুনা কৌগনু কনাগুম্বা খোয়ম লাই অমতা অল্লাহগা লোয়নননা, অদু ওইরবদি নংসু ওইখিগনি (অমা) অরাফম তাহনবিখ্রবা মখোইদুগী।

فَلَا تَدْعُ مَعَ ٱللَّهِ إِلَٰهًا ءَاخَرَ فَتَكُونَ مِنَ ٱلْمُعَذَّبِينَ

২১৫। অমসুং চেকশন্নবা হায়বিয়ু নংগী অনকপা মরী-মতাশিংবু,

وَأَنذِرْ عَشِيرَتَكَ ٱلْأَقْرَبِينَ

২১৬। অমসুং নেমথবিয়ু নংগী নুংশিবগী নপাম্বোম নতুং ইনবা অচুম্বা থাজবশিংগীদমক।

وَٱخْفِضْ جَنَاحَكَ لِمَنِ ٱتَّبَعَكَ مِنَ ٱلْمُؤْمِنِينَ

২১৭। তৌইগুম্বসুং মখোইনা থব-শি-কারল রা

فَإِنْ عَصَوْكَ فَقُلْ إِنِّي بَرِيٓءٌ مِّمَّا تَعْمَلُونَ ۝٢١٦

তৌরকলবদি নংঙোন্দা, মতমদুদা হায়য়ুঃ "ঐনা থাদোকচরে মরী পুম্নমক নখোইনা তৌবা (থবক)গী।"

وَتَوَكَّلْ عَلَى الْعَزِيزِ الرَّحِيمِ ۝٢١٧

২১৮। অদুগা নং আশা তৌ পাঙ্গলবা, নুংশিহেবা (মপু)দা,

الَّذِي يَرَىٰكَ حِينَ تَقُومُ ۝٢١٨

২১৯। মহাকনা উই নংবু (নমাজ তৌগদবগী) নংনা হৌগৎপদা,

وَتَقَلُّبَكَ فِي السَّٰجِدِينَ ۝٢١٩

২২০। অমসুং (উই) নংগী ফিবম (অমদি মতৌ) সজদহ তৌবশিংগী মরক্তা।

إِنَّهُۥ هُوَ السَّمِيعُ الْعَلِيمُ ۝٢٢٠

২২১। তশেংবমক মহাক্তি পোৎ পুম্নমক তাবনি, পোৎ পুম্নমক খঙবনি।

هَلْ أُنَبِّئُكُمْ عَلَىٰ مَن تَنَزَّلُ الشَّيَٰطِينُ ۝٢٢١

২২২। ঐনা তাকসিরা নখোইদা (হে মীওই-বশিং!) কনাগী মথক্তা শৈতান কুমথরকপগে?

تَنَزَّلُ عَلَىٰ كُلِّ أَفَّاكٍ أَثِيمٍ ۝٢٢٢

২২৩। মখোই (মশিঞ্জাং ওইনা) কুমথরকই মীনমজাওবা (অমসুং) পাপী খুদিংদা,

يُلْقُونَ السَّمْعَ وَأَكْثَرُهُمْ كَٰذِبُونَ ۝٢٢٣

২২৪। মখোইনা পাওদম্মি (অতোপ্পদা) মখোইনা তাবদু অমসুং মখোই অয়াম্বনা লৌশিং মীনম লাংথাকপশিংনি।

وَالشُّعَرَآءُ يَتَّبِعُهُمُ الْغَاوُۥنَ ۝٢٢٤

২২৫। অদুগা কবিশিংদি (মালং শাথৌবনি)— অশোয়রম খোঙফম্নবশিংনা তুংইল্লি মখোইগী।

أَلَمْ تَرَ أَنَّهُمْ فِي كُلِّ وَادٍ يَهِيمُونَ ۝٢٢٥

২২৬। নং উদত্রা মখোইনা মায়কৈ-শলাই খঙদনা কোয়চৎ-চৎপা লমহাং-লমজাও খুদিংদা (পান্দম করিসু লৈতনা),

وَأَنَّهُمْ يَقُولُونَ مَا لَا يَفْعَلُونَ ۝٢٢٦

২২৭। অমসুং মখোইনা ভাঙ-শকই মখোই (মশা)না তৌদবদু?

إِلَّا الَّذِينَ ءَامَنُوا۟ وَعَمِلُوا۟ الصَّٰلِحَٰتِ وَذَكَرُوا۟ اللَّهَ كَثِيرًا وَانتَصَرُوا۟ مِنۢ بَعْدِ مَا ظُلِمُوا۟ ۗ وَسَيَعْلَمُ الَّذِينَ ظَلَمُوٓا۟ أَىَّ مُنقَلَبٍ يَنقَلِبُونَ ۝٢٢٧

২২৮। নত্তনা মখোইদু অচুম্বা থাজরবা অমসুং অফবা থবকশিং লম্বীনরবা অমসুং অল্লাহবু যাম্না নীংশিঙবা অমসুং মখোইনা লমল খুম্বা মখোইবু ওৎ-নৈবিত্রবা মতুংদা। অদুগা অরানবা লম্বীনবশিংনা থুনমক খঙলগনি করম্বা মহনফমদা মখোই হনগদৌরিবা।




সূরহ ২৭ অল-নমল

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৯৪ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। অশেংবা মপু পোৎ পুম্নমক তাবা (তাহের, সমী'অ)। পুম্নমকসি শৈরেংশিংনি কুরআনগী অমসুং তশেং-তশেংবা কিতাবকী,

طٰسٓ تِلْكَ اٰيٰتُ الْقُرْاٰنِ وَكِتَابٍ مُّبِيْنٍ ②

৩। লমজিংনি অমসুং হরাওবা পাওজেন্নি অচুম্বা থাজবা মীওইশিংদা.

هُدًى وَّبُشْرٰى لِلْمُؤْمِنِيْنَ ③

৪। মখোইনা চাং নাইনা তৌই নমাজ অমসুং পী জকাত অমসুং চেৎনা থাজে শিরবা মতুংগী পুন্সিদা।

الَّذِيْنَ يُقِيْمُوْنَ الصَّلٰوةَ وَيُؤْتُوْنَ الزَّكٰوةَ وَهُمْ بِالْاٰخِرَةِ هُمْ يُوْقِنُوْنَ ④

৫। তশেংবমক, শিরবা মতুংগী পুন্সিদা থাজদবশিং মখোইদু, ঐখোইনা উহনবিখ্রে মখোইগী (পাপ চেনবা) থবকশিংদু ফজবা ওইনা মখোইদা, মরমদুনা মখোই কোয়চৎ-চৎলি (থৌশা-রাশাদনা)।

اِنَّ الَّذِيْنَ لَا يُؤْمِنُوْنَ بِالْاٰخِرَةِ زَيَّنَّا لَهُمْ اَعْمَالَهُمْ فَهُمْ يَعْمَهُوْنَ ⑤

৬। মখোইসি ফংগনি ফত্তবা রায়েল-চৈরাক (পুন্সি অসিদা) অমসুং মখোই শরুক্কগদৌরি য়াম্না অমাংবা শিরবা মতুংগী পুন্সিদা

اُولٰٓئِكَ الَّذِيْنَ لَهُمْ سُوْٓءُ الْعَذَابِ وَهُمْ فِي الْاٰخِرَةِ هُمُ الْاَخْسَرُوْنَ ⑥

৭। তশেংবমক নংগোন্দা পীবিখি কুরআন খ্বাইদগী হেন্না অশিংবা, পোৎ পুম্নমক খঙবা (অল্লাহ)দগী।

وَاِنَّكَ لَتُلَقَّى الْقُرْاٰنَ مِنْ لَّدُنْ حَكِيْمٍ عَلِيْمٍ ⑦

৮। (নীংশিঙঙু মতমদু) মুসানা হায়খি মহাক্কী ইমুংগী মীশিংদাঃ "তশেংবমক ঐনা উরে মৈ অমা। ঐনা পুরক্কনি নখোইদা মফম অদুদগী পাও খরা নত্তগা ঐনা পুরক্কনি নখোইদা অচাকপা মৈহুম অমা, অদুনা নখোইনা নশা (হায়ফেত্তং) শাগৎহন্নবা।"

اِذْ قَالَ مُوْسٰى لِاَهْلِهٖٓ اِنِّيْٓ اٰنَسْتُ نَارًا ۭ سَاٰتِيْكُمْ مِّنْهَا بِخَبَرٍ اَوْ اٰتِيْكُمْ بِشِهَابٍ قَبَسٍ لَّعَلَّكُمْ تَصْطَلُوْنَ ⑧

فَلَمَّا جَآءَهَا نُوْدِيَ اَنْۢ بُوْرِكَ مَنْ فِي النَّارِ وَ مَنْ حَوْلَهَا ؕ وَسُبْحٰنَ اللّٰهِ رَبِّ الْعٰلَمِيْنَ ۝

৯। মরমদুনা মহাকনা লাকখিবদা (মৈঙাল) অদুগী মনাক্তা, মহাকপু কৌরকখি খোঞ্জেল অমনা (অসি হায়দুনা): "য়াইফবনি মৈ (গী মঙাল)দা লৈবা মহাকদু অমসুং মদুগী অকোয়বদা লৈবা মখোইদুসু। অদুগা অশেংবনি অল্লাহদি, মপুনি সংসার পুম্নমক্কী!

يٰمُوْسٰۤى اِنَّهٗۤ اَنَا اللّٰهُ الْعَزِيْزُ الْحَكِيْمُ ۝

১০। "হে মুসা! থাঙ্গৈশেংবমক ঐ অল্লাহনি, পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

وَاَلْقِ عَصَاكَ ؕ فَلَمَّا رَاٰهَا تَهْتَزُّ كَاَنَّهَا جَآنٌّ وَّلّٰى مُدْبِرًا وَّلَمْ يُعَقِّبْ ؕ يٰمُوْسٰى لَا تَخَفْ ۫ اِنِّيْ لَا يَخَافُ لَدَيَّ الْمُرْسَلُوْنَ ۝

১১। "অদুগা লংথোকও নংগী পায়না-চৈগুদু।" মরমদুনা (মহাকনা লংথোকখ্রবদা মদু) মহাকনা উখি মদু জ্-জ্ চৎপা লিনগুম্না, (অদুদা) মহাক তুং হন্দোরকখি অমসুং (মমায় ওনশিন্দুনা) হন্না য়েংখিদে। (মহাক্কী মতৌ অদুদা অসি হায়বিখি:) "হে মুসা! কিগনু (ঐ লোয়নবিরি নংগা)। তশেংবমক রসুলশিং কিনঙাই লৈতে ঐগী ইনাক্তা,

اِلَّا مَنْ ظَلَمَ ثُمَّ بَدَّلَ حُسْنًۢا بَعْدَ سُوْٓءٍ فَاِنِّيْ غَفُوْرٌ رَّحِيْمٌ ۝

১২। নত্তগা কনাগুম্বনা অরানবা তৌখ্রবা মতুংদা (মশাবু চুমথোকচদুনা) অফবা লম্বীনরবা ফত্তবগী মহুত্তা; (অসিগুম্বা মীওইদা) ঐদি তশেংবমক য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

وَاَدْخِلْ يَدَكَ فِيْ جَيْبِكَ تَخْرُجْ بَيْضَآءَ مِنْ غَيْرِ سُوْٓءٍ ۟ فِيْ تِسْعِ اٰيٰتٍ اِلٰى فِرْعَوْنَ وَقَوْمِهٖ ؕ اِنَّهُمْ كَانُوْا قَوْمًا فٰسِقِيْنَ ۝

১৩। অদুগা থম্মু নংগী নখুম্ব্র নংগী শেগ্রাক্তা (লোৎশিন্দুনা); মদু (শত্তোরকপদা) ঙৌশ্রোক ঙৌগনি, করিসু অনাবা ওইদনা। মসি অমনি খুদম মাপনগী মরক্তা (নংনা উৎকদৌরিবা) ফিরঔন্দা অমসুং মহাক্কী মীশিংদা। তশেংবমক মখোই কা হেন্দোকপা মীশিংনি।

فَلَمَّا جَآءَتْهُمْ اٰيٰتُنَا مُبْصِرَةً قَالُوْا هٰذَا سِحْرٌ مُّبِيْنٌ ۝

১৪। মরমদুনা ঐখোইগী উবা ফংবা খুদমশিং লাকখ্রবা মতমদা মখোইদা, মখোইনা (মপুকনিং ঈরৈ চন্দুনা) হায়খি: "মসি তশেং-তশেংবা মিত্তুংনি।"

وَجَحَدُوْا بِهَا وَاسْتَيْقَنَتْهَآ اَنْفُسُهُمْ ظُلْمًا وَّعُلُوًّا ؕ

১৫। অদুগা মখোইনা য়াখিদে মখোইদুবু চুমদনা অমসুং মচোংপাক নাইদনা, মখোইগী মথরাই-শিংনদি য়াখ্রবসু মখোইদা (অচুম্বনি হায়না অল্লাহদগী)। মরমদুনা য়েংউ! করি পোক্লোই

فَانْظُرْ كَيْفَ كَانَ عَاقِبَةُ الْمُفْسِدِيْنَ ⑭

থোকখিবা ফত্তনবা থৌরাংবশিংগী।

২ শুবা রুকূ

وَلَقَدْ اٰتَيْنَا دَاوٗدَ وَسُلَيْمٰنَ عِلْمًا ۚ وَقَالَا الْحَمْدُ لِلّٰهِ الَّذِيْ فَضَّلَنَا عَلٰى كَثِيْرٍ مِّنْ عِبَادِهِ الْمُؤْمِنِيْنَ ⑮

১৬। অদুগা (মমাংঙৈদা) ঐখোইনা তশেংবমক পীখি জ্ঞান দাউদ অমসুং সুলৈমান (মপা মচা)দা, অমসুং মখোইনা হায়খিঃ "থাগৎলিবা পুম্নমক অল্লাহবুনি, মহাকনা রাংনা থাঙ্গৎপিখি ঐখোইবু মথক্তা মহাক্কী অচুম্বা থাজবা অয়াম্বা মনাইশিংগী।"

وَوَرِثَ سُلَيْمٰنُ دَاوٗدَ وَقَالَ يٰۤاَيُّهَا النَّاسُ عُلِّمْنَا مَنْطِقَ الطَّيْرِ وَاُوْتِيْنَا مِنْ كُلِّ شَيْءٍ ۗ اِنَّ هٰذَا لَهُوَ الْفَضْلُ الْمُبِيْنُ ⑯

১৭। অদুগা সুলৈমান্না ওইখি রারিস দাউদকী অমসুং মহাকনা হায়খিঃ "হে মীওইবশিং! (অল্লাহগী মায়কৈদগী) ঐখোইবু তম্বি চেকলা-উচেকশিংগী মরোল, অমসুং ঐখোইদা পীনবি পোৎ পুম্নমক। থাঙ্গেশেংবমক মসি তশেং-তশেংবা থৌজালনি (অল্লাহগী)।"

وَحُشِرَ لِسُلَيْمٰنَ جُنُوْدُهٗ مِنَ الْجِنِّ وَالْاِنْسِ وَالطَّيْرِ فَهُمْ يُوْزَعُوْنَ ⑰

১৮। অদুগা পুল্লপল্লা তিল্লম্মী সুলৈমানগী মনাক্তা মহাক্কী লাম্মী তেঙ্গোল জিনশিংগী অমসুং মীশিংগী অমসুং উচেকশিংগী, অমসুং মখোই শেমলম্মী (তোঙান-তোঙানবা) কাঙলুপশিং (অমসুং পরেং নাইনা চৎলম্মী).—

حَتّٰۤى اِذَاۤ اَتَوْا عَلٰى وَادِ النَّمْلِ ۙ قَالَتْ نَمْلَةٌ يّٰۤاَيُّهَا النَّمْلُ ادْخُلُوْا مَسٰكِنَكُمْ ۚ لَا يَحْطِمَنَّكُمْ سُلَيْمٰنُ وَجُنُوْدُهٗ ۙ وَهُمْ لَا يَشْعُرُوْنَ ⑱

১৯। য়ৌবফাওবা মখোইনা লাকখ্রবদা নমল (কাঙলুপকী লৈফম) তমপাকলমদা, নমলগী মীকোক অমনা (লাম্মীশিংগী মশকফম উবদা) হায়খিঃ "হে নমলশিং! নখোই চঙশিল্লু নযুমশিংদা, থোক্তনবা সুলৈমান অমসুং মহাক্কী তেঙ্গোলনা তকখায়বা নখোইবু, মখোইনা করিসু খঙহৌদবদা।"

فَتَبَسَّمَ ضَاحِكًا مِّنْ قَوْلِهَا وَقَالَ رَبِّ اَوْزِعْنِيْۤ اَنْ اَشْكُرَ نِعْمَتَكَ الَّتِيْۤ اَنْعَمْتَ عَلَيَّ وَعَلٰى وَالِدَيَّ وَاَنْ اَعْمَلَ صَالِحًا تَرْضٰىهُ وَاَدْخِلْنِيْ بِرَحْمَتِكَ

২০। মদু (তারব)দা (সুলৈমান) মহাক মোমোন নোকলম্মী, নোকনীংবা ফাওদুনা (নমল) মহাক্কী মরাহৈদা অমসুং হায়খিঃ "ঐগী মপু! পীনবিয়ু ঐবু (রাখল অমসুং পাঙ্গল) তৌবিমল খঙবা উৎচনবা নহাক্কী থৌজালগী নহাকনা পীবিখিবদু ঐঙোন্দা অমসুং ঐগী অপোকপা অপোকপীদা, অমসুং ঐনা অফবা তৌনবা অদুনা নহাকনা

فِىۡ عِبَادِكَ الصّٰلِحِيۡنَ ۝١٩

য়াবিনবা অমসুং চঙহলবিয়ু ঐবু নহাক্কী থৌজালনা, মরক্তা নহাক্কী ধর্ম্ম লৈবা ননাইশিংগী।"

وَ تَفَقَّدَ الطَّيۡرَ فَقَالَ مَالِىَ لَاۤ اَرَى الۡهُدۡهُدَ ۖ اَمۡ كَانَ مِنَ الۡغَآئِبِيۡنَ ۝٢٠

২১। অমসুং মহাকনা য়েংলম্মী উচেক (লাম্মী) শিংবু, অদুগী মতমদা হায়খিঃ "করি মরম লৈবা ঐনা উদে হুদহুদবু? মহাকপু য়াওখ্রব্রা মরক্তা লাক্তবশিংগী?

لَاُعَذِّبَنَّهٗ عَذَابًا شَدِيۡدًا اَوۡ لَاَاذۡبَحَنَّهٗۤ اَوۡ لَيَاۡتِيَنِّىۡ بِسُلۡطٰنٍ مُّبِيۡنٍ ۝٢١

২২। "ঐনা শোয়দনমক ৱারকপিগনি মহাকপু অকনবা চৈরাক থাবিদুনা নত্তগা ঐনা হাৎপিগনি মহাকপু, মহাকনা পুরক্তবদি ঐঙোন্দা তশেংবা মরম (মহাকনা লাক্তবগী)।"

فَمَكَثَ غَيۡرَ بَعِيۡدٍ فَقَالَ اَحَطْتُّ بِمَا لَمۡ تُحِطۡ بِهٖ وَجِئۡتُكَ مِنۡ سَبَاٍۢ بِنَبَاٍ يَّقِيۡنٍ ۝٢٢

২৩। তৌইগুম্বসুং মহাক মতম কুইনা থীংথরকখিদে (অমসুং হাজির তৌখি). মতমদুদা হঙ্গৎচখিঃ "ঐনা ফংখি (পোৎ অমা) মদুংনহাকনা (হৌজিক ফাওবা) ফংদরি; অমসুং ঐ লাকচরি নংঙোন্দা লমলেন সবাদগী শোয়দবা পাও অমগা লোয়নননা।

اِنِّىۡ وَجَدْتُّ امۡرَاَةً تَمۡلِكُهُمۡ وَاُوۡتِيَتۡ مِنۡ كُلِّ شَىۡءٍ وَّلَهَا عَرۡشٌ عَظِيۡمٌ ۝٢٣

২৪। "ঐনা ফংখি (মফম অদুদা) নুপী অমনা লৈঙাকপা, অমসুং মহাকপু পীনবি (দরকার ওইবা) পোৎ পুম্নমক (লৈবাক অমা পান্নবগী) অমসুং মহাক্কী লৈ অচৌবা সিংহাসন অমা।

وَجَدْتُّهَا وَقَوۡمَهَا يَسۡجُدُوۡنَ لِلشَّمۡسِ مِنۡ دُوۡنِ اللّٰهِ وَزَيَّنَ لَهُمُ الشَّيۡطٰنُ اَعۡمَالَهُمۡ فَصَدَّهُمۡ عَنِ السَّبِيۡلِ فَهُمۡ لَا يَهۡتَدُوۡنَ ۝٢٤

২৫। "ঐনা ফংখি মহাক অমসুং মহাক্কী মীশিংনা পূজা তৌবা সূর্য্য নুমিৎপু অল্লাহগী মহুত্তা, অমসুং শৈতান্না উহনবিখ্রে মখোইদা ফজবগুম্বা মখোইগী থবকশিংদু অমসুং থিংবিখ্রে মখোইবু (অচুম্বা) লম্বীদগী, অদুনা মখোই তুংইন্দে লমজিং।

اَلَّا يَسۡجُدُوۡا لِلّٰهِ الَّذِىۡ يُخۡرِجُ الۡخَبۡءَ فِى السَّمٰوٰتِ وَالۡاَرۡضِ وَيَعۡلَمُ مَا تُخۡفُوۡنَ وَمَا تُعۡلِنُوۡنَ ۝٢٥

২৬। "অদুনা মখোইনা ভক্তি কত্তে অল্লাহদা, মহাকনা পুথোকপি অরোনবশিং আসমান অমসুং পৃথিবীগী, অমসুং মহাকনা খঙই নখোইনা লোৎশিনবসু অমসুং নখোইনা ফোংদোকপসু।

اَللّٰهُ لَاۤ اِلٰهَ اِلَّا هُوَ رَبُّ الۡعَرۡشِ الۡعَظِيۡمِ ۩ ۝٢٦

২৭। অল্লাহ, লৈতে চীঙু লাই কনামতা মহাক নত্তবা, (মহাক্তি) মপুনি অচৌবা (শক্তিগী) সিংহাসনগী।"

সজদা

২৮। সুলৈমান্না হায়খি ঃ (ফরে) ঐখোইনা য়েংগনি নংনা অচুম্বা ডাঙব্রা নত্ত্রগা নং মীনম্বা ডাঙবা (মী) বা।

قَالَ سَنَنْظُرُ اَصَدَقْتَ اَمْ كُنْتَ مِنَ الْكٰذِبِيْنَ ﴿٢٧﴾

২৯। নং চৎলু ঐগী চিঠি অসি পুরদুনা অমসুং পীয়ু মসি মখোইদা, অদুগী তুংদা নং হন্দোরকও মখোইদগী অমসুং য়েংউ মখোইনা করি (পাওখুম) হল্লকপা।

اِذْهَبْ بِّكِتٰبِيْ هٰذَا فَاَلْقِهْ اِلَيْهِمْ ثُمَّ تَوَلَّ عَنْهُمْ فَانْظُرْ مَاذَا يَرْجِعُوْنَ ﴿٢٨﴾

৩০। (মহারাণী) মহাকনা হায়খি (চিঠি অদু ফংখিবদা) ঃ হো অঙম্বশিং ! ঈকাইখুম্নবগী মশক ওইরবা চিঠি অমা পীররে ঐঙোন্দা।

قَالَتْ يٰۤاَيُّهَا الْمَلَؤُا اِنِّيْۤ اُلْقِيَ اِلَيَّ كِتٰبٌ كَرِيْمٌ ﴿٢٩﴾

৩১। মসি সুলৈমান্দগীনি, অমসুং (মরোলদি অসুম্না রাহৌবিরি ঃ) "হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা ;"

اِنَّهٗ مِنْ سُلَيْمٰنَ وَاِنَّهٗ بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ﴿٣٠﴾

৩২। (অসুম্না রারোয়বিরি ঃ) "পোংথোক-চাউথোকপা তৌগনু ঐঙোন্দা তৌইগুম্বসুং চঙজরকও ঐঙোন্দা।"

ع اَلَّا تَعْلُوْا عَلَيَّ وَاْتُوْنِيْ مُسْلِمِيْنَ ﴿٣١﴾

৩ শুবা রুকূ

৩৩। মহারাণীনা হায়খি ঃ "হো অঙম্বশিং ! পাওতাক পীয়ু ঐগী থবক অসিদা ; ঐনা কদৌঙেদসু রা লেপ্পে থবক অমতা নখোই য়াওদনা (অমসুং তাকপিয়ু নখোইগী মত হৌজিক করি তৌসিবা)।"

قَالَتْ يٰۤاَيُّهَا الْمَلَؤُا اَفْتُوْنِيْ فِيْۤ اَمْرِيْ مَا كُنْتُ قَاطِعَةً اَمْرًا حَتّٰى تَشْهَدُوْنِ ﴿٣٢﴾

৩৪। মখোইনা পাওখুমখি ঃ "ঐখোই শামু পাঙ্গলনবনি অমসুং (শাফম লানফমদা) থৌনা ফবনি, তৌইগুম্বসুং হুকুমদি নহাক্কীনি, মরম অদুনা তাকপিয়ু নহাকনা করি হুকুম পামলিবা।"

قَالُوْا نَحْنُ اُولُوْا قُوَّةٍ وَّ اُولُوْا بَاْسٍ شَدِيْدٍ ۙ۬ وَّ الْاَمْرُ اِلَيْكِ فَانْظُرِيْ مَاذَا تَاْمُرِيْنَ ﴿٣٣﴾

৩৫। মহারাণীনা হায়খি ঃ "তশেংবমক নিংথৌশিংনা চঙলবদি লৈবাক অমদা, লুট তৌই মদু অমসুং মফম অদুগী অচৌ অশাংশিং লৈখা তাহল্লি ; অমসুং অসুম্না মখোইনা তৌরগনি (ঐখোইদা)।

قَالَتْ اِنَّ الْمُلُوْكَ اِذَا دَخَلُوْا قَرْيَةً اَفْسَدُوْهَا وَجَعَلُوْۤا اَعِزَّةَ اَهْلِهَاۤ اَذِلَّةً ۚ وَكَذٰلِكَ يَفْعَلُوْنَ ﴿٣٤﴾

৩৬। "তৌইগুম্বসুং ঐনা শোয়দনমক থাগনি খুদোল অমা (অচৌবা) মখোইদা অমসুং য়েংগনি

وَاِنِّيْ مُرْسِلَةٌ اِلَيْهِمْ بِهَدِيَّةٍ فَنٰظِرَةٌۢ بِمَ يَرْجِعُ

سُوْرَةُ الطُّوْرِ مَكِّيَّةٌ (٥٢)

অল- তূর সূরহ ৫২

(হিজরী মমাংদা থাখি. আয়াত মশিং ৫০ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

وَالطُّوْرِ ②

২। কসমনি চীংজাওগী,

وَكِتٰبٍ مَّسْطُوْرٍ ③

৩। অমসুং অইবা কিতাবকী,

فِيْ رَقٍّ مَّنْشُوْرٍ ④

৪। তিংথোকলবা চেগোন্দা,

وَّالْبَيْتِ الْمَعْمُوْرِ ⑤

৫। অমসুং তোয়না চৎপা য়ুমজাওগী,

وَالسَّقْفِ الْمَرْفُوْعِ ⑥

৬। অমসুং রাংহনবিখ্রবা য়ুমথক্কী,

وَالْبَحْرِ الْمَسْجُوْرِ ⑦

৭। অমসুং শ্বাই-শ্বাই পাখৎলবা সমুদ্রগী,

اِنَّ عَذَابَ رَبِّكَ لَوَاقِعٌ ⑧

৮। তশেংবমক লাক্কনি নংগী মপুগী রায়েল-চৈরাক,

مَّا لَهٗ مِنْ دَافِعٍ ⑨

৯। কনা অমতা লৈতে থিংবা ঙম্বা মদু,

يَّوْمَ تَمُوْرُ السَّمَآءُ مَوْرًا ⑩

১০। নুমিৎ অদুদা স্বর্গনা অকিবগী মশক ওইনা সোর মপী হোনগনি,

وَّتَسِيْرُ الْجِبَالُ سَيْرًا ⑪

১১। অমসুং চীংজাওশিং অকিবগী খুনীক নীক্কনি।

فَوَيْلٌ يَّوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِيْنَ ⑫

১২। মরমদুনা অরাবনিদা! নুমিৎ অদুদা অচুম্বা য়াদবা মখোইদু,

الَّذِيْنَ هُمْ فِيْ خَوْضٍ يَّلْعَبُوْنَ ⑬

১৩। মখোই নুংঙাইথোকলম্মী রারেম থৌরেমদা।

يَوْمَ يُدَعُّوْنَ اِلٰى نَارِ جَهَنَّمَ دَعًّا ⑭

১৪। নুমিৎ অদুদা মখোইবু ইনশিনবিগনি নরক্কী মৈনুংদা অকনবা খুৎইন্না।

هٰذِهِ النَّارُ الَّتِيْ كُنْتُمْ بِهَا تُكَذِّبُوْنَ ⑮

১৫। (অসি হায়বিগনি মখোইদা ঃ) "মসি থাম্বি মৈনি নখোইনা মীনম্বনি খল্লম্বদু।

اَفَسِحْرٌ هٰذَآ اَمْ اَنْتُمْ لَا تُبْصِرُوْنَ ⑯

১৬। "মসি মিত্তুং ওইব্রা, নত্রগা নখোই উদব্রা ?

اِصْلَوْهَا فَاصْبِرُوْٓا اَوْ لَا تَصْبِرُوْا سَوَآءٌ عَلَيْكُمْ

১৭। "(হৌজিক) চাকলো নখোই মদুগী মনুংদা, নখোইনা (মৈচাক) খাংলবসু নত্রগা খাংদ্রবসু,

إِنَّمَا تُجْزَوْنَ مَا كُنتُمْ تَعْمَلُونَ ﴿١٦﴾

অদুগী অদুমঙাই নখোইগীদমক। নখোইবু লমল খুমলিবনি নখোইনা তৌখিবগী মতুংইন্না।"

إِنَّ الْمُتَّقِينَ فِي جَنَّاتٍ وَنَعِيمٍ ﴿١٨﴾

১৮। তশেংবমক, ধর্ম্ম ফম্বেনশিংদি লৈগনি স্বর্গ লৈকোনশিংদা অমসুং নুংঙাইবা শরুক্কদুনা,

فَاكِهِينَ بِمَا آتَاهُمْ رَبُّهُمْ وَوَقَاهُمْ رَبُّهُمْ عَذَابَ الْجَحِيمِ ﴿١٩﴾

১৯। হরাওদুনা মখোইগী মপুনা পীনবিবা অদুদা মখোইবু অমসুং মখোইগী মপুনা ঙাকপিবা অদুদা মখোইবু খাম্বি মৈত্রেং তরাবগী চৈরাক্তগী।

كُلُوا وَاشْرَبُوا هَنِيئًا بِمَا كُنتُمْ تَعْمَلُونَ ﴿٢٠﴾

২০। (অসিসু হায়বিগনি মখোইদাঃ) "চাও অমসুং থকও পেন্না নখোইগী তৌক্ত মতিকমলগী,

مُتَّكِئِينَ عَلَىٰ سُرُرٍ مَّصْفُوفَةٍ ۖ وَزَوَّجْنَاهُم بِحُورٍ عِينٍ ﴿٢١﴾

২১। "হিপথদুনা পরেং নাইনা লৈবা গদ্দীশিংগী মথক্তা;" অমসুং ঐখোইনা তালোইনহনবিগনি মখোইবু (ধর্ম্ম কায়দবী শামান লেংমান্নবী) শকহেনবীশিং মমিংশিং তরাও-তরাওবী (থম্মোই খুদিং হুনঙাই ওইরবী) গা।

وَالَّذِينَ آمَنُوا وَاتَّبَعَتْهُمْ ذُرِّيَّتُهُم بِإِيمَانٍ أَلْحَقْنَا بِهِمْ ذُرِّيَّتَهُمْ وَمَا أَلَتْنَاهُم مِّنْ عَمَلِهِم مِّن شَيْءٍ ۚ كُلُّ امْرِئٍ بِمَا كَسَبَ رَهِينٌ ﴿٢٢﴾

২২। অদুগুম্বা মীওইশিং অচুম্বা থাজবা অমসুং মখোইগী মচা-মশুশিং মতুং ইনবা মখোইগী ধর্ম্ম থাজবদা—ঐখোইনা তিন্নহনবিগনি মখোইবু মখোইগী মচা-মশুশিংগা (স্বর্গ লৈকোন্দা) অমসুং ঐখোইনা হন্থহনবিরোয় করিমতা (মখোইগী ফংফম থোকপা মনা-মথিন্দগী) মখোইগী থবকসিগী। মী খুদিংমক বন্ধকনি মানা-মানা কমায়খিবা (থবকশিং)গী।

وَأَمْدَدْنَاهُم بِفَاكِهَةٍ وَلَحْمٍ مِّمَّا يَشْتَهُونَ ﴿٢٣﴾

২৩। অদুগা ঐখোইনা পীবিগনি মখোইবু মরাংকায়না উটহেশিং অমসুং শা মখোইনা পাম্ব-পাম্বদু।

يَتَنَازَعُونَ فِيهَا كَأْسًا لَّا لَغْوٌ فِيهَا وَلَا تَأْثِيمٌ ﴿٢٤﴾

২৪। মখোই অমগা অমগা লান্নগনি (অহাউবা মহী হাপ্পা) তেঙ্গোং অমা মদু (থকপ)দা ব্রারেম ঙাঙনীংলোই নত্তগা পাপ তৌনীংলোই;

وَيَطُوفُ عَلَيْهِمْ غِلْمَانٌ لَّهُمْ كَأَنَّهُمْ لُؤْلُؤٌ مَّكْنُونٌ ﴿٢٥﴾

২৫। অদুগা মফমদুদা ঙাইদুনা লৈগনি থৌগল চঙনবগী মখোইবু মখোইগী নৌ-ভরানশিং, মখোইদু (নীক-নীক লাউনা ফজবনি, কুয়োমদা) লোৎশন্দুনা লৈবা মুক্তাগুম্বনি।

২৬। অদুগা মখোই অমগা অমগা মায় ওনশন্নদুনা রা হংনথিনগনি।

وَأَقْبَلَ بَعْضُهُمْ عَلَىٰ بَعْضٍ يَتَسَاءَلُونَ ﴿٢٥﴾

২৭। মখোইনা হায়গনিঃ "অসিগী মমাংদা, ঐখোইনা লৈরিঙেদা ঐখোইগী ইমুংগী মীশিংগী মরক্তা, ঐখোই অকিরা শরুক্নরম্মী (অল্লাহনা য়াবিরোয়দ্রা হায়বগী);

قَالُوا إِنَّا كُنَّا قَبْلُ فِي أَهْلِنَا مُشْفِقِينَ ﴿٢٦﴾

২৮। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা থৌজালবিখ্রে ঐখোইবু অমসুং ঙাকপিখ্রে ঐখোইবু অশাবা নুংশিৎকী চৈরাক্তগী।

فَمَنَّ اللَّهُ عَلَيْنَا وَوَقَانَا عَذَابَ السَّمُومِ ﴿٢٧﴾

২৯। তশেংবমক, ঐখোইনা প্রার্থনা তৌজখি মঙোন্দা অসিগী মমাংদা। তশেংবমক, মহাক্তি থৌজালহৈবনি, নুংশিহৈবনি।

إِنَّا كُنَّا مِن قَبْلُ نَدْعُوهُ ۖ إِنَّهُ هُوَ الْبَرُّ الرَّحِيمُ ﴿٢٨﴾

২ শুবা রুকূ

৩০। মরমদুনা নীংশিঙহু (নংগী মীশিংবু)। নংগী মপুগী থৌজালদগী নং নত্তে তুংদা থোরক্কদবা রা হায়বা মী নত্ত্রগা অঙাওবা মী।

فَذَكِّرْ فَمَا أَنتَ بِنِعْمَتِ رَبِّكَ بِكَاهِنٍ وَلَا مَجْنُونٍ ﴿٢٩﴾

৩১। নত্ত্রগা মখোইনা হায়ব্রাঃ "(মহাক) কবিনি—ঐখোই ঙাইহিরিঐ লাইবক থীবা খরা মতমনা থোকহনবা মঙোন্দা?"

أَمْ يَقُولُونَ شَاعِرٌ نَّتَرَبَّصُ بِهِ رَيْبَ الْمَنُونِ ﴿٣٠﴾

৩২। হায়য়ু (মখোইদা)ঃ "নখোই ঙাইয়ু! ঐসু (ঙাইহিরি) নখোইগা লোয়নননা অঙাইবশিংদুগী মরক্তা।

قُلْ تَرَبَّصُوا فَإِنِّي مَعَكُم مِّنَ الْمُتَرَبِّصِينَ ﴿٣١﴾

৩৩। নত্ত্রগা মখোইগী জ্ঞান্না তাকপ্রা মখোইবু মসি (হায়য়ু হায়না)? নত্ত্রগা মখোইসে লাকু-ফানা য়াদবা মীশিংরা?

أَمْ تَأْمُرُهُمْ أَحْلَامُهُم بِهَٰذَا ۚ أَمْ هُمْ قَوْمٌ طَاغُونَ ﴿٣٢﴾

৩৪। নত্ত্রগা মখোইনা হায়ব্রাঃ "মহাকনা চুমদনা শাজিনখ্রে (রাপাও) অদু? নত্তে, মখোই (কদৌঙেদসু) অচুম্বা থাজদে।

أَمْ يَقُولُونَ تَقَوَّلَهُ ۚ بَل لَّا يُؤْمِنُونَ ﴿٣٣﴾

৩৫। মরমদুনা মখোই পুথোরকসনু মসিগা মান্নবা লাউথোকপা অমা, মখোইনা ঙাঙলবদি অচুম্বা।

فَلْيَأْتُوا بِحَدِيثٍ مِّثْلِهِ إِن كَانُوا صَادِقِينَ ﴿٣٤﴾

৩৬। নত্ত্রগা মখোইবু শেমখ্রিবা করিসু নত্তবদা? নত্ত্রগা মখোই অশেম্বা ওইরব্রা মশামকপু?

أَمْ خُلِقُوا مِنْ غَيْرِ شَيْءٍ أَمْ هُمُ الْخَالِقُونَ ﴿٣٥﴾

৩৭। নত্ত্রগা মখোইনা শেম-শাখিব্রা স্বর্গ অমসুং পৃথিবীবু ? নত্তে, মখোই করিসু থাজবা লৈতে।

أَمْ خَلَقُوا السَّمٰوٰتِ وَالْأَرْضَ بَلْ لَّا يُوقِنُونَ ﴿٣٦﴾

৩৮। নত্ত্রগা মখোইনা মপু ওইব্রা নংগী মপুগী লনকৈশিংগী, নত্ত্রগা মখোইনা ওইব্রা শাসন-তৌবা মীশিং ?

أَمْ عِندَهُمْ خَزَآئِنُ رَبِّكَ أَمْ هُمُ الْمُصَيْطِرُونَ ﴿٣٧﴾

৩৯। নত্ত্রগা মখোইগী লৈরব্রা কৈরাক অমা (স্বর্গ য়ৌবা) মদুগী মতেংনা মখোইনা (স্বর্গ কাখত্তুনা) তানবা (অল্লাহগী ময়াথংশিং) ? অদু ওইরবদি, মখোইগী পাওতাবনা পুরকসনু তশেং-তশেংবা সনদ।

أَمْ لَهُمْ سُلَّمٌ يَسْتَمِعُونَ فِيهِ فَلْيَأْتِ مُسْتَمِعُهُم بِسُلْطٰنٍ مُّبِينٍ ﴿٣٨﴾

৪০। নত্ত্রগা মহাক্কী লৈব্রা মমোম (নুংঙোনবী) শিংতা অমসুং নখোইগীনা নচা নিপাশিংতা ?

أَمْ لَهُ الْبَنٰتُ وَلَكُمُ الْبَنُونَ ﴿٣٩﴾

৪১। নত্ত্রগা নংনা পীযু হায়ব্রা মখোইদগী মনা-মথিন (নংনা ধর্ম্ম পাওতাকপগী), অদুনা মখোই পুখরব্রা শেন্দোন-লন্দোন্দা ?

أَمْ تَسْأَلُهُمْ أَجْرًا فَهُم مِّن مَّغْرَمٍ مُّثْقَلُونَ ﴿٤٠﴾

৪২। নত্ত্রগা মখোইনা পায়রিব্রা উদ (খঙদ)বগী (পাওশিং তুংদা থোকলগদবা রাগী) অদুনা মখোইনা ইথোকপ্রা (মদু অল্লাহগী হুকুম খঙহনবা পরেংদগী) ?

أَمْ عِندَهُمُ الْغَيْبُ فَهُمْ يَكْتُبُونَ ﴿٤١﴾

৪৩। নত্ত্রগা মখোইনা শরৌ শীন্নীংব্রা (নংগী মায়োক্তা) ? তৌইংগুম্বসুং লমফৈ-খোঙফম্নবা মখোইদুনি লাংথুনগদবদি (মখোইগী) শরৌ-লাংলৌদা।

أَمْ يُرِيدُونَ كَيْدًا فَالَّذِينَ كَفَرُوا هُمُ الْمَكِيدُونَ ﴿٤٢﴾

৪৪। নত্ত্রগা মখোইগী লৈরব্রা চাঙ্ভু লাই অমা অল্লাহ নত্তবা ? অশেংবনি অল্লাহদি মখোইনা থৈজিল্লিবা (মশরুক য়ামিন্নবশিং) অদুদগী (মঙোন্দা)।

أَمْ لَهُمْ إِلٰهٌ غَيْرُ اللّٰهِ سُبْحٰنَ اللّٰهِ عَمَّا يُشْرِكُونَ ﴿٤٣﴾

৪৫। অদুগা মখোইনা করিগুম্বা উরদি স্বর্গ মচেৎ অমা (নীংখায়দুনা) তারকপদা (মখোইগী মথক্তা) মখোইনা হায়গনিঃ "(মসি) অথাবা নোং মতুমনি।"

وَإِن يَرَوْا كِسْفًا مِّنَ السَّمَآءِ سَاقِطًا يَقُولُوا سَحَابٌ مَّرْكُومٌ ﴿٤٤﴾

فَذَرْهُمْ حَتّٰى يُلٰقُوْا يَوْمَهُمُ الَّذِىْ فِيْهِ يُصْعَقُوْنَ ۝٤٥

৪৬। মরমদুনা থাদোকও মখোইবু মখোইগী (দণ্ডিগী) নুমিৎ অদু লাক্তরিবা ফাওবা মদুদা মখোই ওইগনি বজ্র (কোটি)না ফুথরকপগুম,

يَوْمَ لَا يُغْنِىْ عَنْهُمْ كَيْدُهُمْ شَيْـًٔا وَّلَا هُمْ يُنْصَرُوْنَ ۝٤٦

৪৭। নুমিৎ অদুদা মখোইগী শরৌ-লাংলৌ (অমসুং মরৈ-মরা) কান্নবা করিসু পীরোই মখোইবু নত্তগা মখোইবু মতেং পাংবিরোই।

وَاِنَّ لِلَّذِيْنَ ظَلَمُوْا عَذَابًا دُوْنَ ذٰلِكَ وَلٰكِنَّ اَكْثَرَهُمْ لَا يَعْلَمُوْنَ ۝٤٧

৪৮। অদুগা তশেংবমক অরানবা লম্বীনবশিংগী লৈ রায়েল-চৈরাক অসিতা নত্তনা। তৌইগুম্বসুং মখোই অয়াম্বনা খঙদে।

وَاصْبِرْ لِحُكْمِ رَبِّكَ فَاِنَّكَ بِاَعْيُنِنَا وَسَبِّحْ بِحَمْدِ رَبِّكَ حِيْنَ تَقُوْمُ ۝٤٨

৪৯। মরমদুনা খাংহৈনা ঙাইয়ু রায়েল বিচার নংগী মপুগী (মখোইগী মথক্তা), মরমদি তশেংবমক নং লৈ ঐখোইগী মিৎয়েং মখাদা, অমসুং শোল্লু লাইশোল নংগী মপুবু থাগৎপগী নংনা (তুম্বদগী) হৌগৎলকপা মতমদা,

وَمِنَ الَّيْلِ فَسَبِّحْهُ وَاِدْبَارَ النُّجُوْمِ ۝٤٩

৫০। অমসুং অহিংগী মতমদসু নং থাগৎচৌ মহাকপু অমসুং থরানমিচাকশিংনা তাখিবদসু।

سُوْرَةُ النَّجْمِ مَكِّيَّةٌ

সূরহ ৫৩ অল-নজম

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৬৩ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

وَالنَّجْمِ اِذَا هَوٰى ②

২। কসমনি থরানমিচাক তাখিবগী,

مَا ضَلَّ صَاحِبُكُمْ وَمَا غَوٰى ③

৩। নখোইগী তিন্নবা মরূপদু অরানবা তৌদে নত্তগা লম্মুক্কদে ;

وَمَا يَنْطِقُ عَنِ الْهَوٰى ④

৪। নত্তগা মহাকনা ঙাঙ-শক্তে (মহাক মশাগী) অপাম্বনা।

اِنْ هُوَ اِلَّا وَحْيٌ يُّوْحٰى ⑤

৫। মসি করিসু নত্তে তৌইগুম্বসুং (তশেংবা) ফোংদোকপিখিবা রাপাওনি—(মদু) ফোংদোকপিখি (অল্লাহনা),

عَلَّمَهٗ شَدِيْدُ الْقُوٰى ⑥

৬। তম্বিখি মহাকপু অচৌবা পাঙ্গলবনা,

ذُوْ مِرَّةٍ فَاسْتَوٰى ⑦

৭। শক্তিগী মপুনা। মরমদুনা মহাক ফংখি (চপচানা) মপুংফাবা,

وَهُوَ بِالْاُفُقِ الْاَعْلٰى ⑧

৮। অমসুং মহাকনা ফোংদোকপিখি মহাক্কী রাহে মহাকনা লৈরিঙৈদা সোরারেন — নোংখোঙ পরেংগী মথক ইথং-থংবদা।

ثُمَّ دَنَا فَتَدَلّٰى ⑨

৯। অদুগী তুংদা মহাক নকশনখি (অল্লাহদা), মতমদুদা (অল্লাহনসু) নকশনবিরকখি মঙোন্দা,

فَكَانَ قَابَ قَوْسَيْنِ اَوْ اَدْنٰى ⑩

১০। অদুনা মহাক ওইবগুম তৌখি লৌরুং অনিগী মশাংগী নত্তগা খরদুম হেন্না নকশিন্না।

فَاَوْحٰى اِلٰى عَبْدِهٖ مَا اَوْحٰى ⑪

১১। মরমদুনা মহাকনা ফোংদোকপিখি মহাক্কী মনাই নিপাদা মহাকনা ফোংদোকনীংবদু।

مَا كَذَبَ الْفُؤَادُ مَا رَاٰى ⑫

১২। (নবীগী) থম্মোইনা চুমদবা তৌখিদে (অমদি চিংনবা পোকখিদে) মহাকনা উখিবদা (চেংলৌ মমিৎ অরুবনা)।

اَفَتُمٰرُوْنَهٗ عَلٰى مَا يَرٰى ⑬

১৩। করি! নখোই চীন্দান্নগে হায়রিব্রা মহাক্কা মহাকনা উখিবগী মরমদা ?

১৪। অদুগা তশেংবমক মহাকনা উখি মহাকপু অতোপ্পা মতমদসু,

وَلَقَدْ رَاٰهُ نَزْلَةً اُخْرٰى ﴿١٣﴾

১৫। মনাক্তা লাপ্পা লৈখ্রবা 'সিদরহ' পাম্বীগী।

عِنْدَ سِدْرَةِ الْمُنْتَهٰى ﴿١٤﴾

১৬। মদুগী মনাক্তা লৈ মতম পুম্বদা লৈগদবা হৈকোন-লৈকোনগী যুম।

عِنْدَهَا جَنَّةُ الْمَاْوٰى ﴿١٥﴾

১৭। কুপ্লবা (পোৎ)না কুপশনখ্রবদা 'সিদরহ' পাম্বীদু,

اِذْ يَغْشَى السِّدْرَةَ مَا يَغْشٰى ﴿١٦﴾

১৮। (মহাক্কী) মিৎয়েং শেরান্নখিদে নত্তুগা মদু চোয়'খিদে।

مَا زَاغَ الْبَصَرُ وَمَا طَغٰى ﴿١٧﴾

১৯। তশেংবমক, মহাকনা উখি অথোইবা খুদমশিং মহাক্কী মপুগী।

لَقَدْ رَاٰى مِنْ اٰيٰتِ رَبِّهِ الْكُبْرٰى ﴿١٨﴾

২০। নখোই (খঙলবদি) অদুক হায়য়ু (অরবকী লাইরেম্বী অহুমগী মরমদা ঃ) অল-লাত অমসুং অল-উজ্জা,

اَفَرَءَيْتُمُ اللّٰتَ وَالْعُزّٰى ﴿١٩﴾

২১। অমসুং মনাত, অহুমশুবা (লাইরেম্বী), ইকোন-কোনবদুগী?

وَمَنٰوةَ الثَّالِثَةَ الْاُخْرٰى ﴿٢٠﴾

২২। করি। নখোইগীদি নচা নিপাশিংতা ওইব্রা অমসুং অল্লাহগীনা মচা নুপীশিংতা ওইব্রা?

اَلَكُمُ الذَّكَرُ وَلَهُ الْاُنْثٰى ﴿٢١﴾

২৩। মদু তশেংবমক চুমদবা নায়েন্ননি।

تِلْكَ اِذًا قِسْمَةٌ ضِيْزٰى ﴿٢٢﴾

২৪। (লাইরেম্বীশিং) মখোইসিগী মমিংশিং খোনজনখিবনি নখোইনা অমসুং নখোইগী নপা নপুশিংনা—মদুগীদমক অল্লাহনা পীখিদে দলিল। মখোইনা তুংইল্লি কান্নদবা মপুকনিংনা শাগৎপা ব্লাখলগী অমসুং মখোইগী থরাইশিংনা পাম্বগী, হৌজিক মখোইদা তশেংনা লাকখ্রবদা লমজিং মখোইগী মপুদগী।

اِنْ هِيَ اِلَّآ اَسْمَآءٌ سَمَّيْتُمُوْهَآ اَنْتُمْ وَاٰبَآؤُكُمْ مَّآ اَنْزَلَ اللّٰهُ بِهَا مِنْ سُلْطٰنٍ اِنْ يَّتَّبِعُوْنَ اِلَّا الظَّنَّ وَمَا تَهْوَى الْاَنْفُسُ وَلَقَدْ جَآءَهُمْ مِّنْ رَّبِّهِمُ الْهُدٰى ﴿٢٣﴾

২৫। নত্তুগা মীনা ফংবা য়াত্রা মহাকনা অপাম্বাপুম্বা?

اَمْ لِلْاِنْسَانِ مَا تَمَنّٰى ﴿٢٤﴾

২৬। তৌইগুম্বসুং অল্লাহগী মখুত্তা লৈবনি শিরবা মতুংগী পুন্সি অসুং তাইবঙ-পুন্সি (অনিমক)।

فَلِلّٰهِ الْاٰخِرَةُ وَالْاُوْلٰى ﴿٢٥﴾

২ শুবা রুকূ

وَكَمْ مِّنْ مَّلَكٍ فِي السَّمٰوٰتِ لَا تُغْنِيْ شَفَاعَتُهُمْ شَيْـًٔا اِلَّا مِنْۢ بَعْدِ اَنْ يَّاْذَنَ اللّٰهُ لِمَنْ يَّشَآءُ وَيَرْضٰى ﴿٢٦﴾

২৭। অদুগা স্বর্গ দুত কয়া য়াম্না লৈখ্রবা স্বর্গদা, তৌইগুম্বসুং মখোইনা অফবা হায়বিবনা করিসু কান্নবা ওইরোই, অল্লাহনা ময়াথং পীবা নত্তরবদি মহাকনা চানবিনীংবা (মতিকচাবা)গী অমসুং য়াবিনীংবা (অফবা লম্বীনব)গী।

اِنَّ الَّذِيْنَ لَا يُؤْمِنُوْنَ بِالْاٰخِرَةِ لَيُسَمُّوْنَ الْمَلٰٓئِكَةَ تَسْمِيَةَ الْاُنْثٰى ﴿٢٧﴾

২৮। তশেংবমক (অফ-শাজনীংবা) শিরবা মতুংগী পুন্সিবু থাজদবা মখোইদুনা মমিং থোনজল্লি স্বর্গ দুতশিংবু নুপীশিংগী মমিং।

وَمَا لَهُمْ بِهٖ مِنْ عِلْمٍ ؕ اِنْ يَّتَّبِعُوْنَ اِلَّا الظَّنَّ ۚ وَاِنَّ الظَّنَّ لَا يُغْنِيْ مِنَ الْحَقِّ شَيْـًٔا ﴿٢٨﴾

২৯। তৌইগুম্বসুং মখোই জ্ঞান করিসু লৈতে মদুগী মরমদা। মখোইনা তুংইল্লি কান্নদবা মপুকনিংনা শাবা রাখলতগী; তৌইগুম্বসুং পুকনিংনা শাবনা করিসু কান্নবা ফংলোই অচুম্বগী মায়োক্তা।

فَاَعْرِضْ عَنْ مَّنْ تَوَلّٰى ۙ عَنْ ذِكْرِنَا وَلَمْ يُرِدْ اِلَّا الْحَيٰوةَ الدُّنْيَا ﴿٢٩﴾

৩০। মরমদুনা নমায় ওথোকত্ত অদুগুম্বা মীওইদগী মহাকনা মমায় ওথোকই ঐখোইবু নীংশিঙবদগী অমসুং পেন্নাইদনা পামই তাইবঙ-পুন্সিতবু।

ذٰلِكَ مَبْلَغُهُمْ مِّنَ الْعِلْمِ ؕ اِنَّ رَبَّكَ هُوَ اَعْلَمُ بِمَنْ ضَلَّ عَنْ سَبِيْلِهٖ ۙ وَهُوَ اَعْلَمُ بِمَنِ اهْتَدٰى ﴿٣٠﴾ ع

৩১। মদু মখোইগী জ্ঞানগী অয়োৌবি পনখৈনি। তশেংবমক নংগী মপুনা মুম্না খঙই কনানা লম্মুক্লবা মহাক্কী লম্বীদগী অমসুং মহাকনা মুম্না খঙই কনানা তুং ইনবা (অচুম্বা) লমজিং।

وَلِلّٰهِ مَا فِي السَّمٰوٰتِ وَمَا فِي الْاَرْضِ ۙ لِيَجْزِيَ الَّذِيْنَ اَسَآءُوْا بِمَا عَمِلُوْا وَيَجْزِيَ الَّذِيْنَ اَحْسَنُوْا بِالْحُسْنٰى ﴿٣١﴾

৩২। অদুগা অল্লাহতগীনি স্বর্গদা লৈবাপুম্বা অমসুং পৃথিবীদা লৈবাপুম্বা, অদুনা মহাকনা লমঙ্গ খুম্বিগনি ফত্তরম লম্বীনবা মখোইবু মখোইনা তৌরম্বগী মতুংইন্না অমসুং মহাকনা পীবিগনি অফবা মনা-মথিন অফবা লম্বীনরম্বা মখোইদুদা।

اَلَّذِيْنَ يَجْتَنِبُوْنَ كَبٰٓئِرَ الْاِثْمِ وَالْفَوَاحِشَ اِلَّا اللَّمَمَ ؕ اِنَّ رَبَّكَ وَاسِعُ الْمَغْفِرَةِ ؕ هُوَ اَعْلَمُ بِكُمْ اِذْ اَنْشَاَكُمْ مِّنَ الْاَرْضِ وَاِذْ اَنْتُمْ اَجِنَّةٌ فِيْ

৩৩। অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা থাদোকপা অচৌবা পাপশিং অমসুং লূদবা থবকশিং নত্তনা অপাইবা রাখলশিং (থম্মোইদা ঈচু লাংহৌদবা) —থাঙ্গৈমকশেংনা (কোকপিগনি, করিনা হায়ববু) নংগী মপুদি (য়াম্না) মরাংকায়না কোকপি-হৈবনি। মহাকনা মুম্না খঙই নখোইবু মহাকনা শেমখিবা (মতম)দগী নখোইবু লৈবাক্তগী, অমসুং নখোইনা মূর্তি শুরকপদা ভাইবা অশাং ওইরিঙৈদা

بُطُوْنِ اُمَّهٰتِكُمْ ۚ فَلَا تُزَكُّوْٓا اَنْفُسَكُمْ ۗ هُوَ اَعْلَمُ بِمَنِ اتَّقٰى ۝٣٢ ع

নমাশিংগী গর্ভনুংশিংদা। মরমদুনা নখোই শাজিন্নগনু অশেংবা। মহাকনা মুন্না খঙই কনানা (তশেংনা) অচুম্বা লম্বীনবা।

৩ শুবা রুকূ

اَفَرَءَيْتَ الَّذِيْ تَوَلّٰى ۝٣٣

৩৪। নং উরব্রা মহাকদু মমায় ওন্থোকখিবা (লমজিংদগী),

وَاَعْطٰى قَلِيْلًا وَّاَكْدٰى ۝٣٤

৩৫। অমসুং (অহানবদা) খরা পীখ্রগা (মতুংদা) পীগদবদা লীকশিনখিবা ?

اَعِنْدَهٗ عِلْمُ الْغَيْبِ فَهُوَ يَرٰى ۝٣٥

৩৬। মহাকনা খঙব্রা উদবা (খঙদবা)গী (পাও তুংদা থোকলগদবা রাগী) অদুনা মহাকনা উবা ঙম্ব্রা (মশামক্কী পোল্লোই) ?

اَمْ لَمْ يُنَبَّاْ بِمَا فِيْ صُحُفِ مُوْسٰى ۝٣٦

৩৭। নত্রগা মঙোন্দা খঙহন্দরিব্রা মুসাগী ধর্ম্ম-গ্রন্থদা য়াওবদু,

وَاِبْرٰهِيْمَ الَّذِيْ وَفّٰٓى ۝٣٧

৩৮। অমসুং ইব্রাহীমগী—মহাকনা পাংথোকচখি (য়াথংশিংদু) ?—

اَلَّا تَزِرُ وَازِرَةٌ وِّزْرَ اُخْرٰى ۝٣٨

৩৯। মদুদি পোৎলুম পুবা কনা মতনা পুবিরোই পোৎলুম অতোপ্পা কনামতগী,

وَاَنْ لَّيْسَ لِلْاِنْسَانِ اِلَّا مَا سَعٰى ۝٣٩

৪০। অমসুং মীনা করিসু ফংলোই মহাকনা হোৎনবদু নত্তনা,

وَاَنَّ سَعْيَهٗ سَوْفَ يُرٰى ۝٤٠

৪১। অমসুং মহাক্কী (অপাম্বা ফংননবা) কন্না হোৎনবদু থুনা উগনি।

ثُمَّ يُجْزٰىهُ الْجَزَآءَ الْاَوْفٰى ۝٤١

৪২। অদুগী তুংদা মহাকপু পীবিগনি তৌজ মতিকমল পুরা-পুরা,

وَاَنَّ اِلٰى رَبِّكَ الْمُنْتَهٰى ۝٤٢

৪৩। অমসুং নংগী মপুদা পুম্নমক্কী অরোয়বা লমথুংফমনি,

وَاَنَّهٗ هُوَ اَضْحَكَ وَاَبْكٰى ۝٤٣

৪৪। অমসুং মহাকননি নোকহল্লিবা (মীশিংবু মমায় পাকপা পোল্লোইনবদা) অমসুং কপহল্লিবা (মায়থীবা শরুক্কবদা),

وَاَنَّهٗ هُوَ اَمَاتَ وَاَحْيَا ۝٤٤

৪৫। অমসুং মহাকননি শিহল্লিবা অমসুং হিংহল্লিবা,

وَاَنَّهٗ خَلَقَ الزَّوْجَيْنِ الذَّكَرَ وَالْاُنْثٰى ۝٤٥

৪৬। অমসুং মহাকননি শেম-শারিবা জোরাশিং— নিপা অমসুং নুপী.

৪৭। (অঙাং শানবা) মহীক (নিপাগী বীর্য্য)দগী মদু থাজিল্লবদা (গর্ভনুংদা নুপীগী).

مِنْ نُّطْفَةٍ اِذَا تُمْنٰى ﴿٤٧﴾

৪৮। অমসুং মহাকনা লেম্পিখ্রে পুথোক্লবা (মীওইবশিংবু) অনিশুবা খুৎশেম (শিবদগী অমুক হিংগৎহনবিদুনা).

وَاَنَّ عَلَيْهِ النَّشْاَةَ الْاُخْرٰى ﴿٤٨﴾

৪৯। অমসুং মহাকননি ইনাক খুনহল্লিবা অমসুং পীরিবা লন-থুম (কনাগুম্বা অমগী) পেন্নবা.

وَاَنَّهٗ هُوَ اَغْنٰى وَاَقْنٰى ﴿٤٩﴾

৫০। অমসুং মহাক মপুনি লুব্ধক নক্ষত্রগী.

وَاَنَّهٗ هُوَ رَبُّ الشِّعْرٰى ﴿٥٠﴾

৫১। অমসুং মহাকননি মাঙ-তাকহনবিখিবা অহানবা আদ (কাঙলুপ)বু.

وَاَنَّهٗۤ اَهْلَكَ عَادَا ِۨالْاُوْلٰى ﴿٥١﴾

৫২। অমসুং সমূদ (কাঙলুপ) পুসু, অমসুং মহাকনা থাকপিখিদে (মখোই কনামতবু).

وَثَمُوْدَاۡ فَمَاۤ اَبْقٰى ﴿٥٢﴾

৫৩। অমসুং মহাকনা (মাঙ-তাকহনবিখি) নুহগী মীশিংবু (মখোইগী) মমাংদা। তশেংবনক মখোই ওইখি য়োঁনা চুমদবা অমসুং লমকেৎ-লমহাইবা।

وَقَوْمَ نُوْحٍ مِّنْ قَبْلُ ؕ اِنَّهُمْ كَانُوْا هُمْ اَظْلَمَ وَاَطْغٰى ﴿٥٣﴾

৫৪। অদুগা মহাকনা লংখায়বিখি মথক মখা ওলহনবিখ্রবা শহরশিং (লুতকী মীশিংগী).

وَالْمُؤْتَفِكَةَ اَهْوٰى ﴿٥٤﴾

৫৫। মরমদুনা কুপশন্নবা (পোৎ)না কুপশনরিখি মখোইবু;

فَغَشّٰىهَا مَا غَشّٰى ﴿٥٥﴾

৫৬। (পুম্নমক) অসিগী মতুংদা (হে মীওইবা!) করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নংগী মপুগী নংনা রায়েৎলিবা?

فَبِاَىِّ اٰلَاۤءِ رَبِّكَ تَتَمَارٰى ﴿٥٦﴾

৫৭। মসি চেকশন-রা-হায়বা মীনি মমাংঙৈদা লাকখিবা চেকশন-রা-হায়বা মীশিংগী মরক্তা।

هٰذَا نَذِيْرٌ مِّنَ النُّذُرِ الْاُوْلٰى ﴿٥٧﴾

৫৮। নকশল্লকলিবা (রায়েল বিচারগী) পুংফমদু অসুম নকশল্লকলি;

اَزِفَتِ الْاٰزِفَةُ ﴿٥٨﴾

৫৯। অল্লাহ নত্তবা কনা অমত্তনা ঙমলোই থিংবা মদু।

لَيْسَ لَهَا مِنْ دُوْنِ اللّٰهِ كَاشِفَةٌ ﴿٥٩﴾

৬০। (হে অচুম্বা থাজদবশিং!) নখোইবু অঙকপা চনব্রা রাপাও অসিদা?

اَفَمِنْ هٰذَا الْحَدِيْثِ تَعْجَبُوْنَ ﴿٦٠﴾

৬১। অদুগা নখোই নোকপ্রা অমসুং কপ্তব্রা?

وَتَضْحَكُوْنَ وَلَا تَبْكُوْنَ ﴿٦١﴾

৬২। অমসুং নখোই থৌওই-রাওইদনা লৈথোকপ্রা ?

وَاَنۡتُمۡ سٰمِدُوۡنَ ﴿۶۱﴾

৬৩। তৌইগুম্বসুং নখোই সজদহ কৎলু অল্লাহদা অমসুং থৌগল তৌ (মহাকপু)।

فَاسۡجُدُوۡا لِلّٰهِ وَاعۡبُدُوۡا ﴿۶۲﴾



অল-কমর সূরহ ৫৪

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৫৬ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسۡمِ اللّٰهِ الرَّحۡمٰنِ الرَّحِيۡمِ ﴿۱﴾

২। (রায়েল বিচারগী) পুংকমদ নকশল্লকখ্রে অমসুং চন্দ্র থা মচেৎ থোক্লা খায়দোকখ্রে।

اِقۡتَرَبَتِ السَّاعَةُ وَانۡشَقَّ الۡقَمَرُ ﴿۱﴾

৩। অদুগা (উনবি পুকনিং লোংবা) মখোইনা উরবদি খুদম অমা, মখোইনা মমায় ওন্থোকই অমসুং হায়ঃ "(মসি) অকনবা জাদু-মন্ত্রনি।"

وَاِنۡ يَّرَوۡا اٰيَةً يُّعۡرِضُوۡا وَيَقُوۡلُوۡا سِحۡرٌ مُّسۡتَمِرٌّ ﴿۲﴾

৪। অদুগা মখোইনা য়াদে (অচুম্বা পাওজেন), অমসুং তুং ইল্লি মখোই মশাগী অপাম্বগী। তৌইগুম্বসুং থবক খুদিংগী লৈ লেপখিবা মতম।

وَكَذَّبُوۡا وَاتَّبَعُوۡۤا اَهۡوَآءَهُمۡ وَكُلُّ اَمۡرٍ مُّسۡتَقِرٌّ ﴿۳﴾

৫। অদুগা তশেংবমক লাকখ্রে মখোইদা পাওজেন অমা মদুদা য়াওরি পাওমেন (মখোইবু চেকশনহন্নবগী),

وَلَقَدۡ جَآءَهُمۡ مِّنَ الۡاَنۡۢبَآءِ مَا فِيۡهِ مُزۡدَجَرٌ ﴿۴﴾

৬। মপুংফাবা লৌশিংগী রানি, তৌইগুম্বসুং চেকশনহন্নবগী পাওমেনবনা কান্নবা করিসু ওইদে মখোইদা,

حِكۡمَةٌ ۢ بَالِغَةٌ فَمَا تُغۡنِ النُّذُرُ ﴿۵﴾

৭। মরমদুনা নং নমায় ওন্থোকও মখোইদগী। নুমিৎ অদুদা (অল্লাহগী মায়কৈদা) অকৌবনা কৌরকপদা (মখোইবু) পেম্নগাই ওইদবা থবক অমদা,

فَتَوَلَّ عَنۡهُمۡ ۘ يَوۡمَ يَدۡعُ الدَّاعِ اِلٰى شَىۡءٍ نُّكُرٍ ﴿۶﴾

خُشَّعًا اَبْصَارُهُمْ يَخْرُجُوْنَ مِنَ الْاَجْدَاثِ كَاَنَّهُمْ جَرَادٌ مُّنْتَشِرٌ ﴿٧﴾

৮। মমিৎশিং লুকথদুনা মখোই থোরক্কনি মখোইগী মোংফমশিংদগী কৌজেংশিং কোয়চাই-চাইথোকপগুম,

مُّهْطِعِيْنَ اِلَى الدَّاعِ ؕ يَقُوْلُ الْكٰفِرُوْنَ هٰذَا يَوْمٌ عَسِرٌ ﴿٨﴾

৯। তফিং-তফিং চেনশনগনি অকৌবগী মায়কৈরোমদা। অচুম্বা থাজদবশিংনা হায়গনি ঃ "মসি অন্নাবগী নুমিৎনি (ঐখোইগী)!"

كَذَّبَتْ قَبْلَهُمْ قَوْمُ نُوْحٍ فَكَذَّبُوْا عَبْدَنَا وَقَالُوْا مَجْنُوْنٌ وَّازْدُجِرَ ﴿٩﴾

১০। মখোইগী মমাংদা নুহগী মীশিংনা য়াখিদে (ঐখোইগী পাওজেন)— মখোইনা কৌখি ঐখোইগী ইনাই নিপাবু মীনম্বা অমসুং হায়খি ঃ (মহাক), অঙাওবনি অমসুং (মখোইনা) লৌবি তাবিদবনি।

فَدَعَا رَبَّهٗۤ اَنِّيْ مَغْلُوْبٌ فَانْتَصِرْ ﴿١٠﴾

১১। মরমদুনা মহাকনা কৌজখি মহাক্কী মপুদা (অসি হায়দুনা) ঃ "(ঐগী মপুও!) ঐবু লাক-হৎপিরে, মরম অদুনা তেংবাংবিয়ু (ঐবু)।"

فَفَتَحْنَاۤ اَبْوَابَ السَّمَآءِ بِمَآءٍ مُّنْهَمِرٍ ﴿١١﴾

১২। মরমদুনা ঐখোইনা হাংদোকপিখি থোঙশিং স্বর্গগী, নোং-ঈশিং হৈথহনবিদুনা,

وَّفَجَّرْنَا الْاَرْضَ عُيُوْنًا فَالْتَقَى الْمَآءُ عَلٰۤى اَمْرٍ قَدْ قُدِرَ ﴿١٢﴾

১৩। অমসুং ঐখোইনা শ্বাই-শ্বাই পাথোকহনবিখি লৈপাক মথাগী ঈফুটশিং, অদুনা (নোংথক্কী অমসুং লৈথাগী) ঈশিং (অনি পুল্লপ্না) তিন্নখি (মখোইবু মাঙহনবিনবগী) হান্না লেপখিবা হুকুমগী মতুংইন্না।

وَحَمَلْنٰهُ عَلٰى ذَاتِ اَلْوَاحٍ وَّدُسُرٍ ﴿١٣﴾

১৪। অদুগা ঐখোইনা পুবিখি মহাকপু (হীজাওদা) মদু শাখি উপাকশিং অমসুং য়োৎপিশিংনা,

تَجْرِيْ بِاَعْيُنِنَا ۚ جَزَآءً لِّمَنْ كَانَ كُفِرَ ﴿١٤﴾

১৫। মদু (কোয়তাও) তাওখি (ঈশিংদা) ঐখোইনা য়েংনা-য়েংনা ; মনা-মথিননি (মহাক্কী মীশিংনা) য়াবিখিদ্রবা মহাক্কী।

وَلَقَدْ تَّرَكْنٰهَاۤ اٰيَةً فَهَلْ مِنْ مُّدَّكِرٍ ﴿١٥﴾

১৬। অদুগা ঐখোইনা তশেংনা ওইহনবিখি মসি খুদম অমা (তুংদা হৌরকলিবা মীরোনশিংগী), তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা (মী)না য়েংশনব্রা মসিদা ?

فَكَيْفَ كَانَ عَذَابِيْ وَنُذُرِ ﴿١٦﴾

১৭। মরমদুনা কয়া-য়াম্না (শাথীব্রবা) ঐগী রায়েল-চৈরাক অমসুং ঐগী পাওমেন (মখোইগী মথক্তা)!

১৮। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা শেমখি কুরআনবু লায়না (খঙনবা অমসুং) নীংশিঙনবা, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা (মী)না মপুকনিং চঙব্রা (মসিদা) ?

وَلَقَدْ يَسَّرْنَا الْقُرْاٰنَ لِلذِّكْرِ فَهَلْ مِنْ مُّدَّكِرٍ ﴿١٨﴾

১৯। আদ কাঙলুপনা য়াখিদে (অচুম্বা)। মরমদুনা কয়া য়াম্না (শাথী থ্রবা) ঐগী ব্রায়েল-চৈরাক অমসুং ঐগী পাওমেন (মখোইগী মথক্তা) !

كَذَّبَتْ عَادٌ فَكَيْفَ كَانَ عَذَابِيْ وَنُذُرِ ﴿١٩﴾

২০। তশেংবমক ঐখোইনা থাবিখি মখোইগী মথক্তা য়াম্না শাথীবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমা য়াম্না লাইবক থীবা নুমিৎ অমদা,

اِنَّآ اَرْسَلْنَا عَلَيْهِمْ رِيْحًا صَرْصَرًا فِيْ يَوْمِ نَحْسٍ مُّسْتَمِرٍّ ﴿٢٠﴾

২১। মদুনা মীশিংবু মরু ফুক্তোকখ্রবা খজুর পাম্বীশিংগী মউগুম্না।

تَنْزِعُ النَّاسَ كَاَنَّهُمْ اَعْجَازُ نَخْلٍ مُّنْقَعِرٍ ﴿٢١﴾

২২। মরমদুনা কয়া য়াম্না (শাথীখ্রবা) ঐগী ব্রায়েল-চৈরাক অমসুং ঐগী পাওমেন (মখোইগী মথক্তা) !

فَكَيْفَ كَانَ عَذَابِيْ وَنُذُرِ ﴿٢٢﴾

২৩। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা শেমখি কুরআনবু লায়না (খঙনবা অমসুং) নীংশিঙনবা, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা (মী)না মপুকনিং চঙব্রা (মসিদা) ?

وَلَقَدْ يَسَّرْنَا الْقُرْاٰنَ لِلذِّكْرِ فَهَلْ مِنْ مُّدَّكِرٍ ﴿٢٣﴾

২ শুবা রুকূ

২৪। সমূদ (কাঙলুপ)সু (হৈজ-অওইথি য়ারা মলয়াম লোইবনা) য়াখিদে চেকশন-ব্রা-হায়বশিংবু।

كَذَّبَتْ ثَمُوْدُ بِالنُّذُرِ ﴿٢٤﴾

২৫। মরমদুনা মখোইনা হায়খিঃ "করি! ঐখোইনা হেক্তমক তুং ইনগদ্রা মী অমগী ঐখোইগী ইরক্তগী? অদুম তৌরবদি ঐখোই তশেংনমক ওইগনি অরান্নবা অমসুং নাতৈ চাদবা অঙাওবা।

فَقَالُوْٓا اَبَشَرًا مِّنَّا وَاحِدًا نَّتَّبِعُهٗٓ اِنَّآ اِذًا لَّفِيْ ضَلٰلٍ وَّسُعُرٍ ﴿٢٥﴾

২৬। নীংশিঙহনবগী পোৎ অদু শীম্নখ্রব্রা মঙোন্তদা ঐখোই (মতিকচাবা মী অসুপ য়াম্ব)গী মরক্তগী? নত্তে, মহাকসে নাপলচাওবা মীনম্বনি।

ءَاُلْقِيَ الذِّكْرُ عَلَيْهِ مِنْ بَيْنِنَا بَلْ هُوَ كَذَّابٌ اَشِرٌ ﴿٢٦﴾

سَيَعْلَمُونَ غَدًا مَّنِ الْكَذَّابُ الْأَشِرُ ﴿٢٦﴾

২৭। (তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা হায়বিখি মখোইগী নবীদা) "হয়েং (দা মঙাইরে) মখোই খঙলগনি কনানো নাপলচাওবা মীনম্বা!

إِنَّا مُرْسِلُوا النَّاقَةِ فِتْنَةً لَّهُمْ فَارْتَقِبْهُمْ وَاصْطَبِرْ ﴿٢٧﴾

২৮। "ঐখোইনা শোয়দনমক থাবিগনি উট অমোম অমা চাং য়েংনবা মখোইগীদমক্তা; মরমদুনা ঙাইয়ু মখোইবু (হে সালিহ!) অমসুং খাংঙু (মখোইনা ঈকাইবা পীবদু)।

وَنَبِّئْهُمْ أَنَّ الْمَاءَ قِسْمَةٌ بَيْنَهُمْ كُلُّ شِرْبٍ مُّحْتَضَرٌ ﴿٢٨﴾

২৯। "অদুগা হায়য়ু মখোইদা (থক্নবা) ঈশিংদু য়েন্নে মখোইগী মরক্তুদা, তৌইগুম্বসুং (উট অমোমদু) ঈশিং পিথকপা মতম খুদিংদা মা য়াওবা য়াগনি।"

فَنَادَوْا صَاحِبَهُمْ فَتَعَاطَىٰ فَعَقَرَ ﴿٢٩﴾

৩০। তৌইগুম্বসুং মখোইনা কৌখি মখোইগী (তৌঙম্বা) মরূপ, মহাকনা ককখি মাবু মফেগল।

فَكَيْفَ كَانَ عَذَابِي وَنُذُرِ ﴿٣٠﴾

৩১। অদুগী মতমদা কয়া য়াম্না (অকিবগী মশক ওইখ্রবা) ঐগী রায়েল-চৈরাক অমসুং ঐগী পাওমেন!

إِنَّا أَرْسَلْنَا عَلَيْهِمْ صَيْحَةً وَاحِدَةً فَكَانُوا كَهَشِيمِ الْمُحْتَظِرِ ﴿٣١﴾

৩২। তশেংবমক ঐখোইনা থাবিখি মখোইগী মায়োক্তা পোকথায়হনবা অমা (য়ুহারাবগা লোয়নখিবা), অদুনা মখোই ওইখি অকংবা চরূখোকগুম, খোঙপাকনা নেৎথৎপিখ্রবা।

وَلَقَدْ يَسَّرْنَا الْقُرْآنَ لِلذِّكْرِ فَهَلْ مِن مُّدَّكِرٍ ﴿٣٢﴾

৩৩। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা শেমখি কুরআনবু লায়না (খঙনবা অমসুং) নীংশিঙনবা, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা (মী)না মপুকনিং চঙব্রা (মসিদা)?

كَذَّبَتْ قَوْمُ لُوطٍ بِالنُّذُرِ ﴿٣٣﴾

৩৪। লুতকী মীশিংন(সু) য়াখিদে চেকশন-ব্রা-হায়বশিংবু।

إِنَّا أَرْسَلْنَا عَلَيْهِمْ حَاصِبًا إِلَّا آلَ لُوطٍ نَّجَّيْنَاهُم بِسَحَرٍ ﴿٣٤﴾

৩৫। তশেংবমক ঐখোইনা থাবিখি মখোইদা নুং পুবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমা মখোইগী মথক্তা নত্তুনা লুতকী মতুং ইনবশিং, মখোইবুদি ঐখোইনা কনবিখি নোংঙাল্লকপা হৌবদা,

৩৬। মদু চানবিবনি ঐখোইদগী। অসুম্না ঐখোইনা পী মহে তৌবিমল খঙবা মীবু।

نِّعْمَةً مِّنْ عِنْدِنَا ۚ كَذٰلِكَ نَجْزِىْ مَنْ شَكَرَ ﴿٣٥﴾

৩৭। অদুগা মহাকনা তশেংনমক চেকশন্নবা হায়বিখি মখোইবু ঐখোইগী (তমথীবা) রায়েল-চৈরাক্কী, তৌইগুম্বসুং মখোইনা চিংনখি চেকশনহন্নবগীদমক তৌখিবা পাওমেন্দু।

وَ لَقَدْ اَنْذَرَهُمْ بَطْشَتَنَا فَتَمَارَوْا بِالنُّذُرِ ﴿٣٦﴾

৩৮। অদুগা তশেংবমক মখোইনা হোৎনখি মমায় ওথোকহন্নবগী মহাকপু মহাক্কী যুমথুংল-বশিংদগী (মখোইবু ফত্তনা তৌনীংদুনা)। মরমদুনা ঐখোইনা তাংহনবিখি মখোইগী মমিৎশিং (অমসুং হায়বিখি ঃ) "হৌজিক নখোই তংঙু মহাউ ঐগী রায়েল-চৈরাক অমসুং ঐগী চেকশনহন্নবগী পাওমেন।"

وَلَقَدْ رَاوَدُوْهُ عَنْ ضَيْفِهٖ فَطَمَسْنَآ اَعْيُنَهُمْ فَذُوْقُوْا عَذَابِىْ وَ نُذُرِ ﴿٣٧﴾

৩৯। অদুগা তশেংনমক অয়ুক অঙনবদা কুইনা খাঙবা রায়েল-চৈরাকনা লাঙ্গোয় চনবিখি মখোইবু।

وَ لَقَدْ صَبَّحَهُمْ بُكْرَةً عَذَابٌ مُّسْتَقِرٌّ ﴿٣٨﴾

৪০। (অমসুং ঐখোইনা হায়বিখি ঃ) "হৌজিক নখোই তংঙু মহাউ ঐগী রায়েল-চৈরাক অমসুং ঐগী চেকশনহন্নবগী পাওমেন।"

فَذُوْقُوْا عَذَابِىْ وَ نُذُرِ ﴿٣٩﴾

৪১। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা শেমখি কুরআনবু লায়না (খঙনবা অমসুং) নীংশিঙনবা, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা (মী)না মপুকনিং চঙব্রা (মসিদা)?

وَ لَقَدْ يَسَّرْنَا الْقُرْاٰنَ لِلذِّكْرِ فَهَلْ مِنْ مُّدَّكِرٍ ﴿٤٠﴾

৩ শুবা রুকূ

৪২। অদুগা তশেংবমক লাকখি ফিরঔনগী মীশিংদা চেকশন্নবগী হায়বিবশিং ঃ

وَلَقَدْ جَآءَ اٰلَ فِرْعَوْنَ النُّذُرُ ﴿٤١﴾

৪৩। মখোইনা (নাপল-মিত্তাংনদুনা) য়াখিদে ঐখোইগী খুদম পুম্নমক। মরমদুনা ঐখোইনা ফাবিখি মখোইবু ফাবগুম্না পাঙ্গলবা (অমসুং) শক্তি পুম্নমক লৈবনা।

كَذَّبُوْا بِاٰيٰتِنَا كُلِّهَا فَاَخَذْنٰهُمْ اَخْذَ عَزِيْزٍ مُّقْتَدِرٍ ﴿٤٢﴾

৪৪। (হে ধর্ম্ম চত্তবশিং!) নখোইগী অচুম্বা থাজদবশিংনা হেন্না ফব্রা (ফিরঔনগী মীশিং)

اَكُفَّارُكُمْ خَيْرٌ مِّنْ اُولٰٓئِكُمْ اَمْ لَكُمْ بَرَآءَةٌ فِى

الزُّبُرِ ۝٤٣

মখোই অদুদগী? নত্রগা নখোইবু (রায়েল-চৈরাক্তগী) কায়থোক্লবনি হায়বা লৈরব্রা ধর্ম্ম শাস্ত্রশিংদা?

أَمْ يَقُولُونَ نَحْنُ جَمِيعٌ مُّنتَصِرٌ ۝٤٤

৪৫। নত্রগা মখোইনা হায়ব্রা ঃ "ঐখোইসি লানঙম্বা তেঙ্গোল অমনি?"

سَيُهْزَمُ الْجَمْعُ وَيُوَلُّونَ الدُّبُرَ ۝٤٥

৪৬। তেঙ্গোলশিংদু থুনা মায়থীবা পীখ্রগনি অমসুং তুং হন্দোক খ্রগনি (চেনবগী)।

بَلِ السَّاعَةُ مَوْعِدُهُمْ وَالسَّاعَةُ أَدْهَىٰ وَأَمَرُّ ۝٤٦

৪৭। মদু নত্তে, (মখোইবু মায়থীবা পীবগী) পুংজাদু মখোইগী রাশকপিখিবা মতমনি (রায়েল-চৈরাক পীবগী), অমসুং পুংজাদু য়েঁৗনা খুদোংথীবনি অমসুং খম থেংনা থম্মোই শোকপনি।

إِنَّ الْمُجْرِمِينَ فِي ضَلَالٍ وَسُعُرٍ ۝٤٧

৪৮। তশেংবমক মরাল লৈরবশিং লম্মুক্লরবনি অমসুং নাতৈ চাদবা অঙাওবনি।

يَوْمَ يُسْحَبُونَ فِي النَّارِ عَلَىٰ وُجُوهِهِمْ ذُوقُوا مَسَّ سَقَرَ ۝٤٨

৪৯। নুমিৎ অদুদা মখোইবু শোরো শোরো চিংথবদা মৈকোন্দা মমায়শিং উপ্লা (মখোইদা অসি হায়বিগনি ঃ) "নখোই তংঙু মহাউ নরক্কী।"

إِنَّا كُلَّ شَيْءٍ خَلَقْنَاهُ بِقَدَرٍ ۝٤٩

৫০। তশেংবমক, ঐখোইনা শেমখি পোৎ খুদিংমক (অরেপ্পা) চাংদা।

وَمَا أَمْرُنَا إِلَّا وَاحِدَةٌ كَلَمْحٍ بِالْبَصَرِ ۝٥٠

৫১। অদুগা ঐখোইগী হুকুমদি রাহে অমতনি, (মদুগী ফলসু) মিৎনা কুপ্পগুম্বনি।

وَلَقَدْ أَهْلَكْنَا أَشْيَاعَكُمْ فَهَلْ مِن مُّدَّكِرٍ ۝٥١

৫২। অদুগা, তশেংবমক, ঐখোইনা মাঙহনবিখ্রে (জাতি কয়া) নখোইগুম্বা ; তৌইগুমবসুং কনাগুম্বা (মী)না মপুকনিং চঙব্রা (মসিদা)?

وَكُلُّ شَيْءٍ فَعَلُوهُ فِي الزُّبُرِ ۝٥٢

৫৩। অদুগা মখোইনা তৌবা খুদিংমক ইশন্দুনা থমই কিতাবশিংদা।

وَكُلُّ صَغِيرٍ وَكَبِيرٍ مُّسْتَطَرٌ ۝٥٣

৫৪। অদুগা অপিকপা অমসুং অচৌবা (থবক) খুদিং (মখোইনা তৌবা) ইশল্লি।

إِنَّ الْمُتَّقِينَ فِي جَنَّاتٍ وَنَهَرٍ ۝٥٤

৫৫। তশেংবমক, ধর্ম্ম ফম্বৈনবশিংদি লৈগনি হৈকোন-লৈকোনশিং অমসুং তুরেলশিংগী মরক্তা (নুংঙাই-য়াইফবতা শরুক্লদুনা),

فِىْ مَقْعَدِ صِدْقٍ عِنْدَ مَلِيْكٍ مُّقْتَدِرٍ ﴿٥٥﴾

৫৬। (ঙন্দুনা) অচুম্বগী ফম্মেনথক্তা মনাক্তা শক্তি শালী ওইবা নিংথৌরেনগী।



سُوْرَةُ الرَّحْمٰنِ مَكِّيَّةٌ



অল-রহমান সূরহ ৫৫

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৭৯ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ﴿١﴾

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

اَلرَّحْمٰنُ ﴿٢﴾

২। থৌজালহৈবা অল্লাহ,

عَلَّمَ الْقُرْاٰنَ ﴿٣﴾

৩। মহাকনা তম্বিখি কুরআন।

خَلَقَ الْاِنْسَانَ ﴿٤﴾

৪। মহাকনা শেম-শাখি তাইবঙ মীবু,

عَلَّمَهُ الْبَيَانَ ﴿٥﴾

৫। তম্বিখি মহাকপু ৱা ঙাঙবা।

اَلشَّمْسُ وَالْقَمَرُ بِحُسْبَانٍ ﴿٦﴾

৬। নুমিৎ অমসুং থানা (চৎলি মখোইগী লম্বেল) লেপখিবা হিসাবকী মতুংইন্না,

وَّالنَّجْمُ وَالشَّجَرُ يَسْجُدٰنِ ﴿٧﴾

৭। অদুগা নাপী শীংনাংনচিংবা পাম্বীশিং অমসুং উপাল ৱাপালশিংনা ভক্তি কৎচৈ (মহাকপু)।

وَالسَّمَآءَ رَفَعَهَا وَوَضَعَ الْمِيْزَانَ ﴿٨﴾

৮। অদুগা মহাকনা ৱাংনা থাংগৎলি স্বর্গবু অমসুং লেপই চাং (ৱায়েল বিচারগী),

اَلَّا تَطْغَوْا فِى الْمِيْزَانِ ﴿٩﴾

৯। অদুনা নখোইনা ৱাংমা লান্দনবা (লেপখিবা) চাং অদু।

وَاَقِيْمُوا الْوَزْنَ بِالْقِسْطِ وَلَا تُخْسِرُوا الْمِيْزَانَ ﴿١٠﴾

১০। অদুগা থম্মু চাং অদু অচুম্বগা লোয়নননা অমসুং কদৌঙৈদসু চাং তাগনু (তিন্নবা মরূপ-মপিজাশিংদা)।

وَالْاَرْضَ وَضَعَهَا لِلْاَنَامِ ﴿١١﴾

১১। অদুগা মহাকনা থম্বিখি পৃথিবীসে (মহাক্কী) জীবশিংগীদমক,

فِيْهَا فَاكِهَةٌ وَّالنَّخْلُ ذَاتُ الْاَكْمَامِ ﴿١٢﴾

১২। মদুগী মনুংদা লৈ উহৈ (মখল পুম্নমক) অমসুং খজুর পাম্বীশিং মদুগী মপান চরোং-চরোং মখুমনা ইয়োম-য়োমশল্লি ;

وَالْحَبُّ ذُو الْعَصْفِ وَالرَّيْحَانُ ﴿١٢﴾

১৩। অমসুং মহৈ-মরোং মকু পানবশিং অমসুং মনম নুংশিবা পাম্বীশিং।

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ﴿١٣﴾

১৪। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

خَلَقَ الْإِنْسَانَ مِنْ صَلْصَالٍ كَالْفَخَّارِ ﴿١٤﴾

১৫। মহাকনা শেন-শাখি তাইবঙ মীবু ক্রং-ক্রং কংবা লৈবাক্তুগী চফু চনাইগুম,

وَخَلَقَ الْجَانَّ مِنْ مَارِجٍ مِنْ نَارٍ ﴿١٥﴾

১৬। অমসুং মহাকনা শেমখি জিনবু য়াম্না শাবা মৈদগী:

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ﴿١٦﴾

১৭। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

رَبُّ الْمَشْرِقَيْنِ وَرَبُّ الْمَغْرِبَيْنِ ﴿١٧﴾

১৮। (মহাক্তি) মপুনি নোংপোক অনিগী অমসুং মপুনি নোংচুপ অনিগী:

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ﴿١٨﴾

১৯। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

مَرَجَ الْبَحْرَيْنِ يَلْتَقِيَانِ ﴿١٩﴾

২০। মহাকনা চেনহল্লি সমুদ্র ঈপাক অনি — মখোই শম্নগনি (নুমিৎ তামদা),

بَيْنَهُمَا بَرْزَخٌ لَا يَبْغِيَانِ ﴿٢٠﴾

২১। মখোই অনিগী মরক্তা হৌজিক পল অমা লৈ, মখোই লানশন্দে (অমনা অমগী লমদা)।

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ﴿٢١﴾

২২। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

يَخْرُجُ مِنْهُمَا اللُّؤْلُؤُ وَالْمَرْجَانُ ﴿٢٢﴾

২৩। মখোই অনিদগী থোকই মুক্তাশিং অমসুং পোহাল।

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ﴿٢٣﴾

২৪। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

وَلَهُ الْجَوَارِ الْمُنْشَآتُ فِي الْبَحْرِ كَالْأَعْلَامِ ﴿٢٤﴾

২৫। অদুগা মহাক্কীনি জহাজশিং হোল্লিবা সমুদ্র ঈমায়থক্তা (নোংদোল-নোংলেন নোংখায়ননা লেপ্পা) চীংজাওশিংগুম।

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ﴿٢٥﴾

২৬। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

২ শুবা রুকূ

২৭। (পৃথিবীদা)লৈবা পুম্নমক মাঙ-তাক্কনি;

كُلُّ مَنْ عَلَيْهَا فَانٍ ۝٢٦

২৮। তৌইগুম্বসুং মতমপুম্বা লেঙদনা লৈগদবদি চেংলৌ মায়থোং অপানবা নংগী মপুতনি— ঙান্থোইনা চাংলেম্বা অমসুং ইজ্জৎকী মপুনি।

وَّيَبْقٰى وَجْهُ رَبِّكَ ذُو الْجَلٰلِ وَالْاِكْرَامِ ۝٢٧

২৯। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِاَيِّ اٰلَاۗءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٢٨

৩০। স্বর্গ অমসুং পৃথিবীদা লৈবা পুম্নমক্কা নীক্তে মঙোন্দা। নুমিৎ খুদিং মহাকনা (ফোংদোকচে মহাকমকপু) তোঙান-তোঙানবা শক্লেদা।

يَسْــَٔلُهٗ مَنْ فِي السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۭ كُلَّ يَوْمٍ هُوَ فِيْ شَاْنٍ ۝٢٩

৩১। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِاَيِّ اٰلَاۗءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٣٠

৩২। থুনা ঐখোইনা (রা) লেপ্পিগনি নখোইগী রাফম, হে ভেক্কোল অনি!

سَنَفْرُغُ لَكُمْ اَيُّهَ الثَّقَلٰنِ ۝٣١

৩৩। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِاَيِّ اٰلَاۗءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٣٢

৩৪। হে জিন অমসুং মীগী কাঙলুপ! নখোইগী নপাঙ্গল লৈরবদি চৎপা হেন্দোক্কা চিনাইরাইগী লন স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী, অদু ওইরবদি চংলো: তৌইগুম্বসুং নখোই ঙমলোই চৎপা (ঐখোইগী) হুকুম নত্তনা।

يٰمَعْشَرَ الْجِنِّ وَالْاِنْسِ اِنِ اسْتَطَعْتُمْ اَنْ تَنْفُذُوْا مِنْ اَقْطَارِ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ فَانْفُذُوْا ۭ لَا تَنْفُذُوْنَ اِلَّا بِسُلْطٰنٍ ۝٣٣

৩৫। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِاَيِّ اٰلَاۗءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٣٤

৩৬। নখোইগী মায়োক্তা থাবিরক্কনি মৈগী মৈরি অমসুং মৈখু, অদুগী মতমদা নখোই ঙমলোই ঙাকচবা শামকপু (মদুদগী)।

يُرْسَلُ عَلَيْكُمَا شُوَاظٌ مِّنْ نَّارٍ ڏ وَّنُحَاسٌ فَلَا تَنْتَصِرٰنِ ۝٣٥

৩৭। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فَبِاَيِّ اٰلَاۗءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ۝٣٦

৩৮। স্বর্গনা মচেৎ থোক্লা কায়রকপদা, অমসুং অঙাংবা শউনগুম ঙাংশিল্লকপদা (মদু কয়াদা তমথীগ্রবা নুমিৎ ওইগদবা!)

فَاِذَا انْشَقَّتِ السَّمَاۗءُ فَكَانَتْ وَرْدَةً كَالدِّهَانِ ۝٣٧

৩৯। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ٣٩

৪০। মরমদুনা নুমিৎ অদুদা মী নত্ত্রগা জিন কনামতবু রা হংবিরোই মাগী মাগী মপাপকী মরমদা।

فَيَوْمَئِذٍ لَّا يُسْـَٔلُ عَنْ ذَنْۢبِهٖٓ اِنْسٌ وَّلَا جَآنٌّ ٤٠

৪১। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ٤١

৪২। মরাল লৈরবশিং মশক হেক্তমক খঙগনি মখোইগী মার্কাশিংদগী, অমসুং মখোইবু ফাবিগনি পায়দুনা মখোইগী লুমাং-শম অমসুং মখোঙশিং।

يُعْرَفُ الْمُجْرِمُوْنَ بِسِيْمٰهُمْ فَيُؤْخَذُ بِالنَّوَاصِيْ وَالْاَقْدَامِ ٤٢

৪৩। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ٤٣

৪৪। মসি যম লৈবাক অদুনি মরাল লৈবশিংনা চুমদবনি হায়রম্বদু।

هٰذِهٖ جَهَنَّمُ الَّتِيْ يُكَذِّبُ بِهَا الْمُجْرِمُوْنَ ٤٤

৪৫। মরক্তা মদুগী অমসুং ক্রুং-ক্রুং শৌবা ঈশিংগী মখোই চৎকনি কোয়থুং- থুংনা।

يَطُوْفُوْنَ بَيْنَهَا وَبَيْنَ حَمِيْمٍ اٰنٍ ٤٥

৪৬। মরমদুনা করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ٤٦

৩ শুবা রুকূ

৪৭। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা মীওই মহাকনা লেপ্পা কিজরম্বা (রায়েলশঙ) মমাংদা মহাক্কী মপুগী, লৈ (শেম শাদুনা) হৈকোন-লৈকোন অনি।

وَلِمَنْ خَافَ مَقَامَ رَبِّهٖ جَنَّتٰنِ ٤٧

৪৮। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ٤٨

৪৯। (হৈকোন-লৈকোন অনি অদুদা লৈ মখল-মখালগী (উপাম্বাশিং অমসুং নুংঙাই-বশিং)।

ذَوَاتَآ اَفْنَانٍ ٤٩

৫০। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِاَيِّ اٰلَآءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبٰنِ ٥٠

৫১। মখোই অনিদুদা (লিকলাই মহীনরবী) ঈফুৎ অনি ঈচেল্লি (অপন-অরাক লৈতনা)।

فِيْهِمَا عَيْنٰنِ تَجْرِيٰنِ ٥١

৫২। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ٥١

৫৩। মদুগী মনুংদা উহৈ মখল খুদিং অনি-অনি পাল্লি।

فِيهِمَا مِن كُلِّ فَاكِهَةٍ زَوْجَانِ ٥٢

৫৪। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ٥٣

৫৫। মখোই হিপথগনি মথক্তা গালিচা ফিদাশিংগী—মদুগী ফিগা ওইগনি সনা হৎপা রেশম ফিনা। অদুগা হৈকোন অনিদুগী অমুনবা উহৈশিং (য়াম্থগনি) মখোইনা লাম্বা ফংনা।

مُتَّكِئِينَ عَلَىٰ فُرُشٍ بَطَائِنُهَا مِنْ إِسْتَبْرَقٍ ۚ وَجَنَى الْجَنَّتَيْنِ دَانٍ ٥٤

৫৬। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ٥٥

৫৭। মদুগী মনুংদা লৈগনি (মখোইগী সেবা-রোইশিং ওইনা অশেংবী লৈশাবীশিং) মিৎয়েং চোয়দা য়েংদবী (থম্মোই খুদিং হুনঙাই ওইরবী)—মখোইদু মী নত্রগা জিন কনামতনা শোকখিদরিবনি মখোইগী মমাংদা।

فِيهِنَّ قَاصِرَاتُ الطَّرْفِ لَمْ يَطْمِثْهُنَّ إِنسٌ قَبْلَهُمْ وَلَا جَانٌّ ٥٦

৫৮। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ٥٧

৫৯। (ফজবদা) মখোই (নীক—নীক লাউনা লৈরবা) লালমণি অমসুং পোহালগুম্বনি।

كَأَنَّهُنَّ الْيَاقُوتُ وَالْمَرْجَانُ ٥٨

৬০। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ٥٩

৬১। অফবা (থবক্কী) মহৈ অফবা নত্তবা করিগুম্বা পোৎনা ওইবা য়াব্রা ?

هَلْ جَزَاءُ الْإِحْسَانِ إِلَّا الْإِحْسَانُ ٦٠

৬২। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ٦١

৬৩। অমসুং (হৈকোন-লৈকোন) অনিসি নত্তবা, (অতোপ্পা) হৈকোন-লৈকোন অনি লৈ।

وَمِن دُونِهِمَا جَنَّتَانِ ٦٢

৬৪। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা ?

فَبِأَيِّ آلَاءِ رَبِّكُمَا تُكَذِّبَانِ ٦٣

مُدْهَآمَّتٰنِ

৬৫। (মদুদা হৌবা পাম্বী পুম্বমক) শমুক কাদুনা উনা-পুংবনি।

فَبِاَیِّ اٰلَآءِ رَبِّکُمَا تُکَذِّبٰنِ

৬৬। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فِیْهِمَا عَیْنٰنِ نَضَّاخَتٰنِ

৬৭। মদুদা তরং-ঈচেন্নরবী ঈফুৎ অনিসু লৈ।

فَبِاَیِّ اٰلَآءِ رَبِّکُمَا تُکَذِّبٰنِ

৬৮। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فِیْهِمَا فَاكِهَةٌ وَّنَخْلٌ وَّرُمَّانٌ

৬৯। মখোই অনিদুদা হৌরি উহৈশিং (মখল খুদিং, অমসুং খজুরশিং অমসুং কাফোইশিং।

فَبِاَیِّ اٰلَآءِ رَبِّکُمَا تُکَذِّبٰنِ

৭০। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

فِیْهِنَّ خَیْرٰتٌ حِسَانٌ

৭১। মদুগী মনুংদা লৈ শক-ফজবী, শকওং-শাদা নিংথৗজরবী (কুমারীশিং)।

فَبِاَیِّ اٰلَآءِ رَبِّکُمَا تُکَذِّبٰنِ

৭২। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

حُوْرٌ مَّقْصُوْرٰتٌ فِی الْخِیَامِ

৭৩। শকহেনবী লৈশাবীশিং মমিৎশিং মচু অমুবা য়ৌনা ফজখ্রবা (থম্মোই খুদিং হুনভাই মিংশ্না-থম্বাল-মানবী) ঙাক-শেন্দুনা থমখ্রবা তম্বুর মনুংশিংদা।

فَبِاَیِّ اٰلَآءِ رَبِّکُمَا تُکَذِّبٰنِ

৭৪। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

لَمْ یَطْمِثْهُنَّ اِنْسٌ قَبْلَهُمْ وَلَا جَآنٌّ

৭৫। মখোইদু মী নত্ত্রগা জিন কনামতনা শোকখিদরিবনি মখোইগী মমাংদা।

فَبِاَیِّ اٰلَآءِ رَبِّکُمَا تُکَذِّبٰنِ

৭৬। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

مُتَّكِـِٕیْنَ عَلٰی رَفْرَفٍ خُضْرٍ وَّعَبْقَرِیٍّ حِسَانٍ

৭৭। (মদুদা মখোই হরাওবমখৈ হরাওগনি নুংঙাইবমখৈ নুংঙাইগনি) হিপথদুনা অশংবা গন্দী অমসুং ফজখ্রবা গালিচা ফিদা মথক্তা।

فَبِاَیِّ اٰلَآءِ رَبِّکُمَا تُکَذِّبٰنِ

৭৮। মরমদুনা, করম্বা থৌজালবু ওইরবনো নখোইগী মপুগী নখোই অনিনা য়ারোইদৌরিবা?

تَبٰرَكَ اسْمُ رَبِّكَ ذِى الْجَلٰلِ وَالْإِكْرَامِ ۝٧٨

৭৯। য়াইফখোল লৈবনি কোলোয় মিংলেন্দ্বি নংগী মপুগী, (মহাক্তি) ঙাংথোইনা চাংলেম্বা অমসুং ইজ্জৎকী মপুনি।



سُوْرَةُ الْوَاقِعَةِ مَكِّيَّةٌ (٥٦)

অল-ৱাকি'অহ সূরহ ৫৬

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৯৭ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

إِذَا وَقَعَتِ الْوَاقِعَةُ ۝١

২। (নাংথোকপা য়াদ্রবা) থৌদোক অদু লাকলবা মতমদা,

لَيْسَ لِوَقْعَتِهَا كَاذِبَةٌ ۝٢

৩। মদু থোক্কনি হায়বদা মীনম্বনি কনানসু হায়বা ঙমদে।

خَافِضَةٌ رَّافِعَةٌ ۝٣

৪। (খরবু) মসিনা তোন্থহনবিগনি, (অতোপ্পবু) মসিনা রাংখৎহনবিগনি।

إِذَا رُجَّتِ الْأَرْضُ رَجًّا ۝٤

৫। পৃথিবীনা যুহারাদুনা (চেংখৈ য়াংকোল্লবা) নীকলবা মতমদা,

وَّبُسَّتِ الْجِبَالُ بَسًّا ۝٥

৬। অমসুং চীংজাওশিং মচেৎ-মচেৎ কায়দুনা পুমনীং-নীংখায়রবদা,

فَكَانَتْ هَبَآءً مُّنْبَثًّا ۝٦

৭। মখোই উফুলগুম ওইদুনা কোয়চাই চাই-খায়গনি।

وَّكُنْتُمْ أَزْوَاجًا ثَلٰثَةً ۝٧

৮। অদুগা নখোই (মীওইবশিং)বু (খায়দোক্কনি) কাঙলুপ অহুম থোক্লা ঃ

فَأَصْحٰبُ الْمَيْمَنَةِ مَآ أَصْحٰبُ الْمَيْمَنَةِ ۝٨

৯। (অহানবা) য়েৎথংবা খুৎকী মরূপশিং, কয়া য়াম্মা (লাইবক ফত্রবা) য়েৎথংবা খুৎকী মরূপশিংদো!

وَأَصْحٰبُ الْمَشْئَمَةِ مَآ أَصْحٰبُ الْمَشْئَمَةِ ۝٩

১০। (অনিশুবা) ওইথংবা খুৎকী মরূপশিং, কয়া য়াম্মা (লাইবক থীত্রবা) ওইথংবা খুৎকী মরূপশিংদো!

وَالسّٰبِقُوْنَ السّٰبِقُوْنَ ⑪

১১। অমসুং (অহুমশুবা) চৈকোক থংবশিং, মখোই খ্বাইগী মকোক থোংবশিংনি ;

اُولٰٓئِكَ الْمُقَرَّبُوْنَ ⑫

১২। মখোইসি মনাক নকপশিংনি (অল্লাহদা) ;

فِیْ جَنّٰتِ النَّعِیْمِ ⑬

১৩। মখোই লৈগনি (মতমপুম্বদা) থোইদোক্লা নুংঙাইথ্রবা হৈকোন-লৈকোনশিংদা।

ثُلَّةٌ مِّنَ الْاَوَّلِیْنَ ⑭

১৪। (অৱাংবা থাক অসি ফংগনি) মী য়াম্না মাংজিনগুগী (মুসলিমশিংগী) মরক্তগী,

وَ قَلِیْلٌ مِّنَ الْاٰخِرِیْنَ ⑮

১৫। অমসুং মী খরতা অকোনবা মতমগী।

عَلٰی سُرُرٍ مَّوْضُوْنَةٍ ⑯

১৬। (মখোই লৈগনি লৈকোন্নুংদা) পোখাদুনা গদ্দী মথক্তা মদু সনা অমসুং মণি-মুক্তা থাম্বনি,

مُّتَّكِـِٕیْنَ عَلَیْهَا مُتَقٰبِلِیْنَ ⑰

১৭। হিপথগনি মদুগী মথক্তা, অমগা অমগা মায় ওনশন্নদুনা।

یَطُوْفُ عَلَیْهِمْ وِلْدَانٌ مُّخَلَّدُوْنَ ⑱

১৮। ঙাইদুনা লৈবা পাখঙ সেবারোইশিং মতমচুপ্পা পোমশাৎনদুনা লৈগদৌবনা চত্তুনা লৈগনি (সেবাগী) মখোইগী অকোয়বদা,

بِاَكْوَابٍ وَّ اَبَارِیْقَ ۙ۬ وَ كَاْسٍ مِّنْ مَّعِیْنٍ ⑲

১৯। পুদুনা কপশিং অমসুং জগশিং অমসুং গিলাসশিং (থম্না) হাপ্তুনা (লিক্লাই মহীনরবা) ঈফুৎকী ঈশিং।

لَّا یُصَدَّعُوْنَ عَنْهَا وَ لَا یُنْزِفُوْنَ ⑳

২০। মদু (থকপ) না মখোইবু কোক চিকহল্লোই নত্তগা মখোইবু ময়ায় কাহল্লোই,

وَ فَاكِهَةٍ مِّمَّا یَتَخَیَّرُوْنَ ㉑

২১। অমসুং (পুদুনা) অসিগুম্বা উহৈশিং মখোইনা খনবা-খনবদু,

وَ لَحْمِ طَیْرٍ مِّمَّا یَشْتَهُوْنَ ㉒

২২। অমসুং শা চেকলা উচেকশিংগী মখোইনা পাম্বা-পাম্বদু।

وَ حُوْرٌ عِیْنٌ ㉓

২৩। অদুগা (মদুগী মনুংদা লৈগনি মখোইগী সেবাগীদমক) শকহেনবী লৈশাবীশিং মমিৎশিং তরাও-তরাওবী য়ৌনা ফজখ্রবা (থম্মোই খুদিং হুনঙাই মিৎস্মা থম্বাল মানবী),

كَاَمْثَالِ اللُّؤْلُؤِ الْمَكْنُوْنِ ㉔

২৪। (মখোইদু) মুক্তাগুম্বনি (কুয়োমদা) লোৎশন্দুনা লৈবা,

جَزَآءًۢ بِمَا كَانُوْا يَعْمَلُوْنَ ﴿٢٤﴾

২৫। (পুম্নমকসি) মনা-মথিননি মখোইনা তৌজখিবগী (অফবশিং)।

لَا يَسْمَعُوْنَ فِيْهَا لَغْوًا وَّلَا تَاْثِيْمًا ﴿٢٥﴾

২৬। মখোইনা তারোই মদুগী মনুংদা চোয়ঙাঙ নওঙ্গা পাপকী ৱারী-ৱাতাই,

اِلَّا قِيْلًا سَلٰمًا سَلٰمًا ﴿٢٦﴾

২৭। নত্তনা তরাম-তরাম্না ওকপগী (ৱাহৈ) "সলাম! সলাম!"

وَاَصْحٰبُ الْيَمِيْنِ ۙ مَآ اَصْحٰبُ الْيَمِيْنِ ﴿٢٧﴾

২৮। অদুগা য়েৎথংবা খুৎকী মরূপশিং, কয়া য়াম্না (লাইবক ফত্রবা) য়েৎথংবা খুৎকী মরূপশিংদো!

فِيْ سِدْرٍ مَّخْضُوْدٍ ﴿٢٨﴾

২৯। (মখোই) লৈগনি মরক্তা তিংখং পান্দবা সিদরহ পাম্বীশিংগী (নুংঙাইবা ফম্বৈনদুনা),

وَّطَلْحٍ مَّنْضُوْدٍ ﴿٢٩﴾

৩০। অমসুং (গে-গে লাউনা হৌবা) লফু পাম্বী চবুনগী,

وَّظِلٍّ مَّمْدُوْدٍ ﴿٣٠﴾

৩১। অমসুং শন্দোকলবা উরুম (মখাদা),

وَّمَآءٍ مَّسْكُوْبٍ ﴿٣١﴾

৩২। অমসুং ৱা-ৱা-ৱা লাউনা হাদোরকপা ঈশিং (মনাক্তা),

وَّفَاكِهَةٍ كَثِيْرَةٍ ﴿٣٢﴾

৩৩। অমসুং মরাংকায়বা উহৈশিংগী (মরক্তা),

لَّا مَقْطُوْعَةٍ وَّلَا مَمْنُوْعَةٍ ﴿٣٣﴾

৩৪। (মদু) লোয়বা লৈরোই নত্তগা (হাউনা চাবা) থিংবা তৌরোই,

وَّفُرُشٍ مَّرْفُوْعَةٍ ﴿٣٤﴾

৩৫। অমসুং মখোইগী লৈগনি য়াম্না চীংলেম্বা মতালোইশিং ঃ

اِنَّآ اَنْشَاْنٰهُنَّ اِنْشَآءً ﴿٣٥﴾

৩৬। তশেংবমক, ঐখোইনা শেম শাবিখি মখোইবু তোপ-তোপ্পা খুৎশেমদা,

فَجَعَلْنٰهُنَّ اَبْكَارًا ﴿٣٦﴾

৩৭। অমসুং শেমখি মখোইবু (মতমপুম্বদা পোমশাৎনদুনা লৈগদৌবা) লৈশাবীশিং (ওইনা),

عُرُبًا اَتْرَابًا ﴿٣٧﴾

৩৮। (ফজবা হৈরাংগী অথুম্বা হৈয়োন্দা থোকলবা) নুংশি-শকফম, শামান-লেংমান্নবা,

لِّاَصْحٰبِ الْيَمِيْنِ ﴿٣٨﴾

৩৯। (পুম্নমকসি নুংঙাইহন্নবগীনি) য়েৎথংবা খুৎকী মরূপশিংগীদমক্তা।

২ শুবা রুকূ

ثُلَّةٌ مِّنَ الْأَوَّلِيْنَ ۝٣٩

৪০। (থাক অসি ফংগনি) মী য়াম্না মাংজিনবগী (মুসলিমশিংগী) মরক্তুগী,

وَثُلَّةٌ مِّنَ الْآخِرِيْنَ ۝٤٠

৪১। অমসুং মী য়াম্না অকোনবা (মুসলিমশিংগী) মরক্তুগী।

وَأَصْحٰبُ الشِّمَالِ ۙ مَآ أَصْحٰبُ الشِّمَالِ ۝٤١

৪২। তৌইগুম্বসুং ওইথংরা খুৎকী মরূপশিং, কয়া য়াম্না (লাইবক থীগ্রবা) ওইথংবা খুৎকী মরূপশিংদো !

فِيْ سَمُوْمٍ وَّحَمِيْمٍ ۝٤٢

৪৩। (মখোই লৈগনি) অশাবা নুংশিৎ অমসুং অশৌবা ঈশিংগী (মরক্তা),

وَّظِلٍّ مِّنْ يَّحْمُوْمٍ ۝٤٣

৪৪। অমসুং অমুবা মৈখুগী মরামদা,

لَّا بَارِدٍ وَّلَا كَرِيْمٍ ۝٤٤

৪৫। ঈংবসু ঈংলোই নত্তগা তেকখৎপসু তেকখৎলোই।

إِنَّهُمْ كَانُوْا قَبْلَ ذٰلِكَ مُتْرَفِيْنَ ۝٤٥

৪৬। তশেংবমক মসিগী মমাংদা মখোই লৈরম্মী (তাইবঙ-পুন্সিদা) ৱাইশংনা অমসুং নুংঙাইনা ;

وَكَانُوْا يُصِرُّوْنَ عَلَى الْحِنْثِ الْعَظِيْمِ ۝٤٦

৪৭। অমসুং মখোই অনম কম্লম্মী শাথীবা শাজত্তা ;

وَكَانُوْا يَقُوْلُوْنَ ۙ أَئِذَا مِتْنَا وَكُنَّا تُرَابًا وَّعِظَامًا ءَإِنَّا لَمَبْعُوْثُوْنَ ۝٤٧

৪৮। অমসুং মখোইনা মশিঞ্জাং ওইনা হায়খি ঃ "করি! ঐখোইনা শিগ্রবা মতমদা অমসুং ওইরকত্রবদা উফুল অমসুং শরূ(লুকং), ঐখোইবু তশেংবমক অমুকহন্না হিংগৎহনবিগদৌরিব্রা ?

أَوَ اٰبَآؤُنَا الْأَوَّلُوْنَ ۝٤٨

৪৯। "অমসুং ঐখোইগী ইপা-ইপুশিং থাইনগী (সু হৌগৎলক্কদৌরিব্রা) ?"

قُلْ إِنَّ الْأَوَّلِيْنَ وَالْآخِرِيْنَ ۝٤٩

৫০। হায়য়ু ঃ "তশেংবমক অহানবগী অমসুং অকোনবগী (মীরোনশিং)—

لَمَجْمُوْعُوْنَ ۙ إِلٰى مِيْقَاتِ يَوْمٍ مَّعْلُوْمٍ ۝٥٠

৫১। "পুম্নমক পুন্নপ পুন্না খোমজনবিগনি (ৱায়েল বিচারগী) লেপখিবা পুংফমদা (খ্বাইনা) খঙনরবা নুমিৎ অমগী।"

ثُمَّ إِنَّكُمْ أَيُّهَا الضَّآلُّوْنَ الْمُكَذِّبُوْنَ ۝٥١

৫২। "অদুগী তুংদা, হে লম্মুক্কুপ্রবশিং (অমসুং অচুম্বা পাওজেন) য়াদবশিং !"

لَاٰكِلُوْنَ مِنْ شَجَرٍ مِّنْ زَقُّوْمٍ ۝٥٢

৫৩। "নখোই চাবা তাই (মহৈ) জক্কুম উপাম্বীগী,"

৫৪। ''মদুনা থনগনি নখোইগী নপুকশিং,''

فَمٰلِـُٔوْنَ مِنْهَا الْبُطُوْنَ ۝٥٣

৫৫। ''মদুগী মথক্তা নখোই থক্কনি অশৌবা ঈশিং ;''

فَشٰرِبُوْنَ عَلَيْهِ مِنَ الْحَمِيْمِ ۝٥٤

৫৬। ''গর-গর থক্কনি খৌরাংলবা উটনা পেনবা নাইদনা থকপগুম।''

فَشٰرِبُوْنَ شُرْبَ الْهِيْمِ ۝٥٥

৫৭। মসিনি মখোইগী সেবা ব্রায়েল বিচারগী নুমিত্তা।

هٰذَا نُزُلُهُمْ يَوْمَ الدِّيْنِ ۝٥٦

৫৮। (হে তাইবঙ মীশিং! ব্রারম অসি খঙঙু ঃ) ঐখোইনা শেম শাখিবনি নখোইবু, মরমদুনা করিগীনো নখোইনা য়াদরিবা অচুম্বা (ব্রাফম শিবদগী অমুক হিংগৎহনবগী) ?

نَحْنُ خَلَقْنٰكُمْ فَلَوْلَا تُصَدِّقُوْنَ ۝٥٧

৫৯। নখোই য়েংব্রা (নাওচন লীলা শান্নবদা) নখোইনা থাদোরকপা (অঙাং শানবা মহীক) অদু ?

اَفَرَءَيْتُمْ مَّا تُمْنُوْنَ ۝٥٨

৬০। নখোইনা শেম্ব্রা মদু নত্ত্রগা ঐখোইনা অশেম্বা ওইব্রা (মদুগী) ?

ءَاَنْتُمْ تَخْلُقُوْنَهٗٓ اَمْ نَحْنُ الْخٰلِقُوْنَ ۝٥٩

৬১। ঐখোইনা নোংদমবিব্রে শিবা হায়বদু নখোই (তাইবঙ মী) পুম্নমক্তা, অমসুং ঐখোইবু থিংবা ঙম্মরোই—

نَحْنُ قَدَّرْنَا بَيْنَكُمُ الْمَوْتَ وَمَا نَحْنُ بِمَسْبُوْقِيْنَ ۝٦٠

৬২। পুশল্লকপদা নখোইগী নফমদা (অতোপ্পা) নখোইগুম্বা, অমসুং চাওখৎহনবদা নখোইবু (অতোপ্পা মওং) নখোইনা খঙদবদা।

عَلٰٓى اَنْ نُّبَدِّلَ اَمْثَالَكُمْ وَنُنْشِئَكُمْ فِيْ مَا لَا تَعْلَمُوْنَ ۝٦١

৬৩। অদুগা তশেংবমক নখোইনা খঙলে অহানবগী খুৎশেম। করি মরমগী নখোই ধ্যান তৌদবগে ?

وَلَقَدْ عَلِمْتُمُ النَّشْاَةَ الْاُوْلٰى فَلَوْلَا تَذَكَّرُوْنَ ۝٦٢

৬৪। নখোই য়েংব্রা নখোইনা (মরু) হুনবদু ?

اَفَرَءَيْتُمْ مَّا تَحْرُثُوْنَ ۝٦٣

৬৫। নখোইনা হৌহনব্রা মদু নত্ত্রগা ঐখোইনা ওইব্রা (পোৎ-চৈ) হৌহনবা ?

ءَاَنْتُمْ تَزْرَعُوْنَهٗٓ اَمْ نَحْنُ الزّٰرِعُوْنَ ۝٦٤

৬৬। ঐখোইনা করিগুম্বা তৌনীংলবদি, ঐখোইনা ঙম্মি ওইহনবা মদু পুম্নমক কায়হন্দুনা মচেৎ-মচেৎ তাহনবা, মতমদুদা নখোই কপকনি ঃ

لَوْ نَشَاۤءُ لَجَعَلْنٰهُ حُطَامًا فَظَلْتُمْ تَفَكَّهُوْنَ ۝٦٥

৬৭। (অমসুং হায়গনি :) "ঐখোইদি মাঙজরেদনা!"

إِنَّا لَمُغْرَمُونَ ﴿٦٦﴾

৬৮। "নত্তে, ঐখোইগী লৈজরম্বাপুম্বা লৌথোকপিখ্রে।"

بَلْ نَحْنُ مَحْرُومُونَ ﴿٦٧﴾

৬৯। নখোই য়েংব্রা নখোইনা থকলিবা ঈশিংদু ?

أَفَرَءَيْتُمُ الْمَاءَ الَّذِي تَشْرَبُونَ ﴿٦٨﴾

৭০। নখোইনা তাহনব্রা মদু নোং মতুমদগী নত্ত্রগা ঐখোইনা তাহনব্রা ?

ءَأَنتُمْ أَنزَلْتُمُوهُ مِنَ الْمُزْنِ أَمْ نَحْنُ الْمُنزِلُونَ ﴿٦٩﴾

৭১। ঐখোইনা করিগুম্বা তৌনীংলবদি, ঐখোইনা ঙম্মি ওইহনবা মদু খয়াক্লবা। মরমদুনা করিগীনো নখোইনা তৌবিমল খঙবা উত্তবা ?

لَوْ نَشَاءُ جَعَلْنَاهُ أُجَاجًا فَلَوْلَا تَشْكُرُونَ ﴿٧٠﴾

৭২। নখোই য়েংব্রা নখোইনা থারিবা মৈ অদু ?

أَفَرَءَيْتُمُ النَّارَ الَّتِي تُورُونَ ﴿٧١﴾

৭৩। নখোইনা থোকহনব্রা পাম্বেল উ মদুগীদমক নত্ত্রগা ঐখোইনা থোকহনব্রা ?

ءَأَنتُمْ أَنشَأْتُمْ شَجَرَتَهَا أَمْ نَحْنُ الْمُنشِئُونَ ﴿٧٢﴾

৭৪। ঐখোইনা শেমখি মদু নীংশিঙহন্নবা পোৎ অমা ওইনা (ফত্তরম লম্বীনবশিংদা) অমসুং কান্নবা অমা ওইনা লংফৈ চৎপশিংগী মরুভূমিদা।

نَحْنُ جَعَلْنَاهَا تَذْكِرَةً وَمَتَاعًا لِّلْمُقْوِينَ ﴿٧٣﴾

৭৫। মরমদুনা শৈশকও থাগত্তুনা কোলোয় মিংলেন নংগী মপু অচৌবগী।

فَسَبِّحْ بِاسْمِ رَبِّكَ الْعَظِيمِ ﴿٧٤﴾

৩ শুবা রুকূ

৭৬। নত্তে, ঐনা ৱাশকপি থৱাম্মিচাক মথী তাবগী,

فَلَا أُقْسِمُ بِمَوَاقِعِ النُّجُومِ ﴿٧٥﴾

৭৭। অমসুং মসি, তশেংবমক, অচৌবা ৱাশকনি, নখোইনা করিগুম্বা খঙলবদি,

وَإِنَّهُ لَقَسَمٌ لَّوْ تَعْلَمُونَ عَظِيمٌ ﴿٧٦﴾

৭৮। মদুদি মসি, থাজ়শেংবমক, ঈকাই-খুম্নমঙাই মশক ওইবা কুরআন্নি,

إِنَّهُ لَقُرْآنٌ كَرِيمٌ ﴿٧٧﴾

৭৯। চেকশন্না ঙাক্তুনা থমগ্রবা কিতাব অমদা (ইুশনখ্রবনি),

فِي كِتَابٍ مَّكْنُونٍ ﴿٧٨﴾

৮০। মসি শোকপা য়াদে (নুং-পান অনিমক) শেংদোকলবশিং নত্তনা।

لَّا يَمَسُّهُ إِلَّا الْمُطَهَّرُونَ ﴿٧٩﴾

৮১। (মসি) ফোংদোরকখিবনি সংসার পুম্নমক্কী মপুদগী।

تَنزِيلٌ مِّن رَّبِّ الْعَالَمِينَ ﴿٨٠﴾

৮২। (স্বর্গগী ৱাপাও অসিবুরা (হে লমফে-খোঙফম্নবশিং!) নখোইনা উশিৎ-থৌওইদনা তৌরিবা? | أَفَبِهَٰذَا الْحَدِيثِ أَنتُم مُّدْهِنُونَ ﴿٨١﴾

৮৩। অমসুং নখোইনা ওইরব্রা মদুবু য়াদবনা নখোইগী হিংনবগী পাম্বৈ? | وَتَجْعَلُونَ رِزْقَكُمْ أَنَّكُمْ تُكَذِّبُونَ ﴿٨٢﴾

৮৪। মরমদুনা, করিগীনো (নখোইনা ফাদুনা থমদবা শিগদৌরবা মীগী থৱাইনা) কাখৎলকপদা খৌরী য়ৌনা, | فَلَوْلَا إِذَا بَلَغَتِ الْحُلْقُومَ ﴿٨٣﴾

৮৫। অমসুং মিৎকুপ অদুদা নখোই (তঙক-তঙক) য়েংদুনা লৈ (অৱাবা ফিবমদু)— | وَأَنتُمْ حِينَئِذٍ تَنظُرُونَ ﴿٨٤﴾

৮৬। অমসুং ঐখোই লৈ মঙোন্দা হেন্না নকশন্না নখোইদগী, তৌইগুম্বসুং নখোইনা উদে (ঐখোইবু) | وَنَحْنُ أَقْرَبُ إِلَيْهِ مِنكُمْ وَلَٰكِن لَّا تُبْصِرُونَ ﴿٨٥﴾

৮৭। করি মরমগী, মতাং অদুদা, নখোই মখা পোন্দ্রবদি (ঐখোইগী), | فَلَوْلَا إِن كُنتُمْ غَيْرَ مَدِينِينَ ﴿٨٦﴾

৮৮। হন্না পুশন্দবগে (থৱাই) অদু (হকচাংদা) নখোইনা ওইরবদি অচুম্বা ভাঙবা? | تَرْجِعُونَهَا إِن كُنتُمْ صَادِقِينَ ﴿٨٧﴾

৮৯। মহাকনা করিগুম্বা ওইরবদি (অমা, অল্লাহগী) মনাক নকপশিংগী, | فَأَمَّا إِن كَانَ مِنَ الْمُقَرَّبِينَ ﴿٨٨﴾

৯০। মহাক্কী (মনা-মথিনদি) নুংঙাইবনি অমসুং নুংশিবা মনমনি অমসুং (মতমপুম্বদা) থোইদোক্না নুংঙাইখ্রবা হৈকোন-লৈকোন্নি। | فَرَوْحٌ وَرَيْحَانٌ وَجَنَّتُ نَعِيمٍ ﴿٨٩﴾

৯১। অদুগা মহাকনা ওইরবদি (অমা) য়েৎথংবা খুৎকী মরূপশিংগী, | وَأَمَّا إِن كَانَ مِنْ أَصْحَابِ الْيَمِينِ ﴿٩٠﴾

৯২। মতমদুদা (ফংগনি তরাম-তরাম্না ওকপগী ৱাহৈঃ) "সলাম নংঙোন্দা," (হো সাহেব!) য়েৎথংবা খুৎকী মরূপশিংগী। | فَسَلَامٌ لَّكَ مِنْ أَصْحَابِ الْيَمِينِ ﴿٩١﴾

৯৩। তৌইগুম্বসুং মহাকনা ওইরবদি (অমা, অচুম্বা) য়াদবশিংগী অমসুং লম্মুক্লবশিংগী, | وَأَمَّا إِن كَانَ مِنَ الْمُكَذِّبِينَ الضَّالِّينَ ﴿٩٢﴾

৯৪। অদুগী মতমদা (মহাকপু) ওকপিগনি অশৌবা ঈশিং (হৈথবিদুনা), | فَنُزُلٌ مِّنْ حَمِيمٍ ﴿٩٣﴾

৯৫। অমসুং ইনশনবিদুনা নরক কোমদা। | وَتَصْلِيَةُ جَحِيمٍ ﴿٩٤﴾

إِنَّ هَٰذَا لَهُوَ حَقُّ الْيَقِينِ ﴿٩٦﴾

৯৬। তশেংবমক, মসি শোয়দ্রবা অচুম্বনি ;

فَسَبِّحْ بِاسْمِ رَبِّكَ الْعَظِيمِ ﴿٩٧﴾

৯৭। মরমদুনা শৈশকও থাগত্বুনা কোলোয় মিংলেন নংগী মপু অচৌবগী।



## سُوْرَةُ الْحَدِيْدِ مَدَنِيَّةٌ (٥٧)



সূরহ ৫৭ অল-হদীদ

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৩০ নি)

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ﴿١﴾

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

سَبَّحَ لِلَّهِ مَا فِي السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ ۖ وَهُوَ الْعَزِيزُ الْحَكِيمُ ﴿٢﴾

২। স্বর্গদা অমসুং পৃথিবীদা লৈবাপুম্বনা ঈকাইখুম্মনা থাগৎচৈ অল্লাহবু ; অমসুং মহাক্তি পাঙ্গলবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

لَهُ مُلْكُ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضِ ۖ يُحْيِي وَيُمِيتُ ۖ وَهُوَ عَلَىٰ كُلِّ شَيْءٍ قَدِيرٌ ﴿٣﴾

৩। মহাক্কী নিংথৌ লৈবাকনি স্বর্গ অমসুং পৃথিবীসে। মহাকনা হিংহল্লি অমসুং মহাকনা শিহল্লি ; অমসুং মহাক্তি শক্তি লৈবনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

هُوَ الْأَوَّلُ وَالْآخِرُ وَالظَّاهِرُ وَالْبَاطِنُ ۖ وَهُوَ بِكُلِّ شَيْءٍ عَلِيمٌ ﴿٤﴾

৪। মহাক্তি অহানবনি অমসুং অকোনবনি, অমসুং অফোংবনি অমসুং অরোনবনি ; অমসুং মহাক্তি অখণ্ডবনি পোৎ পুম্নমক।

هُوَ الَّذِي خَلَقَ السَّمَاوَاتِ وَالْأَرْضَ فِي سِتَّةِ أَيَّامٍ ثُمَّ اسْتَوَىٰ عَلَى الْعَرْشِ ۚ يَعْلَمُ مَا يَلِجُ فِي الْأَرْضِ وَمَا يَخْرُجُ مِنْهَا وَمَا يَنْزِلُ مِنَ السَّمَاءِ وَمَا يَعْرُجُ فِيهَا ۖ وَهُوَ مَعَكُمْ أَيْنَ مَا كُنْتُمْ ۚ وَاللَّهُ بِمَا تَعْمَلُونَ بَصِيرٌ ﴿٥﴾

৫। মহাকননি শেম শাখিবা স্বর্গ অমসুং পৃথিবীবু (তোঙান-তোঙানবা) মতম তরুকদা, অদুগী তুংদা মহাকনা লৌখি আসন শক্তিগী কোইরেল ফম্বালথক্তা। মহাকনা খঙই পৃথিবীদা করি চঙখিবা অমসুং করি থোকখিবা মদুদগী, অমসুং করি কুমথরকপা কোরৌ নোংমদোলদগী অমসুং করি কাখৎখিবা মদুদা। অদুগা মহাকনা ইলোয়-লোয়নবি নখোইগা হেক মফম অমদা নখোইনা লৈরবসু ; অমসুং মহাকনা উই নখোইনা তৌবা পুম্নমক।

فَاصْبِرْ صَبْرًا جَمِيلًا

৬। মরমদুনা (হে মুহম্মদ!) নং খাংহৈনা খাংঙু (ধর্ম্ম চত্তবশিংনা থীনা তৌবদু)।

إِنَّهُمْ يَرَوْنَهُ بَعِيدًا

৭। মখোইনা উই (রায়েল-চৈরাক) অদু য়াম্না লাপ্পা,

وَنَرَاهُ قَرِيبًا

৮। তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা উই মদু য়াম্না নক্লা।

يَوْمَ تَكُونُ السَّمَاءُ كَالْمُهْلِ

৯। নুমিৎ অদুদা সোরারেন্না ওইরকলবদা শৌদোকহল্লবা কোরিগুম (মৈরিনা ঙাংশং ঙাং),

وَتَكُونُ الْجِبَالُ كَالْعِهْنِ

১০। অমসুং (নোংদোল-লৈচিন লানশীংননা লেপলবা) চীংজাওশিংনা ওইরকলবদা তেরা মফোনগুম (মালং নুংশিংনা কোয়পাই-পাইহনবা),

وَلَا يَسْأَلُ حَمِيمٌ حَمِيمًا

১১। অমসুং মরূপ অমনা রা হংলোই থিরোই চান্নবা মরূপ অমগী ফিবম,

يُبَصَّرُونَهُمْ يَوَدُّ الْمُجْرِمُ لَوْ يَفْتَدِي مِنْ عَذَابِ يَوْمِئِذٍ بِبَنِيهِ

১২।

মখোই অমগা অমগা মশক উনরবসু; মরাল লৈরবা মীনা নীংগনি কায়থোক্লবা মশামকপু নুমিৎ অদুগী, রায়েল-চৈরাক্তগী কখোক্তুনা মহাক্কী মচাশিংবু,

وَصَاحِبَتِهِ وَأَخِيهِ

১৩। অমসুং মহাক্কী নুপীবু অমসুং মহাক্কী (পোকমিন্নবা) মচিন মনাওবু,

وَفَصِيلَتِهِ الَّتِي تُؤْوِيهِ

১৪। অমসুং মহাক্কী মরী-মতা মহাকপু চঙজফম পীথিববু,

وَمَنْ فِي الْأَرْضِ جَمِيعًا ثُمَّ يُنْجِيهِ

১৫। অমসুং মালেমথক্তা লৈবা পুম্নমকবু — অদুনা কল্লবা মহাকমকপু।

كَلَّا إِنَّهَا لَظَىٰ

১৬। (কনবা) শুকয়া-য়ারোই! তশেংবমক (শেম শাখ্রবনি) খাম্বি মৈত্রেং অরাবা (তুম্না চাকথেকপা ঙম্বা),

نَزَّاعَةً لِلشَّوَىٰ

১৭। (মদুনা) খোকতোক্কনি শউন কুরাংবানমখৈ লরাই লুতোন ফাওবা (চাকহত্তুনা)!

১৮। (মৈ) অসিনা কৌশল্লি অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা মতুং ওনশল্লম্বা অমসুং মমায় ওথোকলম্বা (অচুম্বা পাওজেন্দগী),

تَدْعُوا مَنْ أَدْبَرَ وَتَوَلَّىٰ ﴿١٧﴾

১৯। অমসুং (য়ারা ললয়াম)পৈশল্লম্বা তৌইগুম্বসুং লোৎশল্লম্বা (অফবা মরমদা খরচ তৌনীংদদুনা)।

وَجَمَعَ فَأَوْعَىٰ ﴿١٨﴾

২০। তশেংবমক, মীদি শেমখি খাংঙমদবা ওইনা,

إِنَّ الْإِنسَانَ خُلِقَ هَلُوعًا ﴿١٩﴾

২১। পাখৎকল্লি ফত্তবনা লাঙ্গোয় চল্লবদা মহাকপু;

إِذَا مَسَّهُ الشَّرُّ جَزُوعًا ﴿٢٠﴾

২২। তৌইগুম্বসুং নুংঙাইবা শরুক্করবদা, মহাক অরীকপা কুপশু ওই,

وَإِذَا مَسَّهُ الْخَيْرُ مَنُوعًا ﴿٢١﴾

২৩। নত্তনা মখোই নমাজ তৌবশিংদু,

إِلَّا الْمُصَلِّينَ ﴿٢٢﴾

২৪। (মশাগী থৌগাই মশক খঙনা) নমাজ তৌবদা মপূকনিং চেৎপশিং,

الَّذِينَ هُمْ عَلَىٰ صَلَاتِهِمْ دَائِمُونَ ﴿٢٣﴾

২৫। অমসুং মখোইগী সম্পত্তিদা (লৈত লাইরবশিংগী) হক লৈ হায়না য়াবশিং,

وَالَّذِينَ فِي أَمْوَالِهِمْ حَقٌّ مَّعْلُومٌ ﴿٢٤﴾

২৬। (তশেংনা পীনবগী) অনীবদা অমসুং নীদবদা (ঈকাইবগী মরম্দা),

لِّلسَّائِلِ وَالْمَحْرُومِ ﴿٢٥﴾

২৭। অমসুং চপচানা থাজবশিং রায়েল বিচারগী নুমিৎপু অচুম্বনি হায়না,

وَالَّذِينَ يُصَدِّقُونَ بِيَوْمِ الدِّينِ ﴿٢٦﴾

২৮। অমসুং কিজবশিং মখোইগী মপুগী রায়েল-চৈরাকপু:

وَالَّذِينَ هُم مِّنْ عَذَابِ رَبِّهِم مُّشْفِقُونَ ﴿٢٧﴾

২৯। তশেংবমক, কনাসু লৈতে অশোয়-অঙাম লৈরোয়দবা মখোইগী মপুগী রায়েল-চৈরাক্তগী।

إِنَّ عَذَابَ رَبِّهِمْ غَيْرُ مَأْمُونٍ ﴿٢٨﴾

৩০। অদুগা ইন্দ্রিগী অরাম-খৌরাংবদগী ঙাকচবা মখোইদু,

وَالَّذِينَ هُمْ لِفُرُوجِهِمْ حَافِظُونَ ﴿٢٩﴾

৩১। (অতৈ অতোপ্পা নুপীশিংদগী' নত্তনা মখোইগী মতাল্লোইশিংদা নত্তগা মখোইগী মখুৎ য়েৎথংবশিংনা দখল তৌরিবদা (মখোইনা নুংঙাইনরুবদা) করিসু দোশ লৈতে;

إِلَّا عَلَىٰ أَزْوَاجِهِمْ أَوْ مَا مَلَكَتْ أَيْمَانُهُمْ فَإِنَّهُمْ غَيْرُ مَلُومِينَ ﴿٣٠﴾

فَمَنِ ابْتَغٰى وَرَآءَ ذٰلِكَ فَاُولٰٓئِكَ هُمُ الْعٰدُوْنَ ۝

৩১। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা (মিতা খমদাদুনা) থিরবদি (অতোপ্পা নুপীশিং) মখোইসি নত্তবা, মখোই কা হেন্দোকপশিংনি ;

وَالَّذِيْنَ هُمْ لِاَمٰنٰتِهِمْ وَعَهْدِهِمْ رٰعُوْنَ ۝

৩৩। অমসুং মখোইদা পোৎ-চৈশিং শীন্নবদা থাজবা য়াবা অমসুং মখোইগী ৱাশকশিং ঈশোয়-শোয়দবা,

وَالَّذِيْنَ هُمْ بِشَهٰدٰتِهِمْ قَآئِمُوْنَ ۝

৩৪। অমসুং মখোইগী সাক্ষী পীনবা নপুকচেল তিংবশিং,

وَالَّذِيْنَ هُمْ عَلٰى صَلَاتِهِمْ يُحَافِظُوْنَ ۝

৩৫। অমসুং মখোইগী নমাজ তৌবদা চেকশনবশিং (মতমদা অমসুং নিয়মদা),

اُولٰٓئِكَ فِيْ جَنّٰتٍ مُّكْرَمُوْنَ ۝

৩৬। মখোইসি লৈগনি স্বর্গ লৈকোনশিংদা ঈকাইখুম্নবগা লোয়ননা।

২ শুবা রুকূ

فَمَالِ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا قِبَلَكَ مُهْطِعِيْنَ ۝

৩৭। তৌইগুম্বসুং করি তৌরবগে (অচুম্বা) থাজদবশিংনা তফিং-তফিং চেনশল্লকলিবা অসিবু নংঙোন্দা,

عَنِ الْيَمِيْنِ وَعَنِ الشِّمَالِ عِزِيْنَ ۝

৩৮। য়েৎরোমদগী অমসুং ওইরোমদগী, কাঙবু কাঙবু (অতৎ-অখম লৈত্তনা) ?

اَيَطْمَعُ كُلُّ امْرِئٍ مِّنْهُمْ اَنْ يُّدْخَلَ جَنَّةَ نَعِيْمٍ ۝

৩৯। মখোইগী মরক্তা মী খুদিংমকনা চঙনীংব্রা (মতম পুম্বদা) থোইদোক্লা নুংঙাইখ্রবা স্বর্গ লৈকোন- শিংদা ?

كَلَّا ۗ اِنَّا خَلَقْنٰهُمْ مِّمَّا يَعْلَمُوْنَ ۝

৪০। (চঙবা) শুকয়া-য়ারোই! ঐখোইনা শেম্বিখ্রে মখোইবু তশেংনা মখোইনা খঙবা অদুগীদমক্তা।

فَلَآ اُقْسِمُ بِرَبِّ الْمَشٰرِقِ وَالْمَغٰرِبِ اِنَّا لَقٰدِرُوْنَ ۝

৪১। মরমদুনা ঐনা ৱাশকলি নোংপোক লমশিং অমসুং নোংচুপ লমশিংগী মপুগী কসম তৌদুনা, মদুদি ঐখোই তশেংবমক শক্তি লৈবনি—

عَلٰٓى اَنْ نُّبَدِّلَ خَيْرًا مِّنْهُمْ وَمَا نَحْنُ بِمَسْبُوْقِيْنَ ۝

৪২। পুশল্লকপা মখোইগী মফমদা অতোপ্পশিং হেন্না ফবা মখোইদগী, অমসুং ঐখোইবু ঙম্মরোই অরেম্বদা তাহনবা (ঐখোইগী তৌনীংবা মওং)।

فَذَرْهُمْ يَخُوْضُوْا وَيَلْعَبُوْا حَتّٰى يُلٰقُوْا يَوْمَهُمُ الَّذِيْ يُوْعَدُوْنَ ۝

৪৩। মরমদুনা মখোই ৱারেম শুজসনু অমসুং শান্ন-খোৎনদুনা লৈজসনু মখোইনা উনদরিবা ফাওবা মখোইগী নুমিৎ মখোইদা ৱাশকপিরিবদু,

৪৪। নুমিৎ অদুদা মখোই তফিং-তফিং চেনখোরক্কনি মখোইগী কবরশিংদগী, মখোইনা লমজেন চেন্নবগুম থুংফম য়ৌনবা.

يَوْمَ يَخْرُجُونَ مِنَ الْأَجْدَاثِ سِرَاعًا كَأَنَّهُمْ إِلَىٰ نُصُبٍ يُوفِضُونَ ۝

৪৫।- মখোইগী মমিৎশিং (অমসুং মমায়শিং) লুকথগনি ঈকাই ফিরুক খুমদুনা। অসিগুম্বনি মখোইদা রাশকপিরিবা নুমিৎ অদু।

خَاشِعَةً أَبْصَارُهُمْ تَرْهَقُهُمْ ذِلَّةٌ ۚ ذَٰلِكَ الْيَوْمُ الَّذِي كَانُوا يُوعَدُونَ ۝



নূহ সূরহ ৭১

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২৯ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ۝

২। তশেংবমক ঐখোইনা থাখি নূহবু মহাক্কী মীশিংদা (অসি হায়বিদুনা)ঃ "চেকশন্নবা হায়বিয়ু নংগী মীশিংবু লাক্তরিঙৈদা মখোইদা অরাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

إِنَّا أَرْسَلْنَا نُوحًا إِلَىٰ قَوْمِهِ أَنْ أَنذِرْ قَوْمَكَ مِن قَبْلِ أَن يَأْتِيَهُمْ عَذَابٌ أَلِيمٌ ۝

৩। মহাকনা হায়খিঃ "হো ঐগী কাঙলুপ! তশেংবমক ঐসে চেকশন্নবা হায়বিবা মীনি নাখোইদা,

قَالَ يَا قَوْمِ إِنِّي لَكُمْ نَذِيرٌ مُّبِينٌ ۝

৪। "নাখোই থৌগল তৌ অল্লাহগী অমসুং কিয়ু মহাকপু অমসুং ঐনা হায়বদা ইল্লু.

أَنِ اعْبُدُوا اللَّهَ وَاتَّقُوهُ وَأَطِيعُونِ ۝

৫। "মহাকনা কোকপিগনি নাখোইগী নপাপশিং অমসুং পীবিগনি নাখোইবু পোথাবা অরেপ্পা মতম অমা ফাওবগী। তশেংবমক অল্লাহনা লেপখিবা মতম অদু লাকলবদা য়ৈথোকপা য়াদে, নাখোইনা করিগুম্বা খঙলমলবদি।"

يَغْفِرْ لَكُم مِّن ذُنُوبِكُمْ وَيُؤَخِّرْكُمْ إِلَىٰ أَجَلٍ مُّسَمًّى ۚ إِنَّ أَجَلَ اللَّهِ إِذَا جَاءَ لَا يُؤَخَّرُ ۖ لَوْ كُنتُمْ تَعْلَمُونَ ۝

৬। মহাকনা হায়খিঃ "ঐগী মপুও! ঐনা কৌজখ্রে ঐগী মীশিংবু অহিং অমসুং নুংথিলদা,

قَالَ رَبِّ إِنِّي دَعَوْتُ قَوْمِي لَيْلًا وَنَهَارًا ۝

৭। “তৌইগুম্বসুং ঐগী কৌবনা (মখোইবু) হেন্নদুম চেলহনখ্রে (ঐঙোন্দগী হায়ন-তানবা য়াদদুনা)।

فَلَمْ يَزِدْهُمْ دُعَآءِيْٓ اِلَّا فِرَارًا

৮। “অদুগা ঐনা কৌবা মতম খুদিংদা মখোইবু (অচুম্বগী মায়কৈদা) অদুনা নহাকনা ক্ষেমা ধর্ম্ম তৌনা ঙাকপিনবা মখোইবু, মখোইনা মেনশল্লি মনাকোংশিং মখুৎশাশিংনা অমসুং কুপশল্লি মশাশিং মখোইগী শেৎ ইন্নবা ফিরোলশিংনা অমসুং অনম কনশল্লি (অচুম্বা থাজদবদা) অমসুং নাপল লুথোংনৈ।

وَاِنِّيْ كُلَّمَا دَعَوْتُهُمْ لِتَغْفِرَ لَهُمْ جَعَلُوْٓا اَصَابِعَهُمْ فِيْٓ اٰذَانِهِمْ وَاسْتَغْشَوْا ثِيَابَهُمْ وَاَصَرُّوْا وَاسْتَكْبَرُوا اسْتِكْبَارًا

৯। “অদুগী তুংদা ঐনা কৌখি মখোইবু ইফোং-ফোংনা (অচুম্বা য়াহৌনবগী),

ثُمَّ اِنِّيْ دَعَوْتُهُمْ جِهَارًا

১০। “অদুগী তুংদা (অমুকহন্না) ঐনা লাউথোকখি মখোই মীয়ামদা অমসুং ৱারক-ৱাতেম্বিখি মখোইবু অরোনবদ(সু),

ثُمَّ اِنِّيْٓ اَعْلَنْتُ لَهُمْ وَاَسْرَرْتُ لَهُمْ اِسْرَارًا

১১। “অদুগী মতমদা ঐনা হায়খি (মখোইদা): হুঙ্গৎচৌ নখোইগী মপুদা লংজ-ঙাকপিনবগী; তশেংবমক মহাক্তি মতমপুম্বদা য়োনজ-কোকপিহৈবনি,

فَقُلْتُ اسْتَغْفِرُوْا رَبَّكُمْ اِنَّهٗ كَانَ غَفَّارًا

১২। “মহাকনা থাদবিরক্কনি কোরৌ নোংমদোলদগী নোং মরাংকায়না,

يُّرْسِلِ السَّمَآءَ عَلَيْكُمْ مِّدْرَارًا

১৩। “অমসুং মহাকনা তেংবাংবিগনি নখোইবু পীনবিদুনা লন-থুম অমসুং নচা নিপাশিং অমসুং হৌহনবিগনি নখোইগীদমক্তা হৈকোন-লৈকোনশিং অমসুং (চেলহনবিগনি) নখোইগী-দমক্তা তুরেলশিং (ঈপান চাওনা)।

وَّيُمْدِدْكُمْ بِاَمْوَالٍ وَّبَنِيْنَ وَيَجْعَلْ لَّكُمْ جَنّٰتٍ وَّيَجْعَلْ لَّكُمْ اَنْهٰرًا

১৪। “করিনো নখোইনা আশা তৌদরিবা অসিবু লৌশিং অমসুং অচৌবা (খুবম) ফংনবগী অল্লাহদগী?

مَا لَكُمْ لَا تَرْجُوْنَ لِلّٰهِ وَقَارًا

১৫। “অদুগা মহাকনা শেম-শাবিখি নখোইবু তোঙান-তোঙানবা মওংশিং অমসুং ফিবমশিংদা।

وَقَدْ خَلَقَكُمْ اَطْوَارًا

১৬। "নখোই উদব্রা অল্লাহনা করম্না শেম-শাখিবা স্বর্গ তরেৎ চপমান্ননা,

اَلَمْ تَرَوْا كَيْفَ خَلَقَ اللّٰهُ سَبْعَ سَمٰوٰتٍ طِبَاقًا ﴿١٥﴾

১৭। "অমসুং থমখিবা চন্দ্র থাবু মদুগী মনুংদা মঙাল অমা ওইনা, অমসুং শেমখিবা সূর্য্য নুমিৎপু (অরুংবা) থাওমৈ অমা ওইনা ?

وَّجَعَلَ الْقَمَرَ فِيْهِنَّ نُوْرًا وَّجَعَلَ الشَّمْسَ سِرَاجًا ﴿١٦﴾

১৮। "অমসুং অল্লাহনা হৌহনলিখি নখোইবু পাম্বী হৌবগুম্না লৈবাক্কুগী,

وَاللّٰهُ اَنْۢبَتَكُمْ مِّنَ الْاَرْضِ نَبَاتًا ﴿١٧﴾

১৯। "অদুগী তুংদা (তাইবঙ পুন্সি লোয়বগা) মহাকনা হনজিনহনগনি নখোইবু মদুদা (অশিবগী খায়াত্তা চঙহনবিদুনা) অমসুং মহাকনা পুথোক-পিগনি নখোইবু (নখোইগী কবরশিংদগী হৌনা) লৌথোকপিদুনা।

ثُمَّ يُعِيْدُكُمْ فِيْهَا وَيُخْرِجُكُمْ اِخْرَاجًا ﴿١٨﴾

২০। "অদুগা অল্লাহনা শেম্বিখি পৃথিবীবু নখোইগীদমক্তা অপাকপা লম অমা—

وَاللّٰهُ جَعَلَ لَكُمُ الْاَرْضَ بِسَاطًا ﴿١٩﴾

২১। "অদুনা নখোইনা চৎ-থোক্নবা অপাকপা খোঙ-লম্বীশিংদা মদুগী।"

لِّتَسْلُكُوْا مِنْهَا سُبُلًا فِجَاجًا ﴿٢٠﴾ ع

২ শুবা রুকূ

২২। নূহনা হায়খি ঃ "ঐগী মপুও! মখোইনা ইন্দে ঐনা হায়বদা, অমসুং তুং ইনখ্রে (চিরোন খোঙনাইবা অমসুং য়াথং রাপে হায়বা) অমগী মহাক্কী লন-থুম অমসুং মচাশিংনা হেনগৎহনবতা থোকখ্রে মহাক্কী অমাঙবা;

قَالَ نُوْحٌ رَّبِّ اِنَّهُمْ عَصَوْنِيْ وَاتَّبَعُوْا مَنْ لَّمْ يَزِدْهُ مَالُهٗ وَوَلَدُهٗۤ اِلَّا خَسَارًا ﴿٢١﴾

২৩। "অমসুং মখোইনা থৌরাংখ্রে অচৌবা থৌরাং অমা (ঐগী মায়োক্তা)।

وَمَكَرُوْا مَكْرًا كُبَّارًا ﴿٢٢﴾

২৪। "অদুগা মখোই (মকোক ওইবশিং) না হায়খি (মখাথংবশিংদা)ঃ থাদোক্কনু নখোইগী খোয়ম লাইশিং; অমসুং থাদোক্কনু রদ্দ নত্ত্রগা সুনা নত্ত্রগা য়গুস নত্ত্রগা য়'উক নত্ত্রগা নসর।

وَقَالُوْا لَا تَذَرُنَّ اٰلِهَتَكُمْ وَلَا تَذَرُنَّ وَدًّا وَّلَا سُوَاعًا ۙ وَّلَا يَغُوْثَ وَيَعُوْقَ وَنَسْرًا ﴿٢٣﴾

২৫। "অদুগা তশেংবমক মখোই (গী অরানবা লাইনীং লাইশোল)না লম্মুক্কুহনবিখ্রে মী য়াম্না; মরমদুনা (অরানবা অমনা অরানবা তরা পোকই

وَقَدْ اَضَلُّوْا كَثِيْرًا ۚ وَلَا تَزِدِ الظّٰلِمِيْنَ اِلَّا

ضَلٰلًا۝

হায়বগুম) নহাকনা পীবিগনু চাওখৎপা করিমতা অরানবা লম্বীনবশিংবু লম্মুক্নবা নত্তুনা।"

مِّمَّا خَطِيْٓـٰٔتِهِمْ اُغْرِقُوْا فَاُدْخِلُوْا نَارًا ۙ فَلَمْ يَجِدُوْا لَهُمْ مِّنْ دُوْنِ اللّٰهِ اَنْصَارًا۝

২৬। (কায়থংদা) মখোইনা পাপ লম্বীনবগী মরম্না মখোইবু ঈরাকশিনহনবিখি (প্রলয়গী ঈশিং ঈচাওদা) অমসুং চঙহনবিখি খাম্বি মৈদা। অদুগা মখোইনা ফংখিদে তেংবাংবিনবা কনামতা অল্লাহ নত্তুনা।

وَقَالَ نُوْحٌ رَّبِّ لَا تَذَرْ عَلَى الْاَرْضِ مِنَ الْكٰفِرِيْنَ دَيَّارًا۝

২৭। অদুগা নুহনা হায়খি ঃ "ঐগী মপুও !(ফত্তবা উপাম্বীনা কদৌঙেদসু পান্দে অফবা মহৈ, মরমদুনা) থাদোকপিরগনু অচুম্বা থাজদবা মী অমতা (ঐগী মীশিংনা খুন্দারিবা) লমদা ;

اِنَّكَ اِنْ تَذَرْهُمْ يُضِلُّوْا عِبَادَكَ وَلَا يَلِدُوْٓا اِلَّا فَاجِرًا كَفَّارًا۝

২৮। "মরমদি ঃ নহাকনা থাদোকপিরবদি মখোইবু, মখোইনা লম্বী লান্না চিংবিখ্রগনি নহাক্কী ননাইশিংবু অমসুং (ফত্তবা উপাম্বীনা ফত্তবা মহৈ পানবগুম) পোকলরোই লমচৎ নাইদবা অমসুং তৌবিমল খঙদবা (মচা)শিং নত্তুনা।

رَبِّ اغْفِرْ لِيْ وَلِوَالِدَيَّ وَلِمَنْ دَخَلَ بَيْتِيَ مُؤْمِنًا وَّلِلْمُؤْمِنِيْنَ وَالْمُؤْمِنٰتِ ۗ وَلَا تَزِدِ الظّٰلِمِيْنَ اِلَّا تَبَارًا۝ ع

২৯। "ঐগী মপুও ! ঙাকপিয়ু ঐবু অমসুং ঐগী অপোকপা অপোকপীবু, অমসুং অচুম্বা থাজবা ওইনা ঐগী য়ুমদা চঙলকপা মহাকপু, অমসুং অচুম্বা থাজবা নিপাশিং অমসুং অচুম্বা থাজবা নুপীশিংবু; নহাকনা পীবিগনু হেনগৎপা করিমতা অরানবা লম্বীনবশিংবু পুম্মাঙ-মাঙহনবা নত্তুনা।

# سُوْرَةُ الْجِنِّ مَكِّيَّةٌ

(٧٢)

অল-জিন

সূরহ ৭২

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২৯ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা. থৌজালহৈবা. নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। হায়য়ু (মীওইবশিংদা) : "ঐঙোন্দা ফোংদোকপিখ্রে মদুদি জিন কাঙবু অমনা তা। (ঐনা কুরআনগী শ্লোকশিং থীথবা). অমসুং মখোইনা হায়খি : "তশেংবমক ঐখোইনা তাখ্রে অঙকপা কুরআন অমা.

قُلْ اُوْحِيَ اِلَيَّ اَنَّهُ اسْتَمَعَ نَفَرٌ مِّنَ الْجِنِّ فَقَالُوْۤا اِنَّا سَمِعْنَا قُرْاٰنًا عَجَبًا ①

৩। "মসিনা লমজিংই অচুম্বদা. মরমদুনা ঐখোইনা থাজখ্রে মদু অমসুং ঐখোইনা তিন্নরোই কনামতবু মশরুক য়ামিন্নবা ওইনা ঐখোইগী মপুগা.

يَّهْدِيْۤ اِلَى الرُّشْدِ فَاٰمَنَّا بِهٖ ۗ وَلَنْ نُّشْرِكَ بِرَبِّنَاۤ اَحَدًا ②

৪। "অমসুং মহাক্কী মতিক মঙালদি য়াম্না রাংখ্রে — মহাক্কী লৈতে মত্তু নত্তুগা মচা নিপা কনামতা.

وَّاَنَّهٗ تَعٰلٰى جَدُّ رَبِّنَا مَا اتَّخَذَ صَاحِبَةً وَّلَا وَلَدًا ③

৫। "তৈই গুম্বসুং ঐখোইগী ইরক্তো অপঙজাওবশিংনা (অচুম্বা রাখল তৌদুনা) মশিঞ্জাং ওইনা ঙাঙ-শকই কা হেনবা মীনম্বা রাভাশিং অল্লাহগী মরমদা.

وَّاَنَّهٗ كَانَ يَقُوْلُ سَفِيْهُنَا عَلَى اللّٰهِ شَطَطًا ④

৬। "অমসুং ঐখোইনা খল্লম্মী মদুদি মীচমশিং অমসুং জিনশিংনা কদৌঙৈদসু ঙাঙ-শকলোই মীনম্বা রা নাকোং রাপৈ অল্লাহগী মরমদা.

وَّاَنَّا ظَنَنَّاۤ اَنْ لَّنْ تَقُوْلَ الْاِنْسُ وَالْجِنُّ عَلَى اللّٰهِ كَذِبًا ⑤

৭। "অমসুং তশেংবমক (মশক নাইবা)মী খরনা মীচমশিংগী মরক্তুগী মশিঞ্জাং ওইনা থিখি চঙজফম মী খরগী জিনশিংগী মরক্তুগী, মরমদুনা মখোই (জিনশিংনা) হেনগৎহনবিখ্রে মখোই (চঙজফম থিবশিং)বু ফত্তরম লম্বীনবদা :

وَّاَنَّهٗ كَانَ رِجَالٌ مِّنَ الْاِنْسِ يَعُوْذُوْنَ بِرِجَالٍ مِّنَ الْجِنِّ فَزَادُوْهُمْ رَهَقًا ⑥

৮। "অমসুং মখোইনা খনখি. নখোইনা খনবগুম. মদুদি অল্লাহনা কদৌঙৈদসু থোকহনবিরোই কনাগুম্বা অমতা (নবী ওইনা) :

وَّاَنَّهُمْ ظَنُّوْا كَمَا ظَنَنْتُمْ اَنْ لَّنْ يَّبْعَثَ اللّٰهُ اَحَدًا ⑦

وَأَنَّا لَمَسْنَا السَّمَاءَ فَوَجَدْنَاهَا مُلِئَتْ حَرَسًا شَدِيدًا وَشُهُبًا ۝٨

৯। "অমসুং ঐখোইনা হোংনখি য়ৌনবা স্বর্গ, তৈই গুম্বসুং ঐখোইনা ফংখি মদু পিক থনবা ঙাকনবা চৌকিদারশিং অমসুং (ইলং-লংনা চাকপা) মৈরিশিংনা ,

وَأَنَّا كُنَّا نَقْعُدُ مِنْهَا مَقَاعِدَ لِلسَّمْعِ ۖ فَمَن يَسْتَمِعِ الْآنَ يَجِدْ لَهُ شِهَابًا رَّصَدًا ۝٩

১০। "অমসুং ঐখোইনা ফমলম্মী ফমফম খরদা (লোন্না) রা তানবগী (নোংমপোল সভাদগী), তৈই গুম্বসুং কনাগুম্বনা হৌজিক হোংনবদু তাগনৌবগী ফংই (ইলং-লংনা চাকপা) মৈরি অমা ঙাইদুনা লৈবা (লাকশিন্নবগী) মহাকপু;

وَأَنَّا لَا نَدْرِي أَشَرٌّ أُرِيدَ بِمَن فِي الْأَرْضِ أَمْ أَرَادَ بِهِمْ رَبُّهُمْ رَشَدًا ۝١٠

১১। "অমসুং ঐখোইনা খঙদে ফত্তবা তৌবিনীংলিব্রা মালেমথক্তা লৈরিবা মখোইদুদা নত্ত্রগা মখোইগী মপুনা লমজিংবিনীংব্রা মখোইবু,

وَأَنَّا مِنَّا الصَّالِحُونَ وَمِنَّا دُونَ ذَٰلِكَ ۖ كُنَّا طَرَائِقَ قِدَدًا ۝١١

১২। "অমসুং ঐখোইগী মরক্তা খরনা অচুম্বা পাম্বনি অমসুং অতোপ্পা খরনা পামদবনি মদু; অমসুং ঐখোই তোঙান-তোঙানবা মতকী কাঙলুপশিংনি,

وَأَنَّا ظَنَنَّا أَن لَّن نُّعْجِزَ اللَّهَ فِي الْأَرْضِ وَلَن نُّعْجِزَهُ هَرَبًا ۝١٢

১৩। "অমসুং ঐখোইনা খঙই ঐখোইনা কদৌঙেদসু ঙমলোই থুগায়বা অল্লাহগী থৌশীন পৃথিবীদা নত্ত্রগা ঙমলোই ঐখোই নাথোকপা মঙান্দগী চেংথাক্নুনা.

وَأَنَّا لَمَّا سَمِعْنَا الْهُدَىٰ آمَنَّا بِهِ ۖ فَمَن يُؤْمِن بِرَبِّهِ فَلَا يَخَافُ بَخْسًا وَلَا رَهَقًا ۝١٣

১৪। "অমসুং ঐখোইনা তাখিবদা (য়াওরনবা কৌবদু) লমজিং (ফংহৌনবা) ঐখোইনা থাজখ্রে মদু। মরমদুনা কনাগুম্বনা (মপুকনিং শেংনা) থাজরবদি মহাক্কী মপুবু, মহাক কিনঙাই লৈতে মাঙগনি হায়বগী (মনা-মথিন) নত্ত্রগা চুমদনা তৌবিগনি হায়বগী.

وَأَنَّا مِنَّا الْمُسْلِمُونَ وَمِنَّا الْقَاسِطُونَ ۖ فَمَنْ أَسْلَمَ فَأُولَٰئِكَ تَحَرَّوْا رَشَدًا ۝١٤

১৫। "অমসুং ঐখোইগী মরক্তা খরনা মুসলিমশিংনি অমসুং (অতোপ্পা) খরনা চখোকখ্রবনি (অচুম্বা লম্বীদগী)।" মরমদুনা কনাগুম্বনা য়াখ্রবা ইসলাম, মখোইসি থরাই য়াওনা থি অচুম্বা লম্বী।

১৬। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা চখোকপ্লবা (অচুম্বা লম্বীদগী), মখোইদো শিংবি মৈহুমনি নরক্কী।

وَأَمَّا الْقَاسِطُونَ فَكَانُوا لِجَهَنَّمَ حَطَبًا ۝

১৭। অদুগা (অল্লাহগী পাওজেন্দি অসিনি:) মখোই (ধর্ম্ম চত্তবশিং) না খোঙফম্নরবদি (অচুম্বা) লম্বী, ঐখোইনা শোয়দনমক পীবিগনি মখোইবু থক্নবা ঈশিং মরাংকায়না,

وَأَن لَّوِ اسْتَقَامُوا عَلَى الطَّرِيقَةِ لَأَسْقَيْنَاهُم مَّاءً غَدَقًا ۝

১৮। অদুনা ঐখোইনা চাং য়েংনবা মখোইবু মদুগী মতেংনা। অদুগা কনাগুম্বনা মমায় ওংথোকলবদি নীংশিঙবদগী মহাক্কী মপুবু, মহাকনা চঙহনবিগনি মাবু য়াম্না শাথীবা রায়েল-চৈরাকদা।

لِّنَفْتِنَهُمْ فِيهِ ۚ وَمَن يُعْرِضْ عَن ذِكْرِ رَبِّهِ يَسْلُكْهُ عَذَابًا صَعَدًا ۝

১৯। অদুগা মসজিদশিং (খাস) অল্লাহগীনি, মরমদুনা থৌগল তৌগনু কনামতগী লোয়নননা অল্লাহগা।

وَأَنَّ الْمَسَاجِدَ لِلَّهِ فَلَا تَدْعُوا مَعَ اللَّهِ أَحَدًا ۝

২০। অদুগা অল্লাহগী মনাইনা লেপ্পদা মহাক্কী থৌগল তৌবগী (লমফৈ-খোঙফম্নবশিং) মখোইনা ক্রক-ক্রক ইন্নরা কোয়শল্লি মহাকপু, নুংশাসোর ফুনগৎহন্নঙাই ওইহন্দুনা।

وَأَنَّهُ لَمَّا قَامَ عَبْدُ اللَّهِ يَدْعُوهُ كَادُوا يَكُونُونَ عَلَيْهِ لِبَدًا ۝

২ শুবা রুকূ

২১। হায়য়ু (মখোইদা) "ঐনা থৌগলজৈ মহাক্তবু অমসুং ঐনা পুশন্দে (খোয়ম লাই কনামতা) মহাক্কা লোয়নননা।"

قُلْ إِنَّمَا أَدْعُو رَبِّي وَلَا أُشْرِكُ بِهِ أَحَدًا ۝

২২। হায়য়ু (অমুকসু): "ঐগী শক্তি লৈতে অমাঙবা নত্রগা কান্নবা তৌবগী নখোইদা।"

قُلْ إِنِّي لَا أَمْلِكُ لَكُمْ ضَرًّا وَلَا رَشَدًا ۝

২৩। হায়য়ু (অমুকহন্না): "তশেংবমক কনামতনা ঙাকপিবা ঙমদে ঐবু অল্লাহগী মায়োক্তা নত্রগা ঐনা ফংদে চঙজফম অমতা মহাক নত্তনা,

قُلْ إِنِّي لَن يُجِيرَنِي مِنَ اللَّهِ أَحَدٌ وَلَنْ أَجِدَ مِن دُونِهِ مُلْتَحَدًا ۝

২৪। "ঐগী (দায়ীদি) হায়দোকপতনি (ঐঙোন্দা ফোংদোকপিরকপদু) অল্লাহগী অমসুং মহাক্কী পাওজেনশিং।" তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা য়াথং হীকতোকলবদি অল্লাহ অমসুং মহাক্কী রসুলগী,

إِلَّا بَلَاغًا مِّنَ اللَّهِ وَرِسَالَاتِهِ ۚ وَمَن يَعْصِ اللَّهَ وَ

رَسُوْلَهٗ فَاِنَّ لَهٗ نَارَ جَهَنَّمَ خٰلِدِيْنَ فِيْهَآ اَبَدًا ۝٢٣

মহাক্কীদমকতি নরক্কী খাম্বি মৈনি, মদুগী মনুংদা মহাক লৈগনি লোম্বা লৈতনা।

حَتّٰٓى اِذَا رَاَوْا مَا يُوْعَدُوْنَ فَسَيَعْلَمُوْنَ مَنْ اَضْعَفُ نَاصِرًا وَّاَقَلُّ عَدَدًا ۝٢٤

২৫। (মখোই তোকলরোই নিন্দা তৌদুনতা লৈবা) মখোইনা উদ্রিবা ফাওবা মখোইদা ৱাশকপিখিবদু, মরমদুনা মখোই থুনা খঙলগনি কনাগী মীচংনা শোনবা অমসুং কনাগী মশিংনা য়ামদবা।

قُلْ اِنْ اَدْرِيْٓ اَقَرِيْبٌ مَّا تُوْعَدُوْنَ اَمْ يَجْعَلُ لَهٗ رَبِّيْٓ اَمَدًا ۝٢٥

২৬। হায়য়ু (লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদা)ঃ "ঐ খঙদে নখোইদা ৱাশকপিরিবা (ৱায়েল-চৈরাক) অদু নকশিল্লকলব্রা নত্ত্রগা ঐগী মপুনা লেপখিব্রা মদুগী মতম শাংনা।"

عٰلِمُ الْغَيْبِ فَلَا يُظْهِرُ عَلٰى غَيْبِهٖٓ اَحَدًا ۝٢٦

২৭। মহাক্তি অখঙবনি উদবা (পুম্নমক্কী), মরমদুনা মহাকনা ফোংদোক্তে মহাক্কী অরোনবশিং কনামতদা,

اِلَّا مَنِ ارْتَضٰى مِنْ رَّسُوْلٍ فَاِنَّهٗ يَسْلُكُ مِنْۢ بَيْنِ يَدَيْهِ وَمِنْ خَلْفِهٖ رَصَدًا ۝٢٧

২৮। নত্তনা মহাক্কী অখন্নবা রসুলদা; অমসুং মহাকনা চংহল্লি থৌগল (স্বর্গ দুতশিংগী) মহাক্কী মমাংদা অমসুং মহাক্কী মতুংদা,

لِّيَعْلَمَ اَنْ قَدْ اَبْلَغُوْا رِسٰلٰتِ رَبِّهِمْ وَاَحَاطَ بِمَا لَدَيْهِمْ وَاَحْصٰى كُلَّ شَيْءٍ عَدَدًا ۝٢٨

২৯। অদুনা মহাকনা খঙনবা মদুদি (স্বর্গ দুতশিং) মখোইনা ফোংদোকখিবনি পাওজেলশিং মখোইগী মপুগী অমসুং মহাকনা পুংকোয়-কোয়শাল্লি মখোইগী লৈবা পুম্নমক অমসুং মহাকনা মশিং থিজল্লি পোৎ পুম্নমক।

سُوْرَةُ الْمُزَّمِّلِ مَكِّيَّةٌ

# অল-মুজ্জম্মিল



(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২১ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

يٰٓاَيُّهَا الْمُزَّمِّلُ ①

২। হে ইন্নফিনা য়োমশনবা!

قُمِ الَّيْلَ اِلَّا قَلِيْلًا ②

৩। হৌগৎলো (নমাজ তৌবগী) অহিং তাংলৌদা (মীয়াম্না খোমলেন তুমখুন তানখ্রবদা) মতম খরদং (অহিং নোংশোয়বদি) নত্তনা—

نِّصْفَهٗٓ اَوِ انْقُصْ مِنْهُ قَلِيْلًا ③

৪। (অহিং) তংখায় অমা নত্ত্রগা মদুদগী খরা হন্থনা,

اَوْ زِدْ عَلَيْهِ وَرَتِّلِ الْقُرْاٰنَ تَرْتِيْلًا ④

৫। নত্ত্রগা খরবু হেন্না—অমসুং শোল্লু কুরআন ফজনা ব্রাহৈগী খোথোক চাং নাইনা।

اِنَّا سَنُلْقِيْ عَلَيْكَ قَوْلًا ثَقِيْلًا ⑤

৬। তশেংবমক, ঐখোইনা থোনগৎপিগদৌরি নংঙোন্দা অরুম্বা য়াথং অমা।

اِنَّ نَاشِئَةَ الَّيْلِ هِيَ اَشَدُّ وَطْـًٔا وَّاَقْوَمُ قِيْلًا ⑥

৭। অহিং তাংলৌদা নমাজগীদমক হৌগৎপসি য়াম্না শক্তি লৈবনি (মশাবু) মেংথহনবদা অমসুং কান্নবঙাই ওইবনি রা ঙাঙ-শকপদা।

اِنَّ لَكَ فِى النَّهَارِ سَبْحًا طَوِيْلًا ⑦

৮। নং তশেংনমক থবক য়াম্না চিল্লি নুংথিলগী মতমদা।

وَاذْكُرِ اسْمَ رَبِّكَ وَتَبَتَّلْ اِلَيْهِ تَبْتِيْلًا ⑧

৯। মরমদুনা নীংশিঙদু নংগী মপুগী কোলোয় মিংলেন (অহিংগী মতমদা) অমসুং পুকনিং ওনশল্লু মঙোন্দা নথরাই অপুম্বা য়াওনা।

رَبُّ الْمَشْرِقِ وَالْمَغْرِبِ لَآ اِلٰهَ اِلَّا هُوَ فَاتَّخِذْهُ وَكِيْلًا ⑨

১০। (মহাক্তি) মপুনি নোংপোক্কী অমসুং নোংচুপকী: মহাক নত্তবা চীঙু লাই কনামতা লৈতে; মরমদুনা লৌ মহাকপু নংগী ঙাক-শেনবিবা ওইনা।

وَاصْبِرْ عَلٰى مَا يَقُوْلُوْنَ وَاهْجُرْهُمْ هَجْرًا جَمِيْلًا ⑩

১১। অদুগা (নং) খাংহৈনা খাংদু (ধর্ম্ম চত্তবশিং) মখোইনা (ইজ্জৎ য়েংদনা) ঙাঙ-শকপা পুম্নমক (নংগী নথক্তা) অমসুং থায়দোকউ মখোইদগী ফজবা মওংদা।

وَذَرْنِي وَالْمُكَذِّبِينَ أُولِي النَّعْمَةِ وَمَهِّلْهُمْ قَلِيلًا

১২। অদুগা থাদোকও ঐঙোন্দা (অচুম্বা) য়াদবশিং, নুংঙাইবা ফম্বৈনবশিং মখোইদো; অমসুং পীয়ু মখোইদা মতম খরা পোথাবা।

إِنَّ لَدَيْنَا أَنكَالًا وَجَحِيمًا

১৩। তশেংবমক, ঐখোইগী ইনাক্তা লৈ খোঙগী য়োৎলৌ কোলৌ অমসুং ড্রুং-ড্রুং চাকপা থাম্বি মৈ,

وَطَعَامًا ذَا غُصَّةٍ وَعَذَابًا أَلِيمًا

১৪। অমসুং নুংশাসোর থিংহনবা চিঞ্জাক অমসুং অৱাবগী মশক ওইবা ৱায়েল-চৈরাক—

يَوْمَ تَرْجُفُ الْأَرْضُ وَالْجِبَالُ وَكَانَتِ الْجِبَالُ كَثِيبًا مَّهِيلًا

১৫। (শোয়দ্রবা) নুমিৎ অমদা মদুদা পৃথিবী অমসুং চীংজাওশিং (চেংখৈ য়াংকোক্লনা) থক-থক নীক্কনি অমসুং (নোংদোল-লৈচিন লানশীংননা লেপ্পবা) চীংজাওশিং ওইগনি নীংখায়রবা লৈঙোইপুংগুম।

إِنَّا أَرْسَلْنَا إِلَيْكُمْ رَسُولًا شَاهِدًا عَلَيْكُمْ كَمَا أَرْسَلْنَا إِلَىٰ فِرْعَوْنَ رَسُولًا

১৬। থাঙ্গৈশেংবমক, ঐখোইনা থাবিখি নখোইদা রসূল অমা, মহাক সাক্ষীনি নখোইগী নথক্তা, ঐখোইনা থাখিবগুম রসূল অমা ফিরঔন্দা।

فَعَصَىٰ فِرْعَوْنُ الرَّسُولَ فَأَخَذْنَاهُ أَخْذًا وَبِيلًا

১৭। ভৌইগুম্বসুং ফিরঔন্না ইনখিদে রসূলনা হায়বদা, মরমদুনা ঐখোইনা য়াবিখি মহাকপু অকনবা খুৎফানা।

فَكَيْفَ تَتَّقُونَ إِن كَفَرْتُمْ يَوْمًا يَجْعَلُ الْوِلْدَانَ شِيبًا

১৮। মরমদুনা নখোইনা থাজদ্রবদি (নখোইগী রসূলবু) করম্না নখোইনা ঙাক্কদৌরি নশামকপু নুমিৎ অমদা মদুদা অঙাং নারাশিং (মথম্মোইশিং তনীক্লদুনা) পোক্লা পুমঙৌ-ঙৌগনি?

السَّمَاءُ مُنفَطِرٌ بِهِ ۚ كَانَ وَعْدُهُ مَفْعُولًا

১৯। (নুমিৎ অদুদা) স্বর্গ মচেৎ মচেৎ কায়দুনা নীংখায়গনি। (অল্লাহ) মহাক্কী ৱাশক (শোয়দনমক) পুরা ভৌবা তাই।

إِنَّ هَٰذِهِ تَذْكِرَةٌ ۖ فَمَن شَاءَ اتَّخَذَ إِلَىٰ رَبِّهِ سَبِيلًا

২০। তশেংবমক, মসি নীংশিঙহল্লিবা পোৎনি; মরমদুনা কনাগুম্বা অপাম্বা মহাকনা খোঙফম্ন-জসনু (অচুম্বা) লম্বী (চুমদ্রিং) য়ৌবা মহাক্কী মপুদা।

২ শুবা রুকূ

إِنَّ رَبَّكَ يَعْلَمُ أَنَّكَ تَقُومُ أَدْنَىٰ مِن ثُلُثَيِ اللَّيْلِ

২১। তশেংবমক, নংগী মপুনা খঙই মদুদি নংনা লেপই নমাজ ভৌবগী (করিগুম্বদা) অহিংগী

وَنِصْفَهُ وَثُلُثَهُ وَطَآئِفَةٌ مِّنَ الَّذِينَ مَعَكَ ۚ
وَاللَّهُ يُقَدِّرُ الَّيْلَ وَالنَّهَارَ ۚ عَلِمَ أَن لَّن تُحْصُوهُ
فَتَابَ عَلَيْكُمْ ۖ فَاقْرَءُوا مَا تَيَسَّرَ مِنَ الْقُرْءَانِ ۚ
عَلِمَ أَن سَيَكُونُ مِنكُم مَّرْضَىٰ ۙ وَءَاخَرُونَ يَضْرِبُونَ
فِى الْأَرْضِ يَبْتَغُونَ مِن فَضْلِ اللَّهِ ۙ وَءَاخَرُونَ
يُقَـٰتِلُونَ فِى سَبِيلِ اللَّهِ ۖ فَاقْرَءُوا مَا تَيَسَّرَ مِنْهُ ۚ وَ
أَقِيمُوا الصَّلَوٰةَ وَءَاتُوا الزَّكَوٰةَ وَأَقْرِضُوا اللَّهَ قَرْضًا
حَسَنًا ۚ وَمَا تُقَدِّمُوا لِأَنفُسِكُم مِّنْ خَيْرٍ تَجِدُوهُ
عِندَ اللَّهِ هُوَ خَيْرًا وَأَعْظَمَ أَجْرًا ۚ وَاسْتَغْفِرُوا
اللَّهَ ۖ إِنَّ اللَّهَ غَفُورٌ رَّحِيمٌ ۝٢٠

শরুক অহুম থোকপগী অনি, নত্রগা (করিগুম্বদা) তংখায় অমা মদুগী, নত্রগা (করিগুম্বদা) শরুক অহুম থোকপগী অমা মদুগী, অমসুং নংগা লোয়নরিবা (ধর্ম্ম ফম্বৈনবা) খুৎপু অমসু (মদুম্না তৌই)। অদুগা অল্লাহনা লেপই চাং অহিং অমসুং নুংথিলগী। মহাকনা খঙই নখোইনা তৌবা ঙমলোই মদু, মরমদুনা মহাকনা ওনশিনবিখি নখোইদা ঙাকপিবগা লোয়ননা। মরমদুনা নখোই (অহিংগী নমাজ তৌবদা) শোল্লু কুরআন নখোইনা লায়না (শোলবা) ঙম্বমখৈ। মহাকনা খঙই নখোইগী মরক্তা খরনা নাবা য়াওই অমসুং অতোপ্পা খরনা কোয়না লম চৎলি থিবগী অল্লাহগী থৌজাল, অমসুং অতে অতোপ্পনা লান শোক্লরি অল্লাহগী লম্বীদা। মরমদুনা শোল্লু (কুরআন) লায়না (শোলবা) ঙম্বমখৈ, অমসুং নমাজ তৌ, অমসুং পীয়ু জকাত, অমসুং (শেল্দোং লৌদনা) ফজনা শেল পুথোকও অল্লাহদা। অদুগা অফবা (থবকশিং) নখোইনা থাবমখৈ নমাংদা নখোইগী থরাইগী (য়াইফনবগী) দমক, মখোইনা (শোয়দনমক) ফংগনি অল্লাহগী মনাক্তা—হেন্না ফবা অমসুং হেন্না চাওবা মনা-মথিন। অদুগা হঙ্গৎচৌ অল্লাহনা অয়োন-অরান ঙাকপিনবগী। তশেংবমক অল্লাহদি য়োনজ-কোকপিহৈবনি নুংশিহৈবনি।

سُوْرَةُ الْمُدَّثِّرِ مَكِّيَّةٌ

সূরহ ৭৪ অল-মুদ্দসসির

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৫৭ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

يٰۤاَيُّهَا الْمُدَّثِّرُ

২। হে ইন্নফি কুরুম্নবা!

قُمْ فَاَنْذِرْ

৩। হৌগৎলো অমসুং খঙহল্লু,

وَرَبَّكَ فَكَبِّرْ

৪। অমসুং প্রচার তৌ নংগী মপুগী মতিক অচৌবা,

وَثِيَابَكَ فَطَهِّرْ

৫। অসুং শেংদোকও নংগী শেৎ-ইন্নবা ফিরোল,

وَالرُّجْزَ فَاهْجُرْ

৬। অমসুং থাদোকও তুক্কচবা পোৎ পুম্নমক,

وَلَا تَمْنُنْ تَسْتَكْثِرُ

৭। অমসুং উৎকনু চানবিবগী থবক (অতোপ্পদা) ওইজ-ওইথক ফংনবগী (আশা তৌদুনা),

وَلِرَبِّكَ فَاصْبِرْ

৮। অমসুং নংগী মপুগীদমক নং খাংবা কল্লু (মীশিংনা ওৎ-নৈবা)।

فَاِذَا نُقِرَ فِى النَّاقُوْرِ

৯। অদুগা পেরে শিঙ্গা খোঙলকপা মতমদা,

فَذٰلِكَ يَوْمَئِذٍ يَّوْمٌ عَسِيْرٌ

১০। নুমিৎ অদু ওইগনি শাথীনা নংলবা নুমিৎ,

عَلَى الْكٰفِرِيْنَ غَيْرُ يَسِيْرٍ

১১। লমফৈ-খোঙফম্নবশিংগীদি মদু ওইগনি পোথাফম-খঙদবা।

ذَرْنِيْ وَمَنْ خَلَقْتُ وَحِيْدًا

১২। থাদোকও ঐঙোন্দ' থবক তৌনবা মহাকপু—ঐনা শেম্বিখি মহাকপু মথন্তা,

وَّجَعَلْتُ لَهٗ مَالًا مَّمْدُوْدًا

১৩। অমসুং ঐনা পীখি মহাকপু য়ারা ললয়াম,

وَّبَنِيْنَ شُهُوْدًا

১৪। অমসুং (পীখি) মচা পিবাশিং (মতম খুদিংমক্তা) মনাক্তা লৈবা,

وَّمَهَّدْتُّ لَهٗ تَمْهِيْدًا

১৫। অমসুং শেম্বিখি মহাক্কী (পুন্সি) রাক্ত-পাদনা নুংঙাইবা শরুক্কবা,

ثُمَّ يَطْمَعُ اَنْ اَزِيْدَ

১৬। মঙং মতাদুদা মহাকনা পামখি থরদুম হেন্না (মহাকপু) পীবা।

كَلَّا إِنَّهُ كَانَ لِآيَاتِنَا عَنِيدًا ۝

১৭। (মদু) শুপয়া-য়ারোই! তশেংবমক মহাক য়েক্লবা মীনি ঐখোইগী পাওজেনশিংগী।

سَأُرْهِقُهُ صَعُودًا ۝

১৮। ঐনা থুনা থোনগৎপিগনি মহাক্কী মথক্তা শাথীনা অরাবা।

إِنَّهُ فَكَّرَ وَقَدَّرَ ۝

১৯। য়েংউ! মহাকনা ৱাখল খনখি অমসুং থৌরাংখি,

فَقُتِلَ كَيْفَ قَدَّرَ ۝

২০। মহাক মাঙলসনু! করম্না মহাকনা থৌরাংখিবা!

ثُمَّ قُتِلَ كَيْفَ قَدَّرَ ۝

২১। অমুকহন্না, মহাক মাঙলসনু! করম্না মহাকনা থৌরাংখিবা!

ثُمَّ نَظَرَ ۝

২২। অদুগী তুংদা মহাকনা কোয়না য়েংলম্মী,

ثُمَّ عَبَسَ وَبَسَرَ ۝

২৩। অদুগী তুংদা মহাক পিশুম-শুকলম্মী অমসুং (মায়তা) শুক্তোকলম্মী,

ثُمَّ أَدْبَرَ وَاسْتَكْبَرَ ۝

২৪। অদুগী তুংদা মহাক তুং হন্দোকলম্মী অমসুং অথোই-নাপলনদুনা কামখৎলম্মী,

فَقَالَ إِنْ هَٰذَا إِلَّا سِحْرٌ يُؤْثَرُ ۝

২৫। অদুগী মতমদা হায়খি ঃ "মসি করিসু নত্তে জাদুনি তৌরকলিবা থাইনদগী,

إِنْ هَٰذَا إِلَّا قَوْلُ الْبَشَرِ ۝

২৬। (অমুকসু হায়খি) মসি করিসু নত্তে তৌইগুম্বসুং তাইবঙ মীগী ৱাহৈনি।

سَأُصْلِيهِ سَقَرَ ۝

২৭। ঐনা থুনা হুনজনবিগনি মহাকপু তুম্না চাকথেকপা নরক্কী মৈকোনদা।

وَمَا أَدْرَاكَ مَا سَقَرُ ۝

২৮। অদুগা করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু নরক্কী মৈকোন হায়বদি করিনো?

لَا تُبْقِي وَلَا تَذَرُ ۝

২৯। (মৈ অমনি) মদুনা থাক্তে করিমতা (মাঙহন্দনা) নত্তগা মদুনা থাদোক্তে করিমতা (চাকথেক্তনা)।

لَوَّاحَةٌ لِلْبَشَرِ ۝

৩০। মদুনা চাকথেকই তাইবঙ মীবু (পুম থিৎনা ৱাহন্দুনা):

عَلَيْهَا تِسْعَةَ عَشَرَ ۝

৩১। মদুগী মথক্তা লৈ (ভাক্লবা স্বর্গ দূত) তরামাপন।

৩২। অদুগা ঐখোইনা হাপখিদে স্বর্গ দূত নত্তবা কনামতবু শঙলাকপা ওইনা খাম্বি মৈকোমগী, অমসুং ঐখোইনা লেপখিদে মখোইগী মশিং চাং য়েংনবগী নত্তনা অচুম্বা থাজদবশিংগীদমক্তা, অদুনা কিতাব (হান্না) পীখ্রবশিংনা থাজনবা (কিতাব অসিগী অচুম্বদা), অমসুং (অচুম্বা) থাজবশিংনা হেনগৎনবা ধর্ম্ম থাজবদা, অমসুং কিতাব পীখ্রবশিং অমসুং অচুম্বা থাজবশিংনা চিংনবা শরুক্কদনবা (তুংদা); অমসুং মথম্মোই-নুংশিংদা অনাবা পকপশিং অমসুং অচুম্বা থাজদবশিংনা হায়নবাঃ "অল্লাহনা করি ওইহন্নীংলিবা মান্নবা মতৌ উৎপা অসিনা?" অসুম্না অল্লাহনা লম্মুক্কহল্লি মহাকনা তৌবিনীংববু অমসুং লমজিংবি মহাকনা অপাম্ববু। অদুগা কনা অমতনা খঙদে নংগী মপুগী লান্মী ভেঙ্গোল মহাক নত্তনা। অদুগা মসি করিসু নত্তে নীংশিঙহল্লিবা পোৎ অমা নত্তনা মীওইবশিংদা।

২ শুবা রুকূ

৩৩। মদু নত্তে, কসমনি চন্দ্র থাগী,

৩৪। অমসুং অহিংগী মানা চৎখিবগী,

৩৫। অমসুং নোংঙাল্লকপগী মানা ঙান্থোর-কপগী,

৩৬। তশেংবমক, মসি খ্বাইদগী হেন্না চাওবা (খুদোংথীবা) অমনি,

৩৭। চেকশন্নবা হায়বিবনি মীওইবশিংদা।

৩৮। নখোইগী মরক্তা কনাগুম্বনা মাং থানীং-লবদি নত্ত্রগা তুং লৈথহৌনীংলবদি,

৩৯। (খঙ্‌ঙু) থরাই খুদিংমক বন্ধকনি মানা মানা কমায়খিবা (থবকশিং)গী,

৪০। নত্তনা য়েৎথংবা খুৎকী মরূপশিংদো।

৪১। মখোই লৈগনি হৈকোন-লৈকোনশিংদা ব্রা হংদুনা—

وَمَا جَعَلْنَآ أَصْحٰبَ النَّارِ إِلَّا مَلٰٓئِكَةً ۙ وَّمَا جَعَلْنَا عِدَّتَهُمْ إِلَّا فِتْنَةً لِّلَّذِينَ كَفَرُوا ۙ لِيَسْتَيْقِنَ الَّذِينَ أُوتُوا الْكِتٰبَ وَيَزْدَادَ الَّذِينَ اٰمَنُوٓا إِيمٰنًا ۙ وَّلَا يَرْتَابَ الَّذِينَ أُوتُوا الْكِتٰبَ وَالْمُؤْمِنُونَ ۙ وَلِيَقُولَ الَّذِينَ فِي قُلُوبِهِمْ مَّرَضٌ وَّالْكٰفِرُونَ مَاذَآ أَرَادَ اللّٰهُ بِهٰذَا مَثَلًا ۚ كَذٰلِكَ يُضِلُّ اللّٰهُ مَنْ يَّشَآءُ وَيَهْدِي مَنْ يَّشَآءُ ۚ وَمَا يَعْلَمُ جُنُودَ رَبِّكَ إِلَّا هُوَ ۚ وَمَا هِيَ إِلَّا ذِكْرٰى لِلْبَشَرِ ﴿٣١﴾

كَلَّا وَالْقَمَرِ ﴿٣٢﴾

وَالَّيْلِ إِذْ أَدْبَرَ ﴿٣٣﴾

وَالصُّبْحِ إِذَآ أَسْفَرَ ﴿٣٤﴾

إِنَّهَا لَإِحْدَى الْكُبَرِ ﴿٣٥﴾

نَذِيرًا لِّلْبَشَرِ ﴿٣٦﴾

لِمَنْ شَآءَ مِنْكُمْ أَنْ يَّتَقَدَّمَ أَوْ يَتَأَخَّرَ ﴿٣٧﴾

كُلُّ نَفْسٍۭ بِمَا كَسَبَتْ رَهِينَةٌ ﴿٣٨﴾

إِلَّآ أَصْحٰبَ الْيَمِينِ ﴿٣٩﴾

فِي جَنّٰتٍ ۛ يَتَسَآءَلُونَ ﴿٤٠﴾

৪২। (নরক মৈকোমদা লৈবা) মরাল লৈরবশিংদগী.

عَنِ الْمُجْرِمِيْنَ ۝٤١

مَا سَلَكَكُمْ فِيْ سَقَرَ ۝٤٢

৪৩। "করম্বা (তারানবা) মরম্দা তাহল্লকলিবা নখোইবু তুম্দা চাকথেকপা খাম্বী মৈকোমদা ?"

৪৪। মখোইনা পাওখুমদনি ঃ "ঐখোই নমাজ তৌরমদবশিংনি,

قَالُوْا لَمْ نَكُ مِنَ الْمُصَلِّيْنَ ۝٤٣

৪৫। "মতুংগা ঐখোইনা পিজ-পিথকলমদে লৈত-লাইরবশিংবু,

وَلَمْ نَكُ نُطْعِمُ الْمِسْكِيْنَ ۝٤٤

৪৬। "অমসুং ঐখোই রারেম শুরম্মী লোয়ননা রারেম শুবশিংগা,

وَكُنَّا نَخُوْضُ مَعَ الْخَآئِضِيْنَ ۝٤٥

৪৭। "অমসুং ঐখোইনা য়ারনদে রায়েল বিচারগী নুমিৎপু,

وَكُنَّا نُكَذِّبُ بِيَوْمِ الدِّيْنِ ۝٤٦

৪৮। "অশিবনা শংকা-কাদরিনা ফাওবা ঐখোইবু।"

حَتّٰىٓ اَتٰىنَا الْيَقِيْنُ ۝٤٧

৪৯। মরমসিনা রালোম্নীবশিংগী হায়বিবনা কান্নবা পীররোই মখোইবু।

فَمَا تَنْفَعُهُمْ شَفَاعَةُ الشّٰفِعِيْنَ ۝٤٨

৫০। করি তৌরবগে মখোইনা নমায় ওৎথাক-লিবসিবু পাওমেন্দগী.

فَمَا لَهُمْ عَنِ التَّذْكِرَةِ مُعْرِضِيْنَ ۝٤٩

كَاَنَّهُمْ حُمُرٌ مُّسْتَنْفِرَةٌ ۝٥٠

৫১। ওইবগী মতাংদা মখোই কি-বংহনবিরবা গাধাশিং—

৫২। (খঙচেন) চেনখিবা লোংশাদগী ?

فَرَّتْ مِنْ قَسْوَرَةٍ ۝٥١

৫৩। নত্তে. মী খুদিংমকনা মখোইগী মরক্তগী পামই মদুদি মহাকপু পীগদবনি (ফোংদোকপিবা রাপাওগী) শন্দোকলবা চেবাংশিং।

بَلْ يُرِيْدُ كُلُّ امْرِئٍ مِّنْهُمْ اَنْ يُّؤْتٰى صُحُفًا مُّنَشَّرَةً ۝٥٢

৫৪। মদু ওইবা য়াররোই! তৌই্গুম্বসুং মখোইনা কিদে আখেরতবু।

كَلَّا ۭ بَلْ لَّا يَخَافُوْنَ الْاٰخِرَةَ ۝٥٣

كَلَّآ اِنَّهٗ تَذْكِرَةٌ ۝٥٤

৫৫। মদু ওইবা য়াররোই! তশেংবমক. মসি নীংশিঙহল্লিবা পোৎনি (মীওইবা জাতি পুম্নমক্তা) :

৫৬। মরমদুনা কনাগুম্বনা লেপনমক পামলবদি মপুকনিং চঙজসনু মসিদা।

فَمَنْ شَآءَ ذَكَرَهٗ ۝٥٥

وَمَا يَذْكُرُونَ إِلَّآ أَن يَشَآءَ ٱللَّهُ ۚ هُوَ أَهْلُ ٱلتَّقْوَىٰ وَأَهْلُ ٱلْمَغْفِرَةِ ﴿٥٦﴾

৫৭। তৌইগুম্বসুং মখোইনা মপুকনিং চঙলোই অল্লাহনা চানবিবা নত্তবদি। মহাক্তি মতিকচাবনি কিনা লূনা (ভক্তি তৌবদা) অমসুং মতিকচাবনি কোকপিবদা (অয়োন- অরান পুন্সমক)।



سُورَةُ الْقِيَامَةِ مَكِّيَّةٌ

সূরহ ৭৫ অল-কিয়ামত

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৪১ নি)

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ﴿١﴾

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

لَآ أُقْسِمُ بِيَوْمِ ٱلْقِيَٰمَةِ ﴿١﴾

২। নত্তে, ঐনা ৱাশকনি কিয়ামত নুমিৎকী!

وَلَآ أُقْسِمُ بِٱلنَّفْسِ ٱللَّوَّامَةِ ﴿٢﴾

৩। অমসুং নত্তে, ঐনা ৱাশকনি মশানা মশাবু মরাল শীজবা থৱাইগী (মদুদি ৱায়েল বিচারগী নুমিৎ শোয়দ্রবনি)।

أَيَحْسَبُ ٱلْإِنسَٰنُ أَلَّن نَّجْمَعَ عِظَامَهُۥ ﴿٣﴾

৪। মীনা খনব্রা ঐখোইনা পুল্লপ পুনশিনবিরোই মহাক্কী শরূশিং ?

بَلَىٰ قَٰدِرِينَ عَلَىٰٓ أَن نُّسَوِّىَ بَنَانَهُۥ ﴿٤﴾

৫। অওইবমক, ঐখোই শক্তি লৈবনি পুল্লপ পুনশিনবা মহাক্কী খুৎশা-মতোন ফাওবা।

بَلْ يُرِيدُ ٱلْإِنسَٰنُ لِيَفْجُرَ أَمَامَهُۥ ﴿٥﴾

৬। তৌইগুম্বসুং মীনা ফওরম লম্বীনদীংই মহাক্কী মমাং (গী পুন্সি খোঙচৎ)দা।

يَسْـَٔلُ أَيَّانَ يَوْمُ ٱلْقِيَٰمَةِ ﴿٦﴾

৭। মহাকনা(করেম্নদুনা) হংই ঃ "কিয়ামত নুমিৎ কদৌঙৈ ওইগনি ?"

৮। মতমদুদা মিৎ থকহনবিগনি,

فَإِذَا بَرِقَ ٱلْبَصَرُ ﴿٧﴾

৯। অমসুং থা মমহনখ্রগনি (গ্রহণ লাক্কনি),

وَخَسَفَ ٱلْقَمَرُ ﴿٨﴾

১০। অমসুং নুমিৎ অমসুং থা পুল্লপ্না পুনশনখ্রগনি,

وَجُمِعَ ٱلشَّمْسُ وَٱلْقَمَرُ ﴿٩﴾

১১। নুমিৎ অদুদা মীনা (তৌফম করিমতা খঙদনা) হায়গনি ঃ "(হৌজিক) কদায়দা চেনগনি ?"

يقول الانسان يومئذ اين المفر

১২। (চেনবা) শুপয়া-য়ারোই ! লৈতে চঙজফম (করিগুম্বা মফমৰ্দসু) !

كلا لا وزر

১৩। নংগী মপুগী মনাক্তনি চঙজফম হায়ববু নুমিৎ অদুদা।

الى ربك يومئذ المستقر

১৪। নুমিৎ অদুদা মীবু খঙহনবিগনি মহাকনা থাখিবা (থবকশিং) মমাংদা অমসুং থরমখিবা মতুংদা।

ينبؤا الانسان يومئذ بما قدم واخر

১৫। তৌইগুম্বসুং মী মশানা সাক্ষীনি মশাগী মায়োক্তা,

بل الانسان على نفسه بصيرة

১৬। মহাকনা হায়জরবসু (কয়ারক হন্না) মরাল ঙাকপিনবগী (মদু শুপাত্তা-তাবিরোই)।

ولو القى معاذيره

১৭। নরেত্তোন খৎকনু (কুরআনগী রাপাও ফোংদোকপিরকপা মপুং ফাদরিঙৈ মমাংদা) তহা-তহা (চীনফা পুনীংদুনা) মদু।

لا تحرك به لسانك لتعجل به

১৮। তশেংবমক ঐখোইগী দায়ীনি (মদুগী আয়াতশিং) পুনশিনবা অমসুং (নংবু তম্বিবা চুম্না) পাবা মদু।

ان علينا جمعه وقرانه

১৯। মরমদুনা ঐখোইনা পাখোক্লবদা মদু, (নংঙোন্দা), নং তুং ইন্দুনা থীথৌ মদু।

فاذا قرانه فاتبع قرانه

২০। অদুগী তুংদা ঐখোইগী দায়ীনি অর্থ শন্দোক্লা তাকপা মদুগী।

ثم ان علينا بيانه

২১। নত্তে, তৌইগুম্বসুং নখোইনা পামই তাইবঙ পুন্সি,

كلا بل تحبون العاجلة

২২। অমসুং নখোইনা থৌওইদে শিরবা মতুংগী পুন্সিবু।

وتذرون الاخرة

২৩। মায় খরদি নুমিৎ অদুদা ঈলং-লংগনি (হরাওদুনা),

وجوه يومئذ ناضرة

إِلَىٰ رَبِّهَا نَاظِرَةٌ ۝٢٣
২৪। (থরাই য়াওনা) য়েংগনি মখোইগী মপুগী মায়কৈরোমদা ;

وَوُجُوهٌ يَوْمَئِذٍ بَاسِرَةٌ ۝٢٤
২৫। তৌইগুম্বসুং অতোপ্পা মায় খরদি নুমিৎ অদুদা শুকথগনি,

تَظُنُّ أَن يُفْعَلَ بِهَا فَاقِرَةٌ ۝٢٥
২৬। (মখোইনা) খনগনি নম-তেকপা অরাবা অমা থোক্কদৌরি মখোইদা।

كَلَّا إِذَا بَلَغَتِ التَّرَاقِيَ ۝٢٦
২৭। নত্তে, (শিগদৌরবা মীগী থরাইনা) কাখৎলকপদা থৌরী য়ৌনা,

وَقِيلَ مَنْ ۜ رَاقٍ ۝٢٧
২৮। (অকোয়বদা ফমলিবশিংনা) অসি হায়গনিঃ "কনানো জাদু-মন্ত্র হৈবা মী (হৌজিক (কনবা ঙম্বা মহাকপু) ?"

وَظَنَّ أَنَّهُ الْفِرَاقُ ۝٢٨
২৯। অদুগা মহাকনা খল্লি মসি (শোয়দ্রবা পুংফমনি) খোঙশানবগী (সংসার অসিদগী).

وَالْتَفَّتِ السَّاقُ بِالسَّاقِ ۝٢٩
৩০। অমসুং (মহাক্কী মথক্তা) খোমজিল্লক্কনি অরাবগী মথক্তা অরাবা,

إِلَىٰ رَبِّكَ يَوْمَئِذٍ الْمَسَاقُ ۝٣٠
৩১। নংগী মপুগী মায়কৈদনি নুমিৎ অদুদা হোইজনবিগদৌরিবা।

২ শুবা রুকূ

فَلَا صَدَّقَ وَلَا صَلَّىٰ ۝٣١
৩২। মরমদুনা (নিন্দা তৌদুনতা লৈবা) মহাকনা য়াখিদে অচুম্বা (পাওজেন) নত্তুগা তৌখিদে নমাজ,

وَلَٰكِن كَذَّبَ وَتَوَلَّىٰ ۝٣٢
৩৩। তৌইগুম্বসুং মহাকনা (মরাল শীখি অল্লাহগী রসুলগী মথক্তা) অমসুং তুং হন্দোকখি (মহাক্কী ময়াথং ইনবদগী) ;

ثُمَّ ذَهَبَ إِلَىٰ أَهْلِهِ يَتَمَطَّىٰ ۝٣٣
৩৪। অদুগী তুংদা মহাকনা চৎখি মহাক্কী মরী-মতাগী মনাক্তা, পোংথোক চাউথোক্তুনা।

أَوْلَىٰ لَكَ فَأَوْلَىٰ ۝٣٤
৩৫। (অদুদা ঐখোইনা হায়বিখিঃ) নংদি মাঙলেদনা! মরমদুনা নংদি মাঙলেদনা তাইবঙ পুন্সি খোঙফমদা)!

ثُمَّ أَوْلَىٰ لَكَ فَأَوْلَىٰ ۝٣٥
৩৬। অমুকহন্না নংদি মাঙলেদনা! মরমদুনা নংদি মাঙলেদনা (শিরবা মতুংগী পুন্সিদা)!

৩৭। তাইবঙ মীনা খনব্রা মহাকপু হেক্তমক থাদোকপিরগনি (য়েংশিন থিজিনবিদদুনা) ?

أَيَحْسَبُ الْإِنسَانُ أَن يُتْرَكَ سُدًى ۝

৩৮। মহাকপু ওইখিদব্রা মহিক অমা (অঙাং শানবা নিপাগী) মহী থাদোরকখিবদা ?

أَلَمْ يَكُ نُطْفَةً مِّن مَّنِيٍّ يُمْنَىٰ ۝

৩৯। অদুগী তুংদা মহাক ওইখি ফমজল্লবা ঈ মতুম অমা (মমাগী গর্ভনুংদা), মতমদুদা অল্লাহনা শেম্বিখি অমসুং মপুং ফাহনবিখি (মহাকপু)।

ثُمَّ كَانَ عَلَقَةً فَخَلَقَ فَسَوَّىٰ ۝

৪০। অদুগী তুংদা মহাকনা শেমখি মহাক্কী মখল অনি ঃ নিপা অমসুং নুপী।

فَجَعَلَ مِنْهُ الزَّوْجَيْنِ الذَّكَرَ وَالْأُنثَىٰ ۝

৪১। (ঈশিং ফুদা অমদগী নাখোইবু শেম-শাবিখিবা) মহাক শক্তি লৈরোইদ্রা হিংগৎহনবা অশিববু ?

أَلَيْسَ ذَٰلِكَ بِقَادِرٍ عَلَىٰ أَن يُحْيِيَ الْمَوْتَىٰ ۝



অল-দহর সূরহ ৭৬

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৩১ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ۝

২। লৈখিদব্রা তাইবঙ মীদা অকুইবা মতম অমা মদুদা মহাক (পাল্লেমগী গর্ভনুংদা লৈরিঙৈদা) করিস্ ওইখিদবা পনবা (কাওব)দা মতিকচাদবা ?

هَلْ أَتَىٰ عَلَى الْإِنسَانِ حِينٌ مِّنَ الدَّهْرِ لَمْ يَكُن شَيْئًا مَّذْكُورًا ۝

৩। অশেংবনক, ঐখোইনা শেমখি তাইবঙ মীবু অঙাং শানবা নিপাগী বীর্য্যদগী তিনশন্নদুনা (অঙাং শানবা নুপীগী রক্তগা) অদুনা ঐখোইনা চাং য়েংনবা মহাকপু; মরমদুনা ঐখোইনা শেম্বিখি মহাকপু তাবা ফংবা অমসুং উবা ফংবা।

إِنَّا خَلَقْنَا الْإِنسَانَ مِن نُّطْفَةٍ أَمْشَاجٍ نَّبْتَلِيهِ فَجَعَلْنَاهُ سَمِيعًا بَصِيرًا ۝

৪। তশেংবমক, ঐখোইনা উহনবিখি মহাকপু (অচুম্বা) লম্বী, মহাকনা তৌবিমল খঙলবসু নত্ত্রগা খঙদ্রবসু (ঐখোইগী থৌজালশিং)।

إِنَّا هَدَيْنَاهُ السَّبِيلَ إِمَّا شَاكِرًا وَإِمَّا كَفُورًا

৫। তশেংবমক, ঐখোইনা থৌরাং তৌবিখ্রে তৌবিমল খঙদবশিংগীদমক জিঞ্জুরশিং অমসুং য়োৎকী ঙকয়েংশিং অমসুং ড্রুং-ড্রুং চাকপা খাম্বি মৈ।

إِنَّا أَعْتَدْنَا لِلْكَافِرِينَ سَلَاسِلَا وَأَغْلَالًا وَسَعِيرًا

৬। তৌইগুম্বসুং পুণ্য লৈবশিংনা থক্কনি তেঙ্গোৎ অমা, কর্পূর চাইশিল্লবা—

إِنَّ الْأَبْرَارَ يَشْرَبُونَ مِن كَأْسٍ كَانَ مِزَاجُهَا كَافُورًا

৭। (তেঙ্গোৎ অদু কংবা নাইদবা) ঈফুৎনি মদুদগী অল্লাহগী মনাইশিংনা থক্কনি (হাউনা থুম্না অমসুং পুকনিং পেন্না), মদু চেংথোকহল্লি তরং ঈচেন্ননা।

عَيْنًا يَشْرَبُ بِهَا عِبَادُ اللَّهِ يُفَجِّرُونَهَا تَفْجِيرًا

৮। মখোইনা পুরা তৌই (মখোইগী) রাশক, অমসুং কিজে (মহাপ্রলয়) নুমিৎপু মদুগী ফত্তবা শক্লেদি শরা শল্লি।

يُوفُونَ بِالنَّذْرِ وَيَخَافُونَ يَوْمًا كَانَ شَرُّهُ مُسْتَطِيرًا

৯। অদুগা মখোইনা পিজে, নুংশিবদগী অল্লাহবু, লাইরববু অমসুং পীতৎ-পাতৎপা মচাবু অমসুং লানফাবু—

وَيُطْعِمُونَ الطَّعَامَ عَلَىٰ حُبِّهِ مِسْكِينًا وَيَتِيمًا وَأَسِيرًا

১০। (অসি হায়দুনা ঃ) "ঐখোইনা পিজে নখোইবু অল্লাহনা পেনবিনবগীদমক্তা ; ঐখোইনা পামজদে মনা-মথিন নত্ত্রগা থাগৎপা নখোইদগী।

إِنَّمَا نُطْعِمُكُمْ لِوَجْهِ اللَّهِ لَا نُرِيدُ مِنكُمْ جَزَاءً وَلَا شُكُورًا

১১। "তশেংবমক, ঐখোইনা কিজে ঐখোইগী মপুদগী লায়বকথীবা, অরাবগী মশক ওইবা নুমিৎ অমা।"

إِنَّا نَخَافُ مِن رَّبِّنَا يَوْمًا عَبُوسًا قَمْطَرِيرًا

১২। মরমদুনা অল্লাহনা ঙাকপিগনি মখোইবু ফত্তবদগী নুমিৎ অদুগী, অমসুং পীবিগনি মখোইবু হরাওবা (মায়গী) অমসুং নুংঙাইবা পুকনিংগী ;

فَوَقَاهُمُ اللَّهُ شَرَّ ذَٰلِكَ الْيَوْمِ وَلَقَّاهُمْ نَضْرَةً وَسُرُورًا

১৩। অমসুং মহাকনা পীবিগনি মখোইবু, মখোইনা খাংবা কল্লম্বগী, হৈকোন লৈকোন অমা অমসুং রেশম (গী) ফিজোন,

وَجَزَاهُم بِمَا صَبَرُوا جَنَّةً وَحَرِيرًا

১৪। মদুগী মনুংদা (মখোই) হিপথগনি (নুংঙাইখ্রবা) গদ্দী মথক্তা, মখোই খঙলোই মফম অদুদা (কা হেনবা) নুংশা-মৈশা নত্রগা য়াম্না অঙ্গৈংবা।

مُتَّكِـِٕينَ فِيهَا عَلَى الْأَرَائِكِ ۖ لَا يَرَوْنَ فِيهَا شَمْسًا وَلَا زَمْهَرِيرًا ﴿١٣﴾

১৫। অদুগা (মফম-মফমদা হৌরিবা হৈপাম্বী-শিংগী) মরুম-মরাং নক্লা ভাগনি মখোইগী মথক্তা অমসুং মদুগী উহৈ চরোংশিং য়াংথগনি লাম্বা ফংনা (মী খুদিংনা)।

وَدَانِيَةً عَلَيْهِمْ ظِلَالُهَا وَذُلِّلَتْ قُطُوفُهَا تَذْلِيلًا ﴿١٤﴾

১৬। অদুগা (সেবারোইশিং) চংকনি মখোইগী অকোয়বদা পুদুনা চান্দিগী (ঈশিং থক্লবা) পাত্রশিং অমসুং লিক্লাইগী খুৎপায়কম য়া ওম্না গিলাসশিং,

وَيُطَافُ عَلَيْهِم بِآنِيَةٍ مِّن فِضَّةٍ وَأَكْوَابٍ كَانَتْ قَوَارِيرَا ﴿١٥﴾

১৭। (ফজবদা অমসুং লংবদা) লিক্লাই মানবা চান্দি(না শাব)নি, মদুগী মওং) মখোই (মশামক)না লেপকনি মখোইগী (অফবা থবকশিংগী) চাং মত্তুংইন্না।

قَوَارِيرَا مِن فِضَّةٍ قَدَّرُوهَا تَقْدِيرًا ﴿١٦﴾

১৮। অদুগা মদুগী মনুংদা মখোইবু পিথক্কনি কপ [illegible] 'জন্জবীল' (শিং) য়ানশিল্লনা:

وَيُسْقَوْنَ فِيهَا كَأْسًا كَانَ مِزَاجُهَا زَنجَبِيلًا ﴿١٧﴾

১৯। (মদু রা-রা-রা হাদোরকপা ঈশিংগী কপনি) ঈফুৎ অমগী (স্বর্গ লৈকোন মনুং অদুদা) মমিং 'সলসবীল' কৌই।

عَيْنًا فِيهَا تُسَمَّىٰ سَلْسَبِيلًا ﴿١٨﴾

২০। অদুগা ঙাইদুনা লৈবা নৌ-জৱান সেবারোইশিং মতম চুপ্পা পোমশাৎনদুনা লৈগদৌবনা চত্তুনা লৈগনি (সেবাগী) মখোইগী অকোয়বদা। নংনা উবদা মখোইবু নংনা খনগনি নুক্তাশিং চাইথোক্তুনা লৈবগুম।

وَيَطُوفُ عَلَيْهِمْ وِلْدَانٌ مُّخَلَّدُونَ إِذَا رَأَيْتَهُمْ حَسِبْتَهُمْ لُؤْلُؤًا مَّنثُورًا ﴿١٩﴾

২১। অদুগা নংনা য়েংবদা মফম অদুদা নংনা উগনি নুংঙাই য়াইফবা অমসুং (অঙকপা ফংনা নিংথীজত্রবা) অচৌবা নিংথৌ লৈবাক।

وَإِذَا رَأَيْتَ ثَمَّ رَأَيْتَ نَعِيمًا وَمُلْكًا كَبِيرًا ﴿٢٠﴾

২২। মখোইদা শেৎপিগনি অশংবা ফিজোনশিং ফজত্রবা রেশমগী অমসুং (থাঙমদনা নিংথীজ-ত্রবা) সনা-হৎপা ফি, অমসুং মখোইবু শিজনবিগনি লুপাগী খুজিশিং; অমসুং মখোইগী

عَالِيَهُمْ ثِيَابُ سُندُسٍ خُضْرٌ وَإِسْتَبْرَقٌ ۖ وَحُلُّوا

اَسَاوِرَ مِنْ فِضَّةٍ ۚ وَسَقٰهُمْ رَبُّهُمْ شَرَابًا طَهُوْرًا ۝

মপুনা পিথক্কনি মখোইবু (অমৃতগুম্বা) অশেংবা মহী অমা।

اِنَّ هٰذَا كَانَ لَكُمْ جَزَآءً وَّكَانَ سَعْيُكُمْ مَّشْكُوْرًا ۝

২৩। (মখোইদা অসি হায়বিগনি :) "তশেংনমক মসি নখোইগী মনা-মথিন্নি অমসুং নখোইগী (তাইবঙ-পুন্সি খোঙফমদা) হোৎনবদু শীংথানবিরে (অল্লাহগী মনাক্তা)।"

২ শুবা রুকূ

اِنَّا نَحْنُ نَزَّلْنَا عَلَيْكَ الْقُرْاٰنَ تَنْزِيْلًا ۝

২৪। তশেংবমক, ঐখোইনা থাবিখি নংঙোন্দা কুরআন মচেৎ মচেৎ ওইনা ;

فَاصْبِرْ لِحُكْمِ رَبِّكَ وَلَا تُطِعْ مِنْهُمْ اٰثِمًا اَوْ كَفُوْرًا ۝

২৫। মরমদুনা ঙাইয়ু অখাংকনবগা লোয়ননা নংগী মপুগী রায়েল, অমসুং হায়বা ইনগনু পাপী নত্ত্রগা তৌবিমল খঙদবা কনামতগী মখোই (নিন্দা তৌদুনতা লৈবশিং)গী মরক্তগী ;

وَاذْكُرِ اسْمَ رَبِّكَ بُكْرَةً وَّاَصِيْلًا ۝

২৬। অমসুং নীংশিঙু নংগী মপুগী মমিং অয়ুক অঙনবদা অমসুং সন্ধ্যা মতমদা ;

وَمِنَ الَّيْلِ فَاسْجُدْ لَهٗ وَسَبِّحْهُ لَيْلًا طَوِيْلًا ۝

২৭। অমসুং অহিংগী শরুক অমদা সজদহ তৌ মহাক্কী মমাংদা অমসুং শৈশকও মহাক্কী মতিক মঙাল থাগত্তুনা অহিংদা মতম কুইনা।

اِنَّ هٰٓؤُلَآءِ يُحِبُّوْنَ الْعَاجِلَةَ وَيَذَرُوْنَ وَرَآءَهُمْ يَوْمًا ثَقِيْلًا ۝

২৮। তশেংবমক, (নংগী য়েক্কবশিং) মখোইসিনা (থোইদোক্পা) পামশল্লি খাঙুথক্কী পুন্সিবু অমসুং মখোইনা থৌওইদে শাথীনা নংলবা নুমিৎ অমা (রায়েল বিচারগী) মখোইগী মমাংদা লৈরিববু।

نَحْنُ خَلَقْنٰهُمْ وَشَدَدْنَآ اَسْرَهُمْ ۚ وَاِذَا شِئْنَا بَدَّلْنَآ اَمْثَالَهُمْ تَبْدِيْلًا ۝

২৯। ঐখোইনা শেম-শাবিখি মখোইবু অমসুং মপাঙ্গল কনহনবিখি মখোইগী তাংশমশিংবু ; অমসুং ঐখোইনা পাম্বা মতমদা ঐখোইনা ঙম্মি মহুৎ শীন্দোকপা মখোইগুম্ববু পুমশীন-শীন্দোক্নুনা।

اِنَّ هٰذِهٖ تَذْكِرَةٌ ۚ فَمَنْ شَآءَ اتَّخَذَ اِلٰى رَبِّهٖ سَبِيْلًا ۝

৩০। তশেংবমক, মসি নীংশিঙহল্লিবা পোৎনি ; মরমদুনা কনাগুম্বা অপাম্বা মহাকনা খোঙফম্ন-জসনু (অচুম্বা) লম্বী মহাক্কী মপু (চুমদ্রিং) য়ৌবা।

وَمَا تَشَآءُوْنَ اِلَّآ اَنْ يَّشَآءَ اللّٰهُ ۗ اِنَّ اللّٰهَ كَانَ

৩১। তৌইগুম্বসুং নখোইনা পামলোই (করিগুম্বা

عَلِيْمًا حَكِيْمًا ۝

অমতা) অল্লাহনা তৌনীংবা নত্তবদি। তশেংবমক অল্লাহদি পোৎ পুম্নমক খঙবনি, খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি।

يُدْخِلُ مَنْ يَّشَآءُ فِيْ رَحْمَتِهٖ ۚ وَالظّٰلِمِيْنَ اَعَدَّ لَهُمْ عَذَابًا اَلِيْمًا ۝

৩২। মহাকনা চঙহল্লি মহাকনা অপাম্বশিংবু মহাক্কী থৌজালদা। অদুগা অরানবা লম্বীন-বশিংগীদমক মহাকনা থৌরাং তৌবিখ্রে অরাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক।

## سُوْرَةُ الْمُرْسَلٰتِ مَكِّيَّةٌ (٧٧)

অল-মুরসলাত সূরহ ৭৭

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৫১ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

وَالْمُرْسَلٰتِ عُرْفًا ۝

২। কসমনি থাদোকখিবা মখোইদুগী (অমগী মতুংদা অমা) অফবা শন্দোক্লবা,

فَالْعٰصِفٰتِ عَصْفًا ۝

৩। অদুগী তুংদা মখোইনা তকশনবগী (শফুকন্না) তকশন্নীংবনা,

وَّالنّٰشِرٰتِ نَشْرًا ۝

৪। অমসুং মখোইনা শন্দোকপগী (অচুম্বা), ফজনা শন্দোক্নুনা,

فَالْفٰرِقٰتِ فَرْقًا ۝

৫। অদুগী তুংদা মখোইনা খায়দোকপগী (অফ-ফত্তবা) তোখায়-খায়দোক্নুনা,

فَالْمُلْقِيٰتِ ذِكْرًا ۝

৬। অদুগী তুংদা মখোইনা পুবগী নীংশিঙহল্লিবা পোৎ (মায়কৈ থুংনা),

عُذْرًا اَوْ نُذْرًا ۝

৭। মরাল ঙাকপিনবগী (তরাম-তরাম য়াবশিংদা) অমসুং চেকশনহনবগী (নিংঙাইজাও য়াদবশিংবু),

اِنَّمَا تُوْعَدُوْنَ لَوَاقِعٌ ۝

৮। তশেংবমক, (হে নিংঙাইজাওবশিং!) নখোইদা রাশকখিবদু শোয়দনমক থোকলগনি (অমসুং নখোইগী অরাবা নশা শোয়দ্রবনি)।

৯। মরমদুনা থরানমিচাকশিং (মঙাল) মাঙহনবিখ্রবদা,

فَإِذَا النُّجُومُ طُمِسَتْ ۝٨

১০। অমসুং স্বর্গ মচেৎ থোক্লা থুগায়খ্রবদা,

وَإِذَا السَّمَآءُ فُرِجَتْ ۝٩

১১। অমসুং চীংজাওশিং পাইথোকহনখ্রবদা,

وَإِذَا الْجِبَالُ نُسِفَتْ ۝١٠

১২। অমসুং রসুলশিং থোরকহল্লবদা (মখোইগী) লেপখিবা মতমদা—

وَإِذَا الرُّسُلُ أُقِّتَتْ ۝١١

১৩। করম্বা নুমিত্তা (ওইরক্কদবা তাকপা খুদম-শিংসি) য়েথোকখ্রবনো ?

لِأَيِّ يَوْمٍ أُجِّلَتْ ۝١٢

১৪। (মদু য়েথোকখ্রে) খন্দোক-খায়দোকপগী নুমিত্তা;

لِيَوْمِ الْفَصْلِ ۝١٣

১৫। অদুগা করিনা করম্মা খঙহনগনি নংবু খন্দোক-খায়দোকপগী নুমিৎ হায়বদি করিনো ?

وَمَآ أَدْرَىٰكَ مَا يَوْمُ الْفَصْلِ ۝١٤

১৬। মাঙজরেদনা নুমিৎ অদুদা (অচুম্বা) য়াদবশিংদো !

وَيْلٌ يَوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِينَ ۝١٥

১৭। ঐখোইনা মাঙ-তাকহনখিদব্রা মমাংঙৈদা লৈরম্বা (রারক-য়াদবা) শিংবু ?

أَلَمْ نُهْلِكِ الْأَوَّلِينَ ۝١٦

১৮। অদুগী তুংদা ঐখোইনা (অরানবা লম্বীনবশিংবু) অকোনবগী শুরোন্দগী তুং ইলহনবিথি মখোইগী।

ثُمَّ نُتْبِعُهُمُ الْآخِرِينَ ۝١٧

১৯। অসুম্না ঐখোইনা তৌবি মরাল লৈরবশিংবু।

كَذَٰلِكَ نَفْعَلُ بِالْمُجْرِمِينَ ۝١٨

২০। মাঙজরেদনা নুমিৎ অদুদা (অচুম্বা) য়াদবশিংদো !

وَيْلٌ يَوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِينَ ۝١٩

২১। শেমখিদব্রা ঐখোইনা (তাইবঙ মী) নখোইবু করিসু লৈতবা মহী অমদগী,

أَلَمْ نَخْلُقكُّم مِّن مَّآءٍ مَّهِينٍ ۝٢٠

২২। মরমদুনা ঐখোইনা থম্বিখি মদু খুদোংথীবা লৈতবা মতেফম অমদা,

فَجَعَلْنَٰهُ فِى قَرَارٍ مَّكِينٍ ۝٢١

২৩। অরেপ্পা মতম অমগীদমক ?

إِلَىٰ قَدَرٍ مَّعْلُومٍ ۝٢٢

২৪। মরমদুনা ঐখোইনা চপচানা লেপ্পিখি মতম (অঙাং পোকপগী)—কয়াদা নিংথীনা ঐখোইসে মতম লেপ্পা হৈখ্রবা !

فَقَدَرْنَا فَنِعْمَ الْقَٰدِرُونَ ۝٢٣

২৫। মাঙজরেদনা নুমিৎ অদুদা (অচুম্বা) য়াদবশিংদো!

وَيْلٌ يَّوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِيْنَ۝

২৬। শেমখিদব্রা ঐখোইনা পৃথিবীসে চন্নবা—

اَلَمْ نَجْعَلِ الْاَرْضَ كِفَاتًا۝

২৭। অহিংবশিং অমসুং অশিবশিং ?

اَحْيَآءً وَّاَمْوَاتًا۝

২৮। অদুগা ঐখোইনা থঙ্খিখি মদুগী মনুংদা অরাংবা চীংজাওশিং অমসুং পীখি নখোইবু য়াক্তবা ঈশিং থক্নবা।

وَّجَعَلْنَا فِيْهَا رَوَاسِيَ شٰمِخٰتٍ وَّاَسْقَيْنٰكُمْ مَّآءً فُرَاتًا۝

২৯। মাঙজরেদনা নুমিৎ অদুদা (অচুম্বা) য়াদবশিংদো!

وَيْلٌ يَّوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِيْنَ۝

৩০। (মখোইদা অসি হায়বিগনি ঃ) "হৌজিক চৎলো নখোইনা মীনম্বনি হায়জিন্দুনা য়ারমদবা (রায়েল-চৈরাক্কী) মায়কৈরোমদা;

اِنْطَلِقُوْٓا اِلٰى مَا كُنْتُمْ بِهٖ تُكَذِّبُوْنَ۝

৩১। "চৎলো নখোই (নরক্কী মৈখুগী) মমি অহুম (য়ুম্বী মান্না) কাখৎপা অদুগী মায়কৈরোমদা,

اِنْطَلِقُوْٓا اِلٰى ظِلٍّ ذِيْ ثَلٰثِ شُعَبٍ۝

৩২। "মদুনা লাংহনবিরোই (নখোইদা) অঙীংবা উরুম (মৈশাদগী) নত্তগা মদুনা কন্নঙাই ওইরোই মৈরিদগী।

لَّا ظَلِيْلٍ وَّلَا يُغْنِيْ مِنَ اللَّهَبِ۝

৩৩। "তশেংবমক, মদুনা থাগৎলক্কনি মৈরিক-শিং (চাওবদা) কিল্লাগুম্বা.

اِنَّهَا تَرْمِيْ بِشَرَرٍ كَالْقَصْرِ۝

৩৪। "(মৈরিকশিং) অদু ওইবগী মতাগুম্বনি কোনা মচুগী উটশিং (পরেংশানা থুনা য়াংনা চৎপা)।"

كَاَنَّهٗ جِمٰلَتٌ صُفْرٌ۝

৩৫। মাঙজরেদনা নুমিৎ অদুদা (অচুম্বা) য়াদবশিংদো!

وَيْلٌ يَّوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِيْنَ۝

৩৬। মসি নুমিৎ অদুনি মদুদা মখোই রা ঙাঙলোই (মরাল ঙাকপিনবগী)

هٰذَا يَوْمُ لَا يَنْطِقُوْنَ۝

৩৭। নত্তগা মখোইবু য়াথংনবিরোই মরাল ঙাকপিনবগী হায়জবা।

وَلَا يُؤْذَنُ لَهُمْ فَيَعْتَذِرُوْنَ۝

৩৮। মাঙজরেদনা নুমিৎ অদুদা (অচুম্বা) য়াদবশিংদো!

وَيْلٌ يَّوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِيْنَ۝

هَٰذَا يَوْمُ الْفَصْلِ جَمَعْنَٰكُمْ وَالْأَوَّلِينَ ﴿٣٨﴾

৩৮। মসিনিদো খন্দোক-খায়দোকপগী নুমিৎ: ঐখোইনা থোমজনবিগনি নখোইবু অমসুং থাইনগী (মী) শিংবুসু (নখোইনা হুনখি হুনখিবা অদুগী মতৃং লোকচনবা)।

فَإِن كَانَ لَكُمْ كَيْدٌ فَكِيدُونِ ﴿٣٩﴾

৩৯। মরমদুনা হৌজিক নখোইগী করিগুম্বা শৌথা লাং লৈজরবদি, শীজন্নৌ মদু ঐগী মায়োক্তা।

وَيْلٌ يَوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِينَ ﴿٤٠﴾

৪০। মাঙজরেদনা নুমিৎ অদুদা (অচুম্বা) য়াদবশিংদো! ২ শুবা রুকূ

إِنَّ الْمُتَّقِينَ فِي ظِلَالٍ وَعُيُونٍ ﴿٤١﴾

৪১। তশেংবমক, পুণ্য লৈবশিংদি (লৈগনি) উরুম লাংবা অমসুং ঈফুটশিং লৈবা (মফমশিং)গী মরক্তা,

وَفَوَاكِهَ مِمَّا يَشْتَهُونَ ﴿٤٢﴾

৪২। অমসুং উহৈশিং মখোইনা পাম্বা-পাম্বা (পুশল্লককনি মনাক্তা)।

كُلُوا وَاشْرَبُوا هَنِيئًا بِمَا كُنتُمْ تَعْمَلُونَ ﴿٤٣﴾

৪৩। (মখোইদা অসি হায়বিগনি:) "চাও অমসুং থকও হরাওনা (নপুকনিং পেন্না) নখোইনা তৌখিবগী (অফবা থবকশিং তাইবঙ পুন্সিদা)।"

إِنَّا كَذَٰلِكَ نَجْزِي الْمُحْسِنِينَ ﴿٤٤﴾

৪৪। অসুম্না ঐখোইনা তশেংবমক পীবি মনা-মথিন অফবা খানবশিংদা (অতোপ্পদা)।

وَيْلٌ يَوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِينَ ﴿٤٥﴾

৪৫। মাঙজরেদনা নুমিৎ অদুদা (অচুম্বা) য়াদবশিংদো!

كُلُوا وَتَمَتَّعُوا قَلِيلًا إِنَّكُم مُّجْرِمُونَ ﴿٤٦﴾

৪৬। "(হে অচুম্বা থাজদবশিং! নখোই) চাও (নপুকনিং থুংনা) অমসুং নুংঙাইযু মতম খরদং (কুইদবা তাইবঙ-পুন্সিদা); তশেংবমক নখোই নরাল লৈরবশিংনি।"

وَيْلٌ يَوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِينَ ﴿٤٧﴾

৪৭। মাঙজরেদনা নুমিৎ অদুদা (অচুম্বা) য়াদবশিংদো!

وَإِذَا قِيلَ لَهُمُ ارْكَعُوا لَا يَرْكَعُونَ ﴿٤٨﴾

৪৮। অদুগা মখোইদা অসি হায়বদা: "কোক লুকথদুনা খুরুম্মু (অল্লাহবু)," মখোই মকোক লুকথদে (অমসুং য়াদে ঐখোইগী হুকুম)।

وَيْلٌ يَوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِينَ ﴿٤٩﴾

৪৯। মাঙজরেদনা নুমিৎ অদুদা (অচুম্বা) য়াদবশিংদো!

৫১। মরমদুনা করম্বা অনৌবা ৱাপাওদা অসিগী মতুংদা, মখোই থাজগে হায়রিবা ? فَبِاَيِّ حَدِيْثٍۢ بَعْدَهٗ يُؤْمِنُوْنَ ۝٥٠

سُوْرَةُ النَّبَاِ مَكِّيَّةٌ (٧٨)

অল-নবা সূরহ ৭৮

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৪১ নি)

সিপারহ ৩০

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা। بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ۝١

২। করি মরমদনো মখোই অমগা অমগা ঙাঙনরিবদু ? عَمَّ يَتَسَآءَلُوْنَ ۝١

৩। অচৌবা পাওগী মরমদনি, عَنِ النَّبَاِ الْعَظِيْمِ ۝٢

৪। মদুগী মরমদা মখোই মত থেন্নে। الَّذِيْ هُمْ فِيْهِ مُخْتَلِفُوْنَ ۝٣

৫। নত্তে, থুনমক মখোই খঙলগনি, كَلَّا سَيَعْلَمُوْنَ ۝٤

৬। নত্তে, ঐখোইনা হায়রি মদু অমুকহন্না, থুনমক মখোই খঙলগনি। ثُمَّ كَلَّا سَيَعْلَمُوْنَ ۝٥

৭। শেমখিদব্রা ঐখোইনা পৃথিবীবু ফমুং অমা ওইনা, اَلَمْ نَجْعَلِ الْاَرْضَ مِهٰدًا ۝٦

৮। অমসুং চীংশিংবু উচুপশিং ওইনা ? وَّالْجِبَالَ اَوْتَادًا ۝٧

৯। অদুগা ঐখোইনা শেম-শাখি নখোইবু তু মা নাইনা, وَّخَلَقْنٰكُمْ اَزْوَاجًا ۝٨

১০। অমসুং ঐখোইনা ওইহল্লি নখোইগী তুম্বদু পোখাবা, وَّجَعَلْنَا نَوْمَكُمْ سُبَاتًا ۝٩

১১। অমসুং ঐখোইনা শেমখি অহিংবু কুপ্পবা পোৎ অমা ওইনা, وَّجَعَلْنَا الَّيْلَ لِبَاسًا ۝١٠

১২। অমসুং ঐখোইনা শেমখি নুংথিলবু থিনবা হিংনবগী পাম্বৈ। وَّجَعَلْنَا النَّهَارَ مَعَاشًا ۝١١

১৩। অদুগা ঐখোইনা শাবিখি নখোইগী মথক্তা অচেৎপা অতিয়া তরেৎ ; وَّبَنَيْنَا فَوْقَكُمْ سَبْعًا شِدَادًا ۝١٢

১৪। অমসুং ঐখোইনা শাখি নুমিৎপু অরংবা থাওমৈ অমা ওইনা।

وَّجَعَلۡنَا سِرَاجًا وَّهَّاجًا ۝١٣

১৫। অমসুং ঐখোইনা তাহল্লি মংলিবা নোংদগী ঈশিং মরাংকায়না,

وَّاَنۡزَلۡنَا مِنَ الۡمُعۡصِرٰتِ مَآءً ثَجَّاجًا ۝١٤

১৬। অদুনা ঐখোইনা থোকহল্লি মদুনা মহৈ-মরোং অমসুং মনা-মশিং,

لِّنُخۡرِجَ بِهٖ حَبًّا وَّنَبَاتًا ۝١٥

১৭। অমসুং বাগানশিং মরাংকায়না হৌবা।

وَّجَنّٰتٍ اَلۡفَافًا ۝١٦

১৮। তশেংবমক, রাৱেপ্পা নুমিৎকী লৈ লেপখিবা মতম,

اِنَّ يَوۡمَ الۡفَصۡلِ كَانَ مِيۡقَاتًا ۝١٧

১৯। নুমিৎ অদুদা পেরে শিঙ্গা খোংলকপদা নখোই লাক্কনি মপৈ-মপৈ,

يَّوۡمَ يُنۡفَخُ فِى الصُّوۡرِ فَتَاۡتُوۡنَ اَفۡوَاجًا ۝١٨

২০। অমসুং স্বর্গ হাংদোক্কনি অদুনা মদু ওইরক্কনি থোঙগী-থোঙতা,

وَّفُتِحَتِ السَّمَآءُ فَكَانَتۡ اَبۡوَابًا ۝١٩

২১। অমসুং চীংজাও চীংশাংশিং পাইথোক-খিগনি অমসুং ওইরক্কনি মায়া-মরিচিকাগী মতাগুম্না।

وَّسُيِّرَتِ الۡجِبَالُ فَكَانَتۡ سَرَابًا ۝٢٠

২২। তশেংবমক, যম লৈবাক লৈ লোৎশন্দুনা,

اِنَّ جَهَنَّمَ كَانَتۡ مِرۡصَادًا ۝٢١

২৩। য়াতুংফমনি লাক্ল-ফানা রারবশিংগী,

لِّلطّٰغِيۡنَ مَاٰبًا ۝٢٢

২৪। মখোই লৈগনি মদুগী মনুংদা চহি কুমজা কয়া,

لّٰبِثِيۡنَ فِيۡهَاۤ اَحۡقَابًا ۝٢٣

২৫। মখোই তংলোই মদুগী মনুংদা অঙ্গংবা নত্তগা থক্কবা করিমতা,

لَا يَذُوۡقُوۡنَ فِيۡهَا بَرۡدًا وَّلَا شَرَابًا ۝٢٤

২৬। নত্তনা ক্রুং-ক্রুং শৌবা ঈশিং অমসুং তুক্কচনঙাই ওইবা মহী,

اِلَّا حَمِيۡمًا وَّغَسَّاقًا ۝٢٥

২৭। চপচাবা লমলনি (ফত্তবা থবকশিংগী)।

جَزَآءً وِّفَاقًا ۝٢٦

২৮। তশেংবমক, মখোইনা কিরমদে হিসাব লৌরমগনি হায়বা,

اِنَّهُمۡ كَانُوۡا لَا يَرۡجُوۡنَ حِسَابًا ۝٢٧

২৯। অমসুং য়াখিদে ঐখোইগী পাওজেনশিং।

وَّكَذَّبُوۡا بِاٰيٰتِنَا كِذَّابًا ۝٢٨

৩০। অদুগা পুম্নমক ঐখোইনা ইদুনা থমলি কিতাব অমদা,

وَكُلَّ شَىۡءٍ اَحۡصَيۡنٰهُ كِتٰبًا ۝٢٩

৩১। মরমদুনা নখোই তংঙু মহাউ (রায়েল-চৈরাকদু) ; ঐখোইনা পীরোই নখোইবু করিমতা হেন্না রাহন নংহনবা নত্তনা।

فَذُوْقُوْا فَلَنْ نَّزِيْدَكُمْ اِلَّا عَذَابًا ﴿٣٠﴾

২ শুবা রুকূ

৩২। তশেংবমক, ধর্ম্ম ফম্বৈনবশিংগীদি অনীংবা অমা থুংবনি,

اِنَّ لِلْمُتَّقِيْنَ مَفَازًا ﴿٣١﴾

৩৩। খাজন্দুনা থম্বা হৈকোনশিংনি অমসুং অঙ্গুরগী লৌবুকশিংনি,

حَدَآئِقَ وَاَعْنَابًا ﴿٣٢﴾

৩৪। অমসুং মথোক কাবা নৈশাবীশিং শামান লেংমান্নবগী (সঙ্গনি),

وَّكَوَاعِبَ اَتْرَابًا ﴿٣٣﴾

৩৫। অমসুং মমায় চোনবা কপশিংনি।

وَّكَاْسًا دِهَاقًا ﴿٣٤﴾

৩৬। মদুগী মনুংদা মখোই তারোই রারেম নত্তগা মীনম শোরিবা ;

لَا يَسْمَعُوْنَ فِيْهَا لَغْوًا وَّلَا كِذّٰبًا ﴿٣٥﴾

৩৭। চানবিবগী মহৈনি নংগী মপুদগী, খুদোলনি হেন্দোক্লা ওকপা।

جَزَآءً مِّنْ رَّبِّكَ عَطَآءً حِسَابًا ﴿٣٦﴾

৩৮। মপুনি স্বর্গগী অমসুং পৃথিবীগী অমসুং মখোই অনিগী মরক্তা লৈবা পুম্নমক্কীসু, থৌজালহৈবা মপুনি। মখোই কনাগীসু মতিক লৈরোই রা হঙ্গৎপা মঙোন্দা।

رَّبِّ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ وَمَا بَيْنَهُمَا الرَّحْمٰنِ لَا يَمْلِكُوْنَ مِنْهُ خِطَابًا ﴿٣٧﴾

৩৯। নুমিৎ অদুদা 'রুহ' (জিব্রীল) অমসুং স্বর্গ দূতশিং লেপকনি পরেং-পরেং (থৌগাল চঙবগী), ঙস্মোই রা হঙ্গৎপা মখোই কনা অমতনা, নত্তনা মহাকদু থৌজালহৈবা মপুনা পীবিগনি তৌনবগী ময়াথং অমসুং মহাকনা রা ঙাঙগনি অচুম্বতা।

يَوْمَ يَقُوْمُ الرُّوْحُ وَالْمَلٰٓئِكَةُ صَفًّا لَّا يَتَكَلَّمُوْنَ اِلَّا مَنْ اَذِنَ لَهُ الرَّحْمٰنُ وَقَالَ صَوَابًا ﴿٣٨﴾

৪০। নুমিৎ অদু শোয়দনমক লাক্কনি মরমদুনা কনাগুম্বনা লেপনমক পামলবদি, মহাক উপায় থিজসনু মহাক্কী মপুদা।

ذٰلِكَ الْيَوْمُ الْحَقُّ فَمَنْ شَآءَ اتَّخَذَ اِلٰى رَبِّهٖ مَاٰبًا ﴿٣٩﴾

৪১। তশেংবমক, ঐখোইনা চেকশন্নবা হায়বিগ্রে নখোইবু রায়েল-চৈরাক অমগী মদু নকশল্লকলে, নুমিৎ অদুদা মীনা উগনি মহাক্কী মখুৎশিংনা থাজখিবদু মমাংদা, অমসুং লমফৈ-খোঙফম্ন-

اِنَّآ اَنْذَرْنٰكُمْ عَذَابًا قَرِيْبًا يَّوْمَ يَنْظُرُ الْمَرْءُ

مَا قَدَّمَتْ يَدَاهُ وَيَقُولُ الْكَافِرُ يَا لَيْتَنِي كُنتُ تُرَابًا

বশিংনা হায়গনি ঃ "আঃ ঐবু ওইজরমলবদিকো (ইচম-চম্বা) উফুল।"

## سُورَةُ النَّازِعَاتِ مَكِّيَّةٌ

সূরহ ৭৯ অল-নাজি'আত

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৪৭ নি)

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

وَالنَّازِعَاتِ غَرْقًا

২। কসমনি (মীশিংবু অচুম্বা ধর্ম্মদা) কন্না চিংশনবা মখোইদুগী,

وَالنَّاشِطَاتِ نَشْطًا

৩। কসমনি (মখোই কন্না তৌবদা) চেৎনা কিশি কিশিনবা মখোইদুগী,

وَالسَّابِحَاتِ سَبْحًا

৪। কসমনি (নুংশিংকী ঈপোমদা) জ্-জ্ ঈরোইদুনা চৎপা মখোইদুগী,

فَالسَّابِقَاتِ سَبْقًا

৫। অদুনা মখোইনা হোৎনৈ অমনা অমগী মাং থানবগী,

فَالْمُدَبِّرَاتِ أَمْرًا

৬। অমসুং শীন-লাংই পাংথোক্লবা থবকশিং (মখোইদা শীন্নবদু),

يَوْمَ تَرْجُفُ الرَّاجِفَةُ

৭। (মসি থোক্কনি) নুমিৎ অদুদা অনীকপা (পৃথিবীনা) থক-থক নীকপদা,

تَتْبَعُهَا الرَّادِفَةُ

৮। অমসুং অনিশুবা নীকপা অমা হেক তুংদা থোক্কনি মদুগী।

قُلُوبٌ يَوْمَئِذٍ وَاجِفَةٌ

৯। নুমিৎ অদুদা থম্মোইশিং (কিদুনা) থক-থক নীক্কনি,

أَبْصَارُهَا خَاشِعَةٌ

১০। মখোইগী মমিৎশিং থোক-থোক লুকথগনি।

يَقُولُونَ أَإِنَّا لَمَرْدُودُونَ فِي الْحَافِرَةِ

১১। মখোইনা হায়ঃ "ঐখোইবু (তশেংবমক) হনজনগদৌরিব্রা হান্নগী ফিবমদা ?

ءَإِذَا كُنَّا عِظَامًا نَّخِرَةً ﴿١١﴾

১২। ''করি! ঐখোইগী শরূ-শায়াং লোয়নমক পৎ—পুমখ্রবদা ?''

قَالُوا تِلْكَ إِذًا كَرَّةٌ خَاسِرَةٌ ﴿١٢﴾

১৩। মখোইনা হায়ঃ ''মদুগী মহন অদুদি অমাঙবগী মহন্নি !''

فَإِنَّمَا هِيَ زَجْرَةٌ وَاحِدَةٌ ﴿١٣﴾

১৪। তৌইগুম্বসুং মদু অমুক্তং লাউথোকপা দরকারনি,

فَإِذَا هُم بِالسَّاهِرَةِ ﴿١٤﴾

১৫। য়েংউ! মখোই পুম্নমক (থোরকলগনি) অহাংবদা.।

هَلْ أَتَاكَ حَدِيثُ مُوسَىٰ ﴿١٥﴾

১৬। থুংখিদব্রা নংঙোন্দা য়ারী মুসাগী ?

إِذْ نَادَاهُ رَبُّهُ بِالْوَادِ الْمُقَدَّسِ طُوًى ﴿١٦﴾

১৭। মহাক্কী মপুনা কৌখিবা মতমদা মহাকপু 'তুরা' তমপাক অশেংবদা (অসি হায়দুনা) ঃ

اذْهَبْ إِلَىٰ فِرْعَوْنَ إِنَّهُ طَغَىٰ ﴿١٧﴾

১৮। ''চৎলো নং ফিরঔন্দা, তশেংবমক মহাক লমকেৎ-লমহাইখ্রে :

فَقُلْ هَل لَّكَ إِلَىٰ أَن تَزَكَّىٰ ﴿١٨﴾

১৯। ''অমসুং হায়য়ু মঙোন্দা ঃ নং পামদব্রা নশাবু শেংদোকচবা ?

وَأَهْدِيَكَ إِلَىٰ رَبِّكَ فَتَخْشَىٰ ﴿١٩﴾

২০। ''অমসুং ঐনা লমজিংবিগনি নংবু নংগী মপুদা অদুনা নংনা কিজনবা মহাকপু (ফত্তরম লম্থীনবদা)।''

فَأَرَاهُ الْآيَةَ الْكُبْرَىٰ ﴿٢٠﴾

২১। মরমদুনা মুসানা উহনখি মহাকপু অচৌবা খুদম।

فَكَذَّبَ وَعَصَىٰ ﴿٢١﴾

২২। তৌইগুম্বসুং ফিরঔন্না য়াখিদে মদু অমসুং হায়বা ইনখিদে।

ثُمَّ أَدْبَرَ يَسْعَىٰ ﴿٢٢﴾

২৩। অদুগী তুংদা মহাক মমায় ওন্থোকখি (মুসাদগী), অকনবা (থবক) হৌনবগী (মহাক্কী মায়োক্তা)।

فَحَشَرَ فَنَادَىٰ ﴿٢٣﴾

২৪। অদুনা মহাকনা খোমজল্লম্মী (মহাক্কী মীশিং) অমসুং লাউথোকলম্মী,

فَقَالَ أَنَا رَبُّكُمُ الْأَعْلَىٰ ﴿٢٤﴾

২৫। অসি হায়দুনা ঃ ''ঐ নখোইগী মপুনি, খ্বাইদগী হেন্না য়াংবা।''

২৬। মরমদুনা অল্লাহনা ফাজনবিখি মহাকপু রায়েল-চৈরাক থাবিনবগী শিরবা মতুংগী পুন্সিদা অমসুং তাইবঙ পুন্সিদা।

فَاَخَذَهُ اللّٰهُ نَكَالَ الْاٰخِرَةِ وَالْاُوْلٰى ﴿٢٥﴾

২৭। তশেংবমক, মসিদা লৈরে পারা অমা রারকপগী (অল্লাহবু) কিজবা মীওইগীদমক্তা।

২ শুবা রুকূ

اِنَّ فِيْ ذٰلِكَ لَعِبْرَةً لِّمَنْ يَّخْشٰى ﴿٢٦﴾

২৮। নখোইবুরা রানঙাই ওইরিবা শেম-শাবদা নত্রগা স্বর্গ মহাকনা শাখিবা অদুবুরা ?

ءَاَنْتُمْ اَشَدُّ خَلْقًا اَمِ السَّمَآءُ ۚ بَنٰهَا ﴿٢٧﴾

২৯। মহাকনা রাংখৎহল্লি মদুগী অরাংবদু অমসুং শেমখি মদু মপুংফানা,

رَفَعَ سَمْكَهَا فَسَوّٰىهَا ﴿٢٨﴾

৩০। অমসুং মহাকনা মমহল্লি মাগী অহিংবু, অমসুং থোকহল্লি মাগী মঙাল,

وَاَغْطَشَ لَيْلَهَا وَاَخْرَجَ ضُحٰىهَا ﴿٢٩﴾

৩১। অমসুং পৃথিবীবু মহাকনা তিংথোকই মদুগী মতুংদা।

وَالْاَرْضَ بَعْدَ ذٰلِكَ دَحٰىهَا ﴿٣٠﴾

৩২। মহাকনা থোকহল্লি মদুদগী মাগী ঈশিং অমসুং মাগী শজিক হৌবা লমহাং,

اَخْرَجَ مِنْهَا مَآءَهَا وَمَرْعٰىهَا ﴿٣١﴾

৩৩। অমসুং চীংজাও চীংশাংশিং, মহাকনা চেৎশনহল্লি মখোইবু।

وَالْجِبَالَ اَرْسٰىهَا ﴿٣٢﴾

৩৪। (পুম্নকসি) কান্নবগীনি নখোইগীদমক অমসুং নখোইগী শা-ষণগীদমক।

مَتَاعًا لَّكُمْ وَلِاَنْعَامِكُمْ ﴿٣٣﴾

৩৫। তৌইগুম্বসুং অচৌবা খুদোংথীবদু লাকলবা মতমদা,

فَاِذَا جَآءَتِ الطَّآمَّةُ الْكُبْرٰى ﴿٣٤﴾

৩৬। নুমিৎ অদুদা মীনা নীংশিঙগনি মানা-মানা হোৎনজখিবা পুম্নমক,

يَوْمَ يَتَذَكَّرُ الْاِنْسَانُ مَا سَعٰى ﴿٣٥﴾

৩৭। অমসুং যম লৈবাক তশেংনা উৎপিগনি অয়েংবা মীনা উজনবা।

وَبُرِّزَتِ الْجَحِيْمُ لِمَنْ يَّرٰى ﴿٣٦﴾

৩৮। মরমদুনা লমকেৎ-লমহাইখিবা মহাকদু,

فَاَمَّا مَنْ طَغٰى ﴿٣٧﴾

৩৯। অমসুং তাইবঙ-পুন্সিবু থোইনমক পামখিবা মহাকদু,

وَاٰثَرَ الْحَيٰوةَ الدُّنْيَا ﴿٣٨﴾

৪০। তশেংবমক ভুং-ভুং চাকপা মৈকোমদু মহাক্কী লৈফমনি।

فَاِنَّ الْجَحِيْمَ هِيَ الْمَاْوٰى ﴿٣٩﴾

وَأَمَّا مَنْ خَافَ مَقَامَ رَبِّهِ وَنَهَى النَّفْسَ عَنِ الْهَوَىٰ

৪১। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা মীওই—মহাকনা লেম্পা কিজরম্বা অল্লাহগী (ন্যায়েল ফম্বে) মমাংদা, অমসুং মথৱাইবু ৱারকচেৎলম্বা ফত্তবা অপাম্বশিংদগী,

فَإِنَّ الْجَنَّةَ هِيَ الْمَأْوَىٰ

৪২। অশেংবমক স্বর্গ লৈকোন্দু মহাক্কী য়াত্তুংফমনি।

يَسْأَلُونَكَ عَنِ السَّاعَةِ أَيَّانَ مُرْسَاهَا

৪৩। (ধর্ম্ম-চত্তবশিং) মখোইনা ৱা হংলি নংঙোন্দা পুংফম অদুগী মরমদা : "করম্বা মতমদা মদু লাক্কনি?"

فِيمَ أَنتَ مِن ذِكْرَاهَا

৪৪। নং করি তাক্কে হায়বগে মদুগী মরমদা ?

إِلَىٰ رَبِّكَ مُنتَهَاهَا

৪৫। নংগী মপুতনা খঙবনি মদুগী (শোয়দবা) জ্ঞান।

إِنَّمَا أَنتَ مُنذِرُ مَن يَخْشَاهَا

৪৬। নংদি (ইচম-চম্মা) চেকশন্নবা হায়বিবা মীনি মদু কিজবা মীওইদা।

كَأَنَّهُمْ يَوْمَ يَرَوْنَهَا لَمْ يَلْبَثُوا إِلَّا عَشِيَّةً أَوْ ضُحَاهَا

৪৭। নুমিৎ অদুদা মখোইনা উবদা মদু, (মখোইনা খনগনি) মখোই লৈরমদবগুম (সংসারদা) নুমিদাংৱাই অমা নত্ত্রগা অয়ুক অমা।



## سُورَةُ عَبَسَ مَكِّيَّةٌ (٨٠)



অবসা — সূরহ ৮০

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৪৩ নি)

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

عَبَسَ وَتَوَلَّىٰ

২। মহাক পিশুম শুকলম্মী অমসুং মমায় ওথোকলম্মী,

أَن جَاءَهُ الْأَعْمَىٰ

৩। মরমদি মঙোন্দা লাকলম্মী মিৎ তাংবা মীদু (মরক খত্তুনা)।

৪। অদুগা নং করি খঙলবগে মদুদি মহাক (সু) থিবা য়াই শেংদোক্নবা মহাক মশামকপু.

وَمَا يُدْرِيكَ لَعَلَّهُ يَزَّكَّىٰٓ ۝٣

৫। নত্ত্রগা মহাক মপুকনিং চঙবা য়াই অমসুং নীংশিঙহল্লিবা পোৎনা কান্নহনবা য়াই মহাকপু ?

أَوْ يَذَّكَّرُ فَتَنفَعَهُ الذِّكْرَىٰٓ ۝٤

৬। তৌইগুম্বসুং থৌওই-রাওইদবা মীবুদি.

أَمَّا مَنِ اسْتَغْنَىٰ ۝٥

৭। নংনা থরাই য়াওনা লূনা হেক তৌবি.

فَأَنتَ لَهُۥ تَصَدَّىٰ ۝٦

৮। নংনা দায়ী পুফম থোক্তবসু মহাকনা শেংদোকচদ্রগা মশাবু।

وَمَا عَلَيْكَ أَلَّا يَزَّكَّىٰ ۝٧

৯। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা মী মহাকনা হাথু-হাথু চেনশনজরকপদু নংঙোন্দা,

وَأَمَّا مَن جَآءَكَ يَسْعَىٰ ۝٨

১০। অমসুং মহাকনা কিজবা অল্লাহবু.

وَهُوَ يَخْشَىٰ ۝٩

১১। মহাকপু নংনা থৌশা-রাশাবিদে।

فَأَنتَ عَنْهُ تَلَهَّىٰ ۝١٠

১২। নত্তে, মসি তশেংনা নীংশিঙহল্লিবা পোৎনি (মীওইবা জাতি পুম্নমক্কী)।

كَلَّآ إِنَّهَا تَذْكِرَةٌ ۝١١

১৩। মরমদুনা কনাগুম্বনা পামলবদি মপুকনিং চঙজসনু মদুদা।

فَمَن شَآءَ ذَكَرَهُۥ ۝١٢

১৪। (মদু য়াওখ্রবনি) লাইরিক-তাবুমদা, মদু ঈকাইখুম্নখ্রবনি,

فِى صُحُفٍ مُّكَرَّمَةٍ ۝١٣

১৫। রাংনা থাঙ্গৎখ্রবনি. অশেংবনি,

مَّرْفُوعَةٍ مُّطَهَّرَةٍۭ ۝١٤

১৬। (ইদুনা থমখ্রবনি) অইবশিংগী মখুৎশিংনা,

بِأَيْدِى سَفَرَةٍ ۝١٥

১৭। (মখোইদু) অচৌ-অশাংনি (অমসুং) পুণ্য লৈবনি।

كِرَامٍۭ بَرَرَةٍ ۝١٦

১৮। মীওইবদি মাঙজরে! কয়া য়াম্না তৌবিমল খঙদ্রবা মহাকসি !

قُتِلَ الْإِنسَٰنُ مَآ أَكْفَرَهُۥ ۝١٧

১৯। করি পোৎনা শেম-শাখিবা মহাকপু ?

مِنْ أَىِّ شَىْءٍ خَلَقَهُۥ ۝١٨

২০। অঙাং শানবা মহীক্তগী (শেমখি)! (অল্লাহনা) শেমখি মহাকপু অমসুং চুং-ফিরান চাহল্লি মহাকপু,

مِن نُّطْفَةٍ خَلَقَهُۥ فَقَدَّرَهُۥ ۝١٩

২১। অদুগী তুংদা মহাকনা লায়হল্লি (হিংনবগী) লম্বী মহাক্কীদমক,

ثُمَّ السَّبِيلَ يَسَّرَهُ ﴿٢٠﴾

২২। অদুগী তুংদা মহাকনা শিহল্লি মহাকপু অমসুং ফুমজনহল্লি কবরদা,

ثُمَّ أَمَاتَهُ فَأَقْبَرَهُ ﴿٢١﴾

২৩। অদুগী তুংদা, মহাকনা তৌনীংবা মতমদা, মহাকনা অমুক হিংগৎহনবিগনি মহাকপু।

ثُمَّ إِذَا شَاءَ أَنْشَرَهُ ﴿٢٢﴾

২৪। নত্তে, মহাকনা পুরা তৌদে মহাকপু য়াথংনবিখিবদু তৌ হায়না।

كَلَّا لَمَّا يَقْضِ مَا أَمَرَهُ ﴿٢٣﴾

২৫। মরমদুনা মীনা য়েংজসনু মহাক্কী চিঞ্জাক (করম্না পাম্লেনা মহাক্কী মপুনা পীবা).

فَلْيَنْظُرِ الْإِنْسَانُ إِلَىٰ طَعَامِهِ ﴿٢٤﴾

২৬। করম্না ঐখোইনা তাহনবা নোং-ঈশিং মরাংকায়না,

أَنَّا صَبَبْنَا الْمَاءَ صَبًّا ﴿٢٥﴾

২৭। অদুগী তুংদা ঐখোইনা খায়দোকই লৈবাক মচেৎ-মচেৎ—খায়দোকপগী মওং চপচানা,

ثُمَّ شَقَقْنَا الْأَرْضَ شَقًّا ﴿٢٦﴾

২৮। মথংদা ঐখোইনা হৌহল্লি মদুগী মনুংদা মহৈ-মরোং,

فَأَنْبَتْنَا فِيهَا حَبًّا ﴿٢٧﴾

২৯। অমসুং অঙ্গুর অমসুং য়েনশাং নাপীশিং,

وَعِنَبًا وَقَضْبًا ﴿٢٨﴾

৩০। অমসুং চোরফোন অমসুং খজুর,

وَزَيْتُونًا وَنَخْلًا ﴿٢٩﴾

৩১। অমসুং খাজন্দুনা থম্বা বাগানশিং পাম্বী ফুন্না হৌবা,

وَحَدَائِقَ غُلْبًا ﴿٣٠﴾

৩২। অমসুং উহৈশিং অমসুং মনা-মশিংনচিংবা পাম্বীশিং,

وَفَاكِهَةً وَأَبًّا ﴿٣١﴾

৩৩। শীজন্নবা নখোইগী অমসুং নখোইগী শা-যণশিংগীদমক।

مَتَاعًا لَكُمْ وَلِأَنْعَامِكُمْ ﴿٣٢﴾

৩৪। তৌইগুম্বসুং নাকোং য়ৈশনবগী খোল্লাও লাকপা মতমদা,

فَإِذَا جَاءَتِ الصَّاخَّةُ ﴿٣٣﴾

৩৫। নুমিৎ অদুদা মী অমনা চেল্লবদা (থাদোক্তুনা পোকমিল্লবা) মহাক্কী মচিন মনাওদগী,

يَوْمَ يَفِرُّ الْمَرْءُ مِنْ أَخِيهِ ﴿٣٤﴾

৩৬। অমসুং মহাক্কী মমাদগী অমসুং মহাক্কী মপাদগী, | وَأُمِّهِ وَأَبِيهِ ۝٣٥

৩৭। অমসুং মহাক্কী নুপীদগী অমসুং মহাক্কী মচা নিপাশিংদগী, | وَصَاحِبَتِهِ وَبَنِيهِ ۝٣٦

৩৮। নুমিৎ অদুদা মী খুদিংমক মখোইগী মরক্তা লৈগনি মথৌ মপুংফানা অদুনা মহাকপু থৌশাহল্লোই অতে অতোপ্পগী। | لِكُلِّ امْرِئٍ مِّنْهُمْ يَوْمَئِذٍ شَأْنٌ يُغْنِيهِ ۝٣٧

৩৯। নুমিৎ অদুদা মায় খরদি লংত্রিক লংগনি, | وُجُوهٌ يَوْمَئِذٍ مُّسْفِرَةٌ ۝٣٨

৪০। নোক্কনি, নুংঙাইগনি; | ضَاحِكَةٌ مُّسْتَبْشِرَةٌ ۝٣٩

৪১। অমসুং মায় খরদি, নুমিৎ অদুদা ওইগনি উফুল তৈশনবগুম; | وَوُجُوهٌ يَوْمَئِذٍ عَلَيْهَا غَبَرَةٌ ۝٤٠

৪২। অমম্বনা কুপশনগনি মখোইবু। | تَرْهَقُهَا قَتَرَةٌ ۝٤١

৪৩। মখোইসি অচুম্বা থাজদবশিংনি (অমসুং) ফত্তরম লম্বীনবশিংনি। | أُولَٰئِكَ هُمُ الْكَفَرَةُ الْفَجَرَةُ ۝٤٢

## سُورَةُ التَّكْوِيرِ مَكِّيَّةٌ

সূরহ ৮১ অল- তকৱীর

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৩০ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা | بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ۝

২। সূর্য্য নুমিৎ থুপচনখ্রবা মতমদা, | إِذَا الشَّمْسُ كُوِّرَتْ ۝١

৩। অমসুং থৱানমিচাকশিং মমহনখ্রবা মতমদা, | وَإِذَا النُّجُومُ انكَدَرَتْ ۝٢

৪। অমসুং চীংশিং লৌথোকখ্রবা মতমদা, | وَإِذَا الْجِبَالُ سُيِّرَتْ ۝٣

৫। অমসুং থা তরা নাও পুরবী উট অমোমবু (মপুনা) থাদোকপিরবা মতমদা, | وَإِذَا الْعِشَارُ عُطِّلَتْ ۝٤

৬। অমসুং লমগী (মখোঙ মরি পানবা) শাশিংবু পুল্লপল্লা খোমজল্লবা মতমদা (মীশিংগী লৈফমদা), | وَإِذَا الْوُحُوشُ حُشِرَتْ ۝٥

৭। অমসুং সমুদ্রশিং পোকথায়বা য়ানা কামথৎহল্লবা মতমদা,

وَاِذَا الْبِحَارُ سُجِّرَتْ ٧

৮। অমসুং (তোঙান-তোঙানবা) মীশিংবু পুল্লপ্লা-পুশল্লকলবা মতমদা,

وَاِذَا النُّفُوْسُ زُوِّجَتْ ٨

৯। অমসুং অঙাং নুপী মচা (পিশক) বু হিংফুম-ফুমখিবগী মরমদা য়া হংলবা মতমদা,

وَاِذَا الْمَوْءٗدَةُ سُئِلَتْ ٩

১০। করি মরালগী মাবু হাৎখিবগে হায়না,

بِاَيِّ ذَنْۢبٍ قُتِلَتْ ١٠

১১। অমসুং লাইরিকশিং থেল্লবদা মায়কৈ কয়া মুক্তা শরা-শন্না,

وَاِذَا الصُّحُفُ نُشِرَتْ ١١

১২। অমসুং স্বর্গসি ইহাং-হাংলবা মতমদা,

وَاِذَا السَّمَآءُ كُشِطَتْ ١٢

১৩। অমসুং নরক্কী খাম্বি মৈ ড্রুং-ড্রুং থাগৎলবা মতমদা,

وَاِذَا الْجَحِيْمُ سُعِّرَتْ ١٣

১৪। অমসুং স্বর্গ লৈকোন নাক্তা পুশল্লকলবা মতমদা,

وَاِذَا الْجَنَّةُ اُزْلِفَتْ ١٤

১৫। (অদুগী মতমদা) থৱাই খুদিংমক্না (তরং-তরং) খঙগনি মানা-মানা তৌখিবদু।

عَلِمَتْ نَفْسٌ مَّآ اَحْضَرَتْ ١٥

১৬। নত্তে, ঐনা ৱাশকলি গ্রহশিং তুং হন্দোকখিবগী,

فَلَآ اُقْسِمُ بِالْخُنَّسِ ١٦

১৭। চুমদ্রিং পাংনা চৎপশিংগী (অমসুং) লোৎপশিংগী,

الْجَوَارِ الْكُنَّسِ ١٧

১৮। অমসুং অঁহিং হৌখ্রবগী,

وَالَّيْلِ اِذَا عَسْعَسَ ١٨

১৯। অমসুং ইনুং ঙাল্লকপগী,

وَالصُّبْحِ اِذَا تَنَفَّسَ ١٩

২০। তশেংবমক, মসি মৱাহৈনি ঈকাইখুম্নননাই মশক ওইবা দূত অমগী,

اِنَّهٗ لَقَوْلُ رَسُوْلٍ كَرِيْمٍ ٢٠

২১। (মহাক্তি) শক্তি লৈবনি, ৱাংনা থাংগৎলবনি মনাক্তা ফম্বালগী মপুগী,

ذِيْ قُوَّةٍ عِنْدَ ذِي الْعَرْشِ مَكِيْنٍ ٢١

২২। ময়াথং ইনবনি, থাজবা য়াবনি (মঙোন্দা শীন্নবা পোত্তা)।

مُّطَاعٍ ثَمَّ اَمِيْنٍ ٢٢

২৩। (হে মীওইবশিং!) নখোইগী মরূপ (মুহম্মদ)দু অঙাওবা নত্তে ;

وَمَا صَاحِبُكُمْ بِمَجْنُوْنٍ ٢٣

২৪। অমসুং ত শেংবমক মহাকনা উখি মহাকপু সোরারেন-নোংখোঙ পরেংদা।

وَلَقَدْ رَاٰهُ بِالْاُفُقِ الْمُبِيْنِ ۝٢٣

২৫। অমসুং মহাকনা লীকশন্দে (ফোংদোকপদা) উদ-খঙদবগী (ব্রা)।

وَمَا هُوَ عَلَى الْغَيْبِ بِضَنِيْنٍ ۝٢٤

২৬। অমসুং মসি নত্তে রাহৈ সিরাপ তৌবিখ্রবা শৈতানগী।

وَمَا هُوَ بِقَوْلِ شَيْطٰنٍ رَّجِيْمٍ ۝٢٥

২৭। মরমদুনা নখোই কদায়দা চৎকদৌরিবা ?

فَاَيْنَ تَذْهَبُوْنَ ۝٢٦

২৮। মসি করিসু নত্তে নীংশিঙহল্লিবা পোৎনি জাতি পুম্নমক্তা,

اِنْ هُوَ اِلَّا ذِكْرٌ لِّلْعٰلَمِيْنَ ۝٢٧

২৯। অদুগুম্বা মী নখোইগী মরক্তা অচুম্বা লম্বীননীংবা।

لِمَنْ شَآءَ مِنْكُمْ اَنْ يَّسْتَقِيْمَ ۝٢٨

৩০। অদুগা নখোইনা পামলোই (করিগুম্বা পোত্তা অমা) নত্তনা পামলিবদু (নখোইগীদমক্তা) অল্লাহনা, (মহাক্তি) মপুনি সংসার পুম্নমক্কী।

وَمَا تَشَآءُوْنَ اِلَّآ اَنْ يَّشَآءَ اللّٰهُ رَبُّ الْعٰلَمِيْنَ ۝٢٩



## سُوْرَةُ الْاِنْفِطَارِ مَكِّيَّةٌ (٨٢)

অল-ইনফিতার সূরহ ৮২

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২০ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ۝١

২। স্বর্গ মচেৎ-মচেৎ থোক্লা থুগায়রবা মতমদা,

اِذَا السَّمَآءُ انْفَطَرَتْ ۝١

৩। অমসুং থরানমিচাকশিং চাইথায়খ্রবা মতমদা,

وَاِذَا الْكَوَاكِبُ انْتَثَرَتْ ۝٢

৪। অমসুং সমুদ্রশিং পাথোকহন্দুনা চেল্লবা মতমদা,

وَاِذَا الْبِحَارُ فُجِّرَتْ ۝٣

৫। অমসুং কবরশিং হাংদোকলবা মতমদা,

وَاِذَا الْقُبُوْرُ بُعْثِرَتْ ۝٤

৬। থরাই খুদিংনা খঙগনি মানা থাজখিবা মমাংদা অমসুং মানা থমজরম্বা মতুংদা।

عَلِمَتْ نَفْسٌ مَّا قَدَّمَتْ وَاَخَّرَتْ ۝٥

৭। হে মীওইবা! করিনা লৌনম তৌবিখিবগে নংবু মায়োক্তা নংগী থৌজালহৈবা মপুগী,

يَٰٓأَيُّهَا ٱلْإِنسَٰنُ مَا غَرَّكَ بِرَبِّكَ ٱلْكَرِيمِ ۝

৮। মহাকনা শেম-শাবিখি নংবু, অদুগী তুংদা মপুং ফাহনবিখি নংবু, অদুগী তুংদা চুং-ফিরান চাহনবিখি নংবু?

ٱلَّذِى خَلَقَكَ فَسَوَّىٰكَ فَعَدَلَكَ ۝

৯। মহাকনা অপাম্বগী মতুংইন্না, মহাকনা তমখি মতৌ-মওং নংবু।

فِىٓ أَىِّ صُورَةٍ مَّا شَآءَ رَكَّبَكَ ۝

১০। নত্তে, নখোইনা য়াদে ৱায়েল বিচার (নুমিৎ লাক্কদৌরিববু)।

كَلَّا بَلْ تُكَذِّبُونَ بِٱلدِّينِ ۝

১১। অদুগা তশেংবমক লৈ ঙাক-শেনবশিং নখোইগী নথক্তা,

وَإِنَّ عَلَيْكُمْ لَحَٰفِظِينَ ۝

১২। (মখোইদু) ঈকাইখুম্নঙাই মশক ওইবা চেজনবশিংনি,

كِرَامًا كَٰتِبِينَ ۝

১৩। মখোইনা খঙই নখোইনা তৌবা (পুম্নমক)।

يَعْلَمُونَ مَا تَفْعَلُونَ ۝

১৪। তশেংবমক, পুণ্য লৈবশিংদি লৈগনি অয়ৌবী নুংঙাইবদা;

إِنَّ ٱلْأَبْرَارَ لَفِى نَعِيمٍ ۝

১৫। অমসুং ফত্তবা তৌবশিংদি লৈগনি ড্রুং-ড্রুং চাকপা মৈকোমনুংদা:

وَإِنَّ ٱلْفُجَّارَ لَفِى جَحِيمٍ ۝

১৬। মখোই চঙগনি মদুগী মনুংদা ৱায়েল-বিচারগী নুমিত্তা:

يَصْلَوْنَهَا يَوْمَ ٱلدِّينِ ۝

১৭। অমসুং মখোই ঙমলোই নাথোকপা মফম অদুদগী।

وَمَا هُمْ عَنْهَا بِغَآئِبِينَ ۝

১৮। অদুগা করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু ৱায়েল-বিচারগী নুমিৎ হায়বদি করিনো?

وَمَآ أَدْرَىٰكَ مَا يَوْمُ ٱلدِّينِ ۝

১৯। অমুকহন্না, করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু ৱায়েল-বিচারগী নুমিৎ হায়বদি করিনো?

ثُمَّ مَآ أَدْرَىٰكَ مَا يَوْمُ ٱلدِّينِ ۝

২০। নুমিৎ অদুদা থৱাই অমনা ঙমলোই করিমতা তৌবা অতোপ্পা থৱাই অমগী। অদুগা নুমিৎ অদুদা হুকুমদি অল্লাহতগীনি।

يَوْمَ لَا تَمْلِكُ نَفْسٌ لِّنَفْسٍ شَيْـًٔا ۖ وَٱلْأَمْرُ يَوْمَئِذٍ لِّلَّهِ ۝



## سُوْرَةُ التَّطْفِيْفِ مَكِّيَّةٌ (٨٣)

সূরহ ৮৩ অল- ততফীফ

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৩৭ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। অরা-নুংশিবনিদা ঠোগ তৌবা মীশিংদু,

وَيْلٌ لِّلْمُطَفِّفِيْنَ ②

৩। মখোইনা, ওন্দুনা লৌরবদি অতোপ্পা মীশিংদগী, পুরা লৌই:

الَّذِيْنَ إِذَا اكْتَالُوْا عَلَى النَّاسِ يَسْتَوْفُوْنَ ③

৪। তোইগুম্বসুং মখোইনা পীথোকপদদি (পীফম থোকপদগী) রাংনা (ওম্লগা) পী।

وَإِذَا كَالُوْهُمْ أَوْ وَّزَنُوْهُمْ يُخْسِرُوْنَ ④

৫। মখোই খঙদব্রা মখোইবু অমুকহন্না হিংগৎ-হনগনি হায়বা—

أَلَا يَظُنُّ أُولٰٓئِكَ أَنَّهُمْ مَّبْعُوْثُوْنَ ⑤

৬। কি-হঙ্গোইনঙাই ওইবা নুমিৎ অমদা,

لِيَوْمٍ عَظِيْمٍ ⑥

৭। নুমিৎ অদুদা মীওইবা জাতি (পুম্নমক) লেপকনি মমাংদা মপুগী সংসার পুম্নমক্কী?

يَّوْمَ يَقُوْمُ النَّاسُ لِرَبِّ الْعٰلَمِيْنَ ⑦

৮। নত্তে, ফত্তরম লম্বীনবশিংগী রিকোর্ডদি তশেংনমক লৈ 'সিজ্জীন' কৌবা মফমদা।

كَلَّآ إِنَّ كِتٰبَ الْفُجَّارِ لَفِيْ سِجِّيْنٍ ⑧

৯। অদুগা করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু 'সিজ্জীন' হায়বদি করিনো?

وَمَآ أَدْرٰىكَ مَا سِجِّيْنٌ ⑨

১০। মসি কিতাব অমনি (তশেং-তশেংনা) ইশনখ্রবা (চিখদনা অপিকপা অসুং অচৌবা ফত্তবা থবকশিং)।

كِتٰبٌ مَّرْقُوْمٌ ⑩

১১। অরাবনিদা! নুমিৎ অদুদা অচুম্বা য়াদবশিংদো,

وَيْلٌ يَّوْمَئِذٍ لِّلْمُكَذِّبِيْنَ ⑪

১২। রায়েল-বিচার নুমিৎপু য়াদবশিংদো।

الَّذِيْنَ يُكَذِّبُوْنَ بِيَوْمِ الدِّيْنِ ⑫

১৩। অদুগা কনা অমতা য়াদবা লৈতে মদু নত্তনা লমকেৎ-লমহাইবা পাপী খুদিং,

وَمَا يُكَذِّبُ بِهٖٓ إِلَّا كُلُّ مُعْتَدٍ أَثِيْمٍ ⑬

১৪। মহাকনা, ঐখোইগী পাওজেনশিং থীথদুনা তাহনবা মতমদা মহাকপু হায়: "(পুম্নমকসি) থাইনগী ৱারীশিংনি।"

إِذَا تُتْلٰى عَلَيْهِ اٰيٰتُنَا قَالَ أَسَاطِيْرُ الْأَوَّلِيْنَ ⑭

১৫। মদ্ নত্তে, মখোইনা কমায়খিবা (থবকশিংগী) মরম্না পকখ্রে কোলহিং মখোইগী থম্মোইশিংদা।

كَلَّا بَلْ ۜ رَانَ عَلٰى قُلُوْبِهِمْ مَّا كَانُوْا يَكْسِبُوْنَ ﴿۱۴﴾

১৬। নত্তে, মখোইবু শোয়দনমক পর্দা খনজ্জন-বিখ্রগনি (উহন্দনবগী) মখোইগী মপুবু নুমিৎ অদুদা।

كَلَّآ اِنَّهُمْ عَنْ رَّبِّهِمْ يَوْمَئِذٍ لَّمَحْجُوْبُوْنَ ﴿۱۵﴾

১৭। অদুগী মতমদা মখোই শোয়দনমক চঙগনি ড্রুং-ড্রুং চাকপা থাম্বি মৈকোমনুংদা।

ثُمَّ اِنَّهُمْ لَصَالُوا الْجَحِيْمِ ﴿۱۶﴾

১৮। মতমদুদা মখোইদা অসি হায়বিগনিঃ "মসিনি নখোইনা নশিঞ্জাং ওইনা মীনম্বনি হায়না য়ারমদবদু।"

ثُمَّ يُقَالُ هٰذَا الَّذِيْ كُنْتُمْ بِهٖ تُكَذِّبُوْنَ ﴿۱۷﴾

১৯। নত্তে, পুণ্য লৈবশিংগী রিকোর্ডদি তশেংনমক লৈ 'ইল্লিয়ীন' কৌবা মফমদা।

كَلَّآ اِنَّ كِتٰبَ الْاَبْرَارِ لَفِيْ عِلِّيِّيْنَ ﴿۱۸﴾

২০। অদুগা করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু 'ইল্লিয়ীন' হায়বদি করিনো?

وَمَآ اَدْرٰىكَ مَا عِلِّيُّوْنَ ﴿۱۹﴾

২১। মসি কিতাব অমনি (তশেং-তশেংনা) ইশনখ্রবা (অফবা মরোলশিং)—

كِتٰبٌ مَّرْقُوْمٌ ﴿۲۰﴾

২২। মদু সাক্ষী ওই অল্লাহগী মনাক নকপশিংনা।

يَّشْهَدُهُ الْمُقَرَّبُوْنَ ﴿۲۱﴾

২৩। তশেংবমক, পুণ্য লৈবশিং লৈগনি অয়োবী নুংঙাইবদা,

اِنَّ الْاَبْرَارَ لَفِيْ نَعِيْمٍ ﴿۲۲﴾

২৪। ঙন্দুনা গদ্দী মথক্তা (কোয়না) য়েংগনি (ফজবশিং),

عَلَى الْاَرَآئِكِ يَنْظُرُوْنَ ﴿۲۳﴾

২৫। নংনা খঙগনি মখোইগী চেংলৌ মায়থোংশিংদা লংত্রিক-লংবা স্বর্গদা লৈবগী।

تَعْرِفُ فِيْ وُجُوْهِهِمْ نَضْرَةَ النَّعِيْمِ ﴿۲۴﴾

২৬। পিথক্কনি মখোইবু অশেংবা মহী অমা, চাদুম নম্বা—

يُسْقَوْنَ مِنْ رَّحِيْقٍ مَّخْتُوْمٍ ﴿۲۵﴾

২৭। মদুগী মখুমগী চাদুমদি কস্তুরিনা ওইগনি — মসিবু পামজবা মীশিংনা (ফংবা ঙম্নবা) মথরাই য়াওনা হোৎনজসনু।

خِتٰمُهٗ مِسْكٌ ۭ وَفِيْ ذٰلِكَ فَلْيَتَنَافَسِ الْمُتَنَافِسُوْنَ ﴿۲۶﴾

২৮। অদুগা মহী অদুদা য়ানশনগনি 'তসনীম',

وَمِزَاجُهٗ مِنْ تَسْنِيْمٍ ﴿۲۷﴾

عَيْنًا يَّشْرَبُ بِهَا الْمُقَرَّبُوْنَ

২৯। মসি ঈফুৎ অমনি—মদুদগী থক্কনি (অল্লাহগী) মনাক নকপশিংনা।

اِنَّ الَّذِيْنَ اَجْرَمُوْا كَانُوْا مِنَ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا يَضْحَكُوْنَ

৩০। তশেংবমক মরাল লৈরবশিংনা মশিঙ্গাং ওইনা করেম্নবিরম্মী অচুম্বা থাজবশিংবু:

وَاِذَا مَرُّوْا بِهِمْ يَتَغَامَزُوْنَ

৩১। অমসুং মখোইনা উনবা মতমদা মখোইবু মখোই মমিৎ কুপ্লরম্মী অমগা অমগা (নোক্কবগী মওংদা);

وَاِذَا انْقَلَبُوْٓا اِلٰٓى اَهْلِهِمُ انْقَلَبُوْا فَكِهِيْنَ

৩২। অমসুং মখোইনা হনজল্লকখিবা মতমদা মখোইগী ইমুংশিংদা, মখোই ফাগি তৌদুনা হরাওনরম্মী;

وَاِذَا رَاَوْهُمْ قَالُوْٓا اِنَّ هٰٓؤُلَآءِ لَضَآلُّوْنَ

৩৩। অমসুং মখোইনা উবদা (অচুম্বা থাজবশিং) মখোইবু মখোইনা হায়খি: "তশেংবমক মখোইসি লম্মুক্লরবশিংনি!"

وَمَآ اُرْسِلُوْا عَلَيْهِمْ حٰفِظِيْنَ

৩৪। তৌইগুম্বসুং মখোইবু থাখিদে চৌকিদার ওইনবা মখোইগী মথক্তা।

فَالْيَوْمَ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا مِنَ الْكُفَّارِ يَضْحَكُوْنَ

৩৫। ঙসি নুমিত্তা, মরমদুনা, থাজবশিংনা (ওনশন্দুনা) নোক্কবিগনি লমফৈ-খোঙফম্ন-বশিংদা,

عَلَى الْاَرَآئِكِ يَنْظُرُوْنَ

৩৬। ঙন্দুনা গদ্দী মথক্তা (কোয়না) য়েংগনি (মখোইনা দশা তাবদু যম লৈবাক্তা)।

هَلْ ثُوِّبَ الْكُفَّارُ مَا كَانُوْا يَفْعَلُوْنَ

৩৭। অসিবু নত্তব্রা লমফৈ-খোঙফম্নবশিংবু চপচানা লমল শিংবা মখোইনা তৌখিবা (থবক)গী?

## سُوْرَةُ الْاِنْشِقَاقِ مَكِّيَّةٌ (٨٤)

অল-ইনশিকাক সূরহ ৮৪

(হিজরী মমাংদা থাখি. আয়াত মশিং ২৬ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

اِذَا السَّمَآءُ انْشَقَّتْ ②

২। আসমান মচেৎ মচেৎ তানা কায়হল্লবা মতমদা,

وَ اَذِنَتْ لِرَبِّهَا وَ حُقَّتْ ③

৩। অমসুং মাগী মপুগীময়াথং ইন্দুনা—অমসুং (য়াথং য়াবসি) তঙাইফদ্রবনি মাগী মথক্তা,

وَ اِذَا الْاَرْضُ مُدَّتْ ④

৪। অমসুং পৃথিবীসি তিংথোকহল্লবা মতমদা,

وَ اَلْقَتْ مَا فِيْهَا وَ تَخَلَّتْ ⑤

৫। অমসুং লৈনুংদা লৈবা (পোৎ) পুম্নমক হুনগৎলবদা, অমসুং পুমহাং-হাংলবদা ;

وَ اَذِنَتْ لِرَبِّهَا وَ حُقَّتْ ⑥

৬। অমসুং মাগী মপুগী য়াথং ইন্দুনা—অমসুং (য়াথং য়াবসি) তঙাইফদ্রবনি মাগী মথক্তা।

يٰۤاَيُّهَا الْاِنْسَانُ اِنَّكَ كَادِحٌ اِلٰى رَبِّكَ كَدْحًا فَمُلٰقِيْهِ ⑦

৭। হে মীওইবা ! তশেংবমক নখোই হোৎননীংই ফংননবা নখোইগী মপুগা, কন্না হোৎনদুনা : মরমদুনা নখোই (শোয়দনা) উনগনি মহাক্কা।

فَاَمَّا مَنْ اُوْتِيَ كِتٰبَهٗ بِيَمِيْنِهٖ ⑧

৮। অদুনা মহাক্কী (পুন্সিদা তৌখি-তৌখিবা পুম্নমক ইশনবা) কিতাব মহাক্কী য়েৎথংবা খুত্তা শীন্নরবা মহাক অদুগী,

فَسَوْفَ يُحَاسَبُ حِسَابًا يَّسِيْرًا ⑨

৯। মহাক্কী হিসাব লৌবিগনি ঈলায়-লায়বা হিসাবনা,

وَّ يَنْقَلِبُ اِلٰۤى اَهْلِهٖ مَسْرُوْرًا ⑩

১০। অমসুং মহাক হনজনগনি মহাক্কী মীশিংদা হরাও-হরাওনা।

وَ اَمَّا مَنْ اُوْتِيَ كِتٰبَهٗ وَرَآءَ ظَهْرِهٖ ⑪

১১। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী কিতাব মহাক্কী তুংরোমদগী শীন্নরবা মহাক অদুদি,

فَسَوْفَ يَدْعُوْا ثُبُوْرًا ⑫

১২। মহাকনা (পাখত্তুনা) লাউগনি (থুনা) মাঙ-তাকহনবিনবগী,

وَّ يَصْلٰى سَعِيْرًا ⑬

১৩। অমসুং মহাক চঙলগনি মৈরি থোক্না চাকপা থাম্বি মৈকোমনুংদা !

১৪। তশেংবমক, (অসিগী মমাংদা) মহাক লৈরম্মী নুংঙাইনা মহাক্কী মীশিংগী মরক্তা।

১৫। তশেংবমক, মহাকনা খল্লম্মী মহাক কদৌঙেদসু হনজল্লোই হায়না (অল্লাহদা)।

১৬। অওইবনি! তশেংবমক, মহাক্কী মপুনা (মতমপুম্বদা) য়েংলম্মী মহাক্কী ফিবম।

১৭। মরমদুনা ঐনা কসম তৌরি য়াচংবা মতুংগী ঙাংশং-ঙাংনা ঙানবগী,

১৮। অমসুং কসমনি অহিংগী অমসুং মানা (পুমকুপ) কুপশনবগী,

১৯। অমসুং চন্দ্র থাগী মানা (চপচানা) মপুং ফাবগী,

২০। মদুনি নাখোই শোয়দনমক চৎকনি পরাও-পরাও নাইনা।

২১। মরমদুনা করি তৌরবগে মখোই ধর্ম্মদা থাজবা লৈতে,

সজদহ

২২। অমসুং কুরআন-থীথদুনা তাহনবদা মখোইবু, মখোইনা (হকচাং লুকথদুনা) খুরুমদে।

২৩। মদুগী পুমওন-ওম্নবদা, (অচুম্বা) থাজদব-শিংনা য়াদে (মদু):

২৪। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা মুম্না খঙই মখোইনা লোৎশনবদু (মখোইগী মথম্মোইনুংশিংদা)।

২৫। মরমদুনা (হে নবী!) পাওথুংঙু মখোইদা অন্নাবগী মশক ওইবা রায়েল-চৈরাক্কী,

২৬। তৌইগুম্বসুং অচুম্বা থাজবা অমসুং অফবা থবকশিং লম্বীনবা মখোইদু, (শেম-শাদুনা থম্বিন্দ্রে) মখোইগীদমক্তা লোয়খম্বা নাইদবা মনা-মথিন।

إِنَّهُۥ كَانَ فِىٓ أَهْلِهِۦ مَسْرُورًا ﴿١٣﴾
إِنَّهُۥ ظَنَّ أَن لَّن يَحُورَ ﴿١٤﴾
بَلَىٰٓ ۚ إِنَّ رَبَّهُۥ كَانَ بِهِۦ بَصِيرًا ﴿١٥﴾
فَلَآ أُقْسِمُ بِٱلشَّفَقِ ﴿١٦﴾
وَٱلَّيْلِ وَمَا وَسَقَ ﴿١٧﴾
وَٱلْقَمَرِ إِذَا ٱتَّسَقَ ﴿١٨﴾
لَتَرْكَبُنَّ طَبَقًا عَن طَبَقٍ ﴿١٩﴾
فَمَا لَهُمْ لَا يُؤْمِنُونَ ﴿٢٠﴾
وَإِذَا قُرِئَ عَلَيْهِمُ ٱلْقُرْءَانُ لَا يَسْجُدُونَ ۩ ﴿٢١﴾
بَلِ ٱلَّذِينَ كَفَرُوا۟ يُكَذِّبُونَ ﴿٢٢﴾
وَٱللَّهُ أَعْلَمُ بِمَا يُوعُونَ ﴿٢٣﴾
فَبَشِّرْهُم بِعَذَابٍ أَلِيمٍ ﴿٢٤﴾
إِلَّا ٱلَّذِينَ ءَامَنُوا۟ وَعَمِلُوا۟ ٱلصَّـٰلِحَـٰتِ لَهُمْ أَجْرٌ غَيْرُ مَمْنُونٍ ﴿٢٥﴾

سُوْرَةُ الْبُرُوْجِ مَكِّيَّةٌ (٨٥)

অল- বুরুজ সূরহ ৮৫

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২৩ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

وَالسَّمَآءِ ذَاتِ الْبُرُوْجِ ②

২। কসমনি স্বর্গগী রাশি চক্রগী,

وَالْيَوْمِ الْمَوْعُوْدِ ③

৩। অমসুং কসমনি রাশকখিবা নুমিৎকী,

وَشَاهِدٍ وَّمَشْهُوْدٍ ④

৪। অমসুং কসমনি সাক্ষী ওইখিবশিংগী অমসুং সাক্ষী ওইখিবা মরমগী,

قُتِلَ اَصْحٰبُ الْاُخْدُوْدِ ⑤

৫। তুম্না মাঙহনবিখ্রে (মৈগী) খোংবানগী মরূপশিংদু,

النَّارِ ذَاتِ الْوَقُوْدِ ⑥

৬। মৈদু (মরাং কায়না) শীং হুনলম্মী—

اِذْ هُمْ عَلَيْهَا قُعُوْدٌ ⑦

৭। মতমদুদা মখোইনা ফমলম্মী মৈ অদুগী মনাক্তা,

وَّهُمْ عَلٰى مَا يَفْعَلُوْنَ بِالْمُؤْمِنِيْنَ شُهُوْدٌ ⑧

৮। অমসুং মখোই ওইখি সাক্ষী মখোইনা তৌখিবাপুম্বগী অচুম্বা থাজবশিংদা।

وَمَا نَقَمُوْا مِنْهُمْ اِلَّآ اَنْ يُّؤْمِنُوْا بِاللّٰهِ الْعَزِيْزِ الْحَمِيْدِ ⑨

৯। অদুগা মখোইনা অরাফম তাহনবিখি মখোইবু করিসু নত্তবা মরমগী মদুদি মখোইনা থাজখি অল্লাহবু, (মহাক্তি) পাঙ্গলবনি (অমসুং) থাগৎপদা মতিকচাখ্রবনি।

الَّذِيْ لَهٗ مُلْكُ السَّمٰوٰتِ وَالْاَرْضِ ۗ وَاللّٰهُ عَلٰى كُلِّ شَيْءٍ شَهِيْدٌ ⑩

১০। মহাক্কী শাসননি স্বর্গ অমসুং পৃথিবীদা। অদুগা অল্লাহনা সাক্ষীনি পোৎ পুম্নমক্কী মথক্তা।

اِنَّ الَّذِيْنَ فَتَنُوا الْمُؤْمِنِيْنَ وَالْمُؤْمِنٰتِ ثُمَّ لَمْ يَتُوْبُوْا فَلَهُمْ عَذَابُ جَهَنَّمَ وَلَهُمْ عَذَابُ الْحَرِيْقِ ⑪

১১। তশেংবমক, অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা থীনা ওৎ-নৈবা অচুম্বা থাজবা নিপাশিং অমসুং অচুম্বা থাজবা নুপীশিং, অদুগী তুংদা নুংনাংবা ফোংদোকক্রবদি, মখোইগীদমক্তা অরাফম তাহনবনি যম লৈবাক্তা অমসুং মখোইগীদমক্তা শাস্তি পীবনি প্রোক-প্রোক চাকথেকহনবদা।

اِنَّ الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ لَهُمْ جَنّٰتٌ

১২। তশেংবমক, অদুগুম্বা মীওইশিং মখোইনা অচুম্বা থাজরবা অমসুং অফবা থবকশিং

تَجْرِىْ مِنْ تَحْتِهَا الْاَنْهٰرُ ؕ ذٰلِكَ الْفَوْزُ الْكَبِيْرُ ؕ

লম্বীনরবদি, মখোইগীদমক্তা হৈকোন-লৈকোন-শিংনি মখা অদুদা তুরেলশিং ঈচেল্লি। মদু অচৌবা অনীংবা অমা থুংবনি।

اِنَّ بَطْشَ رَبِّكَ لَشَدِيْدٌ ؕ

১৩। তশেংবমক, নংগী মপুগী খুৎপায়দি শাথীবনি।

اِنَّهٗ هُوَ يُبْدِئُ وَ يُعِيْدُ ۚ

১৪। তশেংবমক মহাকননি অহানবা শেম-শাবা অমসুং অমুকহন্না পুথোকপা;

وَ هُوَ الْغَفُوْرُ الْوَدُوْدُ ۙ

১৫। অমসুং মহাক্তি য়োনজ-কোকপিহৈবনি, নুংশিহৈবনি,

ذُو الْعَرْشِ الْمَجِيْدُ ۙ

১৬। মপুনি ফম্বালগী, মপুনি ইজ্জৎকী;

فَعَّالٌ لِّمَا يُرِيْدُ ؕ

১৭। খুশী তৌবনি মহাকনা তৌনীংবাপুম্বা।

هَلْ اَتٰىكَ حَدِيْثُ الْجُنُوْدِ ۙ

১৮। (হে নবী!) য়ৌরকখিদব্রা স্নারী তেঙ্গোল ময়ামগী নংঙোন্দা?

فِرْعَوْنَ وَ ثَمُوْدَ ؕ

১৯। ফিরঔন অমসুং সমূদকী?

بَلِ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا فِىْ تَكْذِيْبٍ ۙ

২০। নত্তে, অচুম্বা থাজদবশিংনা অনম কনশল্লি (অচুম্বা) য়াদবদা।

وَّ اللّٰهُ مِنْ وَّرَآئِهِمْ مُّحِيْطٌ ۚ

২১। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা পুমকোয়-কোয়শল্লি মখোইবু মায়কৈ খুদিংদগী।

بَلْ هُوَ قُرْاٰنٌ مَّجِيْدٌ ۙ

২২। নত্তে, মসি অথোইবা কুরআন্নি,

فِىْ لَوْحٍ مَّحْفُوْظٍ

২৩। (ইশনখ্রবনি) ঙাক-শেন্দুনা থমখ্রবা মপাক অমদা।

سُوْرَةُ الطَّارِقِ مَكِّيَّةٌ (٨٦)

অল- তারিক সূরহ ৮৬

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ১৮ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। কসমনি স্বর্গগী অমসুং শজিক থবাগী,

وَالسَّمَآءِ وَالطَّارِقِ ②

৩। অমসুং করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু (হে নবী!) শজিক থবা হায়বদি করিনো?

وَمَآ اَدْرٰىكَ مَا الطَّارِقُ ③

৪। মসি লংত্রিক লংবা থৱানমিচাকনি,

النَّجْمُ الثَّاقِبُ ④

৫। থৱাই অমতা (হাওনা) লৈতে তৌইগুম্বসুং (অল্লাহগী মায়কৈদগী) মাবু ঙাকশেনবা অমা লৈ।

اِنْ كُلُّ نَفْسٍ لَّمَّا عَلَيْهَا حَافِظٌ ⑤

৬। মরমদুনা মীনা (ৱাখল মুন্না) খনজসনু করি পোত্তগী মহাকপু শেম- শাখিবগে?

فَلْيَنْظُرِ الْاِنْسَانُ مِمَّ خُلِقَ ⑥

৭। মহাকপু শেমখি, খংথা-থাদোরকপা মহী অমদগী,

خُلِقَ مِنْ مَّآءٍ دَافِقٍ ⑦

৮। মদু থাদোরকই খ্বাং অমসুং শরূ- হুমদাংশিংগী মরক্তগী।

يَّخْرُجُ مِنْۢ بَيْنِ الصُّلْبِ وَالتَّرَآئِبِ ⑧

৯। তশেংবমক, অল্লাহদি ঙম্মি হিংগৎহনবা মহাকপু (শিরবা মতুংদা)।

اِنَّهٗ عَلٰى رَجْعِهٖ لَقَادِرٌ ⑨

১০। নুমিৎ অদুদা অরোন অথুপ (পুম্নমক) উৎথোকপিগদৌরিবদু,

يَوْمَ تُبْلَى السَّرَآئِرُ ⑩

১১। মতমদুদা মহাক্কী মপাঙ্গল করিসু লৈরোই নত্তগা তেংবাংনবা কনাসু কংলোই।

فَمَا لَهٗ مِنْ قُوَّةٍ وَّلَا نَاصِرٍ ⑪

১২। কসমনি অতিয়া নোং হন্না হন্না তাবগী,

وَالسَّمَآءِ ذَاتِ الرَّجْعِ ⑫

১৩। অমসুং কসমনি পৃথিবী মচেৎ-মচেৎ তানা চেকখায়বগী (মদুনা মনা-মশিং হৌরকই অমসুং ঈফুৎ থোরকই)।

وَالْاَرْضِ ذَاتِ الصَّدْعِ ⑬

১৪। তশেংবমক, মসি ৱাখেনঙাই ওইবা ৱাহৈনি,

اِنَّهٗ لَقَوْلٌ فَصْلٌ ⑭

১৫। অমসুং মসি নত্তে ৱারেম ৱাচোই।

وَّمَا هُوَ بِالْهَزْلِ ⑮

১৬। তশেংবমক, মখোইনা তৌই (ফত্তবা) থৌরাং,

إِنَّهُمْ يَكِيدُونَ كَيْدًا ۝١٥

১৭। অমসুং ঐ(সু) তৌই ঐগী থৌরাং ;

وَأَكِيدُ كَيْدًا ۝١٦

১৮। মরমদুনা মতম খরা পোখাবা পীয়ু লমফৈ-খোঙফম্নবশিংদা। (অং) পীয়ু মখোইবু পোখাবা মতম খরগী।

فَمَهِّلِ الْكَافِرِينَ أَمْهِلْهُمْ رُوَيْدًا ۝١٧

سُورَةُ الْأَعْلَىٰ مَكِّيَّةٌ (٨٧)

সূরহ ৮৭ অল-অ'অলা

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২০ নি)

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ۝١

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

سَبِّحِ اسْمَ رَبِّكَ الْأَعْلَى ۝١

২। থাগৎচৌ কোলোয় মিংলেন নংগী মপু খ্বাইদগী ৱাংবগী,

الَّذِي خَلَقَ فَسَوَّىٰ ۝٢

৩। মহাকনা শেম-শাই, অদুগী তুংদা মপুং ফাহল্লি,

وَالَّذِي قَدَّرَ فَهَدَىٰ ۝٣

৪। অমসুং মহাকনা নোংদমই, অদুগী তুংদা লমজিংই,

وَالَّذِي أَخْرَجَ الْمَرْعَىٰ ۝٤

৫। অমসুং মহাকনা থোকহল্লি শজিক হৌবা লমহাং,

فَجَعَلَهُ غُثَاءً أَحْوَىٰ ۝٥

৬। অদুগী তুংদা মদু কংশন্দুনা মুশল-কাশল্লকই।

سَنُقْرِئُكَ فَلَا تَنسَىٰ ۝٦

৭। ঐখোইনা তম্বিগনি নংবু কুরআন মদু নংনা অমুক কাওবা নাইরোয়,

إِلَّا مَا شَاءَ اللَّهُ إِنَّهُ يَعْلَمُ الْجَهْرَ وَمَا يَخْفَىٰ ۝٧

৮। নত্তনা অল্লাহনা কাউহনবিনীংদরিমমখে। তশেংবমক মহাকনা খঙই অফোংবা অমসুং অরোনবা।

وَنُيَسِّرُكَ لِلْيُسْرَىٰ ۝٨

৯। অদুগা ঐখোইনা লায়না থোকহনবিগনি নংগীদমক অরায়বা লম্বী ;

فَذَكِّرْ اِنْ نَّفَعَتِ الذِّكْرٰى ۝١٠

১০। মরমদুনা নীংশিঙঙু (মীশিংবু) : তশেংবমক, নীংশিঙবনা কান্নগনি (মখোইদা)।

سَيَذَّكَّرُ مَنْ يَّخْشٰى ۝١١

১১। অল্লাহবু কিবা মীনা মপুকনিং চঙগনি (পাওমেন্দা),

وَيَتَجَنَّبُهَا الْاَشْقَى ۝١٢

১২। তৌইগুম্বসুং ওক্তবা মীতনা মমায় ওন্থোক্কনি মদুদগী,

الَّذِيْ يَصْلَى النَّارَ الْكُبْرٰى ۝١٣

১৩। মহাকদু চঙলগনি অচৌবা মৈকোন্নুংদা ;

ثُمَّ لَا يَمُوْتُ فِيْهَا وَلَا يَحْيٰى ۝١٤

১৪। অদুনা মহাক শিরোই মদুগী মনুংদা নত্তগা হিংলোই।

قَدْ اَفْلَحَ مَنْ تَزَكّٰى ۝١٥

১৫। তশেংবমক, মহাক চাওখৎপা শরুকনৈ মহাকনা শেংদোকচরবা মশামকপু,

وَذَكَرَ اسْمَ رَبِّهٖ فَصَلّٰى ۝١٦

১৬। অমসুং নীংশিঙজরবা কোলোয় মিংলেন মহাক্কী মপুগী অমসুং নমাজ (কায়দনা) তৌরবা।

بَلْ تُؤْثِرُوْنَ الْحَيٰوةَ الدُّنْيَا ۝١٧

১৭। তৌইগুম্বসুং নখোইনা হেন্না পামশল্লি তাইবঙ পুন্সিবু,

وَالْاٰخِرَةُ خَيْرٌ وَّاَبْقٰى ۝١٨

১৮। অদুম ওইনমক শিরবা মতুংগী পুন্সিনা হেন্না ফৈ অমসুং তুংকোইবা হেল্লি।

اِنَّ هٰذَا لَفِى الصُّحُفِ الْاُوْلٰى ۝١٩

১৯। তশেংবমক, মসি তাকখ্রবনি মমাংঙৈগী ধর্ম্ম-গ্রন্থশিংদা—

صُحُفِ اِبْرٰهِيْمَ وَمُوْسٰى ۝٢٠

২০। ধর্ম্ম-গ্রন্থশিংদা ইব্রাহীমগী অমসুং মুসাগী।

## سُوْرَةُ الْغَاشِيَةِ مَكِّيَّةٌ (٨٨)

সূরহ ৮৮ অল-গাশিয়হ

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২৭ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

২। লাকখ্রবা নংঙোন্দা পাও কি তুজুংবা থৌদোক অদুগী?

৩। মায় খরা নুমিৎ অদুদা নীংবা কায়গনি,

৪। নোমজরম্বা, রাজরম্বা।

৫। চঙগদৌরি অচাকপা মৈকোন্নুংদা,

৬। পিথক্কনি ঈশিং ক্রুং-ক্রুং শৌবা ঈফুৎ অমদগী।

৭। ফংলোই মখোই চানবা চিঞ্জাক করিমতা নত্তুনা অখাবা অমসুং তিংখং পানবা পাম্বী,

৮। মদুনা হকচাং য়োকখৎ-থৌগাৎলোই নত্রগা কোকহল্লোই অরাম-খৌরাংবসু।

৯। মায় খরদি নুমিৎ অদুদা নুংঙাইগনি,

১০। য়াবিদুনা মখোইনা হোৎনজরকখিবদু,

১১। অরাংবা হৈকোন-লৈকোন্দা,

১২। মদুগী মনুংদা তারোই রারেম-রাচোই।

১৩। মদুগী মনুংদা লৈ অচেনবা ঈফুৎ অমা,

১৪। মদুগী মনুংদা খিল্লি অরাংবা গদ্দীশিং,

১৫। অমসুং থমলি খুৎপায়ফম য়াওনবা গিলাসশিং,

১৬। অমসুং মোন্তেকশিং পরেং-পরেং শীন্দোকলি,

১৭। অমসুং গালিচা ফিদাশিং (পরেং-পরেং থারি।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ۝١

هَلْ اَتٰىكَ حَدِيْثُ الْغَاشِيَةِ ۝٢

وُجُوْهٌ يَّوْمَئِذٍ خَاشِعَةٌ ۝٣

عَامِلَةٌ نَّاصِبَةٌ ۝٤

تَصْلٰى نَارًا حَامِيَةً ۝٥

تُسْقٰى مِنْ عَيْنٍ اٰنِيَةٍ ۝٦

لَيْسَ لَهُمْ طَعَامٌ اِلَّا مِنْ ضَرِيْعٍ ۝٧

لَّا يُسْمِنُ وَلَا يُغْنِيْ مِنْ جُوْعٍ ۝٨

وُجُوْهٌ يَّوْمَئِذٍ نَّاعِمَةٌ ۝٩

لِّسَعْيِهَا رَاضِيَةٌ ۝١٠

فِيْ جَنَّةٍ عَالِيَةٍ ۝١١

لَّا تَسْمَعُ فِيْهَا لَاغِيَةً ۝١٢

فِيْهَا عَيْنٌ جَارِيَةٌ ۝١٣

فِيْهَا سُرُرٌ مَّرْفُوْعَةٌ ۝١٤

وَّاَكْوَابٌ مَّوْضُوْعَةٌ ۝١٥

وَّنَمَارِقُ مَصْفُوْفَةٌ ۝١٦

وَّزَرَابِيُّ مَبْثُوْثَةٌ ۝١٧

أَفَلَا يَنظُرُونَ إِلَى الْإِبِلِ كَيْفَ خُلِقَتْ ۝

১৮। মখোইনা য়েংদব্রা উটশিং, করম্না শেম্বগে মখোইবু ?

وَإِلَى السَّمَاءِ كَيْفَ رُفِعَتْ ۝

১৯। অমসুং স্বর্গ অসি, করম্না মসিবু থাংগৎপগে রাংনা ?

وَإِلَى الْجِبَالِ كَيْفَ نُصِبَتْ ۝

২০। অমসুং চীংজাওশিং, করম্না মখোইবু খিনবগে ?

وَإِلَى الْأَرْضِ كَيْفَ سُطِحَتْ ۝

২১। অমসুং পৃথিবী অসি, করম্না মসিবু শন্দোকপগে ?

فَذَكِّرْ إِنَّمَا أَنتَ مُذَكِّرٌ ۝

২২। মরমদুনা নীংশিঙউ ; নংদি নীংশংহন্নবা হাপখিবা মীনি।

لَّسْتَ عَلَيْهِم بِمُصَيْطِرٍ ۝

২৩। নংবু (হাপখিবা) নত্তে পান্নবা মী অমা ওইনা মখোইগী মথক্তা—

إِلَّا مَن تَوَلَّىٰ وَكَفَرَ ۝

২৪। ভৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা মমায় ওংথোকলবা অমসুং অচুম্বা থাজদ্রবনি,

فَيُعَذِّبُهُ اللَّهُ الْعَذَابَ الْأَكْبَرَ ۝

২৫। অল্লাহনা চৈরাক থাবিগনি মহাক্কী মথক্তা খ্বাইদগী হেন্না চাওবা রায়েল-চৈরাক।

إِنَّ إِلَيْنَا إِيَابَهُمْ ۝

২৬। ভশেংবমক ঐখোইদা মখোই হল্লকনি,

ثُمَّ إِنَّ عَلَيْنَا حِسَابَهُم ۝

২৭। মতমদুদা, ভশেংবমক, ঐখোইনা হিসাব লৌবিগনি মখোইবু।

سُوْرَةُ الْفَجْرِ مَكِّيَّةٌ (٨٩)

সূরহ ৮৯ অল-ফজর

হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৩১ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

২। কসমনি নোংঙাল্লকপগী,

وَالْفَجْرِ ②

৩। অমসুং অহিং তরাগী,

وَلَيَالٍ عَشْرٍ ③

৪। অমসুং তুমা শুবা অমসুং শুদবগী,

وَّالشَّفْعِ وَالْوَتْرِ ④

৫। অমসুং অহিং চৎথ্রবগী;

وَالَّيْلِ اِذَا يَسْرِ ⑤

৬। য়াওদব্রা কসমশিং অসিদা দলিলশিং জ্ঞান তাবা মীওইশিংগীদমক্তা ?

هَلْ فِيْ ذٰلِكَ قَسَمٌ لِّذِيْ حِجْرٍ ⑥

৭। উখিদব্রা নংবু করম্না নংগী মপুনা তৌবিখিবা আদশিংবু,

اَلَمْ تَرَ كَيْفَ فَعَلَ رَبُّكَ بِعَادٍ ⑦

৮। (নাগরিকশিংনি শহর) ইরম (গী), (মপুশিংনি) অরাংবা য়ুম-কৈশিংগী,

اِرَمَ ذَاتِ الْعِمَادِ ⑧

৯। মখোইদুগা মান্নবা শেম-শাখিদরি (অতৈ) শহরশিংদা—

الَّتِيْ لَمْ يُخْلَقْ مِثْلُهَا فِي الْبِلَادِ ⑨

১০। অমসুং সমূদ (কী মরমদা নং খঙলব্রা) মখোইনা কক্তুনা শেমখি (ফজবা) য়ুমশিং অচৌবা নুংপাক্তা তম্পাক্কী লমদা;

وَثَمُوْدَ الَّذِيْنَ جَابُوا الصَّخْرَ بِالْوَادِ ⑩

১১। অমসুং ফিরঔন (গী মরমদসু নং খঙলব্রা মহাক ওইখি) অচৌবা লানশংশিংগী মপু,

وَفِرْعَوْنَ ذِي الْاَوْتَادِ ⑪

১২। মখোই লমকৈৎ-লমহাইখি শহরশিং অদুদা,

الَّذِيْنَ طَغَوْا فِي الْبِلَادِ ⑫

১৩। অমসুং তৌখি লমচৎ নাইদবা থবক কয়া মদুগী মনুংদা।

فَاَكْثَرُوْا فِيْهَا الْفَسَادَ ⑬

১৪। মরমদুনা নংগী মপুনা থোমজনখি মখোইগী মথক্তা অকনবা চৈরাক কয়া।

فَصَبَّ عَلَيْهِمْ رَبُّكَ سَوْطَ عَذَابٍ ⑭

১৫। তশেংবমক, নংগী মপুনা লেঙদনা য়েংবিরি (মীশিংনা তৌবা থবকশিং)।

اِنَّ رَبَّكَ لَبِالْمِرْصَادِ ⑮

১৬। অদুদগী হেন্দোক্না মীগী মরমদা, মহাক্কী মপুনা চাং য়েংবদা মহাকপু অমসুং ইজ্জৎ পীবদা মহাকপু অমসুং চানবিরবদা মহাকপু, মহাকনা হায়ঃ "ঐগী মপুনা চাওহনবিরে ঐবু।"

فَاَمَّا الۡاِنۡسَانُ اِذَا مَا ابۡتَلٰىهُ رَبُّهٗ فَاَكۡرَمَهٗ وَنَعَّمَهٗ ۙ فَيَقُوۡلُ رَبِّيۡۤ اَكۡرَمَنِ ؕ ﴿١٥﴾

১৭। তৌইগুম্বসুং মহাকনা চাং য়েংবদা মহাকপু অমসুং রাহন-নংহনবদা মহাকপু হিংনবা পাম্বে রাৎহনবিদুনা, মহাকনা হায়ঃ "অল্লাহনা চোপহনবিরে ঐবু।"

وَاَمَّاۤ اِذَا مَا ابۡتَلٰىهُ فَقَدَرَ عَلَيۡهِ رِزۡقَهٗ ۙ فَيَقُوۡلُ رَبِّيۡۤ اَهَانَنِ ۚ ﴿١٦﴾

১৮। মদু নত্তে, তৌইগুম্বসুং নখোইনা ইজ্জৎ তৌদে পীতৎ-পাতৎপা মচাবু,

كَلَّا بَلْ لَّا تُكۡرِمُوۡنَ الۡيَتِيۡمَ ۙ ﴿١٧﴾

১৯। অমসুং নখোইনা তকশিন্দে অমনা অমবু পিজ-পিথকপদা লাইরববু,

وَلَا تَحٰٓضُّوۡنَ عَلٰى طَعَامِ الۡمِسۡكِيۡنِ ۙ ﴿١٨﴾

২০। অমসুং নখোইনা চাথোকই (অশোন-বশিংনা) স্বত্ব-ফংগদবা অদু লোয়নমক,

وَتَاۡكُلُوۡنَ التُّرَاثَ اَكۡلًا لَّـمًّا ۙ ﴿١٩﴾

২১। অমসুং নখোইনা পামশল্লি লন-থুম থোইদোক্না ।

وَّتُحِبُّوۡنَ الۡمَالَ حُبًّا جَمًّا ؕ ﴿٢٠﴾

২২। মদু শুকয়া-য়াদে, পৃথিবী অসি মচেৎ-মচেৎ থুগায়রবা মতমদা,

كَلَّاۤ اِذَا دُكَّتِ الۡاَرۡضُ دَكًّا دَكًّا ۙ ﴿٢١﴾

২৩। অমসুং নংগী মপুনা লেঙথোরকপদা, স্বর্গ দূতশিংনা (থৌগাল তৌদুনা) পরেং-পরেং লেংদুনা ;

وَّجَآءَ رَبُّكَ وَالۡمَلَكُ صَفًّا صَفًّا ۚ ﴿٢٢﴾

২৪। অমসুং যম লৈবাক পুথোরক্নুনা থেল্লবদা নুমিৎ অদুদা, নুমিৎ অদুদা মীনা নীংশিঙগনি (মহাক্কী ফত্তবা থবকশিং), তৌইগুম্বসুং মদুগী নীংশঙবদুনা করি কান্নবা পীগনি মহাকপু ?

وَجِاۡىۡٓءَ يَوۡمَٮِٕذٍۢ بِجَهَنَّمَ ۙ يَوۡمَٮِٕذٍ يَّتَذَكَّرُ الۡاِنۡسَانُ وَاَنّٰى لَهُ الذِّكۡرٰى ؕ ﴿٢٣﴾

২৫। মহাকনা হায়গনিঃ "আঃ ওথোকপনি! ঐনা হান্না থাজরমলবদি (অফরা থবক খরদং) ঐগী পুন্সি (অসি)গী!"

يَقُوۡلُ يٰلَيۡتَنِىۡ قَدَّمۡتُ لِحَيَاتِىۡ ۚ ﴿٢٤﴾

২৬। মরমদুনা নুমিৎ অদুদা কনা অমতনা দণ্ড পীবা ঙমলোই মহাক্কী দণ্ড গুম,

فَيَوۡمَٮِٕذٍ لَّا يُعَذِّبُ عَذَابَهٗۤ اَحَدٌ ۙ ﴿٢٥﴾

২৭। অমসুং কনা অমতনা ফাজনবা ওমলোই মহাক্কী ফাজনবগুম। وَّلَا يُوثِقُ وَثَاقَهٗٓ اَحَدٌ

২৮। হে থরাই ! ঈংনা পোথানীংলবশিং يَآيَّتُهَا النَّفْسُ الْمُطْمَئِنَّةُ

২৯। হল্লকলো নংগী মপুগী মনাক্তা নশানা হরাও-হরাও য়াদুনা অমসুং মহাক ন(সু) পুমপেন-পেনবিরদুনা। ارْجِعِيْٓ اِلٰى رَبِّكِ رَاضِيَةً مَّرْضِيَّةً

৩০। মরমদুনা চঙঙু নখোই ঐগী ইনাইশিংগী মরক্তা, فَادْخُلِيْ فِيْ عِبٰدِيْ

৩১। অমসুং চঙঙু নখোই ঐগী স্বর্গ লৈকোন্দা। وَادْخُلِيْ جَنَّتِيْ




সূরহ ৯০ অল-বলদ

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২১ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা। بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ

২। নত্তে, কসমনি শহর অসিগী, لَآ اُقْسِمُ بِهٰذَا الْبَلَدِ

৩। অমসুং নং শহর অসিদা লৈবা মী অমনি, وَاَنْتَ حِلٌّۢ بِهٰذَا الْبَلَدِ

৪। অমসুং অপোকপগী অমসুং মহাক্কী মচা নিপাগী, وَوَالِدٍ وَّمَا وَلَدَ

৫। তশেংবমক ঐখোইনা শেমখি মীবু থবক নোম্নবা অমসুং কন্না হোৎননবা। لَقَدْ خَلَقْنَا الْاِنْسَانَ فِيْ كَبَدٍ

৬। মহাকনা খনব্রা কনা অমতগী শক্তি লৈতে মহাক্কী মথক্তা ? اَيَحْسَبُ اَنْ لَّنْ يَّقْدِرَ عَلَيْهِ اَحَدٌ

৭। মহাকনা (চাউথোক্না) হায় ঃ "ঐনা উরায়খ্রে লন-থুম য়াম্না।" يَقُوْلُ اَهْلَكْتُ مَالًا لُّبَدًا

৮। মহাকনা খনব্রা কনা অমতনা য়েংশন্দে মহাকপু ? اَيَحْسَبُ اَنْ لَّمْ يَرَهٗٓ اَحَدٌ

৯। পীখিদব্রা ঐখোইনা মহাকপু মিৎ অনি,

أَلَمْ نَجْعَل لَّهُ عَيْنَيْنِ

১০। অমসুং লৈতোন অমা অমসুং চীনবান অনি ?

وَلِسَانًا وَشَفَتَيْنِ

১১। অমসুং ঐখোইনা উৎতুনা তাকখিদব্রা মহাকপু লম্বী অনি (অফবা অমসুং ফত্তবগী) ;

وَهَدَيْنَاهُ النَّجْدَيْنِ

১২। তৌইগুম্বসুং মহাকনা হোৎনদে (ফংনবা) অরাংবা কাবগী লম্বীদু :

فَلَا اقْتَحَمَ الْعَقَبَةَ

১৩। অমসুং করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু অরাংবা কাবগী লম্বী হায়বদি করিনো ?

وَمَا أَدْرَاكَ مَا الْعَقَبَةُ

১৪। মসি নীং তমহনবনি মীনাইবু,

فَكُّ رَقَبَةٍ

১৫। নত্ত্রগা পিজ-পিথকপা চাবা ফংদবা নুমিৎ অমদা—

أَوْ إِطْعَامٌ فِي يَوْمٍ ذِي مَسْغَبَةٍ

১৬। পীতৎ-পাতৎপা মচা মরী থোক্লববু,

يَتِيمًا ذَا مَقْرَبَةٍ

১৭। নত্ত্রগা লাইরবা উফুল-রাইফুলদা ওল্লববু।

أَوْ مِسْكِينًا ذَا مَتْرَبَةٍ

১৮। মতমদুদা মহাক ওইগদবনি থাজবা অমসুং তকশনবা অমগা অমগা নুংশিবিবদা।

ثُمَّ كَانَ مِنَ الَّذِينَ آمَنُوا وَتَوَاصَوْا بِالصَّبْرِ وَتَوَاصَوْا بِالْمَرْحَمَةِ

১৯। মখোইসি মরূপশিংনি য়েৎথংবা খুৎকী।

أُولَٰئِكَ أَصْحَابُ الْمَيْمَنَةِ

২০। তৌইগুম্বসুং ঐখোইগী খুদমশিংবু থাজদবশিংদু, মখোই মরূপশিংনি ওইথংবা খুৎকী।

وَالَّذِينَ كَفَرُوا بِآيَاتِنَا هُمْ أَصْحَابُ الْمَشْأَمَةِ

২১। মখোইগী মথক্তা মৈ অমা হৌবিগনি পুংকোয়-কোয়না ওমশন্দুনা।

عَلَيْهِمْ نَارٌ مُّؤْصَدَةٌ

# سُوْرَةُ الشَّمْسِ مَكِّيَّةٌ

সূরহ ৯১ অল-শমস

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ১৬ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ⓵

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

وَالشَّمْسِ وَضُحٰهَا ⓶

২। কসমনি সূর্য্য নুমিৎকী অমসুং মাগী অরংবা মঙালগী,

وَالْقَمَرِ اِذَا تَلٰهَا ⓷

৩। অমসুং কসমনি চন্দ্র থাগী মানা তুংইল্লি নুমিৎকী,

وَالنَّهَارِ اِذَا جَلّٰهَا ⓸

৪। অমসুং কসমনি নুংথিলগী মানা উৎথোকপগী নুমিৎকী পুম্লং-লংবা মঙাল,

وَالَّيْلِ اِذَا يَغْشٰهَا ⓹

৫। অমসুং কসমনি অহিংগী মানা ইকুপ-কুপশনবগী (সংসারবু),

وَالسَّمَآءِ وَمَا بَنٰهَا ⓺

৬। অমসুং কসমনি স্বর্গগী অমসুং মাগী (অঙকপা খুৎশেমগী.),

وَالْاَرْضِ وَمَا طَحٰهَا ⓻

৭। অমসুং কসমনি পৃথিবীগী অমসুং মাবু (পাক- চাওনা) শন্দোকপগী,

وَنَفْسٍ وَّمَا سَوّٰهَا ⓼

৮। অমসুং কসমনি থৱাইগী অমসুং মাবু মপুং ফাহনবগী,

فَاَلْهَمَهَا فُجُوْرَهَا وَتَقْوٰهَا ⓽

৯। অমসুং মহাকনা তাকপিবগী মাবু মাগী ফত্তবা অমসুং মাগী অফবা,

قَدْ اَفْلَحَ مَنْ زَكّٰهَا ⓾

১০। তশেংবমক থৱাইবু শেংনা থম্বা মীদু চাওখৎলি,

وَقَدْ خَابَ مَنْ دَسّٰهَا ⓫

১১। তৌইগুম্বসুং থৱাইবু মোৎনা থম্বা মীদু লৈখা তাই।

كَذَّبَتْ ثَمُوْدُ بِطَغْوٰهَا ⓬

১২। সমূদ কাঙলুপনা য়াখিদে (অচুম্বা ধর্ম্ম পাওজেন) মখোইনা কা হেন্না লম হেনখিবনা,

اِذِ انْۢبَعَثَ اَشْقٰهَا ⓭

১৩। মখোইগী মরক্তগী খ্বাইদগী হেন্না ফত্তবা(মী অম)না হৌগৎখি (হাৎকদবগী মখোইগী নবীগী উট্ অদু)।

১৪। মতমদুদা (অল্লাহগী) রসুলনা হায়খিঃ "(য়েৎপিগনু) অল্লাহগী উট অমোমদু অমসুং ঈশিং পিথকউ মাবু।"

فَقَالَ لَهُمْ رَسُولُ اللّٰهِ نَاقَةَ اللّٰهِ وَسُقْيٰهَا ﴿١٣﴾

১৫। তৌইগুম্বসুং মখোইনা য়াখিদে মহাকপু অমসুং উট অদুগী ফৈগল কক্তুনা মখোঙ তেকহনবিখি; মরমদুনা মখোইগী মপুনা মাঙ-তাকহনবিখি মখোইবু পুমলোয়-লোয়না, চপ মান্নরা, মখোইগী মপাপকী মরম্না,

فَكَذَّبُوهُ فَعَقَرُوهَا فَدَمْدَمَ عَلَيْهِمْ رَبُّهُمْ بِذَنْۢبِهِمْ فَسَوّٰىهَا ﴿١٤﴾

১৬। অমসুং মহাকনা (অসুম্না) করিসু পররা তৌবিদে তুং-তাবা মহে মদুগী।

وَلَا يَخَافُ عُقْبٰهَا ﴿١٥﴾

।



سُوْرَةُ الَّيْلِ مَكِّيَّةٌ (٩٢)

অল-লৈল সূরহ ৯২

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২২ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ﴿١﴾

২। কসমনি অহিংগী মানা পুমকুপ-কুপশনবগী,

وَالَّيْلِ اِذَا يَغْشٰى ﴿٢﴾

৩। অমসুং কসমনি নুংথিলগী মানা ইঙান-ঙাল্হোকপগী,

وَالنَّهَارِ اِذَا تَجَلّٰى ﴿٣﴾

৪। অমসুং কসমনি শেম-শাখিবগী লাবা অমসুং অমোম,

وَمَا خَلَقَ الذَّكَرَ وَالْاُنْثٰى ﴿٤﴾

৫। তশেংবমক, নখোইগী হোৎনবা (থৌরম থৌদাশিং) তোঙান-তোঙান্নি।

اِنَّ سَعْيَكُمْ لَشَتّٰى ﴿٥﴾

৬। মরমদুনা (অল্লাহগী মরমদা) পীথোকপা মহাকদু অমসুং ধর্ম্ম কায়দবা,

فَاَمَّا مَنْ اَعْطٰى وَاتَّقٰى ﴿٦﴾

৭। অমসুং সাক্ষী ওইবগী অচুম্বগী,

وَصَدَّقَ بِالْحُسْنٰى ﴿٧﴾

৮। ঐখোইনা লায়না থোকহনবিগনি মহাক্কীদমক অরাবা লৈতবা (লম্বী খুদিং)।

فَسَنُيَسِّرُهٗ لِلْيُسْرٰى ﴿٨﴾

৯। তৌইগুম্বসুং অরীকপা কুপশু ত্রমসুং থৌওই- ব্রাওইদবা মহাকদু,

وَاَمَّا مَنْۢ بَخِلَ وَاسْتَغْنٰى ﴿٩﴾

১০। অমসুং য়াদবগী অচুম্ববু,

وَكَذَّبَ بِالْحُسْنٰى ﴿١٠﴾

১১। ঐখোইনা লায়না থোকহনবিগনি মহাক্কী- দমক অব্রাবগী (লম্বী)।

فَسَنُيَسِّرُهٗ لِلْعُسْرٰى ﴿١١﴾

১২। অদুগা মহাক্কী লন-থুমনা পীরোই কান্নবা করিমতা মহাকপু — মহাকন্না শিবা মতমদা।

وَمَا يُغْنِيْ عَنْهُ مَالُهٗۤ اِذَا تَرَدّٰى ﴿١٢﴾

১৩। তশেংবমক, ঐখোইনা তৌবদি লমজিং- বতনি,

اِنَّ عَلَيْنَا لَلْهُدٰى ﴿١٣﴾

১৪। অদুগা তশেংবমক ঐখোইনা মপুনি আখেরত অমসুং তাইবঙ পুন্সি (অনিমক্কী)।

وَاِنَّ لَنَا لَلْاٰخِرَةَ وَالْاُوْلٰى ﴿١٤﴾

১৫। মরমদুনা ঐনা চেকশন্নবা হায়বিরিবনি নখোইবু খাম্বি মৈত্রেং অরাবা অমগী;

فَاَنْذَرْتُكُمْ نَارًا تَلَظّٰى ﴿١٥﴾

১৬। চঙলোই কনা অমতা মদুদা নত্তনা খ্বাইদগী হেন্না লমচৎ নাইদবা মীদু,

لَا يَصْلٰىهَاۤ اِلَّا الْاَشْقَى ﴿١٦﴾

১৭। মহাকনা য়াদে (অচুম্ববু) অমসুং মতুং হন্দোকই।

الَّذِيْ كَذَّبَ وَتَوَلّٰى ﴿١٧﴾

১৮। তৌইগুম্বসুং ধর্ম্ম কায়দবা মহাকদু ঙাকপিগনি মদুদগী,

وَسَيُجَنَّبُهَا الْاَتْقَى ﴿١٨﴾

১৯। মহাকনা পীথোকই মহাক্কী লন-থুম শেংদোকচনবগী মশাবু।

الَّذِيْ يُؤْتِيْ مَالَهٗ يَتَزَكّٰى ﴿١٩﴾

২০। অমসুং মহাক লমল তোন্দে কনাগুম্বা অমদা—মদু হন্না পীগদবা।

وَمَا لِاَحَدٍ عِنْدَهٗ مِنْ نِّعْمَةٍ تُجْزٰۤى ﴿٢٠﴾

২১। নত্তনা (মহাকনা পীথোকই মহাক্কী লন-থুম) য়াবিনবা হোৎনবগী মহাক্কী মপুনা, (মহাক্তি) খ্বাইদগী রাংবনি;

اِلَّا ابْتِغَآءَ وَجْهِ رَبِّهِ الْاَعْلٰى ﴿٢١﴾

২২। অমসুং থুনা মহাক (কী মপু) না য়াবিরগনি (মহাকপু)।

وَلَسَوْفَ يَرْضٰى ﴿٢٢﴾

## سُوْرَةُ الضُّحٰى مَكِّيَّةٌ (٩٣)



(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ১২ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

وَالضُّحٰى ②

২। কসমনি চাকচমাংগী লংত্রিক-লংবা মতৌগী,

وَالَّيْلِ اِذَا سَجٰى ③

৩। অমসুং কসমনি অহিংগী মাগী অমম্বনা ইকুপ-কুপশল্লকপগী,

مَا وَدَّعَكَ رَبُّكَ وَمَا قَلٰى ④

৪। নংগী মপুনা থাদোকপিদে নংবু, নত্তুগা মহাকনা য়ানীংদবা তৌদে নংবু।

وَلَلْاٰخِرَةُ خَيْرٌ لَّكَ مِنَ الْاُوْلٰى ⑤

৫। তশেংবমক, নংগী তুংগী পুন্সিনা ফবা হেনগনি হৌজিক্কী পুন্সিদগী।

وَلَسَوْفَ يُعْطِيْكَ رَبُّكَ فَتَرْضٰى ⑥

৬। অদুগা নংগী মপুনা থুনা পীবিগনি নংবু মদুগা লোয়নননা নং শরুক্কগনি অপেনবা।

اَلَمْ يَجِدْكَ يَتِيْمًا فَاٰوٰى ⑦

৭। ফংখিদব্রা মহাকনা নংবু পীতৎ-পাতৎপা মচা অমা ওইনা অমসুং পীখিদব্রা (নংবু) চঙজফম ?

وَوَجَدَكَ ضَآلًّا فَهَدٰى ⑧

৮। অমসুং ফংখি নংবু মারি-শারি চথবা. মরমদুনা মহাকনা লমজিংবিখি নংবু.;

وَوَجَدَكَ عَآئِلًا فَاَغْنٰى ⑨

৯। অমসুং ফংখি নংবু লৈত-লাইরবা, মরমদুনা মহাকনা ইনাক খুনহনবিখি নংবু।

فَاَمَّا الْيَتِيْمَ فَلَا تَقْهَرْ ⑩

১০। মরমদুনা পীতৎ-পাতৎপা মচাবু, ওৎ-নৈবা তৌগনু।

وَاَمَّا السَّآئِلَ فَلَا تَنْهَرْ ⑪

১১। অমসুং (নতেং) নীজবা মহাকদুবু চৈবিগনু।

وَاَمَّا بِنِعْمَةِ رَبِّكَ فَحَدِّثْ ⑫

১২। অদুগা নংগী মপুগী থৌজালদু লাউথোকও (খ্বাই পুম্নমক্তা)।



## سُوْرَةُ الْاِنْشِرَاحِ مَكِّيَّةٌ

সূরহ ৯৪ অল-ইনশিরাহ

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৯ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

اَلَمْ نَشْرَحْ لَكَ صَدْرَكَ ②

২। ঐখোইনা শন্দোকখিদব্রা নংগীদমক নংগী থবাক,

وَوَضَعْنَا عَنْكَ وِزْرَكَ ③

৩। অমসুং লৌথোকপিখিদব্রা নংঙোন্দগী নংগী নম্বো,

الَّذِيْٓ اَنْقَضَ ظَهْرَكَ ④

৪। মদুনা তেকহন্নীং-তেকহন্নীং তৌরম্মী নংগী নঙ্গল,

وَرَفَعْنَا لَكَ ذِكْرَكَ ⑤

৫। অমসুং ঐখোইনা রাংনা থাংগৎপিখিদব্রা নংগী কোলোয় নমিং ?

فَاِنَّ مَعَ الْعُسْرِ يُسْرًا ⑥

৬। তশেংবমক, শাথীনা অরাবা নংলবা মতুংদা ফংবনি নুংঙাইবা,

اِنَّ مَعَ الْعُسْرِ يُسْرًا ⑦

৭। তশেংবমক, শাথীনা অরাবা নংলবা মতুংদা ফংবনি নুংঙাইবা।

فَاِذَا فَرَغْتَ فَانْصَبْ ⑧

৮। মরমদুনা (থবক্তগী) নং হেক রাইশংবগা, কন্না হোৎনৌ;

وَاِلٰى رَبِّكَ فَارْغَبْ ⑨

৯। অমসুং নংগী মপুদা ওনশিল্লু নথরাইপুম্বা য়াওনা।

# سُوْرَةُ التِّيْنِ مَكِّيَّةٌ (٩٥)

অল-তীন

সূরহ ৯৫

(হিজরী মতুংদা থাখি, আয়াত মশিং ৯ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা. থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

وَالتِّيْنِ وَالزَّيْتُوْنِ ②

২। কসমনি অনজিরগী অমসুং চোরফোনগী,

وَطُوْرِ سِيْنِيْنَ ③

৩। অমসুং কসমনি সিনাই চীংগী,

وَهٰذَا الْبَلَدِ الْاَمِيْنِ ④

৪। অমসুং কসমনি খুদোংথীবা লৈতবা শহর অসিগী,

لَقَدْ خَلَقْنَا الْاِنْسَانَ فِيْٓ اَحْسَنِ تَقْوِيْمٍ ⑤

৫। তশেংবমক, ঐখোইনা শেমখি মীবু খ্বাইদগী হেন্না ফজবা মওংদা;

ثُمَّ رَدَدْنٰهُ اَسْفَلَ سٰفِلِيْنَ ⑥

৬। অদুগী তুংদা. (মহাকনা ফত্তরম লম্বীনরবদি) ঐখোইনা তোন্থহল্লি মহাকপু খ্বাইদগী হেন্না তোল্লবা ফিবমদা,

اِلَّا الَّذِيْنَ اٰمَنُوْا وَعَمِلُوا الصّٰلِحٰتِ فَلَهُمْ اَجْرٌ غَيْرُ مَمْنُوْنٍ ⑦

৭। নত্তনা অচুম্বা থাজবা অমসুং অফম্বা থবকশিং লম্বীনবা মখোইদু: মরমদুনা মখোইগীদমক্তি লোয়- খম্বা নাইদবা মনা-মথিন্নি।

فَمَا يُكَذِّبُكَ بَعْدُ بِالدِّيْنِ ⑧

৮। মরমদুনা কনানা ঙমগনি মীনম্বা তাহনবা নংবু (অসিগী) মতুংদা রায়েল বিচার (নুমিৎ)গী মরমদা ?

اَلَيْسَ اللّٰهُ بِاَحْكَمِ الْحٰكِمِيْنَ ⑨

৯। নত্তব্রা অল্লাহনা খ্বাইদগী হেন্না অশিংবা রায়েল-লাকপশিংগী ?

## سُوْرَةُ الْعَلَقِ مَكِّيَّةٌ (٩٦)

অল-'অলক সূরহ ৯৬

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ২০ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

اِقْرَاْ بِاسْمِ رَبِّكَ الَّذِيْ خَلَقَ ②

২। হায়লোকও নংবু শেম-শাবিখিবা মপুগী কোলোয় মিংলেন,

خَلَقَ الْاِنْسَانَ مِنْ عَلَقٍ ③

৩। শেমখি মীবু ফমজল্লবা ঈ মতুম অমদগী;

اِقْرَاْ وَرَبُّكَ الْاَكْرَمُ ④

৪। হায়লোকও! অমসুং নংগী মপুদি খুইদগী হেন্না পুকচেন চাওবনি,

الَّذِيْ عَلَّمَ بِالْقَلَمِ ⑤

৫। মহাকনা তম্বিখি কলম (শীজন্নবা),

عَلَّمَ الْاِنْسَانَ مَا لَمْ يَعْلَمْ ⑥

৬। তম্বিখি মীবু মহাকনা খঙলমদবদু।

كَلَّآ اِنَّ الْاِنْسَانَ لَيَطْغٰٓى ⑦

৭। নত্তে, তশেংবমক মীদি লম হেল্লি,

اَنْ رَّاٰهُ اسْتَغْنٰى ⑧

৮। মরমদি মহাকনা খল্লি মশামকপু নীং তমজরিবনি হায়না।

اِنَّ اِلٰى رَبِّكَ الرُّجْعٰى ⑨

৯। তশেংবমক, (মী পুম্নমক) হনজনগদবনি নংগী মপুদা।

اَرَءَيْتَ الَّذِيْ يَنْهٰى ⑩

১০। নং উরব্রা মহাকনা থিংবা—

عَبْدًا اِذَا صَلّٰى ⑪

১১। (ঐখোইগী) ইনাই অমবু মহাকনা নমাজ তৌবদা?

اَرَءَيْتَ اِنْ كَانَ عَلَى الْهُدٰٓى ⑫

১২। নং উরব্রা (ঐখোইগী ইনাইনা) লমজিং ইনবা,

اَوْ اَمَرَ بِالتَّقْوٰى ⑬

১৩। নত্ত্রগা ময়াথং পীবা অচুম্বা চৎনবা?

اَرَءَيْتَ اِنْ كَذَّبَ وَتَوَلّٰى ⑭

১৪। নং উরব্রা মহাকনা (অচুম্বা) য়াদবা অমসুং তুং হন্দোকপা,

اَلَمْ يَعْلَمْ بِاَنَّ اللّٰهَ يَرٰى ⑮

১৫। মহাকনা খঙদব্রা অল্লাহনা য়েংলি মহাকপু?

كَلَّا لَئِنْ لَّمْ يَنْتَهِ ڏ لَنَسْفَعًاۢ بِالنَّاصِيَةِ ⑯

১৬। অসুম্না তৌবা য়ারোই, মহাকনা তোক্তবদি, ঐখোইনা শোয়দনমক (ফাবিগনি অমসুং) শোরো-শোরো চিংবিগনি মহাকপু লুমাং শমদোং লাক্কুনা,

১৭। মীনম্বা, পাপচেনবা লুমাং-শমনি।

نَاصِيَةٍ كَاذِبَةٍ خَاطِئَةٍ ﴿١٦﴾

১৮। মরমদুনা মহাক কৌজসনু মহাক্কী তিন্না-জরম্বশিং (তেংবাংনবা মহাকপু),

فَلْيَدْعُ نَادِيَهُ ﴿١٧﴾

১৯। ঐখোই(সু) কৌরগনি (ঐখোইগী) সন্ত্রীশিং (হূনজন্নবা মহাকপু নরকতা)।

سَنَدْعُ الزَّبَانِيَةَ ﴿١٨﴾

২০। নত্তে, নং ইনগনু মহাকনা হায়বদা, তৌইগুম্বসুং নকোক লুকথদুনা খুরুম্মু অমসুং নকশন্নবা তৌ (অল্লাহদা)।

كَلَّا لَا تُطِعْهُ وَاسْجُدْ وَاقْتَرِبْ ﴿١٩﴾




সূরহ ৯৭ অল-কদর

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৬ নি)

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ﴿١﴾

২। তশেংবমক, ঐখোইনা থাখি (কুরআন) অসি শক্তি লৈবা অহিংদা,

إِنَّا أَنزَلْنَاهُ فِي لَيْلَةِ الْقَدْرِ ﴿٢﴾

৩। অমসুং করিনা করম্না খঙহনগনি নংবু শক্তি লৈবা অহিং হায়বদি করিনো?

وَمَا أَدْرَاكَ مَا لَيْلَةُ الْقَدْرِ ﴿٣﴾

৪। শক্তি লৈবা অহিংদি ফবা হেল্লি লোইদাম থাবুম লিশিং অমদগী।

لَيْلَةُ الْقَدْرِ خَيْرٌ مِّنْ أَلْفِ شَهْرٍ ﴿٤﴾

৫। মদুগী মনুংদা কুমথরকই স্বর্গ দূতশিং অমসুং 'রুহ' মখোইগী মপুগী ময়াথংনা—থবক খুদিংমক (শীল্লাঙনবা)।

تَنَزَّلُ الْمَلَائِكَةُ وَالرُّوحُ فِيهَا بِإِذْنِ رَبِّهِم مِّن كُلِّ أَمْرٍ ﴿٥﴾

৬। (অহিং অসি) মপুংফাবা শান্তিনি ইনুং শোরা তৈনা ঙান্দরিবা ফাওবা।

سَلَامٌ هِيَ حَتَّىٰ مَطْلَعِ الْفَجْرِ ﴿٦﴾

# سُوْرَةُ الْبَيِّنَةِ مَدَنِيَّةٌ

(٩٨) اٰياتها ٨ — ركوعها ١

সূরহ ৯৮ অল-বৈয়িনহ

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৯ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ①

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, যৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

لَمْ يَكُنِ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا مِنْ اَهْلِ الْكِتٰبِ وَالْمُشْرِكِيْنَ مُنْفَكِّيْنَ حَتّٰى تَاْتِيَهُمُ الْبَيِّنَةُ ①

২। অচুম্বা থাজদবশিং (হান্না) কিতাব পীখ্রবা মীশিংগী মরক্তগী অমসুং মূর্তি ঈরাৎপশিংগী (মরক্তগী) মখোইদু থাদোকপা ঙমখিদে নীংজিং-মাঙজিংনবা লাকখিদরিবা ফাওবা মখোইদা তশেংবা প্রমাণ,

رَسُوْلٌ مِّنَ اللّٰهِ يَتْلُوْا صُحُفًا مُّطَهَّرَةً ②

৩। ধর্ম্ম পাওতাকপা মী অমা অল্লাহগী মায়কৈদগী, থীথদুনা মখোইদা অশেংবা লাইরিকশিং (ফোংদোকপিখিবা রাপাওশিংগী),

فِيْهَا كُتُبٌ قَيِّمَةٌ ③

৪। মদুগী মনুংদা য়াওরি কুইনা চৎকদবা য়াথংশিং।

وَمَا تَفَرَّقَ الَّذِيْنَ اُوْتُوا الْكِتٰبَ اِلَّا مِنْ بَعْدِ مَا جَآءَتْهُمُ الْبَيِّنَةُ ④

৫। অদুগা (হান্না) কিতাব পীখ্রবা মীশিংনা কাওবু খায়দোকপা তৌখিরমদে (মখোইগী মরক্তা) তশেংবা প্রমাণ লাকখিদরিবা মতুং ফাওবা মখোইদা।

وَمَآ اُمِرُوْٓا اِلَّا لِيَعْبُدُوا اللّٰهَ مُخْلِصِيْنَ لَهُ الدِّيْنَ ۙ حُنَفَآءَ وَيُقِيْمُوا الصَّلٰوةَ وَيُؤْتُوا الزَّكٰوةَ وَذٰلِكَ دِيْنُ الْقَيِّمَةِ ⑤

৬। অদুগা মখোইবু য়াথংনবিখিদে নত্তনা: অল্লাহগী ভক্তি তৌ পুকচেন তিংনা মহাক্কী ময়াথং ইন্দুনা, ধর্ম্ম চুম্না চত্তুনা—অমসুং চাং নাইনা নমাজ তৌ অমসুং(চুম্না) পীয়ু 'জকাত': অমসুং মসিনি অচুম্বা ধর্ম্ম হায়রিবদু।

اِنَّ الَّذِيْنَ كَفَرُوْا مِنْ اَهْلِ الْكِتٰبِ وَالْمُشْرِكِيْنَ فِيْ نَارِ جَهَنَّمَ خٰلِدِيْنَ فِيْهَا ۗ اُولٰٓئِكَ هُمْ شَرُّ الْبَرِيَّةِ ⑥

৭। তশেংবমক, অচুম্বা থাজদবশিংদো, (হান্না) কিতাব পীখ্রবা মীশিংগী মরক্তগী অমসুং মূর্তি ঈরাৎপশিংগী (মরক্তগী), (হুনজনবিগনি) নরক মৈকোমনুংদা, লৈগনি মদুগী মনুংদা (মতম কুইনা)। মখোইদু জীবশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না ফত্তবনি।

إِنَّ الَّذِينَ آمَنُوا وَعَمِلُوا الصَّالِحَاتِ أُولَٰئِكَ هُمْ خَيْرُ الْبَرِيَّةِ ۝٨

৮। তশেংবমক, অচুম্বা থাজবশিং অমসুং অফবা থবকশিং লৌনবা—মখোইদু জীবশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না ফবনি।

جَزَاؤُهُمْ عِندَ رَبِّهِمْ جَنَّاتُ عَدْنٍ تَجْرِي مِن تَحْتِهَا الْأَنْهَارُ خَالِدِينَ فِيهَا أَبَدًا ۖ رَّضِيَ اللَّهُ عَنْهُمْ وَرَضُوا عَنْهُ ۚ ذَٰلِكَ لِمَنْ خَشِيَ رَبَّهُ ۝٩

৯। মখোইগী মনা-মথিন্দি লৈ মখোইগী মপুগী মনাক্তা ঃ মতমপুম্বদা লেঙদ্রবা স্বর্গ লৈকোল্লি মদুগী মখাদা তুরেলশিং ইচেল্লি, লৈরগনি মখোই মদুগী মনুংদা লোম্বা নাইদনা। অল্লাহনা পেনবিরে মখোইবু অমসুং মখোইনসু পেনজরে অল্লাহদা। মসি (শেম-শাদুনা থম্বিরি) অদুগুম্বা মীতাগী—মহাকনা কি হঙ্গোয়জরম্বা মহাক্কী মপুবু।



## سُورَةُ الزِّلْزَالِ مَكِّيَّةٌ (٩٩)



অল-জিলজাল সূরহ ৯৯

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ৯ নি)

بِسْمِ اللَّهِ الرَّحْمَٰنِ الرَّحِيمِ ۝١

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা

إِذَا زُلْزِلَتِ الْأَرْضُ زِلْزَالَهَا ۝٢

২। পৃথিবীনা (চেংখৈ য়াংকোক্লনা) থক-থক নীকলবা মতমদা,

وَأَخْرَجَتِ الْأَرْضُ أَثْقَالَهَا ۝٣

৩। অমসুং পৃথিবীনা পুথোরকলবদা মাগী পোৎলুমশিং,

وَقَالَ الْإِنسَانُ مَا لَهَا ۝٤

৪। অমসুং মীনা হায়গনি ঃ "মসি করি তৌরবগে ?"

يَوْمَئِذٍ تُحَدِّثُ أَخْبَارَهَا ۝٥

৫। কোরৌ নুমিৎ অদুদা মানা খঙহনগনি মাগী পাওজেন,

بِأَنَّ رَبَّكَ أَوْحَىٰ لَهَا ۝٦

৬। মরমদি নংগী মপুনা লাইতাক পীগনি মাগী মরমদা।

يَوْمَئِذٍ يَصْدُرُ النَّاسُ أَشْتَاتًا لِّيُرَوْا أَعْمَالَهُمْ ۝٧

৭। কোরৌ নুমিৎ অদুদা মীশিং (নীংবা মান্নবশিংগী মরূপ) লাক্কনি কাঙবু – কাঙবু খায়দোক্লুনা অদুনা মখোইবু উহনবিনবা (ফলশিং) মখোইগী থবকশিংগী।

فَمَنْ يَّعْمَلْ مِثْقَالَ ذَرَّةٍ خَيْرًا يَّرَهٗ ۝٧

৮। মতমদুদা কনাগুম্বনা তৌজখিবদু অফবা খুজিনমুক উগনি মদু,

وَمَنْ يَّعْمَلْ مِثْقَالَ ذَرَّةٍ شَرًّا يَّرَهٗ ۝٨

৯। অমসুং কনাগুম্বনা তৌজখিবদু ফত্তবা খুজিনমুক উগনি মদু।



## سُوْرَةُ الْعٰدِيٰتِ مَكِّيَّةٌ



সূরহ ১০০ অল-'আদিয়াত

(হিজরী মমাংদা থাখি, আয়াত মশিং ১২ নি)

بِسْمِ اللّٰهِ الرَّحْمٰنِ الرَّحِيْمِ ۝١

১। হৌজরি অল্লাহগী মমিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

وَالْعٰدِيٰتِ ضَبْحًا ۝١

২। কসমনি লানশা শগোলনা খর-খর লাউনা সোর হোন্দুনা খুরুপ চেনবগী (লান্দা),

فَالْمُوْرِيٰتِ قَدْحًا ۝٢

৩। মৈ ইলং-লংনা কাপথোকপগী (মখোইগী লোঙখুমশিংনা),

فَالْمُغِيْرٰتِ صُبْحًا ۝٣

৪। ইনুং ঙাল্লকপদা (লান খঙতা- তাবগী) গ্রী-গ্রী তকশনবগী,

فَاَثَرْنَ بِهٖ نَقْعًا ۝٤

৫। (মখোইনা ফুজল্লকপদা) উফুল ফ্রং-ফ্রং হৌদুনা (লৈচিন নোংফাইগুম) পাইখৎপগী,

فَوَسَطْنَ بِهٖ جَمْعًا ۝٥

৬। য়েক্লবা (তেঙ্গোল)গী মরক্তা খুদক্তা পাইশনবগী (পুল্লপ ওইনা),

اِنَّ الْاِنْسَانَ لِرَبِّهٖ لَكَنُوْدٌ ۝٦

৭। তশেংবমক, মীনা তৌবিমল খঙদে মহাক্কী মপুদা ;

وَاِنَّهٗ عَلٰى ذٰلِكَ لَشَهِيْدٌ ۝٧

৮। অমসুং মহাক (মশানা তৌবা থবকশিংনা) তশেংবা সাক্ষীনি ;

وَاِنَّهٗ لِحُبِّ الْخَيْرِ لَشَدِيْدٌ ۝٨

৯। অমসুং তশেংবমক, লন-থুম পাম্বদা মহাক তমথী।

اَفَلَا يَعْلَمُ اِذَا بُعْثِرَ مَا فِى الْقُبُوْرِ ۝٩

১০। খঙদব্রা মহাকনা কবর মনুংদা লৈবশিংদু হিংগৎহল্লবা মতমদা,

